# সিদ্ধার্থ

(জর্মনিগী নোবেল প্রাইজ ফংলবা অইবা হেরমন হেস:গী
থ্বায়দগী হেন্না মমিং লৈরবা লাইরিক অসি হিলদা
রোসনরনা ইংরেজীদা অনুবাদ তৌবদগী)

*মৈতৈরোলদা হন্দোকচবা*

**সমরেন্দ্র চোংথাম**

"Siddhartha", a Manipuri translation of Hermann Hesse's novel "Siddhartha".




অহানবা ফোঙবা : ২০০৮ ইং

কোপি মশীং : ৬০০



ফোঙ্‌জবা : রজিব গান্ধী সেন্তর ফোর কলচর, মণিপুর।

মমল্ : লুপা ১৫০/-

লাইরিক ফংফম : (১) রাজেশ বুক ষ্টোল
গভর্ণর রোড, ইম্ফাল ।

(২) অইবগী লৈফম
(কৈশামথোং তোপ লৈরক, ইম্ফাল)

লাইরিক নম্ফম : ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, মোইরাংখোম লোক্লাওবুং, ইম্ফাল ।

DTP : CD Byte Computers, Yaiskul Police Lane, Imphal-795001.

# ৱাহৌদোক

ইংশোক ১৯৮৩ গী দিল্লী খোঙচৎ অমদনি। জনপথকী সোড়োক্ মতাইদা সেকেণ্ড হেণ্ড লাইরিক ময়াম থাদুনা য়োলম্মী। 'সিদ্ধার্থ' হায়বা লামায় ১০০ রোমদমক পানবা পোকেট - বুক মচা অমগী মথক্তা ঐগী মীৎয়েংদু তারমই। লুপা ১০ পীদুনা লৈরমই। লাইরিক অসি অমসুং মসিগী অইবা অদু ঐনা হান্না মশক খঙদুনা লৈরুবা নৎত্তে। শেংনা হায়দোক্লবদা, লাইরিক অদুগী মখূমদা য়েক্লস্বা লাই অদু ফজমনখ্রদনা - কৈনো অমা ওইরম'তারে খন্দুনা লৈবনি !

অদুবু লাইরিক অসি পারুবদদি - ঐবু পূমশুম - শুমহৎখি। পাবা হৌখিবগা লেপ্পা ঙমখিদে ! লোইবা ফাওবা পাখি। চহি খরগী মতুংদা অমুক হন্না পাই ; অদুদগী অমুক্কা হন্না পাই; হন্না হন্না পাখি। পীকখ্রবা লাইরিক মচা অসিনা ঐঙোন্দা হায়নীংঙাই লৈতনা অকনবা শাফ্ পীখি। ঐনা পাজখিবা লাইরিকশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী ফজবা অমনি নিংজৈ। লাইরিক অসি গৌতম বুদ্ধগী পূন্সিগী অঙনবা শরুক্তা য়ুম্ফম ওইরগা, ব্রাহ্মন মচা সিদ্ধার্থ হায়বা অমগী ৱারীনি - মতৌ করম্না সিদ্ধার্থনা মশাগী অশেংবা শক্তম খঙনবা হোৎনরকপা অমসুং পূন্সিগী অর্থ করিনো থিরকপগী ৱারীনি। অমত্তা তাঙনা পোকচবা, মপা - মমাগী মীৎকী মনি সিদ্ধার্থনা মতৌ করম্না সামানশিংগী মতুং ইন্দুনা লম্বোইবা অমা ওইনা ময়ুম থাদোকখিবা। সামান ওইবনসু মাগী থম্মোয়দা অপেনবা পীবা ঙমখিদে; পূন্সিগী খৌরাংবা অদু কোকহনবা ঙম্লমদে। লম্বোইবা তোক্নুনা মহাক্না মখল - মথেলগী পূন্সি চাং য়েংলমই - গৌতম বুদ্ধগী পাউতাক তারমই মদুনসু মহাক পেনবা ঙম্লমদে। মথংদা কারবারৱালা অমা ওইনা, য়ু থক্নুনা, চৌবর শান্নদুনা, শকহেনবী বেশ্যা অমগা লৈমিন্নদুনা, হিরানবা অমগী শিনফম পায়দুনা - মখল মখলগী চাংয়েং তৌরমই তৌইগুম্বসুং মাগী থম্মোয়দা শান্তি পীবা অমত্তা ঙমখিদে। মমৈথংদা মতৌ করম্না মহাক্না নির্ব্বান ফংখিবগে হায়বগী ৱারীনি।

লাইরিক অসিগী থোইদোকপদি - হিন্দুশিংগী ৱাংলবা উপনিষদ অমসুং বেদান্তগী দর্শন অসিবু, সিদ্ধার্থ হায়বা ব্রাহ্মন মচা অমগী পূন্সি ৱারিদা লৈচন চানা লেংলগা অইবা অসিনা লাম্বোরকপা নাচোমনি। অসুক্কী মতিক লায়না অমসুং ময়েকশেংনা ইখ্রে - লাইরিক অসি পারবদি বেদ অমসুং উপনিষদ অমুক ৱানা পারুদ্রবসু য়ারে হায়জনিংই। অদুগা অইবা মীশক অসি হিন্দু নত্তে; হেরমন হেস:, নোভেল প্রাইজ ফংখ্রবা জর্ম্মন মচা অমনি। মদুমক্লসু থোইদোক্লা লাইরিক অসিগী মগুন হেনগৎহনখি; ঐনা ইকোক নোঙ্জনিংখি। ঐখোয়না হিন্দুনিদি চাউথোকচরগা ইশাগী ধর্ম্ম - গ্রন্থশিং অসিবু কয়াগী মতিক মশক খঙদনা লৈরম্লবা অদুগা জর্ম্মন মচা অমনা অসুক মমুৎতানা নৈনরকপা । খল্লুবদা ইথন্তা হাইরপসু ঈকায়বা ফাওরকই। লাইরিক অসি পাবা লোইরকপা মতমদা - ব্রহ্মন মচা সিদ্ধার্থনা

মমৈথংদা অচুম্বা হায়বসি করিনো অমসুং পুক্সিগী ৱাহন্থোক করিনো খঙলকপদা মাগী থমোইদা ফাওখিবা হায়নিংঙাই লৈতবা অপেনবা অমসুং শান্তি অদুগী মতৌগুম্মা অপাবা মীপূম খূদিংগী থম্মোয়দা শোয়দনা ফাওবিগনি। লাইরিক অসি পৃথ্বীবীগী লোল কয়াদা অথ হন্দোকখরে; ড্রামাগী সংস্থান কয়ানসু শান্নখ্রে; ফিল্ম ওইনসু পুথোকখরে।

লাইরিক অসি পারুবদা ঐঙোন্দা ফাওখিবা, নুংঙাইবা অমসুং ঐগী থম্মোইদা পীখিবা অকনবা শাফূ অদু ইরৈবাক মচাশিংগা Share তৌজনিংবদগী লাইরিক অসি অনুবাদ তৌবা হৌখি। অদুবু হৌবদগী হৌনা, অনুবাদক অমগী অৱাবা কয়া মায়োক্নরমই। হিন্দুগী দর্শন শাস্ত্রগী ৱাংলবা ৱাখল্লোন অসি ইংরেজীদদি ঈরাই লায়না ফোংদোকপা য়াবদু মৈতৈরোন্দা চানবা ৱাহৈ থিবা ফংদে। ৱাহৈ অমগী অর্থ হন্নবা হোৎনবদা কৰি করিগুম্বা মফমদা হাপ্তা অমা ফল তাদবা য়াওই, ঐনা পাঙজদবনা ওইংস্রসু য়াই। হংফমসু লৈতে, তান্নফমসু খঙদে। ইংরেজী য়াম্না হৈবা মী অদুনা মৈতৈরোল মুন্না খঙলমদে; মৈতৈরোন য়াম্না হৈবা সাহিত্যকার অদুনা ইংরেজী মুন্না হৈরমদে। মৈতৈ পাউরৌদা 'শামুনা তাল্লবদি য়ারক্তা চেনশীল্লু' হায়বগুম অরোইবদা ঐগী ইনাউনিপা ৱাজেন অমসুং নরেনগা তান্নরমই। অনিমক অইবনি; অনিমক ট্রানস্লেটরনি। ঐগী ট্রানস্লেসনদা মখোয়না চুমথোকপিরমই অমসুং মখোয়গী মতেং নৎলমদ্রবদি ঐগী লাইরিক অসি মীমাঙদা পুথোকপা য়ারম্লোই হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। লাইরিক অসি ট্রানস্লেসন ৱার্ক অমা ওইনা কদায়ফাওবা মায় পাক্লবনো হায়বদুদি পাবিরিবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংনা লেপ্পীয়ু। ঐগী মায়কৈদগীদি - পৃথ্বীবী ফাওরবা 'সিদ্ধার্থ' হায়বা লাইরিক অসি মনিপুর সাহিত্যগী পৃক্কেদা পীক্লবা খূদোল অমা ওইনা তমজরম্বা হায়বসিতনা পান্দমনি।

অরোইবদা, লাইরিক অসি মফম খরদা পাবা নুংঙাইতবা খ্রক-খ্রক পনবা জাগা য়াওরমগনি। মদুগী মরমদি মথক্তসু পঞ্জখ্রে - হিন্দুগী ৱাংলবা দর্শন শাস্ত্রবু মৈতৈরোন্দা হন্দোক্লবা হোৎনবদা খুদোংচাদবগীনি। অতোপ্পা মরম অমনা, মীয়াম্না পাবা নুংঙাইনবা অরায়বা মৈতৈরোন্দা ইথোকপগী মহুত্তা হেরমন হেস: না শীজীন্নরম্বা ৱাহৈ-ৱাত্তা অমসুং মহাক্কী খুৎয়িগী তোপ তোপ্পা মওং অদু য়ারিবমখৈ ওরিজিনেল কায়দনা থমজরে।

লাইরিক অসিগী মনুংদা অশোয়বা থেংনবিবদু পূকচেল শেংনা তাকপীরক্লবদি হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজগনি অমসুং মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

মে ২, ২০০৭ ইং,
বরানসি।

**সমরেন্দ্র**

কচ্চবা

তাইবং মীওইলক্তগী অথোইবা
শাক্য শাগৈদা পোকখিবা;
ভগবান বিষ্ণুগী শাইওন ওইরিবা
গৌতম বুদ্ধগী চরন্দা
কৎচরি চন্নবা ঐগী 'সিদ্ধার্থ',
খুরুমজৈ নঙোন্দা, ফংহনবীয়ু ননাইবুসু
পোকপা শিবা নাইদ্রবা 'নির্ব্বান' ।
'বুদ্ধং শরণং গচ্ছামি
ধম্মং শরণং গচ্ছামি'
সংঘং শরণং গচ্ছামি ।

## লাইরিক অসিগী মরমদা রারোল খরা ।

*হরমন হেসগী উপন্যাস সিদ্ধার্থ থেঙ্গনবসু থেঙনা মৈতৈলোন্দা য়ৌরকপা ওন্থোক্লা নুংঙাইহৌনিংঙাইহৌনি। হরমন হেস অমগী খুত্তা অরংবা সনা ওনখ্রবা "সিদ্ধার্থ" লমদম অসিদসু য়ৌরক্লুনা লমদম অসিগী মীয়ামদা ফজরবা শান্তিগী মিংলোয়েন অমা পীরসনু। শ্রীলোংথাম সমরেন্দ্রগী ওন্থোকলজেমন লাকপা ওইসনু। অফবা পুরকসনু অচুম্বা ফজবা মিংলোয়েন পুরকসনু। অনৌবা এডিসন কয়ানা হেন্না হেন্না ফজাহনলকসনু ।*

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ
২৯ সেপ্তেম্বর ২০০৭

# য়াওরিবশিং

# ব্রাহ্মনগী মচানীপা

য়ুমগী উরুম লাংবদা, হি-য়াম থাঙ্‌লিবা তুরেল মপালগী নুংশাদা, 'সেলো'গী[১] উনুং অমসুং হৈবোংপাম্বীশিংগী ঈংলবা উখাদা, ব্রাহ্মনমচা শকহেনবা সিদ্ধার্থনা মাগী মরূপ গোবিন্দগা লোয়ননা চাউরকখি। পুজাগী তঙায়ফদনা ইরূজবদা তুরেল মপালগী অশাবা নুংশানা য়ৈবদা মহাক্কী নৌরিবা মনঙ্গল অদু ৱাউথাংনরমই। অপোকপা মপাবুংনা পণ্ডিতশিংগা ৱারী-ৱাতাই শান্নরি - মাবু পোকপী মমানা ঈশৈ ঙংলি - মহাক্না হৈনৌগী বনদা শান্নরিঙৈদা মমিত্তা মখল মখলগী শক্লোন কয়া উরমই। গোবিন্দগা লোয়ননা তর্ক তৌনবা, মরৈ য়েৎনবা, ধ্যান তৌবা, সাধন তৌবা অমসুং পণ্ডিতশিংনা ঙাঙন-শন্নবা অদুদা সিদ্ধার্থনা শরূক য়ারকপা মতম শাংলক্লে। খোন্থোক পূম্নমক্তগী অথোইবা - 'ওম' হায়বা ৱাহৈ অসি, স্বর হোনজিনবগা লোয়ননা অমসুং হোন্দোরকপা মতমদা মতৌ করম্না মখোল থোক্‌হন্দনা শোনগদগে হায়বা হৈরে।

স্বর চিংশিনবা মতমদা থনুংদা থূপ্না অমসুং ব্রহ্ম অসি ফৃক্তুনা স্বর হোন্দোরকপা মতমদা মখোন হৌদনা শোনবা ঙল্লে। মতম অদুদা অরংবা মঙাল ফাওরমই। মাগী হকচাংনুংগী অথূপ্পদা লৈরিবা আত্মা হায়বা

১। উপাম্বী মখল অমা; মনিপুরদা লৈতে।

পোৎশক অদু মশক খঙবা ঙল্লে। মচানীপা অসিবু মপানা হায়নীংঙাই লৈতনা পেঙ্গে।

বুদ্ধি-লৌশিং চঙখোনবা, জ্ঞানগী খৌরাংবা পোকপা, হকচাল্লা খঙনীংবগী ঈখৌ-লাংবা উবদা মপানা মচানীপা অসিবু হায়নীংঙাই লৈতনা থৱায় তাজে অমসুং নোংমদি মহাক অসি লাইরিক-লাইশু নীংথীনা হৈবা মীশক, পুরোহিত অমা অমসুং ব্রাহ্মনশিংগী মরক্তা অথোইবা অমা শোয়দনা ওইরগনি হায়বসি উরে। মচানীপাগী শাজৎ, শাওং, ফম্বা-হৌগৎপগী মওং-মতৌ উবদা মাগী থম্মোয়দা চাউথোকচবগী হরাও-ইপোম হৌরকখি, সিদ্ধার্থ - পাঙ্গলবা, শকহেনবা, তনাপ-তনাপ্পা মহাক্না মমাবু য়াম্না চীং-লেম্না খুরুমজে।

মাগী নীংথিরবা শাওং-শাদানে, নীংথৌ গুল্লবা মীৎম্না অনি অদুনে, মহাক্না মমায় থাংগৎতুনা সহরগী লম্বীদা চৎপা মতমদা ব্রাহ্মন লৈশাবী মচা কয়াগী থম্মোই মরাঙ্ হৌনফম ওইরমই।

মহাক্কী মরূপ ব্রাহ্মন মচা গোবিন্দনা খ্বায়দগী নুংশিজবা মীশক অসি মহাক্নি। মাগী তরু-তরুবা মমিৎশিং অমসুং মহাক্কী খোঞ্জেলবু নুংশিজে। মহাক্না চীংলেম্না চৎপগী মওং অদুবুসু নুংশি; সিদ্ধার্থনা তৌথোরকপা খূদিং, ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙ লোইনা নুংশি। পূম্নমক অসিগী মথক্তা মহাক্না খ্বায়দগী নুংশিবদি সিদ্ধার্থগী জ্ঞান, মহাক্কী ৱাংলবা ৱাখল্লোন অমসুং মহাক্কী অথোইবা শিনফম অদুবুনি। গোবিন্দনা মুন্না খঙই মহাক অসি অতনবা, যজ্ঞ খর চৎলগা চাবা, ওইরোইদৌবা পোৎশেম যাদুগী ৱা ঙাঙবা, মিহৌচাউবা, মীবু নমথাক তৌবা, ৱা ঙাঙবদা ফবা মীরেম মবুক শেংদবা পুরোহিত অমা নত্রগা চাউরবা শল্লুপ মরক্তগী পঙলবা কান্নদবা শন অমা - অদুগুম্বা অচম্বা ব্রাহ্মন অমদি ওইররোই হায়বসি। খক ওইরোই, গোবিন্দ মশামক্ অসিগুম্বা লীশীং লক্ষা ময়াম লৈরিবা ব্রাহ্মনশিংসি অমত্তা ওইনীংদে। মাগী নুংশিজরবা মঙাল নাইরবা সিদ্ধার্থগী তুং ইন্নীংঙি। অদুগা করিগুম্বা মহাক্না লাই ওইরক্লবা, মশেক-মঙাল লৈবা মীশক অমা

ওইরক্লবা, অদুওইরবদি গোবিন্দনা মাংগী মতুং ইন্নীংই - মরূপ অমা ওইনা, খোঙলোয় অমা ওইনা, মনাই অমা ওইনা, মাগী ফীরান পায়বা ওইনা, মহাক্কী মমি ওইনা । মতৌ অদুম্না মীপুম খূদিংনা সিদ্ধার্থবু নুংশিরমই । মহাক্না মীপূম খূদিংগী থমোইদা নুংঙাইবা অমসুং অপেনবা পোকহল্লমই ।

তৌইগুম্বসুং সিদ্ধার্থ মহাক মশামক্তি নুংঙাইরমদে । হৈবোংগী উনুং মনুংদা গুলাব ময়াম্না পরেং পরেং শাৎলিবা লম্বী অদুদা, উমংগী অশংবা উরুমদা ধ্যান তৌবা মতমদা, নুমিৎ খূদিং ইরুজবা মতমদা মাগী হকচাং কায়াৎশিং অদু নাম্থোকপদা, হৈনৌ বনগী শুক্রবা উনুংদা চঙদুনা ঈংনা চীক্লা, চীংলেম্লা, মীপুম খূদিংনদি মিৎতাফম ওইবা অমসুং নুংঙাইবা পোকপা অদুবু মাগী থমোইদদি নুংঙাইবা লৈরমদে । চেল্লিবা তুরেলগী ঈচেলদা নত্রগা অতিয়াথক্তা তগুপ-তরেং ঙাল্লিবা থরানমিচাকশিং অমসুং মষী চেল্লবা নুংশাগী মৈশা- পূম্নমক অসি উরুরগা মঙ্লানগুম পল্লেপফম খঙদ্রবা ব্রাখল কয়া মাগী পূক্লিংদা ফাওরক্লমই ।

অহল ওইরবা ব্রাহ্মনশিংনা ঙাঙনবদগী থর থর তাহৌবা ঋগ বেদগী শ্লোকশিং অমসুং যজ্ঞগী কারকপা মৈখুনচিংবা উরুরগা মাগী থমোইদা পোত্থাফম খঙদবা অমসুং মঙ মঙ্বা হৌরক্লমই । সিদ্ধার্থগী থমোইদা য়ানীংদবা অমসুং পেন্দবগী মরূ হুনবা হৌরক্লে হায়না কন্না ফাওরমই । মাগী মপাবুং অমসুং অপোকপী মমানা মহাকপু নুংশিবা অমসুং মাগী মরূপ গোবিন্দনা নুংশিবা - পূম্নমক অসিনা মহাকপু কৈদৌনুংদা তুং-কোইনা নুংঙাইহনবা অমসুং মপূক্লিংদা শান্তি পীবা অমসুং অমুক হন্না মখা তানা অপাম্বা হায়বসি মাঙহন্দুনা নীংবা পূম্নমক থুংলবা মীশক অমা হায়বদুদি কৈদৌঙৈদসু ওইহনবা ঙম্লোই হায়বা মাগী থমোইদা কন্না ফাওরমই । মাগী মতীক-মগুন লৈরবা মপাবুং অমসুং জ্ঞান লৈরবা ব্রাহ্মন ওঝা অতৈ পূম্নমক্কা মখোয়না হৈজবা বিদ্যাগী অয়াম্বা শরুক্তি মঙোন্দা তাকপীরে অমসুং মখোয়গী জ্ঞান পূম্নমক মাগী ঈখৌ লাংলবা পাত্রদা হাপ্পীরে হায়বা ব্রাখল অমা ফাওরকখি অদুবু মাগী পাত্র অদুদি থক্ মবূক থনবা লৈরমদে, মঙোন্দা

থমোইগী অপেনবা হায়বদু ফাওরমদে, মঙোন্দা পূক্লিং লৈতাবা শান্তি ফংবা হায়বদু ওইদ্রে, মাগী থমোই তপথৌ হায়বা য়ারমদে।

ধর্ম্মগী নিয়ম মতুংইন্না তুরেল কূমদুনা নুমিৎ খূদিংগী ঈশিংদা লূপ্পা ফৈ; তৌইগুম্বসুং মদুদি ঈশিংনি, মদুনা পাপ পূম্নমক চামথোকপা ঙমদে, চোকথরবা থম্মোয় অমবুদি ঈংহনবা ঙমদে। যজ্ঞ তৌদুনা হোম-জপ তৌবা অমসুং ঈশ্বরগী থৌজাল নিজবা য়াম্না ফবা থবক্লি - অদুবু মদুনা লোইরবরা ? যজ্ঞ তৌবদুনা পূক্লিংদা অপেনবা পীবা ঙম্লবরা ? অদুগা লাই ময়াম অসিনা কমদৌবা জাৎনো ? প্রজাপতিনা সংসার অসি শেম্লম্বনি হায়বসিবু শোয়দ্রবরা ? মদু আত্মাবু নত্তবরা - মহাক অদুতনা সংসার অসি শেমখিবা নত্তবরা ? ঈশ্বরগী শক্তম অসিসু ঐ নঙগুম্না শিবা নাইবা অরেপ্পা লৈতবা শক্তম অম গুম্না শাখিবা নত্তবরা ? অদু ওইরবদি লাইদা পূজা কৎপা যজ্ঞ তৌবা অসিবু চুম্বা, অর্থ থোকপ্রা ? লেঙদ্রবা মহাক - আত্মা অদুদা ঈকাই খুম্নবা উৎপা, মাবু পূজা তৌবা যজ্ঞ তৌবা অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কনাগী মফমদা অমুক তৌফম থোকপগে ? অদুগা আত্মা হায়বসিনা কদাইদা লৈবগে - কদাইদা মহাকপু থিবা ফংগদগে, মফম কদাইদা মাগী থমোইগী মিহুল হুনবগে - ঐখোয় খূদিংগী থমোইগী কাচিন্দা মতম চূপ্পদা লৈরিবা মফমদুদা নত্তনা ? অদুগা থমোইগী করম্বা মফমদা কদাইদা লৈবগে - 'ঐ' হায়বা পোৎশক অসি ? মসিদি ঈ-তোং নত্তে ; মসি খূদোম্নী থিন্দুনা 'সিদা' লৈরে তাকপা য়াবা পোৎশক নত্তে। মসিনি পণ্ডিতশিংনা ঐখোয়দা হায়রিবসি- অদু ওইরবদি মদু কদাইদা লৈবগে ? আত্মা অদুগী মনাক য়ৌনা চঙশীনবা ঙম্নবা মখাতানা থিজিনবদা কান্নগদৌবা অতোপ্পা লম্বী অমা লৈব্রা ? ঙসি ফাওবা কনামত্তনা মদুগী লংলা-লংজিল তাক্তে- কনামত্তা খঙবা য়াওদে - মাগী মপাবুংসু নত্রগা অতৈ ওঝা-গুরুশিং, পণ্ডিতশিং অমসুং লাইশোলশিংদসু। ব্রাহ্মন অমসুং মখোয়গী মতীক মগুন লৈরবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অসিনা লোইনা খঙই। পূমখঙ্ খঙ্ই- মখোয়না শোক্তবা পোৎ লৈতে - সংসার অসি শেম্লকপগী, লোলগী, চীঞ্জাক্কী হৌরকফম, নুংশাস্বর হোঞ্জিনবা হোন্দোকপা, ঈন্দ্রি ময়ামগী মথৌ,

ঈশ্বরগী থৌশিন.... অসিনচিংবা । মখোয়না খঙলিবসি ওন্থোক্লা পাক শনখ্রে - অদুবু পূন্নমক অসি খঙলগা করিবু কান্নরিবগে, খঙগদবা অমত্তা ঙায়রবা মরূ ওইবা পোৎশক্ অমখক লৈরিবদুদি মশক খঙবা ঙমদ্রগা ?

ধর্ম্মগী লাইরিকশিংগী, মরূ ওইনা সামবেদগী উপনিষদশিংদা, খ্বায়দগী অথূপ্পা নুংগী ওইবা পোৎশিং অদুগী মরমদা হায়রি । অসুম্না ইরি: 'নঙগী আত্মাদুনা সংসারসিগী মপূং ফাবা শক্তমনি' । মদুদা হায়রি - মী অমনা তূমলিঙৈ মতমদা - মহাক নুংগী ফিভম অসি ৱাংমা লান্থোক্তুনা আত্মাদা লৈ । শ্লোক্শিং অসিদা অঙকপা ফংলবা জ্ঞান ফুমদুনা লৈরি; মুনি ঋষিশিংগী জ্ঞান পূন্বা, হয়িংখোইশিংনা কোয়থি থিরগা পুজরকপা অশেংবা খোইহিগী মতৌগুম্না, ফজরবা ৱাহৈ কয়ানা ফোংদোক্লি । নত্তে নত্তে, অসুক য়ামখ্রবা লনগী পূক্কে, লৌশিং চাউরবা ব্রাহ্মন কয়াগী চারোন-শুরোন্না মথং মথং চেকশীন্না খোমজীন্দুনা লাক্লবশিং অসিবু তরাইনা হেক লংথোকপা চুমদে । তৌইগুম্বসুং পূন্নমক অসিবু মুন্না খঙবদা নত্তনা মশাদা হকথেংননা ফাওখ্রবা ব্রাহ্মনশিং, পুরোহিতশিং অমসুং জ্ঞানীশিং অমসুং লাইরিক হৈবা অশিংবা মী পূন্নমক অদুবু কদাইদা লোইনা চৎখ্রবগে ? কদাইদা চৎখ্রবগে অদুগুম্বা লময়ানবশিং - মখোয়না তূমলিঙৈ মনুংদা আত্মাগা মায়োক্লবতা নত্তনা মীকপ থোক্লবা মতমদসু, পুন্সিদা, মফম পূন্নমক্তা ৱাহৈনা অমসুং থবক্লা আত্মাবু মশক খঙবা ঙম্বশিং । সিদ্ধার্থনা ব্রাহ্মন কয়ামরূমবু খঙই - থোইদোক হেন্দোক্লা মাগী অপোকপা মপাবুং - ধর্ম্ম চেল্লবা পূন্নমক্লা ঈকাই খুম্নরিবা মীশক্ । মাগী অপোকপা মপাবুং মতীক চাবা মীশকনি ; ঈংই, তপই, চীং লেমই । মহাক অফবা মখলগী পুন্সি অমা লেল্লি: মহাক্লা ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙ পূন্নমক্ মমল য়ামই, মতম লৈবা খিবিক্তা অফবা অৱাংবা ৱাখল ঙাক্তা খল্লি তৌইগুম্বসুং অসুক য়াম্না খঙলবা মহাক অসিবু তশেংনা অপেনবা পুন্সি অমা ফংলব্রা, মাগী থম্মোয়দা শান্তি লৈরবরা ? মহাক মশামকসু মখা তানা থিরিবা, পেনবা ফাওদ্রিবা মীশক অমা নত্তবরা ? মহাকসু পোত্থাবা লৈতনা মখা তানা থিরিবা নত্রা - কোকহনবা ঙমদ্রবা ইখৌলাংবা অমগা লোয়ননা শেংলবা ঈফুৎ অদু তম্না,

লাইরিক লাইশু পাদুনা, যজ্ঞশিংদা শরুক য়াদুনা, ব্রাহ্মনশিংগী সভাদা য়াওদুনা - অদুগুম্বা অমকপা য়াওদ্রবা মহাক্কুম্বা অমনবু মাগী পাপ ময়াম অসি চামথোক্কগা মশা অসি শেংনা লৈনবা নিতিগী নৌহৌননা অমূক হোৎনবা অসিবু দরকার ওইব্রা ? মাগী হকচাং মনুংদা আত্মা লৈতবরা ? মীপূম খূদিংনা পূম্নমক্কী হৌরকফম মরু অসি মশাগী হকচাং মনুংদা থিজগদবনি, মশাদা য়াওগদবনি । অদূনত্তবা মখৈদি - অদুক থিবা হায়বদুনি, নাকোয়ননা চৎপনি, অরানবনি । পূম্নমক অসি সিদ্ধার্থগী ৱাখলনি, মসি মাগী খৌরাংবনি, মাগী অৱাবসি মসিনি । ছন্দোগ্য উপনিষদতা য়াওবা ৱাহৈ অমা মহাক্কা য়াম্না তোয়না মথন্তা শোঞ্জে, 'অশেংবমক্ ব্রহ্মগী মমিংবু সত্যম কৌই । তশেংনা হায়রবদা, মসিবু মশক খঙলবা মীওই অদু নোংম-নোংমগী স্বর্গগী লমদা খোঙ্ থাংজিল্লবনি' । য়ৌরবোই তত্তনা নীংহল্লি - স্বর্গলোক হায়বদু, তৌইগুম্বসুং কৈদৌঙৈদসু য়ৌবদি মহাক্কা ঙম্লমদে, মাগী খৌরাংবগী পন্থুং অদুদি খক য়ৌবা ঙম্লমদে। অদুগা মানা মশক খঙবা জ্ঞানীশিং - মখোয়গী পাউতাক কয়া তাবদা মঙোন্দা অপেনবা ফাওখিবা - মখোয়শিংদুগী মনুংদা কনামত্তনসু স্বর্গলোক য়ৌবা ঙম্মখদে-মতমচুপ্পদা খৌরাংবা অদু পূমকোক কোকপা য়াওখিদে ।

'গোবিন্দ', সিদ্ধার্থনা মাগী মরূপ্তা হায়রকই । 'গোবিন্দ, খোংনাং পাম্বী অসিগী মনাক্তা চৎসি লাউ, ঐগা । ঐখোয়নি ধ্যান তৌরুসি' ।

মখোয় অনি খোংনাং পাম্বী তানা চৎলগা - খোঙকাপ কুন লাপ্পনা ফম্নরমই । মহাক্কা ফমথরগা 'ওম' হায়না শোনগে হৌগৎলকপদা, সিদ্ধার্থনা খোঞ্জেল মেঙনা শ্লোক অসি থীরমই :

> 'ওমনা লীরূংনি, আত্মানা তেঞ্জৈনি
> ব্রহ্মনা তেন অসিগী পান্দমনি
> পূম্নমক্কা হনবা নাইদনা মসিদা পান্দম লাক্কি '।

ধ্যান তৌবগী চঙফম থোকপা তঙাইফদবা মতম অদূ লোইরবা তুংদা, গোবিন্দনা হৌগৎলক্রমই । মতমদু সন্ধ্যা য়াচঙবগী তাঙ্গা ওইরে । নুংথিলগী

স্নান তৌবা মতম ওইরমই । মহাক্না সিদ্ধার্থবু মমিং পন্দুনা কৌরমই ; মহাক খুমদে । সিদ্ধার্থনা ৱাখল অমদা উংদুনা ফল্লমই; থাপখ্রবা পন্থুংফমগুম্বা অমদা মীৎয়েং থল্লগা মাগী মমিৎ অনি অদুনা কৃপ্তুনা য়েংলি, ময়া মরক্তা মাগী মরৈ মতোন অদু হাইরপ উবা ফংই । মহাক নুংশা স্বর হোন্দবদৌনা তৌই । 'ওম' হায়বা মন্ত্র অসিবু থমোইদা কোল্লগা, মাগী আত্মানা তেঞ্জেগী মতৌগুম্না ব্রহ্মদা ওনশীল্লগা ধ্যানদা লূপতুনা মহাক্না মতৌ অসুম্না ফমদুনা লৈরমই ।

নোংমা সামান খর সিদ্ধার্থগী সহর অদু ফাওদুনা চৎখিরমই । য়ুমলিংদবা কোয়না চৎপা লম্বোইবশিংনি - ময়াঙ কংলবা, মল্লবা মখোয় অহুমনি, থোইনা অহল ওইবসু নত্তে নহামকসু ওইদ্রে, উফুল-উনাই তৈরবা মরেংজুম অদু ঈ ওরো ওরো থোক্লি, মশাদা ফি অমত্তা থোংদ্রবগুম্বনি, নুংশাগী মৈশানা চাকথেল্লবা - মী অমত্তা শম্নদবা, ময়ামদগী পূমতোং-তোঙানবা, নকশীন্নসি য়াদবা - মী মরক্তদি লৈবা য়াঙ্গংবা লম্হুই কাঙলুপনি । অখাক্পা লৈতনা কখোকপা, মীওইববু সেবা তৌনীংবগী ঈখৌ লাংবা অমসুং মাগী হকচাং অসি করিসু নত্তে খন্দোকপা - অদুগুম্বা শক্তম অমা, হেক উবমক্তা ঐখোয়দা ফাওই ।

নুমিদাংৱাইরম, ধ্যান তৌবগী মতম লোইরগা, সিদ্ধার্থনা গোবিন্দদা হায়রমই; 'মরূপ, হয়েং অয়ুক্তি সিদ্ধার্থনা সামানশিং অসিগী মনাক্তা চৎলগনি । মহাক সামান অমা ওইখ্রগনি' । ৱাহৈশিং অদু তাবদা গোবিন্দগী শকফম অদু তাইফেৎ তাইশিল্লমই অমসুং লীরুংদগী কাপথোরক্লবা তেঞ্জে অমগুম্না হনবা নাইদ্রবা পূক্লিংগী ফিরেপ অদুনা মাগী মরূপকী মায়থোংদা তাবা উরমই । গোবিন্দনা মাগী মরূপকী শকফমদু হেক উবমক্তদা ভাব তারে - মসিনা অহানবা খোঙথাংনি, সিদ্ধার্থনা মাগী অপাম্বা লম্বীদা খোঙদাগদৌরে; মাগী মরায়বক করি ওইরক্কদৌরে হায়বা খঙগদৌরে অমসুং মাগী লাইবক্কা লোয়ননা মহাক্কীসু (গোবিন্দ) লেপকদৌরে । মরম অদুনা মহাক্কী শকফমদু লফোই মকু অকংবা মান্না তাইফেৎ তাইরমই ।

'হে সিদ্ধার্থ', মহাক্না কপ্পুনা হায়রকই, 'নঙবু পোকপা নপাবুংনা মদুবু য়ারক্কদ্রা' ? তূম্বদগী মীকপ থোকপদা ঙায়রিবা অমগুম্না সিদ্ধার্থনা মঙোন্দা য়েংলমই । নোংথাঙগী মতৌগুম্না খূদক্তা মহাক্না গোবিন্দগী মপূক্রিংদা খল্লিবা ৱাখল, মাগী লাঙতক্নবা চিংনবা - লোইনা খঙলমই ।

'ৱা ঙাঙনদুনা মতম মাঙহল্লনুসি, গোবিন্দ', মহাক্না য়াম্না তপ্না হায়রকই, 'হয়েং নোং ঙাল্লকপদগী ঐহাক সামান অমগী পুন্সিদা খোঙদারগনি । ঐখোয়'নি ৱাফম'সি অমুক হন্না মখা ঙাঙনরনুসি' ।

সিদ্ধার্থনা, মাগী মপাবুংনা লীমোন ফক অমগী মথক্তা ফমদুনা লৈরিবা কাদুদা চঙখিরমই । মানা চঙশীল্লগা, মপাগী তুং ওইরপ লেপ্তুনা, মপানা মহাক লাক্লে হায়বা খঙ্দ্রিবা ফাওবা ঙাইদুনা লৈরমই । 'সিদ্ধার্থ নত্রা', ব্রাহ্মন অদুনা হায়রকই, 'করিনো নঙনা হায়নীংলিবদু হায়রো'

সিদ্ধার্থনা হায়রকই : 'নহাক্কী অয়াবা লৌজরগা, ইপা ইবুংঙো, হয়েংদগী হৌনা নহাক্কী য়ুম অসি থাদোক্লগা, ঐহাক লম্বোইবশিং অসিগী তুং ইনখ্রগে হায়না নঙোন্দা হায়বা লাকপনি । ঐহাক সামান অমা ওইবা পামজরে । ঐনা চেৎনা থাজে, পাবুংনা মসিদা অয়েৎপা লৈবিরোই হায়না' ।

ব্রাহ্মন অসিনা কয়াগী মতীক্ শাংনা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা তূমিন্না লৈখিবগে হায়ববু - কা অদুগী অচীকপদু থুগায়দ্রিঙৈদা, থৱানমিচাকশিংনা মাগী থোঙনাও মচা অদুগী মপা লাম্থোকখিদুনা মখল মখলগী শক্লোন ওনখিরমই । মাগী মচানীপাদু মপাম্বোম অদু কোনশীল্লগা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা তূমিন্না লেপ্তুনা লৈরমই । মাগী অপোকপা মপাসু, ৱা ঙাঙদনা লেঙদনা ফক্ মথক্তা ফমদুনা লৈ - থৱানমিচাকশিংসু অতিয়া লান্না পাইখিরমই । অদুদগী মপানা হায়রকই, 'ব্রাহ্মন অমনা অয়াকপা অশাউবা ৱাঙাঙ ঙাঙবা হৌনদে অদুবু ঐগী থম্মোয়দা পেন্দবদি ফাওরে । ঐ নঙোন্দগী অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি অনীরক হন্না তাবা পামদে' । ব্রাহ্মন অদু তপ্না হৌগৎলকই । সিদ্ধার্থনা মপাম্বোম কোনশীল্লগা তূমিন্না লৈরমই ।

'করিগী ঙাইরিবনো'?, মাগী মপাবুংনা হংলকই । 'করিগীনো হায়বা ইপাইবুংঙোনা হেন্না খঙলবনি', সিদ্ধার্থনা খূন্নমই ।

মাগী মপাবুংনা শাউনা কা অদু থাদোক্কুনা চৎখিরমই অমসুং মাগী ফমুংদা হীপথরমই । পূং অমা হৌখরে, তূমথবা য়াদ্রে; ব্রাহ্মন অদুনা হৌগৎলমই, হঙ্গৎ-হন্দা চৎলমই অদুগী তুংদা যুম মনুংদগী মপাল থোরক্লমই । মহাক্না কা অদুগী থোঙনাউ মচা অদুদা য়েংশিল্লমই অমসুং সিদ্ধার্থনা মপাম্বোম অদু তাশীল্লগা লেঙদনা লেপ্লিবা অদু উরমই । মাগী অমনবা ফীজোল অদুনা ফর-ফর হাইবা অদু উরমই । মহাক মপূক্লিং লাঙলমই । মপাদুনা হঞ্জিল্লক্লুনা ফমুংদা অমূক চঙলমই ।

পূং অমসু অমুক হৌখিবগা লোয়নননা ব্রাহ্মন অদুনা তূম্না য়াদ্রদুনা অমুক হৌগৎলমই, হঙ্গৎ-হন্দা চৎলমই, মপান্দা থোরকই, থা থোরক্লল্লে হায়বা উরমই । মহাক্না থোঙনাউদা য়েংশিলমই । সিদ্ধার্থগী হকচাংদুদা থাবনগী মঙান্না য়ৈরগা মপাম্বোম অনিদু তাশীল্লগা লেঙদনা যুংদুনা লৈবদু উরমই । মহাক মপূক্লিং লাঙতক্লরমই, মপাদু ফমুংদা চঙখিরমই ।

মহাক পূং অমা লৈরগা অমুক লাকই, পূং অনিগী মতুংদসু অমুক। সিদ্ধার্থবু উরমই - থাবলগী মঙালদা, থৱানমিচাক্কী মঙালদা, অমম্বদা লেঙদনা লেপ্তুনা লৈবদু । মহাক ৱা অমত্তা ঙাঙদনা অমুক হল্লক্লমই; পূংজা খূদিংগী কা মনুংদা য়েংলমই; মহাক্না লেঙদনা লেপ্তুনা লৈবদু উরমই । মাগী থম্মোয় শাউনীংবা, লাঙতক্লবা, অকিবা অমসুং অৱাবনা থুমহৎলমই ।

অদুদগী অহিং মমৈ ওইরকপা, নোংদি ঙানফাৎত্রিঙৈদা মহাক অমুক হল্লকলমই অমসুং কা মনুংদা চঙলমই, অদুগা পাখং অদুনা মফমদুদা লেপ্লিবা অদু উরমই । মহাক্তু মরেপ ৱাং-চাউবা অমসুং কনাগুম্বা শকখঙ্দবা মীতোপ অমগুম্না মঙোন্দা ফাওরমই ।

'সিদ্ধার্থ, নঙনা ঙাইরিবসি করিগীনো' ? মহাক্না হায়রকই ।

'করিগীনো হায়বা পাবুংনা খঙলবনি' ।

'নঙ নোংঙানদ্রিবা ফাওবা, নুমিৎ য়ুংবা ফাও, নুমিদাংৱাইরম য়ৌরবাফাওবা অদুম লেপ্তুনা ঙাইদুনা লৈদৌরিব্রা' ?

'ঐ লেপকনি অমসুং ঙাইগনি' ।

'নঙ চোকথরক্কনি সিদ্ধার্থ' ।

'ঐ চোকথরক্কনি।'

'নঙতূমথরক্কনি, সিদ্ধার্থ' ।

'ঐ তূমলোই' ।

'নঙ শিদনা তোক্কনি' সিদ্ধার্থ

'ঐ শিগনি' ।

'অদুদি নঙ্ নপানা হায়বা ইনবগী মহুৎত্তা শিবনা ফব্রা' ?

'সিদ্ধার্থনা মতম চূপ্পদা মপানা হায়বা ইন্দুনতা লাকখি' ।

'অদু ওইরবদি নঙনা নীংলিবা অদু থাদোক্লনি' ।

'সিদ্ধার্থনা মাগী মপানা হায়বা অদু ইনগনি' ।

নোং ঙাল্লকপগী অহানবা মঙালনা কা মনুংদা ফাওজীল্লকলমই। ব্রাহ্মন অদুনা উরমই - সিদ্ধার্থগী মকমলাক অদু হায়ফেৎ নীকপা, অদুবু মাগী মায়থোংদদি নীকপা ফাওরমদে; মাগী মীৎয়েং অদু অথাপ্পদা থল্লি। অদুদগীদি মপাদু ভাব তারে - সিদ্ধার্থ মাগা লোয়ননা য়ুমদা কৈদৌনুংদা অমুক হন্না লৈমিন্নসি য়াররোই - মহাক্তি মাবু থাদোকপা হৌখ্রবনি। মপানা সিদ্ধার্থগী মরেংজুমদা পায়রমই। 'নঙ উমংদা চত্তুনা সামান অমা ওইরুরো, য়ারে', মহাক্রা হায়রকই । 'করিগুম্বা নঙনা উমংদা থমোইগী অপেনবা অমসুং শান্তি ফংবা থোক্লবদি, নঙ ঐগী ইনাক্তা অমুক হল্লকতুনা ঐবু তম্বীরো লাউ। করিগুম্বা নঙনা নীংবা কায়বা থোক্লবদি, অমুক হন্না হল্লকখো; ঐখোয় অনি পূন্না ঈশ্বরগী পূজা, যজ্ঞ চৎমিন্নসি । হৌজিক্তি চৎলো, নমাবু অমুক্তং চূপ্লমউ অমসুং নঙনা চৎলিবসি কদাইদনো হায়বদু খঙহল্লমউ। ঐদি হৌজিক তুরেলদা কূমদুনা স্নান তৌবা লাইশোন শোনবা মতম য়ৌরে'।

মানা মচানীপাগী মরেংজুমদগী মখুৎ অদু লৌথোক্লমই অদুদগী মপান থোকখিরমই। সিদ্ধার্থনা মখোঙ্ থাংগে তৌরকপদা মশাদু হাইরমই। মহাক্লা মশাবু ফাথজরগা মপানা হায়রম্বা অদুমক্ পাঙথোক্লবা মমাগী মনাক্তা চৎখিরমই।

শজীং হৌরবা মখোঙ্ অনি অদু থাংলদুনা, নোং-হেক ঙাল্লকপদা, মতমদু ফাওবা তৃমখুল তাল্লিবা সহর অদুদগী লাপথোক্লকপা মতমদা, খ্বায়দগী অরোইবদা লৈবা মতাই ইথং থংবা খাংপোকশঙদুদগী, মশক নীংথিনা লাকশীনবা ঙমদবা মমি-শামি ওইনা তৌবা শক্তম অমা পাকথদুনা থোরক্লগা তীর্থ যাত্রী অসিগী খোঙচৎত্রা শরূক য়ারমই। মদু গোবিন্দনি।

'নঙ লাক্লে', সিদ্ধার্থনা হায়রমই অমসুং মোমোন তৌরমই।

'ঐ লাক্লে', গোবিন্দনা খুমই।



# সামানশিংগা লোয়ননা

নুমিৎ অদুমক্কী নুংদাংরাইরমদা মখোয়না সামানশিং অদুবু তানবা ফংলমই অমসুং মখোয়গী মরক্তা তিঞ্জরগে অমসুং মখোয়গী নিতি নিয়মগী মখাদা লৈজরগে হায়না মখোয়দা হায়জরমই। মবানিনা হায়জবদু য়াবিরমই।

সিদ্ধার্থনা মখ্বাংদা খূদৈ মচা অমগা ব্রাউথাংনবা ইন্নফি অমত্তং খাকহৌরগা, মানা শেৎলি-চারিবা ফীজোল পূম্নমক লম্বীদা ব্রাহ্মন অমগী মফমদা লোইনা দান তৌথোক্লমই। মহাক্না নোংমদা চরা নামতমক চারমই অমসুং অদুগী মতুং তারকপদনা চাক থোংবা পূমলেপ লেপখিরমই। মহাক্না নুমিৎ তরামরিনি চরা হেল্লি। অমুক নুমিৎ কুননিপাননি চরা হেল্লি। মখজাই অমসুং মখোঙদগী মাগী তোংশা পূম্বা অমত্তা য়াওশীল্লক্ত্রে। মাগী পোমখৎলবা মমিৎ অদুনা পোৎশক ময়াম অমা মশেন-মরাং উরক্লি। মাগী কংলবা খূৎশাশিং অদুদা খূজিল শাংজিল্লকলমই। মাগী মখজাইদা মকোই চপ-চপ তিংনা হৌগৎলক্লমই। নূপী উবা মতমদা মাগী মীৎয়েং অদু শুকই; মফি মরোল নীংথিনা শেৎ-চাবা মী কূংবা সহর অমা ফাওদুনা চৎপা মতমদা তৃক্কচবনা মচীন উমশীল্লমই। মহাক্না উরমই কারবারব্রালাশিংনা পোৎ য়োল্লিবা, নিংথৌ মচাশিংনা শাদানবা চৎলিবা, অশি-অনা নংলবা কয়ানা তেংথা নাওইদুনা কপ্লিবা, বেশ্যাশিংনা মশাবু য়োল্লিবা, ডাক্তরশিংনা অনাবা সেবা তৌরিবা, পুরোহিতশিংনা ফৌ হুনবগী অফবা মতম লেপ্লিবা,

নুংশিনবশিংনা হকতিন্নরিবা, মমা কয়ানা মচা কপ্পা থেল্লিবা - পূম্নমক অসি মীৎচিনা ফাওবা য়েংবদা কান্নদবা ঙাক্তনি; পূম্নমক মীনম্বনি, মীনম্বগী মনম্না নমথীরে; পূম্নমক অসি ইন্দ্রিগী, ফজবগী নুংঙাইবগী মিত্রং ঙাক্তনি। পূম্নমক নোংমদি লোইনা মাঙখিগদবা ঙাকনি। সংসার অসি খারে। পুন্সি অসি অৱাবগী মশক্নি।

সিদ্ধার্থগী অমত্তা ঙায়বা পান্দমদি-মশা অসি পূমহাঙ হাঙহনবা - খৌরাংবা, অপাম্বা, নুংঙাইবা অৱাবা অমত্তা য়াওদনা পূমহাঙ হাঙবা শম্না হায়রবদা 'ঐ' হায়বা পোৎশক অসি মাঙহনখিবা অসিনি। 'ঐ' হায়বদু অমুক হন্না ওইদ্রবা করিমত্তা য়াওদ্রবা, পূমহাঙ হাঙলবা থম্মোই অমগী অইংবা শান্তি, অশেংবা ৱাখলগী জ্ঞান ফংজবা-মদুনা মহাক্কী পন্থুংনি। 'ঐ' হায়বা পূম্নমক অদুবু মায়থীবা পীরগা মাঙহনখ্রবা, অপাম্না খৌরাংবা কামবু লাকশীন্দুনা থমখ্রবা - মতমদুদা, অরোইবা ওইনা আত্মাগী অশেংবা শক্তমদু ফাওরক্কনি; মতমদুদা (শক্তম অদুদি) 'ঐ' হায়বদু অমুক হন্না ওইররোই - মসিনি পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না থূপ্পবা অরোনবা (রহস্য)।

ৱা অমত্তা ঙাঙদনা মোং-হাদনা অইং-অশা অমসুং খৌরাংবা খাঙদুনা য়াক্লবা নুংশাগী মৈশাদা সিদ্ধার্থনা 'সুম লেপ্পসিনা মতম খ্বর লৈরগদি অশাবা অমসুং খৌরাংবা অমত্তা মশাদা ফাওজিল্লক্লে। নোং মরক্তা অমুক ৱা ঙাঙদনা তূমিন্না লেপই, নোংনা লূপ্লবা মকোক অদুদগী চেন্থরকপা ঈশিংনা - উন ওল্লবা মাগী লেংজুমদা, উন ওল্লবা মনঙ্গল অমসুং মখোঙদা চেন্থখি।

সন্যাসী অদুনা মাগী মরেংজুম অমসুং মখোঙদু ইংবা অমুক হন্না ফাওরক্লবা ফাওবা, ঈথক ইপোম লাংদনা ঈংনা চীক্লা পূক্লিং লৈতানা লেপ্তুনা লৈরমই। ৱা অমত্তা ঙাঙদনা মানা তিংখং তুম্মৌ মরক্তা পাকথরগা লীৎশিল্লমই। খোগায়রবা মহাক্কী ঊনশাদগী ঈ তপ-তপ শিন্থরমই, অশোক্পা মফম কয়াদা লায়জৌরমই অমসুং চৈনাখোল ফাওবা লেপত্রিবা ফাওবা সিদ্ধার্থনা মশাদু লেঙদনা চপ তিংনা লৈরমই। মমৈদা চৈনাখোল ফাওরক্লে ঈ থোকপা লেপখ্রে তিংখংনা থিল্লি হায়বা খঙদ্রে।

সিদ্ধার্থনা চপ তিংনা ফম্লমই অমসুং নুংশা স্বর খজিক্তমক হোনবা, স্বর খরদমক হোল্লগা হিংনবা, স্বর হোন্দবা তম্লমই।

স্বর হোঞ্জিনবা মতমদা মহাক্না মাগী থম্মোইগী হুল্লিবা মিহুল অদু ফাথবা, মিহুল মশীং হন্থহনবসিনা মমৈথঙদা খরদমক হোনবা অমসুং অরোইবদদি শুকহোন হোন্দবা ঙম্বা ফাওবা সাধন তৌরমই।

সামানশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী অহল অমনা তাকপীবা মতুং ইন্না, সামানশিংগী নিতি-নিয়ম ঙাক্তুনা হকচাং অসি ঐগী নত্তে খলহনবা অমসুং ধ্যান তৌবা হৌগৎলমই। উরোক অমনা ব্রাপল মথক লান্দুনা পাইরকই অমসুং সিদ্ধার্থনা উরোক অদু মাগী আত্মা মনুংদা চিংশিল্লমই অদুগা চীংজাও অমসুং উমং লান্দুনা পাইরমই, উরোক ওল্লমই, ঙা চারমই, উরোক অমগী অব্রাবা খাওলমই, উরোক্কী মরোল লোল্লমই অমসুং উরোক্কী মীশি শিরমই।

লমহুই অশিবা অমা তোর্ব্বানগী লৈঙোইথক্তা তাদুনা লৈরমই অমসুং সিদ্ধার্থগী আত্মানা শা অশিবদুগী মশা মনুংদা চঙশীল্লমই, মহাক লমহুই অশিবা অমা ওল্লে, তুরেল খোঙবান্দা তাদুনা লৈরে, মবুক্তু কামখৎলে, মনম নমথিরে, পুম্মে, 'হায়েনা' ময়াম লাক্তুনা শেগায়রে মচেৎ মচেৎ তারে, লঙজানা খূনখ্রে, শরূ পোলাং ওল্লে, উফুল ওল্লে, অহাঙবা অতিয়াদা তিনখ্রে । অদুদগী সিদ্ধার্থগী আত্মাদু হল্লকলে, শিরে, পুমথরে লৈবাক ওল্লে, অব্রাবনা থল্লবা পুন্সিগী চক্র অসি মশক খঙলে।

শাদানবা অমনা লৈকুৎ অমদা লুমদুনা শা ঙাইবগুম, অতোপ্পা ব্রাখল কয়াসু মহাক্না ঈখৌ লাংলমই - পুন্সিগী খোঙচৎ অসি কদাইদা লোইবা, থোক্লিবা থৌদোক পূম্নমক অসিগী পোলোইনা কদাইদা অমসুং অব্রা-অনাগী চৈনাখোল ফাওদ্রবা পুন্সি অমা করম্না লেনবা? মহাক্না মাগী ইন্দ্রিপূম্বা লাকশীল্লমই, মহাক্না মাগী নীংশিংবগী পাঙ্গল অদু মাঙহল্লমই, মহাক্না 'ঐ' হায়বা পোৎশক অসিদগী তোঙান্না চোংথোক্লগা শক্লোন লীশিং ওল্লমই। মহাক্না অমুক শা, শা অশিবা, নূং, উ, ঈশিং ওই অমসুং তৎত্তনা অমুক হেক্তা মীক্‌প থোকই। নুমিৎ থা থোরকই মহাক অমূক হন্না 'ঐ'

হায়বা অদুদা হঞ্জিল্লমই অমসুং পুক্সিগী চক্র অসিদা লাক্কুনা লংশিল্লি, খৌরাংবা ফাওই, খৌরাংবদু কোকহল্লি, খৌরাংবা অমমুক নৌহৌননা ফাওরকই।

সিদ্ধার্থনা সামানশিংদগী জ্ঞান কয়ামরুম ফংলমই; মহাক্না 'ঐ' হায়বসি কাউথোক্লবা লম্বী মখল কয়া হৈরমই। মশা মথন্তনা অৱাবা খাঙদুনা, চৈনাখোলবু জয় তৌদুনা, অরাম্বা খৌরাংবা অমসুং চোকথবগী চৈনাখোল কয়া মহাক্কী মশাদা মথন্তা পীজরগা, মীওইবগী হকচাং অসি করিমত্তা কান্নদবনি হায়বসি প্রমান পীনবা লম্বীদা চঙশীল্লমই । মহাক্না হকচাং অসিদি করিসু নত্তে, কান্নদবনি হায়বা পরিং অসি ধ্যান তৌদুনা ৱাখল পূম্বা লেপহন্দুনা থমোই অসি পূমহাঙ হাঙহন্দুনা অমুক য়েংই। মসিগী পরিং অসিদা অমসুং অতৈ অতোপ্পা মখল কয়াদা চত্থবা মহাক্না তন্নমই।

মহাক্না মশাবু পূমকাউ কাউথোকচবা, মাগী 'ঐ' হায়বদু লীশীংলক হন্না কাউথোক্লমই অমসুং নুমিৎকয়ানি মরূম চূপ্পা পূমহাঙ হাঙনা অমুক লৈরমই। তৌইগুম্বসুং মহাক্না চত্থরিবা সাধনা অদুনা মশাবু কাউথোকচবা ঙম্লবসু, মমৈথঙ্দদি অদুদা অমুক হেক্তা হঞ্জিল্লকলমই । সিদ্ধার্থনা 'ঐ' হায়বা অদু থাদোক্কুনা লীশীংলক হন্না চেল্লবসু, পূমহাঙ্-হাঙ্না লৈরবসু, নূং অমসুং শাগী মনুংদা চঙ্দুনা লৈরবসু, অমুক হঞ্জিল্লক্কুনা হান্নগী ফিভম অদুদা পোপ হেক্তা তাই; মহৌশাগী মতৌগুম নুংশাগী মৈশাদা থাবলগী মঙান্দা, উরুমদা নোং মরক্তা হঞ্জিল্লক্কুনা 'ঐ' অমসুং সিদ্ধার্থ ওল্লকই; অমুক হন্না সংসারগী অৱাবগী চৈনাখোল ফাওরকই।

মাগী মনাক্তা মহাক্কী মমি গোবিন্দ লৈরি - মানা চৎলিবা লম্বী অদুদা মখোয়নি পূন্না চৎমিন্নরি - মানা হোৎনবগুম মহাকসু হোৎনরি। মখোয়নিগী সাধনা অদুগা মরি লৈনবা তঙাইফদবা ৱা খর নত্তনা মখোয়নি ৱারী পঙশা-শানদে। করিগুম্বা মতমদা, মখোয়নিগী অমসুং ওঝাশিংগী চানবা খুলদা চত্তুনা পূন্না ভিক্ষা নিবা চৎমিন্নে।

অসুম্না ভিক্ষা চৎপা নুমিৎ অমদা সিদ্ধার্থনা হংলমই, "করি খল্লি, গোবিন্দ ঐখোয়নিসিবু খরা হেন্না খূমাঙ্ চাওশীল্লবরা ? ঐখোয়না য়ৌগে তাল্লিবা পন্থুংফম অদুবু য়ৌরবরা' ?

গোবিন্দনা খুল্লকই, 'ঐখোয় খর-খরদি খঙঙে; মখা তানা তম্বা লেপত্রি। নহাক য়াম্না মমিং লৈবা সামান অমা ওইরগনি, সিদ্ধার্থ। তৌফম থোকপা হৌনবী নিয়ম পূম্বা নহাক য়াম্না মমৃৎ-তানা খঙলে। তৌফম থোকপা য়াত্তুনা থল্লবা খোঙ্থাং পূম্বা নহাক য়াম্না থুনা হৈরে। সামানশিংগী লূচিংবা অহল অদুনা নঙবু তোয়না থাগৎপগী ব্রা ঙাঙ্ই। নোংমদি সিদ্ধার্থ নহাক শেংলবা সন্যাসী অমা ওইরগনি'।

সিদ্ধার্থনা হায়রকই : 'ঐদি মদু ওইগদবা মান্দে, মরূপ। ঐনা ঙসিফাওবা সামানশিং অসিদগী ফংলিবশিং অসিদি ধর্ম্মশালা অমদগী নত্রগা ওক্তবী বেশ্যা অমগী কাদগী নত্রগা লায়না পল্লবশিং অমসুং জুব্রারব্রালাশিং অমদগীনা হেন্না লায়না অমসুং মতম চঙ্দনা তম্বা য়াগনি'।

গোবিন্দনা হায়রকই : 'সিদ্ধার্থনা ফাগী তৌরিবনি। ধ্যান তৌবা, স্বর হোন্দবা তম্বা, মশাদা অরাম-খৌরাংবা অমসুং অনাবা ফাওহন্দবা - মসি পূন্নমক অসিবু তোল্লবা লৈখা তারবশিং অদুদগী করম্না নহাক্না তমগদৌরিবনো'?

মদু তাবদা সিদ্ধার্থনা য়াম্না অতপ্পা খোঞ্জেলদা, - মশা মথন্তা শোঞ্জবদৌনা - হায়রকই : 'ধ্যান তৌবা হায়বসিবু করিনো ? হকচাং অসিবু কাউথোকপা হায়বসিনা করিনো? চরা হেনবা হায়বসি করিনো? স্বর হোন্দবা তম্বা হায়বসি করিনো? মসিদি 'ঐ' হায়বা অদুদগী থাপ্পা চেনবনি; 'ঐ' হায়বা অসিনা মতমচূপ্পা ওৎত্তুনা লৈবা অদুদগী ঙহাক থৈদোকপতনি। মসিদি পুন্সিগী অব্রাবা অমসুং মায়াদগী ঙহাক কাউনবা গুলি অমা চাবগুম্বনি। ষন গাড়ীব্রালাসু মীথুংশঙ অমদা থুংলগা হিদাক চাদুনা, য়ু নত্রগা য়ুবী মহি থক্লুনা ঙহাক অব্রাবা কোক্লবা 'সিগা চপ মান্নবা হোৎনৈ। মিকুপ অদুদা মহাক্ মশানা মশাবু পূমকাউ কাউথোকই -

পুন্সিগী অৱা-অনা অমত্তা ফাওদে, ঙহাক্কী ওইনা পূমকোক্ কোকই। সিদ্ধার্থগা গোবিন্দগনা মতম শাংনা সাধনা তৌরগা ফংলকপা, হকচাং অসি থাদোক্লগা থমোই অসি পূমহাঙ হাঙ্না থম্বা অমসুং ঙসি ঐখোয়নিনা ওইরিবা ফিভম অসিদি মহাক্না য়ু গিলাস অমা থকচীল্লগা তূমশীনখিবা মতমদা ইরায়-লায়না ফংবা ঙম্ই’।

গোবিন্দনা হায়রকই : ‘মরূপ নঙ্না অদুম্নদি হায়রে হায়ববু নঙনা চপ চানা খঙ্ই, সিদ্ধার্থ অচম্বা ষনগাড়ীৱালা নত্তে অমসুং সামান অমা হায়বসিদি য়ু ঙাওবা মী নত্তে। য়ু থকপা মী অমনা, চুমই ঙহাক কাউথোকপা ঙমই। অদুবু মাগী ঙহাক্কী মঙ্ অদুদগী য়াম্না থুনা মঙ্ফাওনরকপা মতমদা হান্নগী ফীভম অদুদা হেক্তা হঞ্জিল্লকই। মহাক শিংবা করিমত্তা হেনগৎত্তে, জ্ঞান অমত্তা ফংদে মহাক্না খজিক্তা ফাওবা হেন্না ৱাংনা কাখৎপা ঙমদে’।

মোমোন নোকপা মায়থোংনা সিদ্ধার্থনা খুল্লমই: ‘ঐ খঙদ্রে। ঐ অমুক্তসু য়ু ঙাওদ্রি। অদুবু সিদ্ধার্থ ঐনা, ঐগী ধ্যান অমসুং সাধনাদা ঙহাক অপেনবা ফাওরগসু তশেংবা জ্ঞান অমসুং মুক্তি হায়বা অদুদগীদি, শিয়োমনুংগী নাৱা অমগুম, য়ৌগদবা য়াম্না ৱাৎলি হায়বসি, গোবিন্দ, ঐ ইশানা খঙ্জে।’

অতোপ্পা নুমিৎ অমদা, সিদ্ধার্থনা গোবিন্দগা লোয়ননা, মখোয়গী ওঝাশিং অমসুং সন্যাসী গুরু ভাইশিংগী চানবা উমং অদু থাদোক্তুনা ভিক্ষা নিবা চৎলমই। সিদ্ধার্থনা ৱারী শাবা হৌরকই : “গোবিন্দ ঐখোয়নিনা থাংজিল্লিবা খোঙ্থাং অসিবু মায়ওন চুমলিব্রা ? ঐখোয় জ্ঞান তানশিনবা হেনগৎলব্রা ? ঐখোয়বু মুক্তি ফংগদবা কুইশিল্লক্রবরা ? চক্র অসিদগী নাম্থোক্কে হোৎনরিবা ঐখোয়নিসিবু চক্র অসিমক্তদা উরু উরু লৈশীন্দুনা লৈরব্রা” ? গোবিন্দনা খুল্লকই : “ঐখোয় পাড়া ফনা য়াম্না ফারবনি, সিদ্ধার্থ। হৌজিক ফাওবদা তমগদবা য়াম্না ৱাৎলি। ঐখোয় উরু উরু লৈশিন্দুনা খক লৈবা নত্তে; ঐখোয় মাঙদা চঙশীল্লিবনি। মসিগী লম্বী অসি লৈখোম লৈনাং থক্তা কাবনি; হৌজিক ফাওবদা ঐখোয় থাক কয়ামরূম কাখৎলবনি”।

সিদ্ধার্থনা খুন্নকই: 'নঙনা 'সুম খনবদা, ঐখোয়গী খ্বায়দগী অহল ওইরবা সামান - ঐখোয়গী মতীক চারবা গুরু অসি, মশাগী চহি কয়া শুরম্লগনি''?

গোবিন্দনা হায়রকই: 'ঐনা খনবদা, খ্বাইদগী অহল অসি চহি হুম্ফুরোম রোম শুরম্লগনি' ।

মদু তাবদা সিদ্ধার্থনা হায়রকই: ''মহাক চহি হুম্ফু শুরে অদুবু নির্ব্বান' ফংদ্রি। মহাক চহি হুম্ফুতরা অদুদগী মরিফু শুরক্কনি ঐখোয় অনিসু মহাকতৌনা অমুক অহল ওইশিল্লক্কনি; নিয়ম কায়দনা সাধন তৌগনি, ধ্যান তৌগনি, চরা হেনগনি অদুবু ঐখোয় নির্ব্বানদি ফংলোই - মহাকসু ঐখোয়'নিসু, গোবিন্দ। ইশানা ইশাবু মীনমজনবা - মরূ ওইবা পোৎশক অদুদি নত্তবা - চালাক কয়ামরূম হৈরে। অশেংবা লম্বী অদুদি ঐখোয় ফংবা ঙমদ্রে'।

'অদুগুম্বা তু-মান চুংবা ৱাহৈশিং অদু ঙাঙগনু সিদ্ধার্থ', গোবিন্দনা হায়রকই। 'নঙনা করম্না হায়রিবনো অসুক য়ামখ্রবা জ্ঞানীশিং, ব্রাহ্মনশিং, অচুম্বা থিরিবা মীওয় কয়া, নুংগী পুন্সি অসিবু মশক খঙগে তাল্লিবা, অসুক য়ামখ্রবা সাধুশিং অসিগী মরক্তা কনামত্তা অচুম্বা লম্বী অদু ফংলরোই হায়রিবসিবু নঙনা করম্না হায়রিবনো' ?

অদুতাবদা সিদ্ধার্থনা অৱাবা অমসুং করেম্নবা খোঞ্জেলদা য়াম্না ঈংনা, হাইরপতি নুংঙাইতনা ফাগী ওইনা হায়রকই, 'গোবিন্দ, নঙগী মরূপ অসি, নহাক্কা লোয়ননা পূন্না চথমিন্নরক্লিবা সামানশিংগী পরিং অসি অথুবা মতমদা থাদোক্লগনি। ঐ খৌরাংবগী মৈচাক্লা চাক্লে, গোবিন্দ, অমসুং সামানশিংগী শাংলবা লম্বী অসি চৎলকপদা ঐগী খৌরাংবা অসি ময়েং তাহনবা ঙমদ্রে। মতম চূপ্পদা ঐহাক জ্ঞানগী ঈখৌ লাংদুনা লৈরে, ৱাহং কয়ামরূম ইশাদা মতম চূপ্পদা ফুমদুনা লৈরে। চহি মথং মথং হৌখরে - ব্রাহ্মনশিংনা তৌরিবা অসিদা ঐনা ৱাহং কয়া হংলিবা; চহি কয়া হৌখরে শেংলবা বেদশিং অসিদা ঐনা হংলিবা। মসিগী মহুত্তা, শামুগগুশিং অমসুং চিম্পাঞ্জিশিংদা হংলবসু মদুগা চপ মান্ননা ফবা, শিংবা, শেংবা ওইরমগনি।

কান্নবসু অমত্তা ফংদনা, ঐ মতম শাংনা মাঙ্‌মনখ্রে; পম্থুংফমসু য়ৌবা ঙমদ্রে - মসিদি তম্লগা থোক্কদবা নত্তে হায়বসিমতং খঙনবা হোৎনবদা । ঐনা চেৎনা থাজরে - পোৎ অমগী অশেংবা শক্তম খঙগে হায়না তান্নরকপদা - মদুদা তম্লগা খঙ্‌লোইদৌবা শরূক অমা য়াওরি। অদুনা চান্নরবা মরূপ, মফম পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা লৈবা আত্মা হায়ব'দুতনি অমত্তা ঙায়বা জ্ঞানদি অমসুং ঐনা চেৎনা থাজরে মদুদি মসিগী জ্ঞান অসিগী খ্বায়দগী চাউবা য়েক্লবদি জ্ঞানীশিং অমসুং জ্ঞানবু ফংগে তাল্লিবশিং অসিদগী হেনবা অমমুক লৈরম্লরোই'।

মদু তাবদা গোবিন্দনা লম্নীদুদা চপ লেপ্লমই অমসুং মখুৎত্তু থাংগৎলগা হায়রকই: 'সিদ্ধার্থ অসিগুম্বা ব্রা ময়ামসি ঙাঙদুনা নঙ্‌গী মরূপকী মথ্বায় নুঙাইহন্দবা তৌরনু। নঙ্‌গী ব্রাহৈশিং অসিনা তশেংনা ঐবু পূক্নিং লাঙতকনহল্লে। খল্লু, ঐখোয়না শোল্লিবা শেংলবা লাইশোলশিং, ভক্তি তৌবদা মতীক চারবা ব্রাহ্মনশিং, সামানশিং অসিগী শেংলবা পুন্সি অসিগী অর্থ করিনো ? পূম্নমক অসিবু নঙনা তম্বা অমত্তা নত্তে হায়রবদি সিদ্ধার্থ, পূম্নমক অসি করি ওইরক্কদগে, সংসার অসিদা অশেংবা পাম্বা য়াওদবা হায়বদুনা কদায়নো, করিনা অশেংবা অমসুং মমল নাইদ্রবা অতাঙবা পোৎ হায়বদু ওইগদৌরিবনো'?

গোবিন্দনা মথন্তা শোঞ্জে, উপনিষদকী শ্লোক অমা :-

'মী মহাক অদুনা নুংদা খন্থদুনা আত্মাদা লূপ্লবা মীশক অদুনা ব্রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা অশেংবা নুংঙাইবা হায়বদু মশক খঙই'। সিদ্ধার্থ তুমিন্না লৈখ্রে। গোবিন্দনা শোনখিবা মন্ত্রগী মরোল অদু কুইনা ব্রাখল খন্থদুনা লৈরমই।

তশেংবনি, সিদ্ধার্থনা মকোক অদু নোম্থদুনা লেপ্লগা ব্রাখল তৌরকই - ঐখোয়না অশেংবনি খল্লিবা ময়াম অদু নত্তবা করি অমুক লেমহৌরিবগে ? করি ব্রাৎলিবগে ? করিবু চেকশীন্না ঙাক্লুনা থম্লবগে ? অসি হায়রগা মহাক্লা মঙক অদু নোম্লমই।

নহা অনি অসিনা সামানশিংগা লোয়ননা চহি অহুমলোম পূন্না লৈমিন্নদুনা মখোয়গী সাধনা পূম্বা অমত্তা কায়দনা চথ্‌দুনা লৈরকপা মতম অদুদা মখোয়না লীখুল কয়াদগী তোক্‌ঙা অমা তারমই। কনাগুম্বা গৌতম কৌবা মতীক মঙাল চাউরবা বুদ্ধ অমা লৈরে হায়বসি। মহাক অদুদি সংসারগী অৱা অনা পূম্নমক অসিবু জয় তৌরগা পোকপা শিবগী খোঙজেল অসি লেপহনবা ঙম্লে। মহাক্না মাগী শিষ্যশিংগা লোয়ননা, মশাগীনি হায়বা লন-থুম অমত্তা থমদনা ময়ুম-মকৈ লিংদনা, মাগী নূপী অঙাং য়াওদনা সন্যাসীশিংগী নাপু মচুগী ফি মতৎ অমা ইল্লগা - অদুবু মমায় লোংখৎভুনা - সন্যাসী অসিনা চৎলি; ব্রাহ্মন কয়া নিংথৌ কয়ানা মাবু উবদা মকোক নোন্না খুরুমদুনা মাগী তুং ইনবা শিষ্য ওইনখরে।

পাউ অসি, তোকঙা অসি, ৱারী অসি তানরে অমসুং মফম পূম্নমক্তা শীনবা থুংনা শন্দোকখরে। ৱারী অসি শানৈ ব্রাহ্মনশিংনা সহরদা, সামানশিংনা উমংদা। গৌতম হায়বা বুদ্ধ অসিগী মমিং অসি নহা পাখংশিংগী নাকোং য়ৌরকখি - খরনা ফনা ঙাঙনৈ, খরনা থীনা, খর অমনা থাগৎপা ৱাঙাঙ, খরনা অথীবা মীচৈ।

লৈবাক অমদা প্লেগ লায়নানা শন্দোরক্কুনা অৱাবা চৈথেংনরবা মতমদা, য়াম্না খঙহৈরবা - মাগী ৱাহৈ অমনা নত্রগা মাগী স্বরনা কাম্বদা অনাবা হেক্তা ফহনবা ঙম্বা নূপা অমা লৈ হায়না তারকপা মতমদা পাউ অসি লৈবাক শীনবা থুংনা শন্দোকখি অমসুং মীপুম খুদিংনা মদুগী ৱারী অদুতা ঙাঙ্‌নৈ থাজবনা কয়ানি, থাজদবসু কোঙ্গায়নি। মী কয়ামরুম অমদি পাউ অসি তাবদা খোঙ্‌লৈ থুনা জ্ঞানী, অৱা-অনা কোকপীবা ঙম্বা নুপা অদুগী খোঙ্‌গুল লীবা চৎনৈ। মতৌ অদুগুম্না, শাক্য শাগেগী অথোইবা গৌতম হায়বা বুদ্ধ অসিগী পাউনিনখোন্না লৈবাক শীনবা থুংখি। মাবু থাজবশিংনা হায় - মহাক অদুদি য়াম্না জ্ঞান লৈবা মীশকনি, মহাক্তি মশাগী হৌখিবা মপোক খঙবা ঙমই, মহাক্তি নির্ব্বান ফংলবনি অমসুং পোকপা শিবগী চক্রদা অমুক হল্লক্লরোই, মায়াগী শক্লোন পুরিবা সংসার অসিদা

অমুক হন্না চঙশীল্লরোই। মাগী মরমদা য়াম্না অঙকপা অমসুং তাবদা থাজদবা পাউ য়াম্না তারমই অঙকপা মিত্রং কয়া পাঙথোকই, ফৎত্রবা তীনমু-লাইমু জয় তৌবা ঙম্লে, লাইশিংমক্কা ৱারী শাবা ঙম্লে । মাগী য়েক্লবশিং অমসুং মহাকপু থাজদবশিংনদি গৌতম হায়বসি অতনবা শুনীংদবা মীনম্বা মী অমনি; মানা মাগী মতম অসি নুংঙাইনা লেল্লি, যজ্ঞ পাংথোকপশিংবু য়ানীংদবা তাথিবা মীৎয়েং য়েংই, লাইরিকসু হৈতে অমসুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবসু মশক খঙদে, মদুবু লাকশীন্নবসু হোৎনদে।

বুদ্ধগী মরমদা শন্দোরক্লিবা তোকঙা অসি তাবদা য়াম্না খঙনীংই, পামই, পাউশিং অসিদা শুমহৎয়াই অমা য়াওরি। শুমহৎলবা সংসার অসি অনা লোয়রে, পুন্সি অসি অৱাবা ঙাক্তা ঙায়রে। অদুবু মসিদা অনৌবা আশা অমা উবগুম তৌই, মসিদা য়াম্না নুংঙাইবা, অথোৎপা অমেঙবা, ওইরকপা য়াবা অফবা ৱাফম কয়াগী পাউজেল অমা য়াওবগুম তৌরি। মচি-মচি খূদিংদা বুদ্ধগী ৱারী অসি ঙাক্তা ঙায়রমই। ভারত পূম্বগী নহামখৈনা মাগী পাউতাক তারমই, মপূক্লিংদা খৌরাংবা অমসুং আশা পোক্লরমই। অদুগা সহর অমসুং খূঙ্গংদা লৈরিবা ব্রাহ্মনমচাশিংগী মফমদা, তীর্থ যাত্রীশিং অমসুং মশক মমিং নাইদবা মী অমনা ওইরবসু, মতীক মঙাল নাইরবা শাকামুনি অসিগী পাউ পুরকপা খূদিংবু তরাম্না ওক্লমই।

পাউ অসি উমংদা লৈরিবা সামানশিং অমসুং ময়েক্তি কয়া শেংফাত্তনা, সিদ্ধার্থ অমসুং গোবিন্দগী মনাকোঙদসু খর খর য়ৌরক্লমই - পীক্লবা ৱারী মচাশিং অদুগা লোয়ননা অনৌবা আশা অমসুং চিংনবনা থল্লবা ৱাফম কয়াসু। সামানশিং অদুগী লুচিংবা অদু অসিগুম্বা তোকঙা অসি কয়া তানীংদবা মীশক, পামদবা অমা ওইনা তৌরদনা, মখোয় অনিসু পঙ্ঙাঙ্ ঙাঙ্নদে। হায়রিবা বুদ্ধ অসি মহাক্লা তাবদা - অহানবদা সন্যাসী অমা ওইদুনা উমংদা লৈরমই; তুংদা য়াম্না নুংঙাইবা মখলগী পুন্সি অমা লেন্দুনা সংসারগী নুংঙাইবা পূম্বা মহাও তংলমই হায়নৈ অমসুং গৌতম হায়রিবা অসিনা ফোংদোকপা মহাক্কী মত পূম্বা মহাক্লা শৌগৎত্তে।

'সিদ্ধার্থ', নোংমা গোবিন্দনা মাগী মরূপ্তা হায়রমই, 'ঙসি ঐহাক খুঙ্গংদা চৎলুই অমসুং ব্রাহ্মন অমনা মাগী য়ুমদা চঙলকউ হায়না কৌশিল্লমই অমসুং মাগী য়ুম মনুংদুদা মগধদগী ব্রাহ্মন মচা অমা লৈরমই। মহাক্তি মমিৎমক্লা বুদ্ধ উরক্লে অমসুং মহাক্লা ধর্ম্মগী পাউতাক পীবদুসু তারক্লে। তশেংবমক্ ঐঙোন্দসু অপাম্বা অমা কন্না ফাওরকখি অমসুং ঐনা খল্লকই - অসিগুম্বা মশাদা অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রবা মপূংফারবা মীশক অসিগী মচীনমক্তদগী ঙাঙথোরকপা ধর্ম্মগী পাউতাকশিং অদু অমুক্তং তাবা ফংজবা ফাওবতং হিংজরবদিকো হায়না । ঐগী নুংশিরবা মরূপ, বুদ্ধগী মচীনবান মক্তদগী ঙাঙথোরকপা ধর্ম্মগী পাউতাকশিং অদু তাবা ঐখোয়'নিসু চৎপা চুমলোইদ্রা' ?

সিদ্ধার্থনা হায়রকই - 'ঐনা মতমচূপ্পদা খন্দুনা লাকখিবনি - গোবিন্দদি সামানশিংগা শাগোন্ননা লেঙদনা অদুম্মক লৈগনি হায়না । ঐনা মতম চূপ্পদা থাজরমই - মহাক্কী পুন্সিগী পান্দম অসি চহি হুম্ফু-হুম্ফুতরা শুবা ফাওবা মখোয়না তাকপীবা নিয়ম মতুংইন্না কায়দনা অদুম পাঙথোক্তুনা চথগনি হায়না অদুবু ঐসি কয়াগী মতীক খঙলমদ্রবনো, গোবিন্দ ! মহাক্কী থমোইনুংদা লৈরিবশিং অদু কয়াগী মতীক খঙলমদ্রবনো। হৌজিক্তি, ঐগী নুংশিরবা মরূপ, নঙনা অনৌবা লম্বী অমা পাংনীংলে অমসুং মদুদা চৎত্তুনা বুদ্ধগী পাউতাকশিংদু তানীংবা পোক্লে; নত্রা' ?

গোবিন্দনা হায়রকই : 'ঐবু লংনবসিদা নঙনা নুংঙাইরি। অদুসু কৈসু কায়দে, সিদ্ধার্থ। মহাক্কী পাউতাকশিং অদু তানীংবগী অপাম্বা অমসুং খৌরাংবদু নঙোন্দদি পোক্তবরা ? অদুগা নঙনা নোংমা ঐঙোন্দা হায়খিবা নত্রা - ঐহাক সামানশিং অসিনা লেল্লিবা পুন্সি মরেন অসিদা পঙশাং-শাংনা চথরোই হায়না' ?

মদু তাবদা সিদ্ধার্থনা নোক্লমই অমসুং মাগী মীনোক অদুদা অৱাবগী অমসুং করেম্নবগী মমি তারি অমসুং মহাক্লা হায়রকই: 'নঙনা

---

১। নির্ব্বান :- সংসারগী অৱাবা পুন্না কোক্তুনা অরান খুভম ফংবা

হায়রি'দু চুমই, গোবিন্দ নঙ্ অমত্তা চীথদনা নীংশীংলি তৌইগুম্বসুং নঙনা 'সিমসু নীংশিংলমগনি ঐনা অতৈ করি করি হায়খিবগে হায়বদু - মদুদি ঐ ধর্ম্মগী পাউতাক পীবা অমসুং মদুবু তমশিনবা হায়বসি থাজরক্লে অমসুং ওঝা গুরুশিং অসিনা ঙাঙলিবা ময়াম অসিদা থাজবা লৈরক্লে। অদুবু, ফরে মরূপ, অনৌবা ধর্ম্মগী পাউতাকশিং অদুগী মহৈ পূম্বা লোইনা মহাউ তংলে হায়নদি ঐগী থম্মোইদা চেৎনা থাজবা লৈরগসু - ঐসু তারগে, য়ারে'।

গোবিন্দনা হায়রকই : 'নঙ য়ারে তাবদা ঐ নুংঙাইরে। অদুবু করিগীনো - ঐখোয়না মাগী পাউতাকশিং অদু তাবা ফাওবা তাদ্রিঙৈনা, নঙনা করম্না গৌতমগী পাউতাকশিং অদু হান্ননা লোইনা খঙলে হায়রিবসিবু' ? সিদ্ধার্থনা হায়রকই, 'ফংলিবা মহৈ অসি চাদুনা মখা ঙাইখিসি, গোবিন্দ। ফংলিবা মহৈ অসিগীদমক্তদি ঐখোয়না গৌতমদা লম্মন তোল্লবনি - মহৈ হায়ববু মসিনা মরম ওইরদুনা মহাক্না ঐখোয়বু সামানশিং থাদোক্লমলগা লাকনীংবা পোকহল্লি। অসি নত্তবা অসিদগী হেনবা মহৈ অতোপ্পা অমমুক লৈরিব্রা হায়বদু অখাঙ্ কন্না ঙাইদুনা য়েংবা তাই'।

নুমিৎ অদুমক্তদা সিদ্ধার্থনা খ্বায়দগী মকোক্ থোংবা সামান অদুদা মহাক্না মখোয়বু থাদোক্তুনা চৎলগনি হায়বা ৱাফম অসি খঙ্হল্লমই। নহা অমনা অমসুং শিষ্য অমনা উৎফম থোকপা নোল্লুকপা অমসুং নীংথীবা ব্যবহারগা লোয়ননা মহাক্না অহল অদুদা হায়রমই। অদুবু মখোয় অনিমক্ চৎলগনি তাবদা অহল অদু শাউরমই অমসুং খোঞ্জেল হৌনা লাউরদুনা থীনা চৈরমই।

গোবিন্দদু খংপ্রেক খংলমই তৌগুম্বসুং সিদ্ধার্থনা গোবিন্দগী নাকোং ময়াদা চঙশীল্লগা লোন্না হায়রমই :'ঐ হৌজিক অহল অসিদা ঐনা মঙোন্দগী করিগুম্বা পোৎ খর তমহৌরে হায়বা উহল্লগে'।

মহাক্না মাগী ৱাখল অসি অমত্তা চোইথোক্তনা সামানদুগী মনাক্তা লেপ্লমই : অহল অদুগী মমিত্তা মুন্না য়েংলগা মাবু লেঙহন্দনা, মাগী থমোইবু

খুদুম চন্দুনা, ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংবা ঙমহন্দ্রে, মাগী ব্রাখল শক্তি পূন্বা অদু লাকশীনখ্রে অমসুং মাগী অনীংবা মতুং ইন্না থবক তৌগদবনি হায়না মখোনদি থোক্তনা য়াথং তৌরমই।

অহল অদু তূমিন লৈখ্রে : মমিৎ অদু ইরং লংখ্রে, মাগী ব্রাখল খনবা ঙম্বগী শক্তি ময়াই চমহনখ্রে; মাগী মপাম্বোম অনি অদু থরাক-থরাক য়ান্দুনা লৈরে; সিদ্ধার্থগী মমাঙদা মহাক্কি শক্তি পূন্বা পূম্মাঙ্ মাঙখ্রে সিদ্ধার্থগী ধ্যাননা সামানগী ব্রাখল অদু খূদুম চল্লমই: মহাক মখোয়না থৌদাবা পূন্বা ইনগদৌরিবনি। অহল অদুনা হন্না হন্না মকোক নোল্লদুনা খুরম্লমই আশীর্ব্বাদ পীরমই অমসুং তেক্ত কায়দনা যাত্রা ওইযুকো হায়না লৈয়েংদি হাইফেৎ ফাইরপ তৌনা হায়রমই।

আশীর্ব্বাদ পীবিবগীদমক্ নহা অদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লদুনা খুরুম্বা অদু ওক্লগা খোঙ্ শান্দোরক্লমই।

লম্বীদা গোবিন্দনা হায়রকই : 'সিদ্ধার্থ, ঐদি খঙদে, নঙ্ সামানশিং অসিদগী বিদ্যা য়াম্না ফংলম্লে। অহল ওইরবা সামান অম হিপনোতাইজ তৌবা হায়বসি লুখ্রবনি, ওম্হোক্লা লুখ্রবা থবকনি। শেং হায়বা তারবদি, নঙনা মখোয়গা লোয়ননা খর কুইনা লৈরবদি ইকুই কুইদনা নঙ ঈশিং মথক্তা চৎপা ফাওবা ঙম্লগনি'।

'ঐ ঈশিং মথক্তা থোইনা চৎনীংবা ফাওদে', সিদ্ধার্থনা খুল্লক 'সামান অহলশিং অসি অদুগুম্বা বিদ্যা অদু শান্নদুনা পেনবা ওইরসনু'



# গৌতম

সাৱতি কৌবা সহর অসিদা মতীক-মঙান নাইরবা বুদ্ধ হায়বসি অঙাং খুদিংমক্লা খঙ্ই অমসুং গৌতমগী তুংইনবা মনাইশিংনা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা ভীক্ষা নিবা চৎলিবশিংদুগী ভীক্ষাগী ঝুলি অদু থন্না হাপ্লবা হায়দুনা ঙাইদুনা লৈনৈ।

অনাথপিণ্ডিকা কৌবা, মঙান চাউরবা নিপা অসিগী ভক্ত অমনা, মঙোন্দা (গৌতমদা) অমসুং মহাক্কী শিষ্যশিংদা কচ্চবা জেতাবন কৌবা গৌতমগী থৱায় তাজরবা পোত্থাফম উমং অমা সহর মনাক্তা লৈ।

লম্বোইবা নহা অনি অসিনা অচৎ-অওকশিংদা গৌতমগী লৈফম হংবদা মফম অসি তাকপীরকই অমসুং মখোয়না সাৱতিদা হেক থুংবগা যুম অমগী মমাঙদা তুমিন্না লেপ্তুনা ভিক্ষা ঙাইবা মতমদা, অচা-অথক খূদক্তা পুখোরক্কুনা হাপ্লমই। মখোয়না পীরকপা অচা-অথক্ অদু চারে অদুগা সিদ্ধার্থনা ভিক্ষা হাপ্লিবা যুমগী মৌ অদুদা হংলমই : 'থৌজাল হৈবী ইবেম্মা, বুদ্ধ হায়বা মতীক-মঙান চাউরবা অদুগী লৈফম ঐখোয় ওন্থোক্লা খঙজনীংখ্রে মরমদি ঐখোয়'নি অসি অৱাৎপা অমত্তা য়াওদ্রবা মপূং-ফারবা মহাক অদুগী মশক্ অমুক্তং উজগে অমসুং মাগী পাউতাকশিং অদু মহাক্কী মচীনমক্তগী অমুক্তং তাজগে হায়না উমংদগী থোরকপা সামাননি'।

নুপী অদুনা হায়রকই : 'নখোয় মফম চপ-চানা থুংলরে, হে উমংদগী লাকপা সামান। মঙান চাউরবা মহাক অদুদি অনথাথপিণ্ডিকাগী লৈকোন, জেতাবনদা লৈ। তীর্থ যাত্রী নখোয়নি মফম অদুদা থুংবা য়াগনি মরমদি মফম অদুদা, মহাক্না ঙাঙবদু মহাক্কী মচীনমক্তদগী তাগদৌবগী পৈররিবা মীয়াম অদুগী লৈনবা কা মরাঙ কায়না থৌরাংলি'।

তাবদা গোবিন্দনা হরাউরমই অমসুং হায়রকই : 'আহ; অদুদি ঐখোয়গী পন্থুংফম য়ৌরে অমসুং ঐখোয়গী খোঙচৎ অসি খম্মে। তৌইগুম্বসুং, হে যাত্রিকশিংগী মমা ওইবী, অমুক্তা হায়বীয়ু, বুদ্ধ হায়বসি নঙবু খঙব্রা '? নঙনা নমিৎমক্না মহাকপু উরব্রা' '?

নূপী অদুনা হায়রকই : 'পূন্নমক্তগী অথোইবা মহাক অদু ঐ কয়ারক হন্না উরে । নাপু মচুগী ফি অমা ইন্নদুনা, তুমিন ব্রা ঙাঙদনা মহাক্না লম্বীদা চৎপা অমসুং য়ুমগী থোঙজীল মমাঙদা তুমিন লেপ্তুনা ভিক্ষাগী ঝুলি তিংথোকপা অমসুং থল্লবা তুংদা অমুক হনখিবদু উরে' ।

গোবিন্দনা ব্রাহৈশিং অদু তাবদা শুমহৎলমই অমসুং ব্রাহং কয়ামরূমসু মখাতানা হংনীংলমই, কয়া অমসু তানীংলমই অদুবু মখোয় চৎপা মতম য়ৌরে হায়না সিদ্ধার্থনা মঙোন্দা নীংশিংলমই। মখোয়না নুংঙাইবা থাগৎ-ব্রাহৈ কয়া ফোঙদোক্লমলগা হল্লকলমই।

লম্বী অদু কদোমদনো হায়না হংবা ফাওবা দরকার ওইরমদে মরমদি যাত্রিক ময়াম অমসু গৌতমগী শিষ্য কয়ামরূমসু জেতাবন তম্না চৎনরমই। মখোয়নিনা নুমিদাংদা মফম অদুদা থুংবা কাল অদুফাওবা, মী অতৎ-অখম নাইদনা লাকপা লেপ্লমদে। মফমদু পূন্নাঙ্ - লাঙ্নরমই - লৈফম-চাফম হংনবগী, পোৎ নিবগী খোঞ্জেলনা পূমলাঙ্ লাঙলমই। উমংদা পুন্সি লেনবনা মখোয়গী ওইরবা সামান অনি অসিসু থোইদোকপা খুরৌ থাংবা য়াওদনা য়াম্না থুনা লৈফম অমা ফংদুনা মফম অদুদা অহিং লেল্লমই।

নোংঙাল্লকপা মতমদা, মফমদুদা লৈরম্লিবা ভক্ত ময়াম অমসুং কুম্মৈ য়েংবা ওইনা লাকপা মীয়াম অদু উরুবদা মখোয় পূমঙক্ ঙক্লমই।

নীংথীরবা উমং অদুগী লম্বীদা নাপু শেৎপা লম্বোইবশিং চৎলি। মখোয় মচি-মচিদা, খরনা ধ্যানদা লুপ্তুনা, খরনা ধম্মগী চর্চা তৌদুনা, উ মখাদা ফম্লি। উরুমলাংলবা লৈকোনশিং অদু, হয়িংখোইনা ওল্লবা সহর অমগা পাংখক্লে। সন্যাসী অয়াম্বা, মখুত্তা ভিক্ষাগী ঝুলি পায়দুনা, অয়ুক্কী চরা অদু লৌবা চৎনরমই। বুদ্ধ মশামক ফাওবা অয়ুক্তা ভিক্ষা নিবা চৎলমই।

সিদ্ধার্থনা মহাকপু মশক উরমই অমসুং হেক্ উবমক্তদা, ঈশ্বরমক্লা মঙোন্দা খুদোনবী থিন্দুনা হেক তাকপগুম, মশক খঙলমই। মকোক্তা গেরুৱাগী ফি অমা কুপ্তুনা মোং হাদনা মহাক্লা, মখুত্তা ভিক্ষাগী ঝুলি পায়দুনা মফম অসিদগী থোকখিবদু মহাক্লা (সিদ্ধার্থনা) উরমই।

'য়েংউ', সিদ্ধার্থনা গোবিন্দদা তপ্না হায়রমই, 'বুদ্ধ আদা লৈরে'। গোবিন্দনা য়াম্না পূক্লিং চঙ্না, গেরুৱা শেৎপা লম্বোইবা চা কয়া অদুদগী পঙখেন-খেন্ননা উদবা, গেরুৱাগী ফিনা মকোক্ কুপ্পা সন্যাসী অসিবু য়েংলমই অমসুং খৃদক্তা মশক খঙলমই । শোইদ্রে, মহাকনি, অদুনা মখোয়নিনা মাগী মতুং ইন্নরমই অমসুং কৃপ্না য়েংলমই।

বুদ্ধনা ৱাখন্দা লুপ্তুনা মানা চৎকদবা লম্বী অদু অদুম চৎলি। মাগী ঈংলবা মোং হাদবা শকফম অদু অৱাবগী নত্তে নুংঙাইবসু নত্তে মহাক মতোমতা মোমোন নোকপা মাল্লি, থম্মোই মনুংদা। মশা ফবা অঙাং অমনা নোকপগুম নত্তবা, অথূপ্পা খঙঙমদবা মীনোক্ অমগা লোয়ননা, ঈংনা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা মহাক্লা চৎলি। মহাক লম্বোইবা অতৈগা চপ মান্নবা অচোনবা ফীজোল অদু শেত্তুনা লম্বীদা চৎলি তৌইগুম্বসুং মাগী মায়থোং, খোঙথাং, য়াম্না পূক্লিং ঈংনা লৈখাদা য়েংবা মীৎয়েং, ঈংনা শেগাদা হাইরিবা মহাক্কী মপাম্বোম মাগী খুৎশা খূদিংমক্লা শান্তি অমসুং অৱাৎপা লৈতবগী শক্তম অপাম্বা অমত্তা য়াওদবা, কনাগীসু মতৌ তমদবা অমসুং লীশাং শীৎনা পূক্লিং লৈতারবা, মমশীল্লকপা নাইদ্রবা মঙাল অমা, কায়হনবা ঙল্লরোইদৌবা শান্তিগী ............ মমি তারি। মতৌ অসুম্না গৌতমনা সহর মনুংদা ভিক্ষা নিবা চৎলি অমসুং মহাক্কী য়াম্না শান্তি ওইবা শক্তম,

অইংবা মওং, অপান্বা, শেমজিন-শাজিন্নবা য়াওদবা শুপ্লতগী শান্তি অমসুং মঙানতনা থল্লবা মাগী মতৌ অদু উবমক্তদা সামান অনি অদুনা মহাকপু মশক খঙলমই।

'ঙসিদি ঐখোয় মহাক্না ধর্ম্মগী পাউতাক্ পীবদু মাগী মচীনমক্তগী তারগনি', গোবিন্দনা হায়রমই।

সিদ্ধার্থ খুমদে। মহাক ধর্ম্মগী পাউতাক অদু থোইনা খোয়দারুবা তৌদে। মহাক্না খনবদা, মখোয়না করিসু থোইদোক হেন্দোকপা পাউতাক অমা মঙোন্দগী থোইনা তানীংঙাইবু লৈতে। মহাক মশামক অমসুং গোবিন্দসু, বুদ্ধনা তাক্কদৌরিবশিং অদুগী মচং ওইবা শরুক মখৈদি, চীন্থাং মথং অনি অহুমদগী ওইরবসু, লোইনা তারে।

অদুবু মহাক্না গৌতমদা য়াম্না মুন্না খোয়দানা য়েংলমই - মহাক্কী মকোক্, মরেঙজুম, মখোঙ, চপতিংনা থাদরিবা মখুৎ অনিদা অমসুং মাগী খুৎশাগী তাং খুদিংমক্তা জ্ঞানগী মমি তাবগুম মঙোন্দা ফাওরমই : পূম্নমক অসিনা অচুম্বা হায়বদু করিনো ফোঙদোক্লি, নুংশাম্বর হোল্লি অমসুং মঙাল ফৃদোক্লি মসিগী নুপা অসি, বুদ্ধ অসি তশেংনা খোঙদগী তোন ফাওবা অশেংবা সন্যাসী হায়বদুমকনি। মপুন্সিদা কৈদৌঙৈদসু সিদ্ধার্থনা মীশক অমবু অসুক ৱাংনা খনবা, অসুক হকচীন্না কৈদৌনুংদা ফাওখিদ্রি। মখোয় অনি বুদ্ধগী তুং ইন্দুনা সহরদা চৎলমই অমসুং ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনদনা হল্লকলমই। নুমিৎ অদু মখোয় অনি চরা হেনবা পাল্লমই। মখোয়না গৌতমনা হল্লকপদু উরমই, মাগী শিষ্যশিংগা চাক চামিন্নবা উরমই - মানা চারিবনি হায়দনা চারিবদু উচেক অমনা ফাওবা মবুক থল্লোই, অমসুং চাবা থকপা লোইরগা হৈনৌ পাম্বীগী মখোঙ উরুমদা চত্তুনা পোথাখিবা উরমই।

নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্তুনা অশাবা মৈশা নেমথরক্তুনা কেম্প অদুদা মীপুম খূদিং মমিৎ-মনা খর শিংলদুনা, মীয়াম তিনখৎলকপা মতমদা বুদ্ধনা ধর্ম্মগী ব্যাখান তৌবদু মখোয়না তারমই।

মখোয়নিনা মাগী খোঞ্জেল তারে মদুসু য়াম্লমক্ মপূং ফাবা, অতপ্পা অমসুং থম্মোইদা শান্তি পীবা মওংনি। গৌতমনা অৱাবগী মরমদা ঙাঙলমই - অৱাবা পূম্নমক্কী হৌরকফম, মতৌ করম্না অৱাবা অসিদগী লানথোকপা ঙমগদগে। পুন্সি হায়বসি অৱাবা ঙাক্তনি; সংসার অসি অৱাবনা থল্লি তৌইগুম্বসুং অৱাবা অসি করম্না জয় তৌগদগে হায়বা উপাই খঙলে থিবা ফংলে। বুদ্ধগী পাউতাক তুংইন্না চৎপা মখৈ অরানবা খুভম ফংলে।

অথোইবা মহাক অদুনা য়াম্না তপ্না হায়রমই মরু ওইবা ৱাফম মরিদু তম্বীরমই, লম্বী নীপান অদু তাক্লমই; য়াম্না থৱায় য়াওনা ছাত্র তম্বিবগী মওংদা খৃদম পীদুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়দুনা তাক্লমই। মহাক্কী মখোঞ্জেল অদু - মঙাল অমগুম্না অমসুং নোংদোন্দা থোক্লিবা থৱানমিচাক অমগুম্না য়াম্না মচা খায়না তপ্না তপ্না তারিবশিং অদুগী মনাকোং য়ৌখিরমই।

বুদ্ধনা লোইরবা মতমদা - মতমদু নুমিৎ ময়ুম চঙখ্রে - তীর্থ যাত্রী কয়ানা মাগী মনাক্তা চঙলক্তুনা মাগী সঙ্ঘদা য়াওজবা য়াবগী অয়াবা পীবীনবা হায়জরমই অমসুং বুদ্ধনা মখোয়বু লৌশিনবিরগা হায়রকই : 'নখোয়না পাউতাকশিং নীংথীনা তারে। ঐখোয়গী মরক্তা তিল্লো অমসুং নুংঙাইনা মতম লেল্লো, মতম চুপ্পগী ওইনা অৱাবা হায়বদু মাঙহল্লো'।

গোবিন্দ হায়বা মীরক-মীচন্থি অদুসু চঙশীন্দুনা হায়রমই : 'ঐসু মতীক-মঙাল চাউরবা মাগী মফমদা অমসুং মাগী পাউতাকশিংদা মপূং ফানা থাজবা থমজরে'। মহাকসু মখোয়গী কঙলুপ অদুদা তিনজরগে হায়জরমই অমসুং য়াবসু য়াবিরমই।

বুদ্ধনা অহিংদু পোত্থানবা হেক চঙখিবগা, গোবিন্দনা সিদ্ধার্থদা ওনশীল্লগা য়াম্না থৱাই য়াওনা হায়রকই : 'সিদ্ধার্থ, ঐনা নঙবু তাথীদুনা হায়বা নত্তে। ঐখোয় অনিমক্ অথোইবা নীপা অদুনা ঙাঙবা তারে; ঐখোয় অনিমক্ মাগী পাউতাকশিংদু তারে। গোবিন্দনা মদু পূম্বা তারগা লোইনা লৌশিল্লে, চুমই হায়না লৌরে; নঙসু অরানবা খুভম ফংনবা লম্বী অদুদা

চৎলোইদ্রা ? কোন্না পাঙথোক্কে হায়ব্রা নত্রগা নঙ হৌজিক ফাওবা অদুম ঙাইদুনা লৈগে হায়ব্রা' ?

গোবিন্দগী ৱাহৈশিং অসি তাবদা সিদ্ধার্থ তূমলুবদগী মীকপ্ খংথোক থোকপগুম তৌরমই। মহাক্না গোবিন্দগী মায়থোংদা কুইনা য়েংদুনা লৈরমই। অদুদগী মহাক্না তপ্না হায়রকই অমসুং মহাক্কী ৱাঙাঙদা করেম্নবগী মওং অমত্তা য়াওরমদে : 'গোবিন্দ, ঐগী নুংশিরবা মরূপ, নঙ খোঙথাং অমা থাংবা হৌরে; নঙনা নশাগী চৎকদবা লম্বী লেপচরে। নঙনা মতম চুপ্পদা ঐগী মরূপ ওইদুনা লাকখি, গোবিন্দ; মতমচুপ্পদা খোঙ্কাপ অমা লাপ্না ঐগী ইতুং ইন্দুনা লাকখিবনি। মতমদুদা ঐনা তোয়না খনখি গোবিন্দসিবু করম্বা মতমদা ঐ য়াওদনা, মশাগী থাজবা মতুং ইন্না মথন্তা খোঙকাপ অমা থাংবা ঙম্লকখিগদ্রা ? হৌজিক্তি নঙ্ নুপামচা থোক্লে অমসুং নশানা চৎকদবা লম্বী লেপচরে। নঙনা লম্বী অদুদা পন্থুংফম য়ৌনা চৎপা ওইসনু, ঐগী নুংশিরবা মরূপ। নঙ অরানবা খুভম ফংবা হায়বদু ওইসনুকো'।

গোবিন্দদু মতমদু ফাওবা ভাব মুন্না তাদ্রি মরম অদুনা ঙাইঙমদনা মাগী ৱাহং অদু অমুক্কা হন্না হংলমই, 'হায়য়ু, ঐগী মরূপ, নহাকসু বুদ্ধদা চঙজবা নত্তবা অতৈ লম্বী অমা লৈতে হায়য়ু'। সিদ্ধার্থনা গোবিন্দগী মরেংজুমদা পায়রগা হায়রকই : 'নঙনা ঐগী আশীর্ব্বাদ তারে গোবিন্দ; ঐনা অমুক্কা হায়রি'সিনি। নঙ লম্বী অদু পন্থুংফম ফাওবা চৎপা ঙম্বা ওইয়ু। নঙ অরানবা খুভম ফংবা ওইয়ু'।

মিকূপ অদুদা গোবিন্দগী থমোয়দা মাগী মরূপ অসি মাবু থাদোক্তুনা চৎখিদৌরে হায়বসি ফাওরক্লমই অমসুং কপ্পা হৌরকই। 'সিদ্ধার্থ', কপ্না কপ্না হায়রকই।

সিদ্ধার্থনা মঙোন্দা য়াম্না নুংশিনা হায়রমই : 'কাউগনু গোবিন্দ, নঙ হৌজিক বুদ্ধগী শেংলবা মনাইশিং অদুগী মরক্তা তিল্লবনি। নঙনা নয়ুম-নকৈ, নমা-নপা থাদোক্লমলে; নঙনা নঙগী হৌরকফম, নঙগী

নরল-নথুম থাদোক্লমলে, নঙনা নশামক্কী উইল থাদোক্লে, নঙনা মরূপ ওইবা হায়বদুসু থাদোক্লবনি। মদুমক্কি পাউতাকশিং অদুনা ফোংদোক্লিবসু, মদুনি মঙাল চাউরবা মহাক অদুগী অপাম্বসু ; নঙ নশানা পামজবসু মদুমকনি। হয়েংদি গোবিন্দ, ঐ নঙবু থাদোক্কুনা চৎলগনি'।

মরূপ অনি অদু উমং ফাওদুনা মতম শাংনা চৎমিন্নরে। মখোয়'নি হিপ্পুনা কুইনা পোত্থাই অদুবু তূম্বদি য়ারমদে। গোবিন্দনা মাগী মরূপ্তা মহাক্লা বুদ্ধগী পাউতাক ইন্নীংদবগী মরম করিনো হন্না হন্না তক্লমই, করম্বা অশোয়বা মদুদা য়াওবননো ; তৌইগুম্বসুং মানা হংবা খূদিং সিদ্ধার্থনা হেক্তা কন্থৎলি : 'নঙ তপথৌ, গোবিন্দ। অথোইবা মহাক অদুগী পাউতাকশিং অদু য়াম্না ফৈ। করম হায়না ঐনা মদুদা অশোয়বা পুথোকপা ঙমগদগে' ?

অযুক য়াম্না ঙন্না বুদ্ধগী তুংইনবশিংদুগী মনুংদগী খ্বাযদগী অহল ওইবা অমখক্ উমং অদুদা ফাওরগা চৎখি অমসুং বুদ্ধগী পাওতাকশিংদা থাজবা থম্লবা মীওইশিং অদু কৌশিল্লি - মখোয়দা নাপু মচুগী ফি পীনবা অমসুং সঙ্ঘ অসিগী অহানবা নিয়ম মতুং ইন্না করি করি তৌগদবনো হায়বদু তাকপীনবা । খুদক অদুমক্তদা, গোবিন্দনা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ অদুবু কোল্লমলগা, চেন্থোরক্কুনা মশাদা নাপু মচুগী ফিজোল শেৎচিনখিরমই।

সিদ্ধার্থনা ব্রাখলদা লূপ্পুনা উমং অদুদা কোয়চৎ চৎলমই। মফম অদুদা মহাক্লা গৌতম, খ্বায়দগী অথোইবা মহাক অদুগা ওক্লরমই অমসুং মহাক্লা মঙোন্দা নোল্লুক্লা ভক্তি কৎলমই। বুদ্ধগী য়াম্না ঈংবা অমসুং মবুক-মপাউ তপ্পা মায়থোং অদুনা মঙোন্দা মথৌনা হাপ্পুনা, অথোইবা মহাক্কী মফমদা ব্রা খরদং হায়জগে হায়বগী অয়াবা লৌরমই।

সিদ্ধার্থনা হায়রকই : 'খ্বায় পূম্বদগী মীথোই-মীহেল্লবা ইবুংঙো, ঙরাং ঐনা নঙগী ফজরবা পাউতাকশিং তাবগী নুংঙাইবা ফাওজখি। ঐহাক অথাপ্পদগী মরূপ অমগা লোয়ননা নহাক্কী ব্রাহৈশিং তাবা লাকচবনি ; ঐগী মরূপ অদুদি হৌজিক নঙগা লোয়ননা লৈহৌরগনি ; মহাক্লা নঙগী নফমদা

অচেৎপা থাজবা পোক্লে। তৌইগুম্বসুং ঐদি ঐহাক্কী খোঙচৎ অসি মখা তানা অমুক চথুখিগনি'।

'নঙগী অপাম্বা মতুং ইন্না তৌ', য়াম্না নোল্লুক্লা অথোইবা মীশক্ অদুনা খুম্লকই। 'ঐনা হায়গদৌরিব'সি য়াম্না ঈচঙ-থৌবা অমা ওইনা থোক্লম্বা য়াই', সিদ্ধার্থনা মখা তারক্লমই। 'অদুবু ঐগী পৃক্লিংদা ফাওরিব'সি তাইবংলক্তগী অথোইবা নহাক্কী নফমদা থমোইশেংনা খঙহল্লমদনদি চৎনীংদে। অথোইবা নহাক্লা ঙহাক্তং তাবিগদ্রা' ?

ৱাদি অমত্তা ঙাঙদনা বুদ্ধনা য়ারে হায়না মঙক্ নোল্লমই। সিদ্ধার্থনা হায়রকই : 'হে তাইবংলক্তগী অথোইবা, নঙগী পাউতাকশিংগী মনুংদগী অমখক্তংবু ঐনা হকচীন্না পাম্না লৌজে। পূম্নমক লোইনা ময়েক শেংই অমসুং প্রমানসু উরে। সংসার অসি কর্ম্ম অমসুং ফল, পোৎ অমা ওইরকপগী মরম অমসুং মদুগী মহৈনা মতম চূপ্পদা তৎপা নাইদ্রবা পরিং অমগুম্বনি হায়না উৎপীরে অসুক ময়েক শেংনা অমসুং ককপা য়াদনা কনামত্তনা ৱাফম অসি উৎখিদ্রি। নহাক্কী পাউতাক্কী মতুং ইন্না সংসার অসি লোইনা অমগা অমগা মরী লৈনবনি, লাইবক্লা তম্বা নত্রগা লাইগী মথৌ তাদে হায়বসি তাবদা ব্রাহ্মনশিংগী মিহুল শুরম্লরোই। মসিবু ফবরা ফত্তব্রা, পুন্সি হায়বসি অৱাবরা নুংঙাইবরা, মসি পল্লেপফম লৈতবরা - মসি ওইরম্বসু য়াই হায়বসি খঙলুদনা কান্নদে - তৌইগুম্বসুং সংসার অসি অমত্তা ওইবা অপূনবা শক্তম, থৌদোক খূদিংমক অমগা অমগা মরী লোইনা লৈনবা, কাঙ্লোন অমত্তদগী, ঈচেল অমত্তদগী চেন্থরকপা, অচৌবসু মচাসু পূম্নমকপু লোইনা কোনশিনবা, ওইরকপা অমসুং মাঙখিবা - পূম্নমক অসি, হে অথোইবা, নহাক্কী ৱাংলবা পাউতাকশিং অদুদা ময়েক লানা য়াওরে। তৌইগুম্বসুং নহাক্কী পাউতাক মতুংইন্না - অমত্তা ওইবা শক্তম অমসুং পোৎ খুদিংমক্ মরম অমমম্ লৈবনা ওইজরকপনি হায়বা ৱাফম অসি মতাং অমদা অহোবা লৈরে। সংসার অসি অমত্তা ওইবা অপূনবা শক্তমনি হায়বা ৱাফম অসিগী পীক্লবা অহোবা অমদা - করিগুম্বা অঙকপা খর, অনৌবা

খর অমসুং থিন্দুনা তাকপা নত্রগা প্রমান তৌবসু য়াদবা ঈচেল অমা চেন্থরকই। মদুদি নহাক্কী পাউতাকশিং অসিদি ঐখোয়না লৈরিবা সংসার অমসুং অরানবা খুভম ফংবগী মথক্তা থাক ৱাংখৎনা লৈরে। পীক্লবা অহোবা অসিদা পীক্লবা অকায়বা জাগা অসিদা মতম চূপ্পদা হোংবা নাইদ্রবা নিয়ম অদু অমুক হন্না কায়রে। ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐনা ৱাফমসি য়ানীংদবা ফোংদোকপগী'। গৌতমনা লেঙ্দনা তুমিন্না তারমই। অদুদগী মশাদা অৱাৎপা য়াওদ্রবা মপূং ফারবা মহাক অদুনা মহাক্কী থৌজাল হৈরবা, হায়নীংঙাই লৈতনা নোল্লুকপা অমসুং শেংলবা খোঞ্জেলদা হায়রকই : 'ব্রাহ্মন মচা, নঙনা পাউতাকশিং অদু মমুৎ তানা তাশিল্লমলে অমসুং নহাক্লা মদুবু অসুক হকচীন্না খন্থরম্বা অসি নঙগী নগুননি। নঙনা অৱাৎপা অমা থেংনরে। ৱাফম অদু নঙনা অমুক্কা হন্না মুন্না খল্লু। জ্ঞানগী ঈখৌ লাংলিবা নঙোন্দা ঐনা মাঙজৌননা চেকশীল্লু হায়নীংবদি মীপূম্নমক্কী তোঙান তোঙানবা মোৎ অমসুং ৱাঙাংশিং অসিদগী ঐনা নঙবু খুকউ শেল্লু হায়না ৱামাঙ্ য়াল্লিবসিনি। মোৎ হায়বসিদি করিসু নত্তে - মখোয়দু ফজবা নত্রগা অথীবা, অশিংবা নত্রগা অপঙবা ওইরম্বা য়াই, অপাম্বা কনানা মদু লৌবা য়াই, নত্রগা কান্নদবনি হায়না লংথোকপসু য়াই। তৌইগুম্বসুং নঙনা তাখ্রিবা পাউতাকশিং অদু - ঐগী মোৎ নত্তে অমসুং মদুগী পান্দমদি জ্ঞানগী ইখৌলাংবশিংদা সংসার হায়বসি করিনো হায়না তাক্লবা নত্তে। মদুগী পান্দমদি য়াম্না তোঙানবনি : মদুগী পান্দমদি মতৌ করম্না লাম্থোক্কদগে হায়বসিনি। গৌতমনা হায়রিবদি মদুখক্তনি, অতৈ করি'মত্তা নত্তে'।

'ঐবু ঙাকপিগনি, হে তাইবংলক্তগী অথোইবা ইবুংঙো', নহা অদুনা হায়রকই। 'ঐনা ৱাহৈ-ৱাতাগী মরমদা নঙগা য়েৎনগে হায়দুনা হায়জবা ৱাফম নত্তে। মোৎ হায়বসিদি কৈসু নত্তে হায়না নহাক্লা তাকপিবদু চুমই, অদুমকপু ঐ ৱা অমত্তগা হায়জখিগে য়াবিগদ্রা ? ঐনা নহাক্কী মোৎত্তা য়ানিংদবা মিকুপ অমত্তা লৈখিদ্রি। নহাক বুদ্বনি হায়বসিদা ঐনা মিকুপ অমত্তা চিংনবা লৈখিদে অমসুং ব্রাহ্মন কয়ানা অমসুং ব্রাহ্মনগী মচা কয়ানা ফংগে তাল্লিবশিং অদুগী খ্বায়দগী অৱাংবা পন্থূংফম অদু নহাক্তি মদু য়ৌরে

হায়বসিদা করিমত্তা চিংনবা লৈজদে। নহাক্না ৱাখল খন্থদুনা, ধ্যান তৌদুনা, জ্ঞানগী মতেংনা, মঙাল ফাওরক্তুনা মতম শাংনা নহাক্কী ওইবা মওংদা থিরকপদগী ফংবনি। ঐনা খঞ্জবনি, হে অথোইবা নহাকসু পাউতাক্তগী তম্বা নত্তে মীওইবনা পাউতাক তারগা অরানবা খুভম ফংবা ঙমদে হায়বসি, হে অথোইবা, ঐনা খঞ্জবদা, নহাক্না অতোপ্পা মী অমগী পাউতাক তারগা খঙ্‌লকপা নত্তে। নঙোন্দা মঙাল ফাওরকখিবা মিকুপ অদু কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমদা পাউতাক পীরগা খঙহনবা ঙম্লোই’।

বুদ্ধগী পাউতাকশিংনা কোনশিল্লিবসি ওন্থোক্লা পাক শনখ্রে - মদুনা তাক্লিবসি ওন্থোক্লা য়ামখ্রে - মতৌ করম্না অচুম্বা পুন্সি মরেল লেনগদগে, ফত্তবা থবকশিংদগী মতৌকরম্না থাপ্না লৈগদগে। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা, ময়েক শেংলবা পাউতাকশিং অদুদা য়াওদবা পোৎশক অমা লৈরি : মতৌ করম্না মহাক অদুগী মশামক্তা করি ফাওখিবগে হায়বদুগী অথুপ্পা অদুদি ফোংদোক্তে ; লীশীং-লক্ষা ময়ামদুগী মনুংদগী মহাক মতোমদনি মদু খঙলিবদি । মদুমকনি ঐনা খঞ্জখিবা অমসুং ঐগী পূক্নিংদা ফাওখিবা - নহাক্কী পাউতাকশিংদু তারুবা মতমদা । মদুনা মরম ওইরদুনা ঐহাক্না ইশাগী ওইবা লম্বীদা ওইনা চৎচরগনি - তোঙানবা অমসুং খরা হেন্না ফবা পাউতাক থিবা চৎপা নত্তে ; মরমদি ঐনা খঙই অদুগুম্বা অমমুক লৈতে - ওঝা গুরু নত্রগা পাউতাক পূম্বা অমত্তা য়াওদনা ঐগী পন্থুংফম তানবা নত্রগা থৱায় থাবা। অদুবু ঙসি হায়বা নুমিৎ অসি ঐনা পুন্সি চুপ্পা কাউররোই হে তাইবংলক্তগী অথোইবা, ঐগী মীৎ অসিনা শেংলবা সন্যাসী অমা উজবা ফংবা মিকূপ অসি’।

বুদ্ধগী মমিৎ অদু লূকথরকই অমসুং মাগী খঙঙমদ্রবা মায়থোং অদুদা মোং হাদ্রবা থমোইগী ঈংলবা শক্তমগী মমি তারি।

‘নঙ্‌না নীংখিবা অদু লানদে হায়না খল্লি’, অথোইবা মহাক অদুনা তপ্না হায়রকই। ‘নঙ্‌না তাল্লিবা পন্থুংফম অদু য়ৌবা ঙম্বা ওইসনু। অদুবু ঐঙোন্দা অসিদদি অমুক্তা হায়রমউ, নঙবু ঐগী সন্যাসী ময়াম পৈরিবসি

উরব্রা ; ঐগী পাউতাকশিংদা থাজবা থল্লবা ঐগী সাধু-ভাইশিংসি ? হে লমদম তাম্না লাকপা সামান, মখোয়শিং অসি ধন্মগী পাউতাক হুঞ্জেল্লগা সংসারিক অমগী পুন্সি লেন্দুনা তৌনিংবতা তৌবা পুন্সি অদুদা অমুক হঞ্জিনবনা ফগনি হায়না, নঙ্না খনব্রা' ?

'মদুগুম্বা ব্রাখল অদুদি ঐনা কৈদৌনুংদা খনখিদ্রি', সিদ্ধার্থনা কপ্পা খুন্নকই, 'মখোয় খূদিংমক্ পাউতাক অদুগী মতুংইন্না চৎপা ওইসনু। মখোয় খূদিংমক মানা মানা তাল্লিবা পন্থুংফম য়ৌবা ওইসনু। অতোপ্পা মী অমগী পুন্সিবু অরানবনি লেপ্পা ঐগী ইথৌ নত্তে। ঐ ইশানা ইশাবু লেপচগদবনি। ঐনা ইশানা পাম্বদু খঞ্জগনি, য়ানিংদবদুনা হুন্দোক্কনি। ঐখোয় সামানশিংদি 'ঐ' হায়বা পোৎশক অসি হকচাংদগী তোঙান্না চোংথোক্কুনা লৈবা তমই, হে অথোইবা ! করিগুম্বা ঐনা নহাক্কী তুং ইনবা ময়ামসিগী মরক্তা অমা ওইরম্বা থোক্লবদি, মদুসু অদুক কাবক-শাবক্ ওইনা মপান্থোংদা, ইশানা ইশাবু মীনমজদুনা ঐনা হায়রমগনি- ঐগী পূক্নিং অসি মপূং ফানা শান্তি ওইরে, অরানবা খুভম ফংলে; অদুবু তশেংবদি মখাতানা থিবদি লেপ্লোই মরমদি ঐনা হায়রুরিবদুদি, ঐ অসি শুপ্নতগী নহাক্কী পাওতাকশিং অদুগী শাফুনা অমসুং লম্বোইবশিংগী কাঙলূপ (সঙ্ঘ) অসিবু পামজরুবা তোঙানবা মীশক অমা ওনখ্রবননি'।

হাইরপ মোমোন তৌরদুনা চীং-লেমনা মোং হাদনা লংলবা অমসুং মিনুংশিগা লোয়ননা বুদ্ধনা শকখঙ্দবা মীনৌ অসিদা লেঙদনা শংত্রিক য়েংলগা ব্রাফম অদু হাইফেৎ ঈঙ্গিৎ অমনা ফোঙদোক্কুনা তেনশিল্লমই।

'নঙ য়াম্না হৈ-শিংই সামান', মীথোই-মীহেনবা নীপা অদুনা হায়রকই, 'নঙ্ হৈ-শিংনা ঙাঙ্বা য়াম্না হৈরে, ঐগী মরূপ। কা-হেন্না হৈ-শিংবদগী খূকউ শেল্লু' ।

বুদ্ধ অদু চৎখিরমই অমসুং মাগী শকফম অমসুং হায়রপ নোকপা মীনোক অদুগী মমি অদু সিদ্ধার্থগী থনুংদা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা য়েক্কুনা লৈখিরমই। মহাক্না খল্লকই - ঐগী পুন্সিদা অসিগুম্বা মীৎয়েং অমসুং

মীনোক, অসুম্মা ফম্বা, চৎপা মীশক্ অমত্তা উখিদ্রি। ঐসু পামই মহাকতৌনা য়েংবা অমসুং নোকপা, ফম্বা অমসুং চৎপা; অসুক্কী মতীক্ কোম্মা মশাদা অফা-অপুন য়াওদনা, অসুক্কী মতীক চীং-লেম্মা, মোং হাদনা, অঙাংমচাদৌনা তৌবা মওং, অমসুং করিনো খঙ্ঙমদবা রহস্য অমগুম মশানা মশাবু জয় তৌবা ঙম্লবা মীশক অদুতনা অসুম্বা মীৎয়েং শাজৎ ঙমগনি। ঐসু ইশানা ইশাবু জয় তৌজগনি।

ঐনা মীশক অমা উবা ফংলে, শুপ্নগী মীশক অমখক্তনি, সিদ্ধার্থনা খল্লকই, মহাক্কী মমাঙদা ইমিৎ অসি হন্তনা পাঙ্বা পামই। অতোপ্পা মী অমত্তগী মমাঙদা ঐনা ঐগী মিৎ অসি নোন্থরোই। নীপা অসিগী পাউতাকমক্লসু ঐবু চিংশিনবা ঙমদ্রবনিনা, অতোপ্পা পাউতাক্ অমত্তনা ঐবু পেলহনবা ঙম্লরোই।

বুদ্ধনা ঐগী লৈজরম্বা পূম্বা লোইনা হুবিখ্রে, সিদ্ধার্থনা খল্লকই। মহাক্না লোইনা মুনবিখ্রে, তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঐঙোন্দা মসিদগী হেন্না মমল য়াম্লবা পোৎশক্ অমদি পীরম্লে। ঐবু থাজজবা ঐগী মরূপ, মহাক্না মুনবিখ্রে। মাগী মফমদা ওইনা থাজবা থমখ্রে; মহাক ঐগী ইমি ওইরম্বনি, হৌজিক্তি গৌতমগী মমি ওইখরে। তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঐঙোন্দা সিদ্ধার্থ হায়বা ইশামক্তু খুৎশিন্নবিরম্লে।



# য়াকায়রকপা

বুদ্ধ হায়বা মপূংফারবা মহাক অদুগী মশাইগোন, গোবিন্দনা লৈহৌরবা বন অদু থাদোরকপা মতমদা, সিদ্ধার্থনা মাগী হৌখিবা পুন্সি অদু বন অদুদা হুঞ্জেল্লমবগুম ফাওরমই। মহাক্না তপ্না তপ্না থোরকপা মতমদা মাগী মকোক্ অদু ৱাখল অসিনা পিক্ থল্লমই। মানা হকচিন্না খনখিবনা মমৈথঙদা মাগী মশা অসি ৱাখল অসিনা লাকহৎলমই অমসুং অসুম্বা ফীভম অমা য়ৌরক্লমই মদুদি মহাক্না করিগীনো মরম খঙলমই; মরম খঙগে হায়রবদি, মহাক্না খল্লমই, ৱাখল খনবা তাই অমসুং ৱাখলগী পান্বৈতনা মাগী থমোইদা ফাওরিবশিং অদু অশেংবা জ্ঞান ওইরকই অমসুং কৈদৌনূংদা মাঙদে, অচুম্বা ওইরকই, মপূং ফারকই।

সিদ্ধার্থনা চৎনা চৎনা য়াম্না মুন্না ৱাখল তৌরমই। মহাক মথোক কারকপা নহা অমা নত্রে হায়বা মশাদা ফাওরমই : মহাক হৌজিক শরেপ ফারবা মীশক অমা ওইরবনি। মহাক মশানা খঙ্জরে - লিননা অরিবা মকু হুদোকখিবগুম, মাগী মশাদগী করিগুম্বা পোৎশক্ অমা মাঙ্খ্রে । মানা পাখং ওইরিঙৈদা, মাগী হকচাংগী শরূক অমা ওইনা লাকখিবা করিগুম্বা পোৎশক্ অমা মাগী মশাদা অমুক হন্না য়াওদ্রে : মদুদি ওঝা অমত্তং ফংলবদি হায়না খনখিবা অমসুং মহাক্ অদুগী পাউতাক্শিং তানীংবগী অপাম্বদুনি। মহাক্না ইকোন-কোন্না থেংনবা মাগী ওঝা অদু থাদোক্লমলে; খ্বাইপূম্নমক্তগী

অথোইবা, খ্বাইদগী হেন্না থোইদোক্লা লৌশিং লৈরবা, খ্বায়দগী হেন্না শেংলবা বুদ্ধ অদু ফাওবসু থাদোক্লে। মহাকপু (বুদ্ধবু) থাদোকপা তাবনি মরমদি মাগী পাউতাকশিং অদু য়াবা ঙম্লমদে।

ব্রাখল তৌরিবা নীপা অদুনা মানা চৎলিবা লম্বী'দু মখাতানা চৎলমই অমসুং মশা মথন্তদা হংজরমই : নঙনা ওঝাশিং অমসুং মখোয়গী পাউতাকশিংদুদগী খঙ্নীংলিবা পোৎসি করিনো, অমসুং মখোয়না মখল মখা কয়াগী মরমদা তাকপি-তম্বিরবসু, মখোয়না তাকপা ঙমদবা পোৎশক্ অদুদি করিনো ? অদুদগী মহাক্না মখাতানা খন্থরকই : মদুদি 'ঐ' হায়বদুগী অশেংবা শক্তম, মদুগী মওং মতৌ শাজৎ অদুনি, ঐনা খঙ্বা পামলিবা। ঐহাক্ 'ঐ' হায়বদুদগী নাম্থোকপা পামই, জয় তৌবা পামই, ঐ ইশানা ইশাবু মীনমজবা নত্তনা অতৈ ঙমদে, মদুদগী থাপ্না চেনবা নত্তনা গতি লৈতে, মদুদগী লোৎপা নত্তনা অতৈ লৈতে। তশেংনমক্, সংসার অসিদা 'ঐ' হায়বা ব্রাখল অসিদগী হেনবা থোইদোকপা পোৎশক অমা ঐঙোন্দা লৈত্রে, মসিগী রহস্য অসি, ঐনা হিংলিবসি, ঐ অসি অতোপ্পা অমনি মী খূদিংমক্তগী তোঙাল্লি, হায়বদি ঐ সিদ্ধার্থনি অমসুং সংসার অসিদা 'ঐ' না সিদ্ধার্থগী মরমদা খঙবদগী হেনবা অমমুক লৈত্রে।

ব্রাখল খল্লিবা মীশক অসিনা মখা তানা চৎলি, মাগী লম্বী অদুদা তপ্না তপ্না, ব্রাখল অসিনা থুমহৎখিদুনা, অমসুং অতোপ্পা ব্রাখল অমা ফাওরক্তুনা খঙহৌদনা চপ-লেপ্তুনা লৈরমই। মদুদি : ঐনা ইশানা ইশাবু করিমত্তা খঙজদ্রিবগী মরমদি; সিদ্ধার্থনা ইশানা খঙজদনা তোঙানবা মীশক্ অমা ওইনা লৈরম্লিবসিগী মরমদি পোৎশক্ অমননি, শুপ্নগী অমখক্তননি - ঐ ইশানা ইশাবু কিজে, ঐনা ইশাদগী লাপ্না চেম্থোক্লবা হোৎনৈ । ঐনা ব্রহ্ম, আত্মাবু মশক্ খঙ্গে তানবনি, ইশাদগী থাপ্না চেনথোকখিনবা, থূপ্লবা নুংদা লৈরিবা, পোৎ খূদিংমক্কী হৌরকফম ওইরিবা, আত্মা, থব্রায়, লাইগুল্লবা অথোইবা পোৎশক্ অদু ফংনবা তানবদা মদুদগী থাপ্না চেম্থোক্লবা হোৎনবদা

ঐ ইশানা ইশাবু মাঙহঞ্জবা পামই। ঐ ইপুম থীৎচবা পামই। মসি ওইনবা হোৎনবদা - লম্বীদা ঐহাক্ লম্মুক্লরে।

সিদ্ধার্থনা মমায় হাইগৎলমই অমসুং লয়দুনা য়েংলমই; মাগী মায়থোংদা মোমোন নোকপা শক্তম অমা তপ্লা ফাওরক্লমই অমসুং কুইনা মঙ্ মঙ্লুবদগী মঙফাওনরকপগুম, মাগী হকচাংগী কায়াৎ শীনবা থুংনা ফাওরক্লমই। থীন্দনা মহাক্না খোঙ্লৈ থুনা, তৌগদবা মথৌ করিনো মুন্না খঙলবা মীশক্ অমগুম্না - অমুক হন্না মখা তানা চৎপা হৌরক্লমই।

মানি, নুংশা স্বর চনীং তানা হোল্লদুনা মানা খল্লকই - ঐ কৈদৌঙৈদসু সিদ্ধার্থদগী লাপ্না চেন্থোক্লবা হোৎনররোই। ঐনা ঐগী ৱাখল অসি আত্মা অমসুং সংসারগী অৱাবদা খনবা তৌররোই। ঐনা ঐগী হকচাং অসি মচেৎ মচেৎ খায়দোক্নুনা, পূমশী-শীদোক্নুনা অতেক-অকায় ময়াম অদুগী মরক্তা করম্বা অথূপ্পা রহস্য অমা লৈবগে হায়না অমুক মখা তানা থিবা তৌররোই। ঐ অমুক হন্না যোগ, বেদ, অথর্ব্ব-বেদ তম্লরোই-নত্রগা সন্যাসী ওইবা নত্রগা ধর্ম্মগী পাউতাক্ তাবসু তৌররোই। ঐনা ইশামক্তদগী তম্লগনি, ইশামক্কী ছাত্র ওইজরগনি; ঐনা ঐগী ইশাদগী সিদ্ধার্থগী অথুপ্পা অদু তম্লগনি।

সংসার অসি মমাঙ্দা অমুক্তা উখিদ্রিবা অহানবা ওইনা উবা মীশক্ অমগুম্না মহাক্না কোয়রৈ-লয়দুনা য়েংলমই। সংসার অসি কয়াদা ফজখ্রবা, ঙকখ্রবা অমসুং খঙ্ঙমদবা কয়ানা থল্লিবা। মফম অসিদা অতিয়া মচু, নাপু মচু, মসিদা শংবান্নবা, অতিয়া, তুরেল, উমং অমসুং চীংজাউ লৈরি, পূম্নমক্ ফজবা ঙাক্তনি - খঙদবা অথূপ্পা কয়ানি, য়েংবদা পূক্নিং হুনীংঙাইনি অমসুং পূম্নমক্ অসিগী মরক্তা, য়াকায়রবা সিদ্ধার্থ মহাক্না, মশা মরোমদোম লম্বী চৎপা হৌরক্লমই। পূম্নমক্ অসি - অশংবা অমসুং নাপুমচু, তুরেল অমসুং উমং সিদ্ধার্থগী মীৎমাঙদা ইহান হানবা ওইনা মরী-মরী থোরকপা হৌরক্লমই।

ঐ অসি কয়াগী মতীক্ না তাথীবা অমসুং অপঙ্বা অমা হায়বদু ওইরুরবনো, সিদ্ধার্থনা খল্লকই খোঙলৈ থুনা চৎনা চৎনা।

কনাগুম্বা মীশক অমনা মহাক্না পানীংবা অমা পাবা মতমদা, মদুদা য়াওরিবা ৱাহৈ, কোমা সেমিকোলোন অদুবু খ্ক তুক্কচবা তৌরুদে, মদুবু কান্নদবনি, মায়ানি খল্লুদে; মহাক অদুনা লোইদ্রিবা ফাওবা অদুম পাই অমসুং ৱাহৈ খূদিংমক্ অদুবু নুংশি। তৌইগুম্বসুং সংসারগী লাইরিক্ অমসুং ঐ ইশাগী লাইরিক্ অসিবু পানীংলিবা ঐহাক্না লাইরিক ময়েক্শিং অমসুং মসিদা য়াওরিবা খূদমশিং অসিবু তুক্কচবা ওইনা লৌরে। ঐনা সংসার অসিবু মপানথোঙগী শক্তমনি অমসুং মায়ানি হায়রে। ঐনা ইশাগী মীৎ অমসুং লৈয়েং অসিবু শোয়দনা পাল্লকপনি হায়না লৌরে। হৌজিক্তি পূম্নমক্ অসি নাখৈ শেংলে; ঐ মীকপ থোক্লে। ঐ তশেংনা মীকপ্ থোক্লে অমসুং ঙসিতমক্ পূমনৌ-নৌবা মপোক্ অমা ফংজরে।

অদুবু ৱাখল ময়াম অসিনা সিদ্ধার্থগী মপূক্লিংদা মথং মথং ফাওরকপগা লোয়ননা, লিন অমনা লম্বীদা ফৈগাক্-ফৈনা থৎলম্লবদৌনা, খঙহৌদুনা মহাক্না খংলেপ লেপ্লমই।

অদুদগী খঙহৌদনা অসিমসু মঙোন্দা ময়েক শেংনা ফাওরক্লমই : তশেংনমক্ য়াকায়রবা অমসুং নৌনা অমুক্ পোক্লবা মীশক্ অমা ওইরগসু, মহাক্কী পুন্সি অসি পূমনৌ-নৌনা মকোক্তগী অমুক হন্না হৌগৎপা তাই।

য়াকায়রবা অমসুং মশাগী ওইবা লম্বী থিজবা হৌরক্লবা মীশক্ অমা ওইনা মহাক্না জেতাবনগী উমং, মীথোই মীহেল্লবা মহাক্ অদুগী উমং থাদোরকপা অয়ুক অদুদা, মহাক্না খনখিবা ৱাখলদি, অমসুং মদু মশানা খনফমসু থোকপনি, চহি কয়া অসিমা সন্যাসী ওইরুরবা তুংদা মাগী ময়ুমদা অমসুং মাগী মপাবুংগী মনাক্তা হনগে হায়বসিনি।

অদুবু হৌজিক মহাক্না মমাঙ্দা লিন অমনা ফৈগাক্ ফৈনা থৎভুনা লৈবগুম লম্বীদা চপ লেপ্পুনা লৈবা মীকূপ অদুদা ৱাখল অসিমসু মঙোন্দা

ফাওরক্লমই : ঐ হান্না ওইরম্বা মীশক্ অদু অমুক হন্না ওইদ্রে, ঐ সন্যাসী অমা ওইদ্রে, পুরোহিত অমা ওইদ্রে, ব্রাহ্মন অমা ওইদ্রে। অদুদি ঐনা য়ুমদা হল্লগা ঐগী ইপাগা করি তৌগদৌরিবা ? লাইরিক তমগদ্রা ? যজ্ঞ য়াওগদ্রা ? ধ্যান তৌবা মখা চত্থগদ্রা ? পূম্নমক্ অসি লোইনা থাদোক্লবনি হৌজিক্তি ঐহাক।

সিদ্ধার্থনা চপ য়ুংনা ঙহাক্ লেপ্লমই অমসুং খঙহৌদনা মশাদা উনদৌনা খঙইং-ইংবা অমা ফাওরক্লমই - মহাক্ অসি কয়াদা নাইতোম তারবা মীশক অমা ওইহৌরবা হায়বসি খল্লুবদা, পীক্লবা জীব মচা অমা, উচেক নত্রগা থেব অমগুম্না নুংদা থক্-থক্ নীক্লমই। মহাক্ চহি কয়া য়ুমলিংদবা অমা ওইরুরে অদুবু কৈদৌঙৈদসু মপূক্লিংদা অসুম্না খক্ ফাওখিদ্রি। হৌজিক্তি ফাওবা হৌরক্লে। অসিগী মমাঙদদি, মহাক্লা অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈরম্লবসু, মহাক মাগী মপাগী মচা ওইরমই অৱাংবা থাক্কী ব্রাহ্মন অমা ওইরমই, ধর্ম্ম লৈবা মীশক্ অমা ওইরমই। অদুবু হৌজিক্তি মহাক শুপ্নগী সিদ্ধার্থ য়াকায়রবা মীশক অদুখক্তা ওইহৌরে : অদু নত্তবা অতৈ অমত্তা ওইদ্রে। মহাক্লা স্বর শাংনা হোল্লমই অমসুং মশাদু ঙহাক্তং থক্ থক্ নীক্লমই। মামুক্ তোল্লবা কনা লৈজদবা, নাইতোম তাবা মীশক্ অমমুক লৈরম্লরোই। মহাক শাগৈ-জাৎ অচৌবদা পোকপা অচৌ-অশাং নত্তে, খুৎহৈবগী কাঙলুপ অমদা তিনদুনা মখোয়না লেল্লিবা পুন্সি অমসুং মখোয়না ঙাঙনবা ৱাহৈ-ৱাতা অদু ঙাঙদুনা মখোয়দা শাইদাংফম ওইখ্রবা শিন্মী অমসু নত্তে। মহাক্ ব্রাহ্মন অমগী চপ চাবা পুন্সি লেনবা ব্রাহ্মন নত্তে; সামানশিংগী মরক্তা তিল্লবা সন্যাসী নত্তে। উমংদা চঙদুনা মী অমত্তগা তিন্নদনা লাইনীংলিবা যোগী অদু ফাওবা মথন্তা তোঙান নায়তোম লৈতে; মীওয় কাঙলুপ অমগী শরুক্ অমা ওইরিবনি। গোবিন্দসু লম্বোইবা অমা ওইখ্রে অমসুং মাগুম্বা লম্বোইবা কয়ানা মাগী মচীন-মনাও শক্লি, চপ মান্ননা শাইজোনবা ফীজোল শেৎলি, মানা থাজবা মাগী ধর্ম্ম, ৱাঙাঙ শাঙাঙ চপ মান্নে। তৌইগুম্বসুং সিদ্ধার্থ মহাক্তি কদায়, কদায়দনো তিনগদৌবা, করিদনো মহাক্লা য়াওরিবসি? কনাগী পুন্সিগী ফিদমনো

মহাক্লা তমগদবা ? কনাগী মরোলনো মানা লোনগদবা ? অতিয়াদা থোক্লিবা থৱানমিচাক্কুম মথন্তা চপ লেপ্তুনা লৈরিঙৈ; মাগী অকোয়বদা উরিবা সংসার অসিনা নীংখায়দুনা কীন্থরক্লবা মতম অসিদা হায়ঙমদবা নীংবা কায়বা অমা ফাওরমই; অদুবু মহৌশাদগী হেনবা মশাগী চপ চাবা ফিরেপ অমদি মশাদা ফাওরক্লমই। মদুনা মহাক্কী য়াকায়রকপগী অরোইবা মশা নীকপনি, চাবোকপগী অরোইবা নাউয়েক্লি। থীন্দনা মহাক্লা খোঙলৈ থুনা অমসুং ঙাইঙমদনা অমুক মখাতানা চৎপা হৌরক্লমই - ময়ুম মায়গৈ পাংলকপা নত্তে, অমুক হন্না মপাগী মনাক্তা নত্তে। অমুক মায় ওল্লক্কদবা লৈত্রে।



# কমলা

সিদ্ধার্থনা মানা চৎলক্লিবা লম্বীদা থাংলিবা খোঙ্কাপ খুদিংগী করিনো অনৌবা পোৎশক খরদি খঙবা ঙম্লমই। মরমদি সংসার অসি অনৌবা শক্তম অমা ওল্লমই অমসুং মদুনা মহাক্কী মপূক্লিং মকা লাম্লমই। মহাক্লা উরমই - নুমিৎনা উমংদসু চীংদোন্দগীসু থোক্লকপা অমসুং কোনা পাম্বীনা পরেং শানা হৌরিবা তাম্লবা সমুদ্র খোঙবান্দা তাখিবদু। অহিংগী মতমদা মহাক্লা, থৱানমিচাক্ অমসুং থাঙ্গোল মানবা থাজনা সমুদ্রদা তাউদুনা লৈবা হিগুম অহাঙবা অতিয়াদা তাউদুনা লৈবদু উরমই। মহাক্লা উরমই - উ পাম্বী ময়াম, থৱানমিচাক্, শা-ঙাশিং, লৈচিন, চূমথাঙ্, নূংজাউ, নাপী-শীংবী, লৈরাং মখল-মখল, তুরেল অমসুং চীংদগী চেন্থরকপা ঈফুৎ, অয়ুক্কী মতমদা নাপী মতোন্দা লীক্লানা লংলিবা, অথাপ্পদা উরিবা অতিয়া মচু হাইরপ চঙ্বা চীংজাউ; পোম্বী-চেক্লাশিংনা ঈশৈ শক্লি, খোইমুশিংনা ঙুং-ঙুং ঙংলি, লৌবুক্কী ফৌনা মরক্তা নামিবা নুংশিৎনা কাইদা-কাইদা হুন্লি। মখল-মচু কয়ানা লৈতেংলদুনা অমসুং শক্লোন লীশিং পুরবা কয়া অসি মহৌশাদগীসু অদুম লৈরক্লিবনি। নুমিৎ-থা অনিমক্ হান্নদগী অদুম থোক্লুনা লাক্লিবনি; তুরেলশিংসু মতম চুপ্পদা অদুম চেন্দুনা লাকখি; খোইমুশিংসু অদুম ঙংই; তৌইগুম্বসুং পূম্নমক্ অসি মমাঙঙৈগী মতমদদি সিদ্ধার্থগী মফমদা অর্থ অমত্তা য়াওরমদে মরমদি পূম্নমক্ অসি মীৎমাঙদা মিকুপ অমত্তং

উবা মায়াগী ফীজংনি; থাজদবা মীৎয়েংনা য়েংখি, খল্লুবদা কান্নদবা পোৎনি হুঞ্জেকপা ঙাক্তা ওইরমই মরমদি পূন্নমক্ অসি অশেংবা অমত্তা নত্তে মরমদি অশেংবা পোৎশক্তি ঐখোয়গী মীৎনা উরিবা অসিগী অসোম ৱাংমদা লৈবনি। অদুবু হৌজিক্তি মাগী মমিৎ অদুনা সোম ৱাংমদা য়েংদুনা লৈরি; মীৎনা উবা ফংবা অদু মহাক্লা উরমই অমসুং মশক্ খঙবা ঙল্লমই অমসুং সংসার অসিদা মহাক্কী খুদা কদায়দনো থিরমই। মহাক্লা অশেংবা শক্তম অদু থিরমদে, মাগী পান্দমদি তোঙানবা মায়গে অমরোমদা নত্তে। সংসার অসি মনুং হুঞ্জিন্না অমুক থিজিনবা তৌদনা, য়াম্না চম্না, অদুক্কী মতীক্ অঙাং মচা অমগী মীৎয়েংনা য়েংলবদি সংসার অসি নীংথিজৈ। থা অমসুং থৱানমিচাকশিং অসি ফজৈ, চীংদগী চেন্থরকপা লোক্, সমুদ্র মপান, উমং অমসুং নূংজাউ, হামেং অমসুং কোবী-তীল, লৈ অমসুং কুরাক - পূন্নমক্ লোইনা ফজবা ঙাক্তনি হৌজিকমক্ হকথেংনরিবা পোৎশিং অসিদা থাজদবা অমত্তা য়াওদনা অঙাংমচা অমগুম, য়াকায়রবা অমগুম হকথেংননা উরিবা পোৎশিং অসিগী মরমদা ৱাখল তৌদুনা লৈবা অসি অসুক্কী মতীক্ ফজৈ অমসুং অপেনবা পোকই। করিগুম্বা মফম অমদা নুমিৎকী মৈশানা চাকপমখৈ শারি, অতোপ্পা মফম অমদনা উমংগী উরুম লাংলি, করিগুম্বা মফমদনা মাইরেন অমসুং লফোই পাল্লি। অয়ুক অমসুং নুমিদাংগী মতম তেল্লমই - লন-থুম্না চোন্না য়াওরবা জহাজ অমগী পাল মখাদা, থৱায় নুংঙাইনা - পাল অমগী মতৌগুম্না অমসুং পূংজা খুদিং হৌখিবা খঙহৌদে। উমং মনুংদা উগী অৱাংবা উশাদা তোংদুনা য়াক্লা অমসুং ঙাইঙমদবা খোঞ্জেলদা খোংলিবা য়োংগী শঙ্গু অমা সিদ্ধার্থনা উরমই। য়াও লাবা অমনা অমোম অমবু লোয়তান্নবা অমসুং পাদোংনবদু উরমই। ফৌ হৌবা পাৎ অমদা, পাইক[১] (Pike) অমনা নুমিদাংৱাইরম মপূক লাম্লদুনা ঙা মচা ময়াম তান্নবদু মহাক্লা উরমই। মদুদা মচু ফজরবা ঙা শঙ্গু অমনা লংত্রিক-লংত্রিক লংনা কায়দুনা চেন্নবদু উররমই। ময়াই কারবা তান্নরিবা ঙা অদুনা খোঙ্লৈ থুনা চাইখাইরকপা ঈশিং অদুনা মহাক্কী মপাঙ্গল অমসুং অপাম্বা খৌরাংবদুগী মমি তারি।

১। 'পাইক' হায়বা ঙাসি মণিপুরদা লৈত্তে। মরম অসিনা পাইক্ হায়না সুম থমজরে।

পূন্নমক অসি মহৌশাদগীসু অদুম্মক্ লৈরক্লবনি তৌইগুম্বসুং মহাক্লা কৈদৌঙৈদসু উখিদ্রি, মহাক মশা য়াওদে। হৌজিক্তি মহাক মশামক্ লৈরে অমসুং মদুগী শরূক অমা ওইরে। মহাক মশাগী মমিংমক্লা মঙাল অমসুং অমম্বা উরে; মাগী ৱাখলগী মতেংনা থা থৱানমিচাক্ থোক্লি হায়বা খঙবা ঙম্লে।

জেতাবনদা থেংনখিবা পূন্নমক্ লম্বী চৎনা চৎনা সিদ্ধার্থনা নীংশীংলক্ই - শেংলবা বুদ্ধদগী মহাক্লা তাখিবা পাউতাকশিং, গোবিন্দগা কায়নবা অমসুং অথোইবা মহাক্ অদুগা শানখিবা ৱারীশিং। মহাক্লা অথোইবা মহাক অদুদা ঙাঙখিবা ৱাহৈ খূদিংমক অমত্তা চিথদনা নীংশিংলি অমসুং মহাক মশামক্লা মুন্না খঙদবা পোৎ কয়া অমা হায়খ্রে হায়বসি খঙলকপদা মথন্তা ঙক্পা ফাওরমই । মহাক্লা বুদ্ধদা হায়খিবদো - বুদ্ধগী জ্ঞান অমসুং অথুপ্পা রহস্য অসিদি মী অমদা তম্বিবা য়াদে, ৱাহৈনা মদুবু ফোংদোকপা ওইথোক্তে, মীবু খঙহন্নবা হোৎনবসু য়াবা পোৎশক নত্তে - মহাক মশামক্তা মহাক্কী য়াকায়রবা মিকুপ অমদা নোংমা ফাওরকখিবনি; মদুতবু খঙগে হায়বগী মহাক্লা মখোঙ থাংদোরক্লবনি অমসুং হৌজিক মশাদা ফাওবা হৌরক্লমই। মহাক মশা মথন্তনা হোৎনজদুনা খঙনবা হোৎনগদবনি। মহাক্লা মতম কুইনগী মমাঙ্দগী খঙদুনা লাকখি - মশামক্ অসি আত্মানি, ব্রহ্মগুম্না অমাঙ্ অতা লৈতবনি তৌইগুম্বসুং মহাক্লা কৈদৌনূংদসু 'ঐ' হায়বদু মশামক্লি হায়বা তশেংনা খঙবা ঙমখিদে মরমদি মহাক্লা পোৎশক অদু ৱাখলগী লাংদা ফাজিন্দুনা থম্বা পামখি। হকচাং পোলাং অসিমক্তি 'ঐ' হায়বদু নত্তে, নত্রগা ইন্দ্রিগী শান্নফম, নত্রগা ৱাখলগী, নত্রগা ভাব তাবা নত্রগা হোৎনবদগী ফংলকপা কলা বিদ্যাগী জ্ঞান অমসুং মশানা হান্না লৈজরম্লবা ৱাখলগী অনৌবা ৱাখল্লোন পুথোরকপা - পূন্নমক্ অসি অমত্তা নত্তে।

ৱাখলগী সংসার অসি হৌজিক ফাওবা নাকল অসোমদা লৈরি অমসুং 'ঐ' হায়বগী ৱাখল পূম্বা মাঙহনবনা পন্থুংফম য়ৌবা ওইথোক্তে,

অহোয়নদুম ৱাখলশিংদু মচীঞ্জাক হূনবগুম থোকহল্লি। ৱাখল অমসুং ইন্দ্রিশিংসি অফবা পোৎ ঙাক্তনি; অনিসিগী মরুমদা অরোইবা ৱাহন্থোক অদু ফুমদুনা লৈরি, অনিমকপু তাবনা মখোয়গা লোয়নননা লৈমিন্নবনা কা হেন্না তুক্কচবসু তৌদনা নত্রগা হেন্না ৱাংনসু খল্লুদনা - অফবা ওইগনি। নুংগী খোঞ্জেল অদুনা হায়রকপা অদুতমক্ মহাক্না পাঙ্থোক্কনি, লম্বীদা অমুক্ পনবা তৌরোই, খোঞ্জেল অদুনা হায়রকপা মতুং ইন্না তৌগনি। মঙাল ফাওরকপা খ্বায়দগী মমল য়াম্লবা মিকুপ অদুদা গৌতমনা করি মরমগী খোংনাং পাম্বী অদুগী মখাদা ফমখিবগে ? মহাক্না খোঞ্জেল অমা তাখি - মাগী থমোইদা খোঞ্জেল অমা - মদুমক্না মহাকপু উখাদা ফমদুনা অচুম্বা অদু থিয়ু হায়না ইনশিল্লকখি। অমসুং মহাক্না মশাদা মথন্তা চৈনাখোল পীবা যজ্ঞ তৌবা, ইরুজবা, লাইশোন শোনবা, চাবা নত্রগা থক্পা, তূম্বা নত্রগা মঙ্ মঙ্বা তৌখিদে; নুংগী খোঞ্জেল অদুনা থৌদারকপা অদুতা তৌখিবনি। গৌতমনা মপালগী খোঞ্জেলবু থৌওইদনা, নুংদগী লাউরকপা খোঞ্জেল অদুনা হায়রকপা মতুংইন্না চত্থখিবনি।

হি হোনবা অমগী চরুগী খাংপোক অমদা অহিং তূম্লিঙৈদা, সিদ্ধার্থনা মঙ্ অমা মঙ্লমই। মঙ্ অদুদা গোবিন্দনা লম্বোইবগী নাপু মচুগী ফীজোল অদু শেৎলদুনা লেপ্লমই। গোবিন্দগী মায়থোংদা অৱাবগী মমি তারি অমসুং মহাক্না মঙোন্দা হংলমই, 'নঙ্না ঐবু থাদোক্কুনা করিগী চৎখ্রিবনো' ? মদু তাবদা মহাক্না গোবিন্দদা কোনশিল্লমই, মখুৎনা মাবু কোল্লগা, মাগী মথবাক্তা কোল্লগা চুপ্পা মতমদদি মহাক অদু গোবিন্দ ওইরক্রে, নুপী অমা ওল্লক্লে অমসুং নুপীগী জোন-জোন লাওনা শেৎলিবা ফি মনুংদগী নুপীগী চাউরবা খোল্লাং অমা থিন্দোরক্লমই অমসুং সিদ্ধার্থনা হিপথরগা খোল্লাংদুদগী খোয়থূম্নরবা ময়াই কল্লবা অমৃতদু থক্লমই। মদুগী মহাউদি নূপীনি অমসুং নূপানি; নুমিৎনি উমংনি, শানি অমসুং লৈরাংনি, উহৈ খূদিংমক্কী মহাউনি, নুংঙাইবা পূন্নমক্কী শক্তমনি। মদু থক্লুবদা ময়াই কারক্লমই। সিদ্ধার্থনা মীকপ থোরকপা মতমদা, ৱাউথাংনরবা তুরেলগী তনিক তনিকপা মঙাল অদুনা খাংপোকশং অদুগী থোঙ্জীল লান্না

চৎখিরম্লে অমসুং মকুগী লাক্লা লাক্লা খোংলকপা খোঞ্জেল অমনা উমং অদু পূমনিন নিল্লমই।

নোঙাল্লকপদা, সিদ্ধার্থনা মাবু থম্বিরিবা য়ুম্বু হি থাঙ্বা নীপা অদুদা মহাকপু তুরেল অদু খর লাম্থোকপীয়ু হায়জরমই। 'য়াম ফগনি', হিরানবা নীপা অদুনা খুম্লকই, 'মসি ওম্থোক্লা ফজখ্রবা তুরেলনি। মহাক্লা ঙাঙবসি ঐনা তোয়না তাই, মসিবু মুন্না থরায় য়াওনা য়েংই, মতমলৈবাখিবিক্তা মঙোন্দগী করিনো পাড়া খরদি তমই। মী অমনা তুরেলদগী তম্নীংঙাই য়াম্না লৈ'।

'থাগৎচরি, পূকফবা ইবুংঙো', রাংমা লাল্লদুনা কংফান কারবা মতমদা সিদ্ধার্থনা হায়রকই। 'ৱারৌবা য়াদে ঐদি নঙোন্দা পীনীংঙাই খুদোলপোৎ নত্রগা শেলসু অমত্তা য়াওদ্রে। ঐদি ব্রাহ্মন মচা য়ুমলিংদবা সামান অমনি'। 'মদুদি ঐনা হেক উবদা খঙ্ঙে', হিরানবা অদুনা খুম্লকই, 'মরম অদুনা ঐনা নঙোন্দগী খুদোলপোৎ নত্রগা শেল ফংগনি হায়না খক্ আশা তৌরুদে। মতম অমদা নঙনা ঙম্লবা কালদা নোংমা ঐঙোন্দা পীয়ু'।

'নঙনা হায়রিবসে শেংলেকো ?', সিদ্ধার্থনা হরাওনা হায়রক্লমই। 'তশেংবনি, মদুসু ঐহাক্লা তুরেল অসিদগী তম্বা পাড়ানি; পোৎ খুদিংমক্ অমুক্ হন্না হঞ্জিল্লক্কনি। সামান নঙসু, অমুক হল্লকখিনি। হৌজিক্তি কায়নরসিকো, বিদায়, নঙগা শকখঙনবা অসিনা শেল পীবা শক্লবা ওইরসনু। নঙনা ঈশ্বরগী মফমদা যজ্ঞ কৎপা মতমদা ঐবু কাউবিগনু'।

মোমোন নোক্লরদুনা, মখোয় অনি কায়নরমই ; হিহোনবা নূপা অদুনা হরাউ হরাউ মরূপ অমগুম তৌবা অদুদা সিদ্ধার্থনা য়াম্না পেল্লমই। মহাক্লা মোমোন তৌরদুনা খল্লকই মহাক অসি (হিরানবা অসি) গোবিন্দদৌনা তৌই। ঐনা লম্বীদা থেংনবা মীপূম খুদিংমক্ লোইনা গোবিন্দগা মান্নে। পূম্নমক তৌবিমল খঙ্ই, পূম্নমক্লা ঐগা মরূপ ওইনীংই, হায়জরুবা মখৈ য়াবিরকই, থোইনা অমুক খন্থবা তৌদে। মীশিং অসি লোইনমক্ অঙাংদা অঙাংনি'।

নুমিৎ য়ুংলকপা মতমদা মহাক্না খুল অমা ফাওদুনা চৎলমই। ফক্লাং লৈখোমনা ব্রাইতৈবা খাংপোকশং অমগী মমাঙ্দা চঙখ্রিবা লৈরক্ অমদা অঙাংমচা ময়াম জগোই শাদুনা লৈরমই। মখোয়না মাইরেন মরূগা থরোইগনা শান্নরমই। মখোয় মশেল লাউনৈ, অমগা অমগা মুন্নে অদুবু মখোয়না মমাঙথৈদা অমুক্তা উখিদ্রিবা সামান অমা লাকপদা কিদুনা কায়দুনা চেন্নখিরমই। খুল অদুগী মতোন্দা, লন্বী অদু তুরেলমচা অমা পাংনা চৎখ্রি অমসুং তুরেলমচা অদুগী তোর্ব্বান্দা মথোক কারকপী নূপীমচা অমা ফমদুনা ফি শুরমই। সিদ্ধার্থনা তরাম্না অমসুং য়াম্না নোল্লুকপা ব্রাহৈনা কৌবা মতমদা, মোমোন নোক্লদুনা মঙক্ হাইগৎলগা নূপীমচা অদুনা মঙোন্দা য়েংলমই অমসুং মহাক্কী মমিৎকী অঙৌবা শরূক অদুগী অরংবদু উরমই। মহাক্না, তীর্থ যাত্রী খূদিংমক্কী হৌনবী, নূপীমচা অদুদা আশীর্ব্বাদ পীরমই।

লমচৎপা তীর্থ যাত্রীশিংগী হৌনবী মতৌ, বড় অমা পীরদুনা, লন্বী অসিবু সহর অচৌবা অদু য়ৌগদবা কয়া য়াম্না ব্রাৎলিবগে হংলমই। মদু তাবদা নূপীমচা অদু হৌগৎলমই অমসুং মাগী মনাক্তা চঙশীল্লক্লমই; নূপী মচাদুগী মায়থোংদা মাগী মহি চেল্লবা মচিনবান অদুনা য়াম্না পূক্লিং শুমহৎপা মওংদা লংনা ঙাল্লমই। মখোয়নি ইচম চন্বা ব্রাচোই অমা অনি ঙাঙনরমই; হংই, মহাক্ চাক্ চারব্রা হায়না অদুগা সামানশিং অসিদি উমংদা মথন মথন্তা তুমই হায়, মখোয়গী মনাক্তা নূপীগা লৈমিন্নবা য়াদে হায়বসি চুম্ব্রা হংলমই। অদুগী তুংদা নূপী অদুনা মাগী মখোঙ্ ওই মথক্তা য়েংনা নেৎলগা মঙোন্দা ইঙ্গিৎ অমা পীরমই - ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা উ কাবা হায়বা ফিরেপ অদুগী মওংদা - নূপী অমনা মশাদা কামগী ঈরাং হৌরক্তুনা শম্ননীংবদা নুপাদা ঈঙ্গিৎ পীবগুম।

সিদ্ধার্থগী মশাদা চেল্লিবা ঈ অদু মৈ হৌরমই অমসুং মিকুপ অদুদা মানা মঙখিবা মঙ্ অদু অমুকহন্না মশক্ শেংনা উরক্লমই। নূপী অদুগী মনাক্তা চঙশীল্লগা হাইরপ নোম্থরগা মহাক্কী ঙাঙ্লৈনবা খোমজীন অদু চুপ্লমই।

মানা মমায় লোংখৎলকপদা উরে-নূপী অদুগী মোমোন তৌবা খৌরাংবনা থল্লবা মায়থোংদু অমসুং মাগী হায়ফেৎ উইশিল্লবা মমিৎ অনি অদুনা অপাম্বনা থুমহত্তুনা পীরো হায়জবদো।

সিদ্ধার্থসু অপাম্বদু মশাদা ফাওরমই অমসুং হকতিন্নবগী মশাদু ঈরাং হৌরমই তৌইগুম্বসুং পুন্সিদা মহাক্না কৈদৌনুংদা নুপী হায়বসি অমুক্তা শম্নদ্রিবা মরম্না, মাগী মখুৎ অনি অদুনদি নুপী অদুবু লাক্তুনা চিংশিন্নীংলগসু, ঙহাক্তং খঞ্জানরমই। মিকুপ অদুদা মহাক্না মাগী নুংগী খোঞ্জেল তারকই অমসুং খোঞ্জেল অদুনা লাউরকই "তৌগন্"। মদুদগীদি মথোক কারকপী নূপীমচা অদুগী মোমোন্নবা মায়থোংদা তারম্বা শুমহৎলাইগী শক্তম পৃম্বা খঙহৌদনা মাঙখিরমই, শুপ্নগী কাম্না ময়াই কারবী মথোক কারকপী নূপী অমগী খৌরাংবা মীৎয়েংনা হুদুনা লোন্না য়েংলকপা শক্তম অদুতমক্ ঙায়হৌরে। মহাক্না মাগী মখজাই অদু তপ্না নানবিরমই অমসুং নীংবা কায়রবী নুপী অদু নাথৈরগা খোঙলৈ থুনা ৱাগী উনুংদা চঙ্খিদুনা অদুম মমি শামখরে। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা মহাক্না সহর অচৌবা অমদা থুংলমই অমসুং মহাক ৱাখল য়াম্না নুংঙাইরমই মরমদি মহাক মী মরক্তা লৈনীংবা ফাওরমই। মতম শাংনা মহাক্না উমংদা পুন্সি লেল্লকলে অমসুং হৌখিবা অহিংদা হিরানবা নুপা অদুগী চরুগী খাংপোক্ মনূংদা তূম্বা অদুনা মতম কুইনগী তুংদা য়ুম অমগী মনূংদা তূম্বা ফংবা অহানবনি।

সহরগী ৱাংমদা শম্বল খাদবা নীংথীরবা বন অমগী মানক্তা কোয়না চৎপা য়ুমলিংদবা নুপা অসিনা মকোক্তা থুমোক পুরদুনা চৎপা নুপী নূপা পরেং অমা ওক্লরমই। ময়ামদুগী ময়াইদা নীংথীনা লৈতেংলবা মী মরিনা পুবা দোলাই অমদা শক্ নাইবী নূপী অমা অঙাঙবা মোম্পাক্ অমগী মথক্তা, মচু শঙ্লবা ফীজং অমগী মখাদা ফমলি। সিদ্ধার্থনা উমং অদুগী চঙ্ফমদা লেপ্তুনা য়েংলমই প্রোসেসন্ অদু, মীনাই নূপাশিং অদু, মীনাই নূপীশিং অমসুং থুমোকশিংদু। মহাক্না দোলাই অদু অমসুং মদুগী মনুংদা ফল্লিবী ভদ্রমহিলা অদুবু য়েংলমই। ৱাংনা পুনখৎলবা মাগী শম্বল অদুগী

মখাদা মহাক্না উরমই - লংলবা, খোয়থুম্নরবা অমসুং শিংলবা মায়থোং অমা, খায়বদা ঙায়রিবা হৈবোং মচু মাল্লবা তঙাংবা মহাক্কী মচীনবান, নীংথীনা য়েক্লবা মীশুন্বা পীশুম, মুশুক্-মুবা শিংলবা অমসুং মনুং ফাওনা উবা ঙন্বা মাগী মমিৎশিং অমসুং অশংবা মচু অমসুং সনানা লৈতেংলবা মহাক্কী অচোনবা ফীজোল অদুদগী থিন্দোরকপা লংলবা চেংলবা মঙকশম অদু নুপী অদুগী মখুৎকী খুদাংদা সনাগী খূজি শিরদুনা - খুৎ অদু য়াম্না নাল্লি অমসুং তাশিল্লি, শাংই অমসুং তনাপ তনাপ্লী।

সিদ্ধার্থনা নুপী অদুগী মশক্ কয়াগী মতীক্ ফজবগে হায়বদু উরমই অমসুং মপূক্লিংদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা ফাওরমই। দোলাই অদুনা লাকপনা মাগী মনাক্ নকশীল্লকপা মতমদা মহাক্না মকোক্ নোন্না খুরুম্লমই অমসুং মহাক্না মঙক্ অদু অমুক্ হাইগৎত্তুনা য়েংলমই - নীংথীরবা লংলবা মায়থোং অমসুং শিংলবা কোন্তক্ তাবা মহাক্কী মমিৎ অনিদুদা অমসুং পরফ্যুম অমগী নুংশিরবা মনম ফাওরক্লমই, করি মনমনো মহাক খঙ্লমদে।

নীংথিরবী নুপী অদুনা মঙক্ হাইফেৎ নোম্লমই অমসুং মোমোন তৌরমই, অদুগী তুংদা মনাই মশল ময়াম অদুনা মতুং ইল্লগা বন অদুগী মনুংদা চঙখিবদগী মশক্ উবা ফংখিদ্রে।

অদুনদি, সিদ্ধার্থনা খল্লি, ঐনা সহর অসিদা থুংলবসি ওস্তোক্না লাইবক ফবা ক্ষেনফম অমা হায়বদু ওইরে। উমং অদুদা থীন্দনা চঙনীংবগী ইথিল অমা মঙোন্দা ফাওরমই অদুবু মহাক্না ৱাখল তৌরকই, মরমদি মহাক্না খংনীং -নীংশিংলকই - উমংগী থোঙ্গান্দা মহাক্না লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা মীনাই নূপা নুপীশিং অদুনা অসুক্কী মতীক্ তুক্কচনা, অসুক্কী মতীক্ চিংননা অমসুং কান্নদবা মীরেম অমনি হায়বা মতাগুম য়েংলম্বা মীৎয়েংদু।

মানা খল্লকই - হৌজিক্ ফাওবা ঐ সামান অমা ওইরি, সন্যাসী অমনি অমসুং চাকনিবা অমনি। ঐহাক ঐনা ওইরিবা ফীভম অসি অমুক হন্না ওইদুনা লৈবা ঙম্লরোই। ঐগী ফীভম মতা অসিদা ঐনা বন মনুংসিদা চঙবা য়ারোই। অসি হায়রগা মহাক্না নোক্লমই।

মহাক্কা ইহান-হান্না থেংনবা মী অমদা মহাক্কা উমং অদু অমসুং নূপী অদুগী মমিং হংলমই অমসুং মহাক্ অদু শকনাইরবী বেশ্যা[১] কমলাগীনি অমসুং উমং অদুতা নত্তনা সহরদা মহাক্কী যুম অমসু লৈরি হায়বা খঙলমই। অদুগী তুংদা মহাক্কা সহর মনুংদা চঙ্লমই। মাগী পা' দম শুপ্নগী অমখক্তনি। মদু ফংনবা, মহাক্কা সহর অদু থুংনা চত্তুনা য়েংলমই লৈরক-কোন্সাং ফাওদুনা অমসুং লম্বী সোরোক অচৌবদা, মফম কয়াদা চপ্ লেপ্তুনা লৈরমই অমসুং তুরেলগী নূংনা চনবা সিড়ি মথক্তা ফমদুনা অমুক পোত্থারমই।

নুমিদাং ৱাইরম ওইরকপদা - নুংশা লাংদনবা ফি মচেৎ অমা খনগৎলগা থবক শুদুনা লৈরিবা হাজাম অমগীদা শুমীন্নবা নুপা অমগা মরূপ শান্নরমই। বিষ্ণু মন্দিরদা লাইশোনগী মতমদা অমুক হন্না মহাক্কা মাগা থেংনরমই অমসুং মঙোন্দা বিষ্ণু অমসুং লক্ষ্মীগী ৱারী-শীংবুন কয়া লীবীরমই। অহিংগী মতমদা মহাক্কা তুরেলদা থাঙ্লিবা হি মনুংদা তৃম্লমই অমসুং অয়ুক ঙন্তা দুকান অদুদা শম ককপা মী অতৈ লাক্ত্রিঔদা, হাজাম মচা অদুদা মাগী মকোই অদু কোকথোকহল্লমই। মহাকনা মাগী মশম অদুসু থাউ মনম নুংশিবা তৈদুনা নীংথীনা শমজেৎ হাত্তোকহল্লমই। অদুদগী মহাক্কা তুরেলদা ইরুজবা চৎলমই।

নীংথীরবী কমলানা নুমিৎযুংবা মতুং হাইরপ থেঙ্থরকপদা দোলাই থক্তা তোংদুনা মহাক্কী কুঞ্জবন য়ৌশিল্লকপা মতমদা, সিদ্ধার্থনা চঙফম অদুদা লেপ্তুনা লৈরমই। মহাক্কা মকোক্ নোল্লমই অমসুং বেশ্যা অদুনা মহাকপু তরাম্না ওকপগী ঈঙ্গিৎ ফংলমই। পরেং শাংনা লাকইবা মীয়াম অদুগী মরক্তগী মমৈ ইথং-থংবা মীনাই অদু কৌথোক্লগা হায়জরকই-ব্রাহ্মন মচা অমনা নঙ্গী নবেম্মা অদুদা ৱাহৈ খরদং হায়জগে হায়না অমুক্তা

১। লাইরিক্তা ইরম্বদি Courtesan হায়বনি। Courtesan হায়বসি মৈতৈ সমাজদা অমসুং মৈতৈরোন্দা লৈতে। ৱাহৈ অসিগী অর্থদি অঙম-অথৌ, শেঙ্গাও পায়বা মী শিংতগা লোয়নবা অৱাংবা থাক্কী ওক্তবী বেশ্যা হায়বনি। মরম অসিনা ঐনা বেশ্যা হায়না অদুমক থমজরে।

হায়বীরু। ওহাক লৈরগা মীনাই অদু হল্লকলমই, সিদ্ধার্থদা মাগী মতুং ইল্লকউ হায়রমই অমসুং ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাওনদনা কমলাগী পোশ্খানবা কা অদুদা থিনজিনবীরল্লগা মহাক্ চৎখিরমই।

'নঙ্ নত্রা, ঙরাং মপান্দা লেপ্পুনা ঐবু তরাম্না ব্যবহার তৌবদু?', কমলানা হংলমই।

'মানি, ঐনা নঙবু ঙরাং উই অমসুং নোল্লুকপা উৎচরমই'।

'অদুবু ঙরাংদি নঙ নকোই-নরাং অমসুং নশম শাংনা খাক্তুনা, নকোক্ অদুনা উফুল-উনাই ঙাক্তো ঙায়বা নত্রা' ?

'নঙদি য়াম্না মুন্না য়েংলল্লে, নঙনা লোইনা উরল্লে। নঙনা উখ্রে ব্রাহ্মন মচা সিদ্ধার্থ, ময়ুম-মকৈ থাদোক্তুনা সামান ওইবা চৎলুরবা অমসুং চহি অহুম সামানসু ওইরুরবা। অদুবু হৌজিক্তি ঐহাক্ মদুগী লম্বী অদু থাদোক্লমলগা সহর অসিদা লাকপনি অমসুং সহর অসি য়ৌদ্রিঙৈদা ঐনা ইহান হান্না থেংনবা মীশক্সু নহাকনি। হে কমলা, ঐনা নঙগী নফমদা ব্রাফম অসিমতং হায়জগে লাকপনি - সিদ্ধার্থনা মমায় লূকথদনা নূপী অমগা ব্রা ঙাংনখিবসি নঙনা অহানবনি। ঐ অমুক্ হন্না ঐগী মীৎ অসি লূকথররোই - শকহেনবী নূপী অমা উন্নবদা'।

কমলানা মোমোন নোক্লমই অমসুং ব্রাহোং মতুগী হুমাই অদু হুন্লমই অদুগা হায়রকই, 'সিদ্ধার্থনা ঐঙোন্দা হায়গদবা ব্রাসি অদুনা লোইরব্রা?' 'ঐ মসিদং হায়জগে অমসুং নঙবু থাগৎচগে লাকপনি মরমদি নঙ্সে অসুক্কী মতীক্ নশক্ ফজে। অদুনা নঙ্না ব্রারৌবিরোই হায়রবদি, কমলা নহাক্না ঐগী মরূপ অমসুং ঐগী ওঝা ওইবীয়ু হায়জনীংই, মরমদি নঙনা মী পূম্নমক্তগী হেল্লিবা বিদ্যা অদুগী মরমদো ঐদি করিমত্তা খঙজদে'।

মদু তাবদা কমলানা খোঞ্জেল হৌনা নোক্লমই। 'উমংদগী লাকপা সামান অমনা ঐগী ইফমদা লাক্তুনা ঐঙোন্দগী পাড়া তমগনি হায়বসি ঐনা অমুক্তসু থেংনরক্ত্রি। মশম শাংনা খাকপা, ফিমন্ শেৎপা সামান অমত্তনা

ঐগী ইনাক্তা লাকখিদ্রি। নহা কয়ামরূম ঐঙোন্দা লাকই - ব্রাহ্মন মচাসু য়াওই তৌইগুম্বসুং মখোয়দি ফজবা ফীজোল শেৎলি, মমল য়াম্বা খোঙউপ তোংই, মখোয়গী মশমদু নুংশিবা থাউগী মনম নমই, মখোয়গী বেগতা পৈশা য়াওরকই; নহাশিং অদুনা ঐঙোন্দা লাকপদি মতৌ অদুম্মনি, হে সামান'।

সিদ্ধার্থনা হায়রকই, 'ঐ হৌজিক্তগী হৌনা নঙোন্দগী তম্বা হৌরবনি। ঙরাংসু ঐনা নঙোন্দগী পাড়া খরসু তম্লে। ঐনা ঐগী কোই কোকথোকপা হৌরে, ঐ কোক্তা থাউ তৈরে, শমজেৎ হাৎলে। পূম্নমক্তগী অথোইবী ইবেম্মা, ঐগী ইশাদা অৱাৎপা ঐনা তৌদবা পঙ্লৈ-লৈত্রে; নীংথীবা ফীজোল, অফবা খোঙউপ অমসুং বেগতা পৈশা। সিদ্ধার্থদি কৈসু লৈতবা পোৎ মচাশিং অসিদগী হেন্না লুবা থবক কয়া পাঙথোক্কে হায়না পান্দমলিবনি অমসুং ঐ মহৈসু য়াল্লে। ঐনা ঙরাং পূক্লিংদা লেপখিবা - নঙগা মরূপ শান্নগে অমসুং নুংশিবগী নুংঙাইবা পূম্বা নঙোন্দগী পাড়া তমগে - মদু ফংনবা করিগী হোৎনরোইদৌরিবনো? নঙনা ঐ অসি য়াম্না ফবা ছাত্র অমনি হায়বা খঙ্গনি, কমলা। ঐহাক্তি নঙ্না তম্বীগদৌরিবশিং অদুদগী হেন্না লুরবা কয়া তমদুনা লাক্লবনি। মরম অসিনা মকোক্তি থাউ তৈরবা অদুগা ফিংদি লৈজদ্রিবা, খোঙউপ তোংদ্রিবা, পৈশা পায়দবা হৌজিক্ ওইরিবা সিদ্ধার্থ অসি নঙগীদমক্তদি মতীক্ মপা চাদে হায়বনি'।

কমলানা নোক্লমই অমসুং হায়রকই, 'চুমই ৱাৎলি, মহাক অদু হৌজিক ফাওবদি য়ৌগদবা থাক্ ৱাৎলি। মহাক ফজবা ফীজোল শেৎকদবনি, খোংউপ অফবা তোংগদবনি অমসুং মহাক্কী শেঙ্গাউদা শেল মরাঙ কায়না অমসুং কমলাগীদমক্তা খূদোলপোৎ। হৌজিক্তি খঙলব্রা উমংদগী লাকপা সামান ? নঙ্ ভাব তারব্রা' ?

'ঐ ভাব মুন্না তারে', সিদ্ধার্থনা খুম্লমই, 'অসুক নীংথীরবী অমগী মচীনবান্দগী ঙাংথোরকপশিং অসিবু ঐনা করিগী খঙলোইদগে'? নঙগী নচীনবান অসিদি খায়বদা ঙায়রিবা হৈবোংগা পাংখ্কনি, কমলা'? ঐগী চীনবান অসিসু তঙাং-তঙাংলদনা নঙোন্দগী তাদে-তদেকই অমসুং

নহাক্কী অদুগা লম্বা চপচাবনি হায়বসি নঙ খঙগনি। অদুবু অসিমদি হায়য়ু, নীংথীবী কমলা, নুংশিবা হায়বসিগী মরমদা নঙগী নফমদগী তমগনি হায়না লাকলিবা উমংদগী থোরকপা সামান অসি নঙ করিমত্তা কিদবরা' ?

'করিগী কিগনি ঐনা সামান অমবু - বুদ্ধি য়াওদবা অপঙবা, লমহুই মরক্তগী লাকপা নুপী হায়বসিগী মরমদা মরীক্ অমত্তা খঙদবা মখোয়বু'।

'আহ: সামানদি মপাঙ্গল কল্লি অমসুং মখোয়দা অকিবা লৈতে। মহাক্না নঙগী নথক্তা নমজা নমথেকপা ঙমই, শকহেনবী, নঙগী নরল নথুম পৃম্বা লুট তৌবা ঙমই, মহাক্না নঙেন্দা চৈনাখোল পীবা ঙমই'।

'নত্তে, সামান, ঐ কিদে। কনাগুম্বা সামান অমা নত্রগা ব্রাহ্মন অমনা মাগী জ্ঞান, মিনুংশি খঙবা অমসুং মনুং হুঞ্জিন্না ব্রাখল খনবগী শক্তি অদু মহাকপু ফূরগা মুন্দুনা লৌবিখিনি হায়বগী অকিবা করিগুম্বদা ফাওবা লৈখিবরা ? লৈখিদে মরমদি পোৎশকশিং অসি মখোয়গা শাগোন্নবনি, মশানা পীরগে নীংলবা কালদদা অমসুং পীগে হায়বা শরূক অদুতমক পীবনি। কমলাগী মফমদসু অদুগা চপ মান্নে অমসুং নুংশিবগী মখল-মথেল শক্লোন পুরবা নুংঙাইবসু অদুগা অহ্মানি। কমলাগী মচীনবান অসি নীংথিজৈ অমসুং তঙাং-তঙাংই, তৌইগুম্বসুং কমলানা মশানা য়ানিংদনা অমুক্তং চুপ্তুনা য়েংউ চিম্বান দুদগী অথুম্বা মরীক অমা ফাওবা ফংবা ঙম্লোই। চীম্বানশিং অদুনা করম্না অথুম্বা মহাউ পীগদগে হায়বা হৈরগসু, নুংঙাইবা মরীক্ অমা ফাওবা ফংবা ঙম্লোই। নঙদি য়াম্না ফবা ছাত্র অমনি সিদ্ধার্থ, মরম অসিনা মসিমসু তমশীল্লু। কনাগুম্বা অমনা নিদুনা, শেলনা লৈদুনা নত্রগা লেম্না খূদোলপোৎ ওইনা লম্বীদা সোড়োক্তা ফংবা য়াই নুংশিবা, তৌইগুম্বসুং মদু লোন্না হুরান্দুনা লৌবদি ঙম্লোই। নঙনা লান্না লৌরে নঙনা খল্লিবদু লাল্লে। তশেংনমক, নঙগুম্বা নীংথীরবা নহা অমনা লান্না খঙলি, মসিমক্তি অৱাবনি'।

সিদ্ধার্থনা মঙক্ নোল্লমই অমসুং মোমোন তৌরমই। 'নঙনা হায়বা চুমই, কমলা, মদু অৱাবগী মশকনি। মদু য়াম্না নুংশিনীংঙাইগী মশকনি।

নত্তে, নত্তে নঙগী চীস্বালদগী নত্রগা ঐগীদগীসু অথুম্বসু মরীক্ অমত্তা মাঙদবা ওইসনু। মরম অসিনা ঙসি মঙোন্দা ব্রাৎলিবা পোৎলমশিং - ফি, খোঙউপ, পৈশা পূম্নমক অসি লোইনা লৈরবা কালদা সিদ্ধার্থ অমুক হল্লকখিনি। অদুবু শকহেনবী কমলা, অমুক্তা হায়বীয়ু, নঙনা ঐঙোন্দা পাউতাক্ খরদংদি পীবীবা য়াদব্রা' ?

'পাউতাক্? করিগী পীদ্রিবনো হায়বা? লাইরবা অপঙ্বা উমংগী লমহুই মরক্তগী লাকপা সামান অমগী মফমদবু হরাউ-হরাউনা পাউতাক পীরোইদবা মী কনা লৈগদগে' ?

'চান্নরবী কমলা, কদাইদনো ঐনা চৎকদবসি, পোৎশক অহুম অদু য়ারিবমখৈ থুনা ফংনবা' ?

'মরূপ, মী কয়ানা মদু খঙ্বা পামই। নঙ্না হৈজবা বিদ্যাদু শীজিন্নদুনা পৈশা, ফি, অমসুং খোঙউপ ফংনবা হোৎনগদবনি। অদু নত্তনদি লাইরবা নীপা অমগী শেল ফংনবা পাম্বে লৈতে ।

'ঐহাক্ ব্রাখল তৌবা ঙমই, ঐহাক্ ঙাইবা ঙমই, ঐহাক চরা হেনবা ঙমই'।

'অতৈ অতোপ্পা অমত্তা হৈতবরা' ?

'অমত্তা হৈতে। ও, অদুগা ঐ কবিতা ইবা হৈ। কবিতা অমগী মমল ওইনা নঙ্না ঐবু অমুক্তং চুপ্পীগদ্রা' ?

' নঙগী কবিতা অদুনা ঐগী থব্রায় তারবদি, নঙনা হায়রিবদু য়াবসু য়াই। করি মমিং কৌবগে, নঙগী কবিতা অদুবু'?

ঙহাক্ ব্রাখল তৌরগা, সিদ্ধার্থনা মসিগী কবিতা অসি থীরমই :

'মহাক্কী কুঞ্জবন পাংখরে নীংথীরবী কমলাদি,
বনগী থোঙ্গান্দা লেপ্পমই ব্রাউথাংনবা সামান'দু,
উজবদা লৈরাং থম্বালদো মহাক্তা,
নোঙ্জে মকোক নোল্লুক্তা,

ওকই কমলানা মোমোন তৌরদুনা,
খল্লকই সামান পাখং অদুনা,
থোইদোক্লা ফবা হেনগনি,
যজ্ঞ কৎপনা নীংথীরবী কমলাদা,
ঈশ্বরদা যজ্ঞ দান তৌদৌ শরূক'।

কমলানা খূবাক হৌনা খূরমই, মাগী খুজিশিংদুনা খোন্থাং য়েরমই।

'ৱাউথাংনবা সামান নঙগী কবিতা অসি ওম্থোক্লা ফজখ্রে অদুনা তশেংনা হায়রবদা মদুগীদমক্তা নঙবু অমুক্তং চুপ্পদা থোইনা মাঙ্নীংঙাই লৈতে'।

মহাক্কী (কমলা) মমীৎ অদুনা মাবু (সিদ্ধার্থ) মনাক্তা চিংশিল্লমই। মহাক্লা (সিদ্ধার্থ) মাগী মমায় অদু মাগী (কমলা) মনাক্তা নকশিল্লমই অমসুং মাগী (সিদ্ধার্থ) মচীনবান অদুনা খায়বদা ঙায়রিবা হৈবোং মচু মাল্লবা মাগী (কমলা) মচীনবান্দা শোক্লমই, কমলানা থৱায় তানা চুপ্লমই অমসুং সিদ্ধার্থগী মশাদা কাম্গী ঈরাং হৌরক্লমই অমসুং কমলানা মঙোন্দা পাড়া কয়া য়াম্না তম্বীরবগে হায়বদু মাগী হকচাংদা ফাওরক্লমই - মহাকসি কয়াদা হৈখ্রবা, কয়াদা চঙখোনখ্রবা, মাবু কয়াদা অমুক্ লাপথোকহনখ্রবা, মহাকপু অমুক কল্লকহনবা অমসুং কুইনা চুপ্নরবা তুংদা - অমগা অমগা অমত্তা মান্নদবা মখল মথেল কয়াগী চুপ্নবগী পরেং অমসু মখা ৱাৎলি। নুংশা স্বর শাংনা হোল্লদুনা মহাক্লা লেঙ্দনা লেপ্পুনা লৈরমই। মীকুপ অদুদা মহাক অসি - অনৌবা বিদ্যা অমসুং তোপ-তোপ্পা মহৈ অমা মাগী মীৎমাঙ্দা মথং মথং উরকপদা ঙকচবা অঙাং অমগী পাংখক্ ওইরমই।

'নঙ্গী কবিতা অসি ফজখ্রে' কমলানা হায়রকই, 'ঐনা শেল লৈবা মীশক্ অমা ওইরম্লবদি, মদুগীদমক পৈশা পীরমগদবনি। তৌইগুম্বসুং কবিতাগী পাম্বৈনা নঙগী দরকার ওইবা শেল পূম্নমক্ তানবদি ৱানা থোক্কনি। মরমদি নঙ্না কমলাগা মরূপ ওইবা পাম্লবদি শেল মরাং কায়না চঙ্গনি'।

'নঙসে চুপ্নবা কয়াদা হৈখ্রবা, কমলা,' সিদ্ধার্থনা লৈয়েং ফাইরদুনা হায়রমই।

'চুমই, তশেংবনি, মদুগী মরম্ননি - ফি, খোঙ্উপ, খুজি অমসুং ফজবা পোৎচৈ ঐগী অমত্তা ৱাৎত্রিবসে। অদুগা নঙনা তৌদৌরিবসি করিনো ? নঙবু ৱাখল খনবা, চরা হেনবা অমসুং কবিতা ইবা অসি নত্তবা অতৈ অমত্তা হৈতবরা ?

'ঐ যজ্ঞগী মতমদা শকপা ঈশৈসু হে', সিদ্ধার্থনা হায়রকই; 'অদুবু ঐ মদু অমুক্ হন্না শক্লরোই। ঐ মন্ত্র থীবসু হে অদুবু ঐ মদু অমুক্ হন্না থীররোই। ঐ ধর্ম্ম গ্রন্থশিংসু পারে .... ....'।

'ঙাইখো', কমলানা মরক থৎলকই, 'নং ইবা পাবদি ঙমই'।

'অচুম্বনি, ঐ ঙমই। মী অয়াম্বসু মদুদি ঙমনৈ'।

'লোইনমক্লা ঙমদে। ঐ ঙমদে। নঙ ইবা পাবা ঙমই হায়বসি য়াম্না ফৈ, য়াম্নমক নুংঙাইরে। নঙগী মন্ত্র থীবা অদুসু মতম অমদা দরকার তারকপা য়াই'। মতাং অসিদা মীনাই অমা চঙ্লক্কুনা মাগী মবেম্মগী মনাকোংদা লোন্না ৱা খরা হায়রমই।

'ঐবু উন্নবা কনাগুম্বা অমা লাক্লে', কমলানা হায়রকই, 'নঙ খোঙলৈ থুরো, মফমসিদগী চৎখ্রো, সিদ্ধার্থ, নঙবু কনামত্তা উহনবা য়াদেকো। হয়েং নঙগা অমুক উন্নগনি'। অদু হায়রগা মহাক্না মাগী মনাই নীপা অদুদা য়াথং পীরমই - ব্রাহ্মনগী ফীশেং অঙৌবা অমা নীপাদুদা পীখিনবা। করিনো তৌরিবসিবু হায়বা ভাব-মেন তাদনা মীনাই অদুনা অকোইবা লম্বেল অমদা চিংদুনা লৈকোল অদুগী য়ুম অমা তানা সিদ্ধার্থবু পুরমই, অচোনবা ফি অমা পীরমই অমসুং অশোঙবা মোংশোঙ অমদা পুশিল্লগা হায়রমই - মী কনামত্তা উহন্দনা, য়ারিবমখৈ থুনা লৈকোল অদু থাদোকখিনবা। নীংবা থুংলদুনা, মঙোন্দা হায়বদুমক্ তৌরমই। উমংদা হৈনরকপা মীশক্ অমা ওইবা মরম্না, শম্বল অদু কান্থোক্লগা কনা উহন্দনা বন অদুদগী মপান থোরক্লমই। মথ্বায় হরাউনা, ফি অচোনবা অদু তাশীল্লগা শেগাদা য়েপ্তুনা, মহাক্না সহরদা হল্লকলমই। মহাক্না, লমচৎপা ময়ামগী পূনফম ধর্ম্মশালা অমগী থোঙ্জীন্দা লেপ্লমই, ৱা ঙাঙ্দনা ভিক্ষা নিরমই,

তল মচেৎ অমা হাপ্পীবদু ৱা অমত্তা ঙাংদনা লৌরমই। হয়েংদি, মহাক্না খল্লকই, ঐ অচা অথক্ নিবা দরকার ওইদবসু য়ারে।

খঙ্‌হৌদনা চাউথোকচবগী ৱাখল অমা মাগী মশাদা ফাওরক্লমই। মহাক অমুক্ হন্না সামান অমা ওইদ্রে, মানা নিরগা চাদুনা সুম লৈবসি হৌনদ্রে।

তল মচেৎ অদু মহাক্না হুইদা পীজথোক্লমই অমসুং করি'মত্তা চাদনা লৈরমই। লমদমসিগী লেল্লিবা পুন্সি মরেল অসি ওন্থোক্না চমখ্রে, সিদ্ধার্থনা খল্লকই। মফমসিগী পুন্সিসি লায়না লেল্লি। ঐনা সামান অমা ওইরিঙৈ মতমদদি পুন্সি অসি য়াম্না লুই, ৱাই অমসুং অরোইবদা নীংবা কায়বা নত্তনা অতৈ লৈরমদে। হৌজিক্তি লোইনা পূমলায় লায়রে - কমলানা চুপ্পবগী পাড়া তন্বীবা অদুক্ লায়রে। ঐগী হৌজিক দরকার ওইরিবসি শুপ্পগী ফি ফজবা অমসুং পৈশা, মদুতা ঙায়রে। মখোয়শিং অসিদি তুমশিনগদবা কায়গদবা নত্তবা অরায়বা পোৎ ঙাক্তনি।

সহরদা লৈরিবা কমলাগী য়ুম অদু মানা মাঙজৌননা খঙদোক্তুনা মথংগী নুমিত্তা মফমদুদা লাক্লমই।

'পূম্নমক অকায়বা অমত্তা য়াওদেদনা।', মহাক্না (কমলা) অথাপ্পদগী হায়রকই। 'কামাস্বামীনা নহাকপু মাগী ময়ুমদা কৌরি; মহাক অসি সহর অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মরল লৈবা করবাররালা অমনি। নঙ্‌না মাগী মপূক্লিং পেলহনবা ঙম্লবদি, নঙ্‌বু শেন্বীবা ঙম্বা মীনি। মদু খঙনা চৎলু, ৱাউথাংনবা সামান। ঐনা মী অমগী খুথাংদা নঙগী নমিংসি পনখ্রবনি। মাগা মরূপ ওইনা লুনা তিন্নৌ; মহাক অদু য়াম্না শক্তি লৈবা মীশকনি, অদুবু কা হেন্নদি নোঞ্জরুগনু। ঐনা নঙ্‌সি মাগী মনাই নত্তবা, মাগা চপ মান্নবা মীশক্ অমা ওইবা পামই, অদু নত্রবদি ঐনা হরাউরোই। কামাস্বামী অসি চহি মতাং লৈশীল্লকলে অমসুং মশা খীংদ্রে। নঙনা মাবু পেন্নবা চৎপা ঙম্লবদি, মানা নংঙোন্দা য়াম্না চাউনা থাজবা থমগনি'।

সিদ্ধার্থনা থাগৎপা ফোঙ্‌দোক্লমই অমসুং নোক্লমই অমসুং মহাক্ নুমিৎ অদু অমসুং মমাঙ্‌গী নুমিৎত্তসু ময়াদা পোৎ মচেৎ অমত্তা তাদ্রি হায়বা

জ্ঞান তারকপদা, মহাক্না তল অমসুং উহৈ পুরক্লবা থৌদারমই অমসুং মাবু নীংথীনা সেবা তৌবিরে। 'নঙ্ নরাইবক্ য়াম্না ফৈ, ' চৎলমদাইদা মহাক্না (কমলা) হায়রকই; 'নঙ্গীদমক্ থোঙ মথং মথং হাংদোরক্লে। মসিবু করম্না ওইরক্লিবনো ? নঙোন্দা শুমহৎয়াই শক্তি অমা য়াওবনরা' ?

সিদ্ধার্থনা হায়রকই; 'ঐনা ঙরাং নঙোন্দা হায়খি, ঐহাক ৱাখল খনবা, ঙাইবা, চরা হেনবা ঙমই হায়না তৌইগুম্বসুং নহাক্না মদুপূম্বা কান্নবা পোৎ অমত্তনি খনখিদে। অদুবু মখোয়শিং অদু কান্নবা পোৎশকনি হায়বসি নহাক উবা ফংলগনি, কমলা। উমংদা লৈবা পঙ্লবা সামান অসি কান্নবা পোৎ কয়া হৈরে, খঙলে হায়বা নঙ উরনি। ঙরাংগী মথং নহালদু ফাওবদি ঐহাক্ চমোৎনবা চাকনীবা অমা ওইরমই; ঙরাংদি ঐনা কমলাবু চুপ্পা ফংখ্রে অমসুং পঙকুই-কুইদনা ঐ ললোনবা কারবারৱালা অমা ওইরগনি অমসুং পৈশা অমসুং নঙ্না মমল য়াম্বনি খঞ্জবা পোৎ পূম্নমক্কী মপু ওইরগনি'।

'চুমই', মহাকসু (কমলা) য়ারমই, 'অদুবু ঐ লৈরমদ্রবদি নঙ কমদৌরমগনি ? কমলানা নহাকপু মতেং পাংলমদ্রবদি নঙগী ফীভম হৌজিক করি ওইগনি'?

'ঐগী চান্নবী কমলা', সিদ্ধার্থনা হায়রকই, 'ঐনা নঙগী ঈরাং লৈকোল (বন)দা নঙগী ননাক্তা লাকখিবা নুমিৎ অদুদা ঐগী অহানবা খোঙথাং থাংজিনবা হৌখ্রবনি। পূম্নমক্তগী শকহেনবী মহাক্কী মফমদগী নুংশিবগী পাড়া তমগে হায়বসি ঐগী অনীংবা ওইখি - মদু ঐনা থবক্ ওইনসু পাঙথোক্কনি। ঐনা মসিমসু খঙই - নঙনা ঐবু মতেং পাংবিগনি; নহাক্না ঈরাং লৈকোলগী চঙফমদা য়েংলকপা, নঙগী অহানবা মীৎয়েং অদুদগী মসি ঐনা খঙখি'।

'অদুগা ঐনা করিগুম্বা য়ানিংদ্রবদি?'

'নঙ মদু শোয়দনা য়াগনি। মুন্না অমুক্তা তাও কমলা, নঙনা নূঙদুম অমা ঈশিংদা থাদবা মতমদা নূঙদুনা থুনা য়াঙনা লৈখা য়ৌখিনবা হোৎনরক্কনি। সিদ্ধার্থনা করিগুম্বা পোৎ অমা ফংগে পন্থুংফম অমা য়ৌগে নীংলকপা মতমদসু

মদুগা চপ মান্নে। সিদ্ধার্থদি থবক করিমত্তা তৌদে; মহাক্লা ঙাই, মহাক্লা ব্রাখল তৌই, মহাক্লা চরা হেল্লি তৌইগুম্বসুং মহাক্লা সংসারগী পোৎ ময়ামসি ফংনবা হোৎনরকপদদি, ঈশিংদা থাদবা নূংদুম অমগী পাংখকনি, অতৈ অতোপ্পা অমা তৌদনা, অতোপ্পা অমদা ব্রাখল চোইথোক্তনা সংসারগী পোৎশিং অসিগী মরক্তা শরূক অমা ওইনা য়াওশীন্দুনা মশামক তপ্না তপ্না ইরোন্নুংদা লুপথহল্লকই। মহাক্লা তাল্লিবা পান্দম অদুনা মাবু লীচিং ওইনা চিংশিলহল্লি মরমদি মাগী পান্দম অদুদা য়াওদবা পোৎ অমত্তা মাগী থম্মোইদা চঙহনদে। মদুনি সিদ্ধার্থনা সামানশিংদগী তল্লকপা। অপঙবশিংনা মদুবু মেজিক্ (মিত্রং) কৌই অমসুং মখোয়না মদু তম্নলাই ফত্তবশিংনা থোকহনবনি খল্লি। লাইফত্তবশিংনা করিমত্তা তৌবা ঙমদে; ভূত হায়বদুসু লৈতে। মী খূদিংমক্ মিত্রং তৌবা ঙমই, মী খূদিংমক মাগী মাগী পন্থুংফম য়ৌবা ঙমই - ব্রাখল খনবা, ঙাইবা অমসুং চরা হেনববু হৈরবদি'।

কমলানা মানা ঙাঙ্বদু পূক্লীং চঙনা তারমই। মহাক্কী খোঞ্জেল অদু মঙোন্দা য়াম্না নুংশিনা থোক্লমই, মাগী মীৎয়েং-নায়েং অদু য়াম্না পামজরমই।

'নঙ্না হায়বদুনা ওইরম্বসু য়াই, ঐগী মরূপ', কমলানা তপ্না হায়রকই, 'অদুগা অসিমক্লসু মরম ওইরম্বা য়াই - সিদ্ধার্থ মশক্ ফজবা পাখং মচা অমনি, মানা য়েংথোরকপা মীৎয়েংনা নূপীগী থমোই মরাঙ্ হৌই অমসুং মহাক্সি মরাইবক ফৈ'। সিদ্ধার্থনা মহাকপু চূপ্লমই অমসুং বিদাই তৌনরমই। 'মদুমক্ ওইবা ওইসনু, ঐগী গুরু। ঐগী মীৎয়েংনা নহাকপু মতম খূদিংদা অপেনবা পোকহনবা ওইসনু, নঙোন্দাগী ঐ লাইবক ফবা হায়বদু ওইজগে'।



# মীয়ামগী মরক্তা

সিদ্ধার্থনা কারবার ৱালা কুমারস্বামী উন্নবা লাক্লমই অমসুং মহাকপু য়াম্না নীংথীরবা য়ুম অমদা পুশিল্লমই। মমল য়াম্লবা কার্পেট মথক্তা মীনাইশিংনা মাঙ থাদুনা মাবু  কা অমদা পুরমই - মফমদুদা মহাক্লা য়ুম অদুগী য়ুম্বুরেন অদুবু ঙাইদুনা লৈরমই। কামাস্বামী চঙলকই - মকোক্তু পোক হাইরপ কাপ্লবা, তনাপ-তনাপ্পা, মশা খীং-খীং লাউবা, মমিৎতু য়াম্না লৌশিং লৈবা, মচীম্বানদু ঈরাং শক্তম পুবা নূপা অমনি। য়ুম্বু অদুগা মাবু উন্নবা লাক্লিবা মীশক্ অদুগা ঈকাইখুম্নবা ফোংদোক্লে।

'ঐঙোন্দা মীনা পাউদম্বদা', কারবারৱালা অদুনা হায়রকই, 'নহাক্ ব্রাহ্মন অমনি, লাইরিক-লাইশু হৈবা মীশকনি, অদুবু নঙনা ললোনবা নীপা অমদা থবক অমত্তা তৌগে হায়। ব্রাহ্মন, নঙ্ মতমদুদা থবক দরকার ওইখিব্রা নঙনা থবক তৌগে হায়রিবসি'?

'মদু নত্তে', সিদ্ধার্থনা খুম্লকই, 'ঐ মদু দরকার ওইদে অমসুং কৈদৌঙৈদসু দরকার ওইখিদে। ঐহাক মতম শাংনা লৈমিন্নরম্বা সামানশিংগী মরক্তগী লাকপনি'।

'নহাক্লা সামানশিংগী মরক্তগী লাকপা ওইরবদি, মদুগী দরকার লৈতে হায়রিবসি মতৌ করম্ননো'?

'ঐগী ইশাগীনি হায়বা পোৎ অমত্তা লৈতে', সিদ্ধার্থনা হায়রমই, 'নঙ্না হায়রিবদুগী অর্থ মদু ওইরবদি। ঐনা ঐগী পূক্লিংগী থৌইশিল মতুংইন্না তৌনীংবা অদুতা তৌবা ব্রাখল অসি নত্তনা ঐগীনি হায়বা তশেংবা সম্পত্তি অমত্তা লৈতে'।

'নঙগীনি হায়বা পোৎ অমত্তা লৈত্রবদি, নঙদি করম্না হিংগনি'?

'ঐনা মদু কৈদৌনুংদা খল্লুদে বাবু। ঐ ইশাগীনি হায়বা পোৎ অমত্তা লৈরক্তবা চহি অহুম ফারে অমসুং ঐ কৈদৌরগা হিংগদগে হায়বসি কৈদৌনুংদা খল্লুদে'।

'অদুনদি নহাক অতোপ্পা মীগী মরন-মথুম্না হিংদুনা লাকখি'।

'অদুগুম্বাজাৎনি। কারবারব্রালা ললোনবশিংস্ অতোপ্পা মীগী মপোৎ মরলদগী হিংই'।

'নঙ ব্রা ঙাংবদি হৈ, অদুবু মহাক অদুদি মী অতৈদগী লেম্না লৌদে, মদুদি মহাক্লা মাগী পোৎকা শিন্নবনি'।

'মদু হৌনবী ওইরম্বা তাই। মী খূদিংমক্লা লৌই; মী খূদিংমক্লা পী। পুন্সি হায়বসি অদুগুম্বা জাৎনি'। 'আ: নঙগীনি হায়বা পোৎ অমত্তা লৈত্রবদি, নঙনা করম্না পীগদৌরিবা'?

'মী খূদিংমক্লা মানা মানা লৈজবা অদু পী। লান্মী অমনা মাগী মপাঙ্গল পী, ললোনবা মীনা পোৎ, ওঝা অমনা পাউতাক, লৌমী অমনা ফৌ, ঙামী অমনা ঙা'।

'য়াম্না ফরে অদুদি নঙ্দি করি পীবা ঙমই? মীঙোন্দা পীনবা নঙ্না করি বিদ্যা তম্লকলবগে'?

'ঐ ব্রাখল তৌবা ঙমই, ঐ ঙাইবা ঙমই, ঐ চরা হেনবা ঙমই'।

'মদুনা লোইরবরা'?

'ঐনা খনবদা মদুনা লোইরে'।

'অদুগা মদুনা করি কান্নগদৌরিবা? খুদম ওইনা চরা হেনবা, মদুনা করি কান্নগদৌরিবা'?

'মদু য়াম্না কান্নবা পোৎনি, সার। চানীংঙাই অমত্তা লৈত্রবা মী অমগীদি চরা হেনবা অসিনা খ্বাইদগী শিংবা থবকনি। খূদম ওইনা, সিদ্ধার্থনা চরা হেনবা হৈরমদ্রবদি অরাম-খৌরাংবনা মরম ওইরদুনা থবক অমত্তা পীয়ু হায়দনা, নঙোন্দরা মীঙোন্দরা, কদাইদনো অমদা থিরমগনি। অদুবু ঙসিদি সিদ্ধার্থনা য়াম্না ঈংনা ভাব তানা ঙাইবা ঙমই। মঙোন্দা ঙাইঙমদবা প্রোক্ প্রোক্ চাকপা অমত্তা লৈতে, মঙোন্দা তঙাইফদবা অমত্তা লৈতে, অমসুং মহাক্না অরাম-খৌরাংবা অদু মতমশাংনা খাঙবা ঙমই অমসুং নোক্তুনা লৈথোকপা ঙমই। মরম অসিনা সার, চরা হেনবা হৈবসি কান্নে'।

'নঙনা হায়বসি চুমই, সামান। নঙ ঙহাক্তা লৈরমখো।' কামাস্বামী থোকখি অমসুং মখুত্তা চে মকোল অমা পায়রগা চঙ্লকই, মঙোন্দা পী: 'নঙ মসি পাবা ঙম্ব্রা'?

সিদ্ধার্থনা মকোল অদু য়েংলমই, লৈবা য়োনবা অমগী দলিল ইরমই, অমসুং ইরমলিবদু সিদ্ধার্থনা পারক্লমই।

'সাবাস্', কামাস্বামীনা হায়রকই, 'নঙনা চে অসিদা কৈনো ৱাহৈ খরা ইবিরগা ঐঙোন্দা য়েংহনবীগদ্রা'?

মহাক্না মঙোন্দা চে অমা পীরমই অমসুং মদুগী মথক্তা মহাক্না করিগুম্বা খরা ইরগা লানশিল্লমই।

কামাস্বামীনা পারমই: 'ইবা হায়বসি ফৈ, ৱাখল খনবা অসিনা অমুক হেন্না ফৈ। হৈশিংবা হায়বসি ফৈ, খাঙবা কনবা হায়বসিনা অমুক্ হেন্না ফৈ'।

'নঙ্না ইরিবসি য়াম্না ফজে', হায়রদুনা ললোনবা নীপা অদুনা মহাকপু থাগৎলমই, 'ঐখোয়নি তানগদবা ৱা য়াম্না লৈরি অদুবু ঐগী অতিথি অমা ওইনা ঙসিদি, নহাক্না ঐগী য়ুম অসিদা পোত্থাবীরো'।

সিদ্ধার্থনা থাগৎপা ফোংদোক্লমই অমসুং মানা হায়জবদু য়ারমই। হৌজিক্ মহাক্ ললোনবা নীপা অদুগী ময়ুমদা লৈরে। মহাক্কী শেৎনবা ফি-রোল অমসুং খোঙউপ পুরক্লে অমসুং নুমিৎ খুদিংগী মীনাই অমনা

মাগী ইরু-মায়থজনবা থৌরাং তৌরমই। মথেল-লুকোয় কয়ানা মরাঙ-কায়না য়াওরবা লূকলেন অনি, নুমিৎ খূদিংগী মঙোন্দা সেবা চ্ংঙলমই।

নোংমগী মথেল মকোয় নীংথিরবা লূকলেন মাগীদমক্তা থৌরাং তৌরমই অদুবু সিদ্ধার্থনা নোংমদা চরা নামতমক্ চারমই অমসুং শা-ঙা অমত্তা শোল্লমদে নত্রগা য়ু থল্লমদে। কামাস্বামীনা মানা তৌরিবা কারবারগী মরমদা ৱারী তৌরমই, মাগী পোৎশিং অমসুং মালগী গুদাম অমসুং হিসাব-কিতাব য়েংহল্লি। সিদ্ধার্থনা অনৌ অনৌবা কয়া খঙবা হৌরকই: মহাক্না তাবগী থবক্তা মপূং ওইরমই, ঙাঙথোকপদি য়াম্না লীক্লমই। কমলানা হায়খিবা ৱাহৈশিং অদু নীংশীংদুনা, কৈদৌঙৈদসু মহাক্না ললোনবা নীপা অদুগী মখাদা য়াম্না তোন্থনা লৈরমদে; থোং-মান্নবা মীশক্ অমগুম্না অমসুং মঙোন্দগী ফাওবা হেন্না থাক্ ৱাংবা মীশক্ অমগুম্না মাবু ব্যবহার তৌহল্লমই। কামাস্বামীনা মাগী কারবার অদু য়াম্না চেকশীন্না অমসুং থৱায় মঙা য়াওনা মতমলৈবখিবিক্তা হোৎনরমই অদুবু সিদ্ধার্থগী মফমদদি পূম্নমক্ অসি শান্নবা মখল অমনি অমসুং অদুগুম্বা মশান্না অদুগী কাঙলোন খঙগে হায়না মহাক্না তাল্লমই; অদুনা মরম ওইদুনা মহাক্না অদুক হাক্না থৱায় তানা তৌবা থবক নত্তে।

কামাস্বামীগী য়ুমদা লৈরবা মতুংদা, পঙ্কুই কুইদনা মাগী য়ুম্বু অদুগী কারবারদা শরূক্ য়াবা হৌরক্লমই। অদুম ওইনমক্, নুমিৎ খূদিংগী, মহাক্না লাকউ হায়বা অকক্নবা পূংফম অদুদা, ফজবা ফীজোল শেৎত্তুনা, অফবা খোঙ্উপ তোংদুনা শক্ হেনবী কমলাগা উন্নবা চৎলমই, অমসুং মতম খরগী তুংদদি মহাক্কীদমক্ খুদোলপোৎসু পুরমই। মহাক্কী তঙাংলবা অমসুং শিংলবা মচীনবান অদুদগী মহাক্না পোৎশক্ কয়ামরূম খঙলমই। মহাক্কী (কমলা) ঈংলবা নাল্লবা মখুৎ অদুনা মঙোন্দা পাড়া কয়া তম্বিরমই। নুংশিবা হায়বা অসিগী মরমদা হৌজিক ফাওবদি করিমত্তা খঙদ্রিবা, অমসুং মদুগী লুরবা লাইজ ইরোন্নুংদা মমিৎ উইশিল্লগা পেনবা নাইদনা চোংথদুনা শান্নরিবা অঙাং মচা অমগী পাংখক্ ওইরিবা মঙোন্দা, মহাক্না (কমলা) তাকপীরমই মদুদি মী অমনা নুংশিবা পীথোক্তনা নুংশিবা ফংবা ঙমদে, অমসুং মহাক্না

তৌথোরকপা খূদিং, নানবা খূদিং, শোকপা খূদিং, য়েংলকপা মীৎয়েং খূদিং, হকচাংগী কায়াৎ মচেৎ মচেৎ খূদিং - পূন্নমক অসিগী অথূপ্পা রহস্য অমমম্ লৈ - অদুগুম্বা পোৎশিং অদুনা নুংঙাইবা পীবা ঙমই মী অমগী মফমদা, মহাক্না মদুবু মশক্ খঙ্লবদি।

মহাক্না (কমলা) মঙোন্দা তাকপিরমই - নুংশিনবা অনিনা ফমদিন্নবা হেক লোইবগা অমনা অমবু লৈশি লৈথোনদুনা থাগৎনদনা, মায়থীবা পীরম্লে নত্রগা মায়থীরে হায়বা য়াদনা - ফূক হৌগৎত্তুনা তোঙান-তোঙান খাইদোক্লবা চুমদে মরমদি পেল্লে নত্রগা পেলহৌদ্রে, নত্রগা নমজা নমথেক্লবা তৌরুরে নত্রগা ঐবু নমজা নমথেক্লবীরে হায়বা তুজুংলবা ৱাখলসি থমোইদা পোক্তনবা। মহাক্না (সিদ্ধার্থ) লৌশিং চাউরবী শকহেনবী অসিগা অঙকপা ফংনা নুংঙাইরবা মিকুপ কয়া লেল্লমই অমসুং মাগী ছাত্র, মাগী নুংশিনবা নীপা, মাগী মরূপ ওইরমই। মফমসিদা কমলাগী নাকসিদা, মাগী পূন্সিগী অর্থ অমসুং মমল লৈরম্লে; কামাস্বামীগী কারবারদা নত্তে।

ললোনবা নীপা অদুনা অরুবা চে-চাং অমসুং দলিলশিং মঙোন্দা শিন্নে অমসুং মরূ ওইবা মরম পূন্নমক্তা মাগা ৱাতান্নদুনা থবক তৌরমই। চেঙ্ অমসুং শামতু, জাহাজদা পোৎ থাদোক-থাজিন তৌবা অমসুং ললোন-ইতিক্ তৌবা হায়বশিং অসিগী মরমদা সিদ্ধার্থসি কয়া মুন্না খঙদে হায়বসি মহাক খঙলক্লে অদুবু মাগী য়াম্না নুংঙাইবা হৈনবী অমা মানা ময়ামদগী হেনবা অমদি য়াওরি - ঈংবা তপ্পা, থমোইগী খল অমত্তদা থম্বা ঙম্বা, মীনা ঙাঙবদা তাশীনবা হৈবা অমসুং নৌনা লাকপা মীতোপশিংবু শুমহৎনবা থাজহন্নবা শক্তি মঙোন্দা য়াওরমই।

‘মসিগী ব্রাহ্মন অসি’, মানা (কামাস্বামী) মাগী মরূপ অমদা হায়রমই, ‘অশেংবা কারবার ৱালা অমা নত্তে, অদুগা কৈদৌঙৈদা ওইবসু ওইররোই; মহাক ললোন-ইতিক্তা মপূক্লিং থিংজিনদে। তৌইগুম্বসুং মশানা করিমত্তা হোৎনবা য়াওদনা হেক তৌরুবা খূদিং মায় পাকপা ওইবা মীশিং অদুগী অরোনবা মন্ত্র অদু মহাক্না পায়রে-মদু লাইবক ফবা ক্লেনফম অমদা

পোকপনরা, নত্রগা মিত্রং অমনরা, নত্রগা মহাক্লা সামানশিংদগী হৈরক্পনরা। কারবার তৌবসি মতমলৈবাখিবিক্তা মঙোন্দদি শান্নবা ওইনা থোকই, মহাক্লা কয়া হকচীন্না খন্দে, মদুনা মাবু খূদুম চনবা ঙমদে, থবক মায় পাক্তবসু মঙোন্দা কিবা পোক্তে, মাঙবগীসু থোইনা চিংনরুদে'।

মরূপ অদুনা ললোনবা নীপা অদুদা তাক্লমই: 'মানা নঙ্গীদমক্তা শুরিবা থবক্ অদুগী শেন্দোং অদু শরূক অহুম থোকপগী অমা মঙোন্দা পীয়ু অদুগা মাঙবা থোক্লগনা মদুগী চাংদা মাবু শিংহল্লু। অদুম তৌরবদি মহাক্ থব্রাই য়াওবা হেল্লক্কনি'।

কামাস্বামীনা মাগী পাউতাক্ অদুগী মতুং ইন্না থবক চথরমই তৌইগুম্বসু সিদ্ধার্থদি মদু থৌওইনা নাচুংলমদে। মানা ইহোৎ-হোৎনদনা শেল খরা তোংলবদি মদু অদুম লৌশিল্লী; শেল খরা মাঙবা থোক্লবসু মহাক্লা নোক্লদুনা হায়রমই, 'ও: হন্দক্কী কারবার অসিমদি খর শোয়রে'। তশেংনা হায়রবদা কারবার তৌবসি মহাক্ পূক্লিং ঈচং চঙ্দে। নোংমা মহাক্ খুঙ্গং অমদা চৎলমই - ফৌ-চেঙ ময়াম লোক্লরকপদু ব্রানশীন্নবা। মানা থুংলুবা মতমদদি, চেঙ্ অদু অতোপ্পা কারবার ব্রালা অমদা লোইনা তাইথোকখিরমলে। অদুম ওইনমক্ সিদ্ধার্থনা খুল অদুদা নুমিৎ কয়ানিমরূম পন্থদুনা লৈরমই, লৌমীশিং অদুবু পীজ-পীথক্ তৌরমই, অঙাংশিংদা শেল য়েল্লমই, লুহোংবা অমসু য়াওরমই অমসুং খোঙচৎ অদু পূমপেন-পেন্না হল্লকলমই। চৎথ্রগা তন্না হল্লক্তবগী, শেল অমসুং মতম মাঙহনবগী কামাস্বামীনা মঙোন্দা ঙাঙলমই। সিদ্ধার্থনা খুল্লকই, 'ঐঙোন্দা চৈবিগনু, ঐগী নুংশিরবা মরূপ। চৈবা হায়বসি করিমত্তা কান্নদবনি। শেল মাঙবা লৈরম্লবদি ঐনা শিংগনি। ঐগী খোঙচৎ অদু ঐঙোন্দা অসুক্কী মতীক অপেনবা ওইখি - মী কয়ামরূমগা খঙ্নরে, ব্রাহ্মন অমগা মরূপ শানরক্লে, অঙাংমচাশিংনা ঐগী তম্পাক্তা ফমই, লৌমীশিংনা মখোয়গী লৌবুকশিংদু য়েংহল্লি। কনামত্তনা ঐবু ললোনবা ব্যাপারীনি হায়না খন্দে'।

'হায়রিবা ময়ামদুবুদি য়াম্না ফরে', কামাস্বামীনা য়ানীংদনা য়ারমই, 'অদুবু থাঙ্গৈশেংবদি নঙদি ললোনবা নীপা অমনি। নত্রগা নঙ শুপ্নগী নুংঙাইনবা ওইনা কোয়বা চৎলুবরা'?

'তশেংবনি, ঐগী নুংঙাইজনবা কোয়রুবনি', সিদ্ধার্থনা নোক্কুনা হায়রমই। করিগীসু নুংঙাইরোই? 'ঐনা অনৌবা মী অমসুং অনৌবা লম কয়াগা শকখঙনরে। মখোয়গা মরূপ ওইবা অমসুং মখোয়গী থাজবা ফংলে। হৌজিক ঐনা কামাস্বামী ওইরম্বা থোক্লবদি, পোৎ লৈবা ফংহৌদ্রে, মতম অমসুং শেল মাঙলে হায়দুনা শাউদুনা খূদক্তা হল্লকলমগদবনি। অদুগী মহুত্তা ঐদি তাঙলবা মমল য়াম্লবা নুমিৎ কয়ানিমুক্ লৈথোরকই, পাড়া কয়ামরূম ফারকই, য়াম্না নুংঙাইরকই, অদুনা ঐবু চৈ থাংদুনা নশাদু ব্রাহল্লগনু। সিদ্ধার্থ হায়বসিনা নঙবু য়াম্না মাঙহল্লে খল্লকপা নুমিৎ অদু করিগুম্বা লাকপা থোক্লবদি, শুপ্নগী ব্রাহৈ অমখক্তমক হায়য়ু, সিদ্ধার্থনা মশাগী লম্বী য়েংজখিগনি। মদু য়ৌদ্রিফাওবদি, ঐখোয় অনি য়াম্না লুনা তিন্নবা মরূপ ওইনা লৈমিন্নসি'।

মানা চারিবসি মহাক্কী কামাস্বামীগী চেঙ্নি খঙহনগে হায়দুনা ললোনবা নীপা অসিনা হোৎনবা পূম্বা অরেম্বা তারমই।

সিদ্ধার্থদি মশাগী চেঙ চাজবনি; অদুগী মথক্তা খূদিংমকসু অতৈগী চেঙ, মী খূদিংমক্কী চেঙ চাবনি। কামাস্বামীগী চিন্তা অসি মাগী মকোক্তা চঙ্দে অমসুং কামাস্বামীগী চিন্তা অসিসু ওন্থোক্লা য়ামখ্রে। করিগুম্বা লৈবা য়োনবগী থবক অমা মায় পাক্লরোইদবা উবদা, থাখিবা পোৎ অমা মাঙখিবদা, কনাগুম্বা শেল পূখিবা মীশক্ অমনা শেল শিংলক্তবা মতমদা, নীংঙমদবা অমসুং অশাউবা ব্রাহৈ-ব্রাতা শীজিন্নবা কান্নদে, লাইবক কূরু-কানবা তূম্বা শীৎনবনি হায়না কামাস্বামীনা মাগী মীশিংদা থাজনবা ঙাঙবা ঙমদে। কামাস্বামীনা নোংমা মঙোন্দা - নঙনা ঙসি খঙ্লিবা হৈরিবা পূম্বসি মঙোন্দগী তম্বা ঙাক্তনি হায়না মাবু নীংশীংহনবা মতমদা, মহাকনা পাউখুম পীরকই; 'অদুগুম্বা ওইরোইদৌবা ফাগী অদু খক তৌরক্কনু। ঐনা নঙোন্দা

ঙা থুমোক্ অমগী মমল কয়ানো অমসুং শেল পৃথোকখিবা মতমদা শেন্দোই কয়া লৌগদবনো হায়বসিদি তল্লে। মদুনি নহাক্কী জ্ঞান। তৌইগুম্বসুং মতৌ করম্না ব্রাখল খনগদগে হায়বসিদি ঐনা নঙোন্দগী তমদে, ঐগী নুংশিরবা কামাস্বামী। মদু নঙ্না ঐঙোন্দগী তম্লবদি ফগনি’।

মাগী থম্মোই অদু তশেংনা কারবারদা লূপ্লমদে। মদু খর কান্নে, কমলাগীদমক্ শেল খর ফংনবা অমসুং মদুদগী মহাক্না দরকার লৈবদগী হেন্না ফংলে। সিদ্ধার্থনা খঙ্নীংবদি নুংশিবা অমসুং হেন্না অমুক্ খঙনীংবনা শুপ্লগী মীচমশিংবুনি-মখোয়গী থবক্, অৱাবা, নুংঙাইবা অমসুং পঙজবা মতৌশিং অদুনা মাগী মফমদদি অতিয়াদা থোক্লিবা থাজদগী হেন্না লাপ্পা অমসুং মশক খঙদবা পোৎশক্ ওইরমই। মহাক্না মখোয়গা ৱারী শান্নবা, মখোয়গী মরক্তা লৈমিন্নবা, মখোয় খূদিংদগী তম্বা অসি য়াম্না লায়না থোক্লগসু, করিগুম্বা পোৎশক্ খরনা মখোয়শিংদগী মহাক্না তোঙাল্লি হায়বসি মতম চূপ্পদা মঙোন্দা ফাওরকই - মদুগী মরমদি মহাক্ সামান অমা ওইরম্বা অদুননি। মীশিংনা অঙাংদৌনা নত্রগা শাদৌনা লৈবদু উবদা, মঙোন্দা নুংশিবসু হঙ্গোইবসু পোক্লমই। মহাক্না মখোয়না ৱানা নোম্বদু উরমই; মহাক্না উরমই - মখোয়না অৱাবা কয়া খাঙবা অমসুং মঙোন্দদি মমল্ য়াওদবা পোৎ খরগীদমক্ (খুদমওইনা) - পৈশাগীদমক্, ঙহাক নুংঙাইবগীদমক্ অমসুং মমল লৈতবা মিংচৎকীদমক্ মখোয়না অৱাবা কয়া খাঙদুনা নোংমা নোংমগী হনুশিল্লকপা অদু। মানা উরমই মখোয় মশেল খৎনবা, অমনা অমগী মাঙনবা তৌনবদু; মহাক্না উরমই - সামান অমনদি নোক্কদবা, চৈনাখোল অমা ফংবদা তেংথাবদু, অমসুং সামান অমগী মফমদদি করিমত্তা ফাওদবা, করিগুম্বা পোৎ অমা ফংবা ঙমদবদা থমোইদা ফাওবা অৱাবা অদু।

মীনা মাগীদমক্ পুরকপা পোৎ পূম্নমক্ মহাক্না হরাও হরাও লৌশীল্লী ব্যাপারী অমনা মঙোন্দা ফি য়োনগে পুরকপদু মহাক্না তরম্না লৌই; শেল তোনবা অমনা শেল পূগে হায়রবসু মহাক্না অদুম হরাও হরাও পীথোকই, সামান অমমুক নংবসু নত্তবা চাকনিবা অমনা, পূং অমা চঙ্না

মাগী অৱা-অনংগী ৱারী লীবা মহাক্লা তরাম তরাম তাশিল্লি। মহাক্লা, অথাপ্পদগী লাকপা শেঞ্জাও পায়বা ললোনবশিং অদুদগী, মাবু মকোই কোকপিরিবা মীনাই অদুদগী, অমসুং মানা লফোই লৈবা অমসুং মঙোন্দা পৈশা মতেক-পাই খরা মীনমখিবা লম্বীদা পোৎ হাদুনা য়োল্লিবাশিং অদুদগী খেন্নবা অমত্তা থমদে।

কামাস্বামীনা মাগী মনাক্তা লাক্লুনা মাগী অৱাবা নুংঙাইতবা ৱারী খর শারবা নত্রেগা পোৎ য়োন্থোক্ য়োনশিনগী মরমদা ঙাঙলবদি মহাকনা য়াম্না খঙনীংনা অমসুং পূক্লিং চঙনা তারমই, মাগী মতৌ অদুদা ঙক্লমই, মানা হায়রিবদু খঙনবা হোৎনরমই, মতাং চানা চানা মানা হায়বিবদু চুমই হায়না য়ারমই অমসুং মাবু উন্ননীংবা মথংগী মী অদুদা অমুক মমায় ওনশীল্লমই। অদুগা মঙোন্দা মী য়াম্না লাক্লমই - কয়া অমনা মাগা ললোন ইতিক তৌনবা, কয়া অমনা মাবু নমথাক্ তৌনবা, কয়া অমনা মানা ঙাঙবদু তানবা, কয়া অমনা মাগী থৌজাল ফংনবা, কয়া অমনা মঙোন্দগী পাউতাক লৌনবা। মহাক্লা পাউতাক্ পীরমই, মীগী অৱাবদা -ৱাবীরমই, মহাক্লা খুদোলপোৎ পীরমই, মাবু হাইরপ নমথাক্ তৌখিবসু করিমত্তা শাউদে, অমসুং কুম্মৈ ময়ামশিং অসিনা মমাঙঙৈদা ঈশ্বর অমসুং ব্রহ্মগী ৱাখল্লা মতমচূপ্পা মাগী মকোক্তা খন্দুনা লৈবগুম, কুম্মৈ ময়ামশিং অসিনা মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী মকোক ৱাই শংহল্লমদে।

করিগুম্বা কালদা মাগী নুংদগী তপ্লবা মেঙ্লবা খোঞ্জেল অমা তারমই খোঞ্জেল অদুনা অসুক্কী মতীক্ থোৎনা মঙোন্দা নীংশিংহল্লি, তপ্পা ৱাকৎলমই-মখোয়দু নীংথীনা ময়েক্ শেংনা ফাওবা তাবা ফংলমদে। অদুদগী মহাক্লা ময়েক্শেংনা উবা হৌরকই - মহাক্ পুমনৌ নৌবা পুন্সি মখল অমদা খোঙদারে অমসুং মহাক্লা, শুপ্পগী শান্নবা মখল অমগুম্বা, থবক কয়ামরুম তৌরে অমসুং মহাক্ মপূক্লিং য়াম্না মকা লাম্বা অমসুং করিগুম্বা কালদা য়াম্না নুংঙাইবসু ফাওরমই অদুবু অশেংবা পুন্সি হায়বদুদি মাবু শোক্লমদনা নাথৈদুনা চেনখ্রে। শান্নরোয় অমনা মাগী বোল অদুগা শান্নবগুম, মহাক্লা কারবারগা লোয়ননা শান্নমিন্নরমই, মাগী মনাক নক্লা লৈবা মীশিংগা

শান্নরমই, মখোয়গী মতৌ য়েংলমই, মখোয়গী কুম্মৈদা নুংঙাইবা পোক্লমই তৌইগুম্বসুং মাগী থমোই অমসুং মাগী স্বভাবতি মখোয়গা খক মান্নরমদে। মাগী তশেংবা শক্তম অদুদি অতোপ্পা মফম অমদা, অথাপ্পদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরমই, মখাতানা অদুম চৎলমই - কনানসু উবিদনা অমসুং মাগী পুন্সিগা করিমত্তা শম্নদনা।

করিগুম্বদা মাগী ৱাখল অসি মতোমতা অকিবা ফাওরমই অমসুং খল্লকই - অঙাংমচা অমগুম মখোয়না নুমিৎ খুদিং পাঙথোক্লিবা থবকশিং অদুদা মহাকসু থৱায় তানা শৰূক য়াবা পাল্লমই, চুম্না ভাবক্ অমা ওইনা য়েংবগী মহুত্তা মখোয়গী মরক্তা য়াওশীন্দুনা মখোয়গী পুন্সি অমসুং মখোয়গী নুংঙাইবা অদুদা শৰূক য়ানীংলমই।

মাগা কমলাগা চাং নাইনা উন্নরমই অমসুং মদুগী মনুংদা পীবা অমসুং লৌবা হায়বসিনা মপূং ওইরিবা নুংশিবা হায়বা বিদ্যা অদু তম্লকই। মহাক্কা মাগা (কমলা) ৱারী শারমই মঙোন্দগী তম্লমই, মঙোন্দা পাউতাক পীরমই, পাউতাকসু লৌরমই। মহাক্কা মহাকপু (কমলাবু) গোবিন্দদগী হেন্না মুন্না মশক্ খঙ্লমই। মহাক্ (কমলা) অসিনা মাগা থোইনা হেন্না মান্নরমই।

নোংমসু মানা মঙোন্দা (কমলা) হায়রমই; 'নঙ্সে ঐগা য়াম মান্নে; নঙগা মী অতৈগা মান্নদে। নঙ্ কমলানি অতৈ কনা নত্তে, অমসুং নঙগী হকচাং মনুংদা মোং হাদবা অমসুং পোত্থাফম জাগা অমা লৈরি, মদুদা চঙদুনা ঐনা তৌবগুম্না, হেক্তা পোত্থাবা ঙমই। মদু ঙম্বা মী মশিং য়ামদে, তোইগুম্বসুং ঙমবু ঙমগে হায়রবদি মীপুম খুদিংনা ঙম্বা ৱাফমনি'।

'মী পূম্নমকসি অশিংবা ঙাক ওইদে', কমলানা হায়রকই।

'মদুগা করিমত্তা মরী লৈনদে, কমলা, সিদ্ধার্থনা খুল্লমই, 'কামাস্বামী অসি ঐগা চপ মান্ননা শিংই অদুবু মাগী পোত্থাফম লৈতে। অরৈবাশিং অদুনা অমুক জ্ঞানগী মরমদদি অঙাংনি। অয়াম্বা মীদি, কমলা, অকেনবা উনাগা পাংখক্লি - অহাঙবা মালংদা কোয়পাই পাইরগা লৈমায়দা তাই

তৌইগুম্বসুং মী খরদি, মাঙজৌননা কায়াং য়াৎলবা লম্বী অমা কায়দনা চৎলিবা থৱানমিচাক্লুম, মখোয়গী মশা মশাদা মখোয়গী লম্বী অমসুং লমতাকপা য়াওই। জ্ঞান লৈবা মী কয়াগী মনুংদা অদুগুম্বা ঐনা খঙবা মশীং য়ামই মসিবু চপ চানা খঙবা মী অমা লৈ। ঐনা মহাকপু কৈদৌনুংদা কাউবা ঙম্লোই। মহাক অদুদি পূম্নমক্তগী অথোইবা গৌতমনি। মহাক্না মসিগী মন্ত্র অসি মীপূমতিংনা শন্দোকই। নহা লীশীং কয়া কয়ানা মহাক্কী পাউতাক্ অসি নুমিৎ খূদিংগী তাবা লাকই অমসুং পূংজা খুদিংগী মাগী পাউতাক ইল্লি, অদুবু মখোয় পূম্বা অদু অকেনবা উনা ঙাক্তনি, মখোয়গী মশাদা জ্ঞান নত্রগা লমজীংবা য়াওদে'।

কমলানা মঙোন্দা য়েংলমই অমসুং মোমোন তৌরমই। 'নঙ্ অমুক্ মাগী মরমদা ঙাঙ্বা হৌরক্লে, মহাক্না হায়রকই'। 'নঙ অমুক্ সামানগী ৱাখল খল্লে'। সিদ্ধার্থ তুমিন্না লৈরমই, অমসুং কমলানা মানা হৈবা শাথেক কুন্থ্রা-নীফুগী মনুংদগী অমা শিজিন্নদুনা মখোয় অনি পূন্না য়াতামিন্নরমই। মহাক্কী (কমলা) হকচাং অসি জাগুৱা' অমগুম্না অমসুং শাদানবগী লীরুংগুম্না থেকতোক থেকচিন য়াই; মাগী মফমদগী নুংশিবগী পাড়া তম্বা মী খূদিংমক্না, মখল মখলগী নুংঙাইবা অমসুং অথূপ্পা পোৎ কয়াসু খঙ্বা ঙম্লমই। মহাক্না, সিদ্ধার্থনা মতমশাংনা শান্নদুনা লৈরমই, মহাকপু অমুক্ ঈন্থোকই, অমুক ঙাওহল্লি, মাবু মায়থীবা পীরমই, মাগী হৈবদুদা পেলহল্লমই - মমৈথঙ্দা মশাদু পূমতেক্ তেক্লদুনা চোকথরদুনা মাগী শেগাদা হিপ্পুনা তাদুনা লৈরমই।

অথোইবী বেশ্যা অদুনা মাগী মথক্তা নোম্থরগা, মাগী মমায়দা, চোকথরবা মাগী মমিৎ অনি অদুদা মতম শাংনা য়েংদুনা লৈরমই। 'ঐগা নুংশিনবা ময়ামগী মরক্তগী নঙ্না হৈবা খ্বাইদগী হেল্লি', মহাক্না ৱাখল তৌনা হায়রক্লমই, 'নঙনা অতৈদগী নপাঙ্গল কনবা হেল্লি, হেন্না তনাপ তনাপ্পী, হেন্না থৱায় য়াওশিল্লি। নঙনা ঐগী বিদ্যা অসি পাড়া নীংথীনা ফারে, সিদ্ধার্থ। নোংমা ঐনা চহি মতাংসি খর লৈশিল্লকপা মতমদা, ঐনা

নঙগী নচা অমা নাউপুগনি। অদুম ওইনমক্, নুংশিবা, নঙদি সামান অমা ওইবা তোক্ত্রি। নঙনা ঐবু তশেংনা নুংশিদে নঙনা কনাবুসু নুংশিদে। ঐনা হায়রিবসি চুমদব্রা'?

'মদু ওইরম্বা য়াই', সিদ্ধার্থনা য়াম্না তপ্না খুম্লমই, 'ঐসু নঙগুম্বা অমনি। নঙোন্দসু নুংশিবা হায়বদু লৈতে, নত্তনবু নংনা নুঙশিবগী শিনফম অসিবু করম্না ৱাংলবা কলা অমগুম্না চত্থবা ঙমগদগে ? ঐখোয়গুম্বা মীতাসি নুংশিবা ঙম্লমদবা য়াই। মীচম অতৈদি ঙমই - মদু মখোয়তনা খঙবা অথূপ্পনি'।



১। Jaguar - কবোকৈগুম্বা শা মখল অমা।

# সংসার

সিদ্ধার্থনা মতম শাংনা সংসার অসিগী শরূক অমদি নত্তনা, সংসারগী পুন্সি লেল্লমই। মহাক্না থৱায় য়াওনা সামান ওইরিঙৈ মতমদা হাত্তোকখ্রবা মাগী ইন্দ্রি পূম্বা অমুক্ হন্না য়াকায়রক্লে। মহাক্না লন-থুম, ইন্দ্রিগী অপেনবা অমসুং শক্তি মহাও তংলে অদুবু মাগী থম্মোইদি মতম শাংনা সামান অমা ওইনা লৈরকখি। লৌশিং চাউরবী কমলানা মসি খঙলমই। মহাক্কী পুন্সি অসি মতম লৈবা খিবিক্তা ব্রাখল খনবা, চরা হেনবা হায়বা বিদ্যা অসিনা লমতাক্লমই। সংসারদা লৈরিবা মীশিং মীচমশিং অসি. মঙোন্দগী তোঙানবগুম, মাগী মফমদদি মখোয়শিং অদু মীরালনি।

চহি অসুম অসুম হৌখি। নুংঙাইবা ময়াম্না য়োমদুনা লৈবনা, সিদ্ধার্থনা হৌখিবা অসি ভাবপু তৌরুদে। মহাক ইনাক খুনবা মীশক্ অমা ওইরে। মহাক মশাগী ওইবা য়ুম অমা, মশাগী মনাই-মশলশিং অমসুং সহরগী মতাইদা তুরেল মপান অমদা লন্নাই লৈকোল অমসু লৈরে। মীয়াম্না মহাকপু লুনা তৌই, মখোয়না পৈশা নত্রগা পাউতাক্কী মথৌ তারকপা মতমদা মঙোন্দা লাকই। অদুম ওইদুনসু, কমলা নত্তনা, মাগী হকচিন্না তিন্নবা মরূপ অমত্তা লৈরমদে।

মহাক্না নহা ওইরিঙৈ গৌতমনা ধর্ম্মগী পাউতাক্ পীবদু তারুরগা অমসুং গোবিন্দগা কায়নরবা মতুংদা মঙোন্দা ফাওখিবা মমল য়াম্লবা

য়াকায়রকপা অদু, ওঝা অমত্তা অমসুং পাউতাক্ অমত্তা য়াওদনা মথন্তা নাপল তৌনা লেপচবা অমসুং মাগী থমোইনুংদগী থোরকপা ঈশ্বরগী খোঞ্জেল অদু তানীংবগী খৌরাংবদু তপ্পা তপ্পা নীংশীংবতা মঙায়রে, লোইনা মাঙখ্রে।

মতম অমদা মাগী মনাক নক্লা লৈরম্বা, অমসুং মাগী থম্মোয়নুংদা খোঞ্জেল ৱাংনা শক্লম্বা শেংলবা জ্ঞানগী ঈফুৎ অদু, হৌজিক্তি শোন্থাংননা ঙংবতা মঙায়রে অথাপ্পদা। অদুম ওইনমক্ মহাক্না সামানশিংদগী তম্লকপা, মহাক্না গৌতমদগী খঙলকপা, মাবু পোকপা মপাদগী, ব্রাহ্মনশিংদগী তম্লকপা পোৎ কয়ামরূম মহাক্না মতম শাংনা ঙসি ফাওবা থাদোক্তনা থম্লি: ময়াই ওইরপ তৌনা নুংঙাইবা পুন্সি, ৱাখল খনবদা নুংঙাইবা ফাওবা, পূং কয়া লীশাং শীৎনা ধ্যান তৌবা, 'ঐ' হায়বসিগী মরমদা অথুপ্পা জ্ঞান, অমাঙ্ অতা লৈত্রবা 'ঐ' - মদু হকচাং অসিসু নত্রগা জ্ঞানসু নত্তবা। পূম্মমক অসিগী মনুংদা অয়াম্বা শরুক্তি মাগী মশাদা হৌজিক ফাওবা মাঙদনা লৈরি: অতৈদি লৈরোন চনখ্রে অমসুং লৈঙোয়না কূপশীনখ্রে। চফূ শাবগী কাংখোং-অমুকপু ঊংবা হৌখ্রবদি মতম শাংনা অদুম ঊংদুনা লৈবা অমসুং মতম খরা ঊংলম্লগা তপথরক্তুনা পূঙলেপ লেপখিবা - অদুগী মতৌগুম্না সন্যাসী অমগী কাংখোং-ৱাখল খনবগী কাংখোং, অফ-ফত্তা খনবা ঙম্বগী কাংখোং অদু ঙসিফাওবা সিদ্ধার্থগী থমোইদা কুইনা ঊংদুনা লাক্লি: হৌজিকসু ঊংলি, তৌবতবু তপ্পা অমসুং য়াম্না মঙম-শান্দনা অমসুং লেপ্লিং-লেপ্লিং তৌশিল্লকলে। শিগদৌরবা উ পাম্বী অমনা মনুংদা ঈশিং চঙদুনা, পুমশিল্লকপগুম, তপ্প া তপ্পা সংসারগী মায়া অমসুং হৈনিংদবনা সিদ্ধার্থগী থমোইদা খজিক খজিক ফাওজীল্লকলমই; মদুনা মাগী আত্মা অদু মরেপ থূমজীল্লমই, মদুনা লূমথহল্লমই, মদুনা চোকথহল্লমই, তূমহল্লমই। অমরোমদা মাগী ঈন্দ্রিশিং অদুদি হেন্না মমিৎ মনা শিংলমই; ইন্দ্রিশিং অদুনা পাড়া কয়ামরূম ফারমই, পূক্লিংদা অকনবা ইথিল পীরমই।

সিদ্ধার্থনা মতৌ করম্না কারবার চত্থগদগে, মীঙোন্দা করম্না শক্তি ফৃদোক্কদগে, নৃপীশিংগা ফাগী জুগাই তৌদুনা নুংঙাইথোক্কদগে হায়বা পাড়া ফারমই; মহাক্ অফবা ফীজোল শেৎপা, মীনায়শিংবু থৌদাবা, নুংশিবা মনম থাক্লবা ঈশিংদা ইরুজবা হৈরে। মহাক অথুম্বা অমসুং নীংথিনা থোং-থাক্লবা চাক-ঈনশাং, ঙা অমসুং শা অমসুং য়েন চাবা, মরূ-মরাং মসলা অমসুং অথুম-অহাউ, অমসুং য়ু থকচীল্লগা ঙাওদুনা পূম্নমকপু কাউথোকপসু হৈরে।

মহাক্ চৌবর অমসুং ছত্রং শান্নবা হৈরে; জগোই শাবী য়েংবা, দোলাই তোংলগা মীনা পুহনবা, অমোনবা ফমুংদা তূম্বা হৈরে। অদুবু মহাক্না মতমচুপ্পদা মী অতৈগা মান্নদবা অমসুং মানা ময়ামদগী হেল্লি হায়বা রাখল্লোন অমা ফাওরমই; মহাক্না মখোয়বু মতমলৈবা খিবিক্তা তুক্কচনা হাইরপ করেম্নবা মীৎয়েং অমনা য়েংলমই - সামান অমনা সংসার অসিগী মী অতৈদা তুক্কচনা য়েংবা মীৎয়েংগুম। কামাস্বামীনা করিগুম্বা মপূক্লিং অদু লাঙলবদি, করিগুম্বা মহাক্না মঙোন্দা ইকাইবা পীরে হায়না খল্লবদি নত্রগা মাগী কারবার অদুনা মঙোন্দা নুংঙাইতবা পোকহল্লবদি, সিদ্ধার্থনা মাবু মতম লৈবা খিবিক্তা করেম্নবা ওইনা ফাওরমই। অদুবু তপ্না তপ্না অমসুং ভাব অমত্তা তাহৌদনা, মতম্না হৌখিবগা লোয়ননা, মহাক্কী করেম্নবা অমসুং ময়ামদগী হেল্লি খনবা -রাখল্লোন অদু ময়েং তাখিরমই।

মাগী শেল-থুম মরাং কায়রকপগা লোয়ননা, সিদ্ধার্থসু মীচমশিংদুগী, মখোয়গী অঙাংগুম্বা মতৌ খরা, মখোয়গী চিন্তা অদু তপ্না তপ্না খর খর লৌবা হৌরক্লমই। অদুবু মহাক্না মখোয়বু কল্লকই; মহাক্না মখোয়গা অদুক্কী মতীক্ মান্নরিবমখৈ, অদুক্কী মতীক্ কল্লকলমই। মহাক্না মঙোন্দা য়াওদবা, মখোয়দদি য়াওবা পোৎ অমা কল্লকচরমই: মখোয়না মখোয়গী পুন্সি অদুবু য়াম্না মমল য়াম্বনি হায়না খন্দুনা লেঞ্জবা, মখোয়গী নুং য়ৌনা নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা অমসুং মখোয়গী নুংশিবগী পাঙ্গলগী থুম্লবা মহাউ অমসুং লাঙতক্লবা। মখোয়গুম্বা মীশিং অসি

মতমলৈবা খিবিক্তা মশানা মশাবু, মচাশিংবু, মশাগী ইজ্জৎ, পৈশা, অমসুং আশা কয়াগী থৌরাঙবু নুংশিজে। অদুবু অসিমদি মহাক্কা মখোয়দগী তমহৌদ্রে-মখোয়গী অঙাংগী মতৌগুম্না নুংঙাইবা অমসুং মখোয়গী অপঙ্বা থবক্; মদুগী মহুত্তা মহাক্কা মখোয়দগী ফৎত্তবা পোৎ ঙাক্তা মতৌ তম্লমই। মসিগুম্বসি য়াম্না তোয়না থোক্কনবদি নুমিদাংৱাই অমা নুংঙাইনা লেল্লবা তুংদা থেঙ্না ফমুং চঙলবা অমসুং মথংগী অয়ুক নোংঙাল্লকপদা পূমতন তন্না অমসুং মশাদু পূমতেক্ তেক্লা হৌগৎলকপা মতমদা কামাস্বামীনা মাগী অৱাবা ময়াম পুথোরকপা মতমদা মহাক্ খোয়দৌ শাউগৎলমই অমসুং তাবা ঙম্লমদে। মহাক্লা (কামাস্বামী) চৌবরদা মায়থীবা মতমদা কা হেন্না হৌনা নোক্লমই। মাগী মায়থোং অদু মী অতৈদগী হেন্না শিংবা অমসুং জ্ঞান লৈবগী মমি তারমই, তৌইগুম্বসুং মহাক্ পঙনা নোক্তে অমসুং ইনাক কৈরাক খুনবশিংগী মশক মানবা - পেন্দবা শক্ফম, অনাবা মানবা, অপাম্বা লৈতবা, অতনবা নত্রগা রাশি য়াওদবা শকফমদা খর খর অমুক হঞ্জিল্লকলমই। ইনাক খুনবশিংগী থমোই নাবা অদু মঙোন্দসু তপ্না তপ্না ফাওরক্লমই।

ফীজঙ অমগুম, পারবা লৈচিল নোংফাইগুম সিদ্ধার্থগী মশাদা ফাওরমই অমসুং নুমিৎ খুদিংগী তপ্না তপ্না মদু (লৈচিল) কুংশিল্লকই, থা খুদিংগী হেন্না মমশীল্লকই, চহি খুদিংগী লূম্বা হেনগৎলকই। অহনবা ফীজোল অমনা মতমগী মতুংইন্না মন্থরকপগুম, মচু শিথরকপগুম, মোৎশিল্লকপা অমসুং কেম্লকপগুম, মপান কোনখৎলকপা অমসুং মচি মচিদা শোঞ্জিল্লকপা অমসুং পাশিল্লকপা - মদুগী মতৌগুম সিদ্ধার্থনা গোবিন্দগা কায়নরবা মতুংগী মহাক্কী অনৌবা পুন্সি অদু মন্থরক্লমই। মতৌ অদুগুম্না মতম শাংনা শীজিন্নরবা ফি অদুনা মচু শিথরকপা অমসুং অরংবা য়াওরক্রুবা, মচি মচিদা চুবা অমসুং কূরু শুংবা হেঞ্জীনল্লকপগুম অমসুং মনুংদা লোত্তুনা লৈবগুম অমসুং মফম মফমদা ফাওগৎলকপগুম মহাক্লা পল্লেপফম খঙদনা লৈরমই অমসুং মশাদু অনা লোয়রমই। সিদ্ধার্থনা মদু মশানা উজবা ঙম্লমদে। মতম অমদা মাবু য়াকায়হনখিবা অমসুং মাগী খ্বায়দগী লংলবা মিকুপ্তা

লমজীংবীখিবা মঙাল লৈরবা অমসুং মরোল শেংলবা নুংগী খোঞ্জেল অদু অমুক হন্না তাখিদ্রে হায়বসিতং সিদ্ধার্থনা খঙলমই।

সংসার অসিগী লাংদা থুম্ব্রে-নুংঙাইবা মিহৌবা, অতনবা অমসুং মতমলৈবাখিবিক্তা মহাক্না তূক্কচখিবা অমসুং অপঙবনি হায়না তাথীখিবা - লন-থুম পৈশিন্নীংবা, সম্পত্তি , পোৎ পৈশিনবা অমসুং লনথুম্না অরোইবদা মহাকপু পুনশিন্দুনা থমখ্রে। মখোয়শিং অসি ইচম চম্না শান্নবা মখল অমা অমসুং শান্নপোৎ ওইরক্লে, মখোয়শিং অদু য়োহ্লিং অমসুং পোৎলুম অমা ওইরক্লমই।

সিদ্ধার্থনা চৌবর শান্নদুনা খ্বায়দগী লৈখা তারবা, অপৈবা অমসুং ময়ামগা মান্নদবা লম্বীদা চৎলমই। অহানবদদি ময়ামসু তৌনৈ হায়দুনা নোক্কুনা ঙহাক নুংঙাইনবা ওইনা শান্নরম্বা চৌবর অদু, সিদ্ধার্থনা সামান ওইবা তোকপা নুমিত্তগী শেল চাউনা অমসুং মনিমুক্তা কয়া থানদুনা থব্রায় য়াওনা শান্নবা হৌরক্লমই। মহাক্ মী পূম্নমক্না কিনবা শান্নরোই অমা ওইরমই, মাগা লাম্বা পাবা ঙম্বা মী লৈতে মরমদি মানা থাবা পোন্থা অসি অসুক্কী মতীক চাউই অমসুং মাঙগনি হায়বগী অকিবা পোক্লমদে। মহাক্না শান্নরিবা অদু করিগুম্বা দরকার অমা কন্না লৈবদগী শান্নবনি। পাপকী শেল ময়াম অদু জুব্রারদা থাদোকপা অমসুং মাঙহনবা অদুদা মাগী থমোইদা হায়নীংঙাই লৈতনা অপেনবা অমা ফাওরমই। কারবারব্রালাশিংগী তাৎকি ঈশ্বর ওইরিবা লন-থুমবু মানা তুক্কচৈ হায়বসি - মসিদগী হেন্না ময়েক শেংনা অমসুং করেম্নমা উৎনবা অতৈ পাম্বে অমা মঙোন্দা লৈরমদে। মরম অসিনা মহাক্না অখাকপা লৈতনা, মশামকপু তুক্কচবগা লোয়ননা, মশাবু করেম্নদুনা পোন্থা চাউনা থারমই। মহাক্না লীশিং কয়া ফংলমই, লীশীং কয়া অমা লংথোক্লমই, শেল মাঙলমই, মনিমুক্তা মাঙলমই, খুঙ্গংদা লৈবা য়ুম অমা থাদোকই, অমুক তোংই, অমুক হন্না অমুক্ মাঙই। শেল চাউনা থানদুনা চৌবর শান্নরিঙৈ মতমদা, করি ওইরক্কদগে হায়না মিপাইরিঙৈ মতমদা মাগী থমোইদা ফাওরকপা অকিবগী মশক্ ফংলবা খাংঙমদবা লাঙতক্লবা

অদু মাগী মফমদা হায়নীংাই লৈতনা নুংঙাইবা অমা ওইনা থোক্লমই। মাগী থমোইদা ফাওরিবা শাফূ অদু মঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা থোক্লমই অমসুং মদুবু অমুক নৌথোকহন্নবা, চাং হেঙ্গৎনবা, হেন্না মপাঙ্গল কনখৎনবা তৎত্তনা হোৎনরমই মরমদি মসিগী ৱাখল্লোন অসিতনা মরম ওইরদুনা, পেল্লবা, মহাউ য়াওদ্রবা, মৈশা মাঙখ্রবা মাগী পুন্সিদা করিগুম্বা মখলগী নুংঙাইবা অমা, করিগুম্বা মখলগী ময়াই কাবা অমা মাগী থমোইদা কন্না ফাওরমই অদুগা শেল য়াম্না মাঙবা খূদিংগী মতুংদা, মহাক্না অনৌ অনৌবা মাল-চাং লেপশীল্লমই, থৱায় য়াওনা কারবারদা পূক্নিং থিংজিল্লমই, শেল পূখিবশিংদা শেল শিংগৎলক্লবা কন্না তক্লমই মরমদি মহাক্না মখাতানা জুৱার শান্নবা পাল্লমই, অমুক হন্না শেল মাঙহনবা পাল্লমই, মহাক্না লন-থুম অসিবু তুক্কচৈ হায়বদু অমুক হন্না উৎপা পাল্লমই। সিদ্ধার্থনা কারবার শেল মাঙবা মতমদা খোইরাঙলমই; শেল পূখিবশিংনা থুনা শেল শিংগৎলক্তবদা খোয়দৌ শাউগৎলমই; মহাক্ চাকনিবশিংদা থৌজাল হৈবা মীশক শেল পূথোকনীংবগী ৱাখল অদু অমুক হন্না লৈত্রে। চৌবর অমুক্ হুনবদা লীশীং তরা থাদোকপা অমসুং মদুদা নোকপা ঙমলম্বা মহাক, কারবার তৌবা মতমদা হেন্না পূকচেল পীকপা অমা ওইরক্লমই অমসুং মমঙ্দা, মরক মরক্তো, পৈশা মঙ্লমই। অমসুং অসিগুম্বা তূক্কচনীংঙাই ওইবা মতৌ অসিদগী মীকপথোকপা মতমদা, মাগী শকফম অদু মাগী তূম্ফম কাগী ফক্লাংদা য়াল্লিবা মিংশেলদা মমি তাবা উবদা - অহল ওইশিনবা অমসুং মশক থীজীনবা হেঞ্জীনলমই, ঈকাইবা, মশাদু অনা লোয়বা অমসুং তুক্কচবনা মশাদু চাংজৌ পারমই, মহাক্না পুন্নমক অসি নাথৈরম্লগা অচৌবা জুৱার অমা অমুক্ শান্নরমই, ভাব তাদনা তৌফম খঙদ্রদুনা য়ু অমুক্ থকই, অমসুং শেল তান্নীংবা অমসুং পৈশিন্নীংবগী কল্লবা পূক্নিংগী ইথিল অদুদা অমুক হঞ্জীল্লকলমই। অসিগুম্বা কান্নদবা চক্র অসিদা মশাদু পূমলোই লোইরমই - হনুশিল্লমই অমসুং অনা লোয়রমই।

অদুদগী মঙ্ অমনা মাবু নীংশিংহল্লমই। নুমিদাং ৱাইরম অমা মহাক, কমলাগা লোয়ননা নীংথীজরবা মহাক্কী ঈরাংগী লৈকোল অদুদা

লৈমিন্নরমই। মখোয়নি উ অমগী মখাদা ফমদুনা ব্রারী শামিংন্নরমই। কমলানা য়াম্না চীং-লেম্না ব্রা ঙাঙলমই-অমসুং মহাক্কী ব্রাহৈশিং অদুগী মনুংদা অব্রাবা অমসুং চোকথবা অমা ফুমদুনা য়াওরি। মহাক্না (কমলা) গৌতমগী মরমদা ব্রারী খর লীবীয়ু হায়জরমই অমসুং মাগী মরমদা লোইনা তাদ্রি-মহাক্কী মমীৎ অদুনা কয়াগী মতীক তরু তরুবা, মাগী মচীনবান অদুনা কয়াগী মতীক্ ফজবা অমসুং ঈংবা, মাগী মোমোন মীনোক্না কয়াদা চীংলেম্বা, মাগী মওং-মতৌ অমসুং শাজৎ অদু কয়াগী মতীক্ শান্তি ওইবা ...... অসিনচিংবা। মহাক্না পূন্নমক্তগী মীথোই মীহেনবা বুদ্ধ অদুগী মরমদা মতম শাংনা ঙাঙবা অদু তারমই অমসুং কমলানা স্বর শাংনা হোল্লগা হায়রকই, ঐসু নোংমদি-য়াম্না থুনা ওইবসু য়াই-হাইরিবা বুদ্ধ অসিগী তুংইনবী অমা ওইরগনি। ঐনা ঐগী ঈরাং-লৈকোল অসি মঙোন্দা কথোক্লগনি অমসুং মাগী পাউতাক্ অদুদা চঙজফম লৌরগনি। অদুদগীদি মহাক্না (কমলা) মাগী মশাদা ঈরাং পোকহল্লমই অমসুং নুংশিবগী শান্নবা (লাক্ল-ফানবা) হৌগৎলকপদা মহাক্না মাবু (সিদ্ধার্থ) চিংশিল্লগা মশাদা চেৎনা কোনশিল্লমই - য়াম্না পাম্না, হিংচাবীদৌনা অমসুং মমিত্তা মপি শিন্থরদুনা, ঙহাক্কী নুংঙাইরবা মীকৃপ অসিদা মাগী হকচাংদগী খোয়থুম্নরবা ঈ মরীক্ অদু শুমদুনা লৌজহৌরো মতাগুম। অপেনবা হায়বসিগা শিবা হায়বসিগা কয়াদা নক্লবা মরী লৈখ্রবনো হায়বদু সিদ্ধার্থগী থস্মোয়দা কৈদৌঙৈদসু অদুক ময়েক শেংনা খক ফাওখিদ্রি। অদুগী তুংদা মানা মহাক্কী মনাক্তা হিপথরমই-কমলাগী মমায় অদুনা মাগী মমায় ময়াদা, অমসুং মাগী মীৎপান মখাদা অমসুং মচীনবান মতাইদা, নাকেন থা অমসুং অহল ওইশিল্লকপবু নীংশীংহনবা অব্রাবগী খূদম অমা উরমই - কৃপ্লবা ময়ি ময়াম অমসুং উনশা অখুইবশিং। শুপ্নগী চহি নিফু খরদং হেল্লিবা সিদ্ধার্থ মশামক্লসু উরে - মাগী অমুবা মশম মরক্তা পোক খর খর থিনগৎলকপদু।

কমলাগী নীংথীরবা মায়থোংদা চোকথবগী মমি তারি - নুংঙাইবা পল্লেপফম য়াওদবা লম্বী অমা চৎপগী চোকথবা শোন্থবা অমসুং অহল ওইশিল্লকপা, হৌজিক ফাওবদি মকা ফোংদ্রিবা লোত্নুনা লৈবা অকিবা -

পুন্সিগী নাকেন থা য়ৌরকপগী অকিবা, শোঙ্গীল্লকপগী অকিবা, শিবগী অকিবা। স্বর শাংনা হোল্লদুনা মহাক্লা, থম্মোইদা অৱাবা অমসুং শকউদবা অকিবা অমনা চাংজৌ থুমহৎলদুনা মঙোন্দগী (কমলা) বিদায় লৌরমই।

অদুগী তুংদা সিদ্ধার্থনা, মাগী ময়ুমদা জগোইশাবীশিং অমসুং য়ুগা শাগোন্নদুনা অহিং অদু লেল্লমই; তশেংনমক্তি অমুক হন্না ওইদ্রবসু, মহাক্লা মাগা লোয়নরিবাশিং অদুদগী থাক হেনবা মীশক অমনি হায়বা মান্নবা হোৎন্নরমই। মহাক্লা য়ু তপতানা থকচীল্লমই অমসুং অদুগী তুংদা অহিং নোংয়াই হেল্লক্লপা অদুৱাইতদা চোকথরদুনা, মপূক্লিং লাঙনা, কপ্লীং-কপ্লীং ফমুংদা চঙ্লমই। তূমথগে হোৎনবদা য়ারমদে। মহাক্কী থমোই অদু অৱাবনা চাংজৌ পারমই- মহাক অমুক মখাতানা খাঙবা ঙমগনি থাজরক্ত্রে। মশা অসিময়াক য়াওদ্রবা য়ুগুম নত্রগা কা-হেন্না নুংশিবা অনেম্বা থাক্কী ঈশৈগুম, নত্রগা জগোই শাবী অমগী কা-হেন্না খোয়থূম্লবা মোমোন মীনোক্কুম নত্রগা মখোয়গী মকোক অমসুং মথবাক্তা চাইবা অয়াকপা থাউ মনমগুম মশা অসি ওনীংবনা নুং পান ওল্লমই অনা লোয়রমই। অদুবু পূম্নমক অসিগী মথক্তা, মানা মশানা মশাবু হঙ্গোইজরমই - থাউ মনম নুংশিবা তৈরবা মশাগী মশমবু, মাগী ময়াদগী থোরকপা য়ুনম, মাগী অপেৎপা খুইথরবা ঊনশাবু তুক্কচরমই।

কনাগুম্বা মীশক্ অমনা য়াম্না চাশীল্লগা অমসুং কা-হেন্না থকচীল্লুরগা ৱানা ওথোক্লবা তুংদা মশাদু পূময়াং-য়াংবগুম, পোত্থাফম খঙদ্রবা নীপা অসিনা খল্লি - হৈনবী ময়ামসি, নুংঙাইবা ময়ামসি অর্থ অমত্তা য়াওদ্রবা পুন্সি অসি স্বর অমুক্তং থিংলগা লোইনা কামথোকখিবা য়ারবদিকো। নোংঙাল্লকপদুতদা অমসুং মহাক্কী সহরগী য়ুম অদুগী মপান্দা মী পূম্নমক্ মাগী মাগী শিন্থা পায়বা হৌনখ্রে হায়বগী অহানবা খূদম উরকপা মতমদুতদা মহাক্লা উইথরমই অমসুং মিকূপ অমত্তং কাউথোক্লমই অমসুং তুমথবা য়ারমই। মতম অদুদা মহাক্লা মঙ্ অমা মঙ্খি।

কমলানা পীক্লবা সনাগী পিঞ্জরা (পোন) অমগী মনুংদা ঈশৈ শকপা উচেক্ মচা অমা য়োক্লমই। অদুগী মরমদনি মানা মঙ্লিবা মঙ্ অদু। মহৌশানা অয়ুক্ খূদিং ঈশৈ শকচবা উচেক্ অসি, তূমিন লৈখ্রে, অমসুং মদুদা ঙক্লদুনা, মনাক্তা চঙশীন্দুনা মহাক্লা পোন মনুংদা য়েংলমই। পীক্লবা, উচেক মচা অদু শিরগা চপতিংনা মখাদা তাদুনা লৈরমই। মহাক্লা মদু লৌথোক্লমই, মখুত্তা ঙহাক পায়রমই অদুদগী সোড়োকলোমদা লংথোকখিরমই অমসুং খঙহৌদনা মাগী মশাদা অকিবা অমা ফাওরক্লমই অমসুং উচেক অশিবা'সিগা লোয়ননা মঙোন্দা য়াওরম্বা অফবা অমসুং তাঙ্লবা মচাক্ পূম্বা লোইনা লংথোকখ্রবদৌনা মাগী থমোইদা অনাবা চৈনাখোল ফাওরমই।

মঙ্ অসিদগী মঙ্ফাওনরকপা মতমদা মাগী মশা অদু অচৌবা অৱাবা অমনা ফুনগৎলমই। মাগী পুন্সি অসি মমল য়াওদবা অমসুং অর্থ য়াওদবা মওংদা লেনবা ওইনা মঙোন্দা থোক্লমই, মচং ওইবা পোৎ অমত্তা মঙোন্দা লৈহৌদ্রে, করিগুম্বা কান্নবা নত্রগা মমল নাইবা অমত্তা য়াওদ্রে। মানা ৱাখল তৌবা হৌরক্লমই অমসুং মাগী পুন্সি অদু, হৌবদগীনা হেক নীংশীংবা ঙম্বা মখৈ, মপূক্লিংদা মথং মথং নীংশীংলকই। করম্বা মতমদা মহাক্লা তশেংনা নুংঙাইখিবগে? করম্বা মতমদা মহাক্লা নুংঙাইবা ফংখিবগে? চুমই, মহাক কয়ারক ফংবা য়াওখি। পাখং ওইরিঙৈ, মহাক্লা ব্রাহ্মনশিংদগী থাগৎ ৱাহৈ তাখিবা মতমদা, মহাক্লা মমান্নবশিংদগী য়াম্না হেন্না মাঙজীন থাখিবা মতমদা, শেংলবা বেদ-মন্ত্র থীবদা ময়ামদগী হেনবা মতমদা, জ্ঞানীশিংগা তর্ক তৌনবা মতমদা, যজ্ঞগী মতমদা মানা মতেং পাংবা মতমদা মহাক্লা (নুংঙাইবা) পূম্নমক্ অদু লোইনা মহাউ তংখ্রবনি। অদুদগী মাগী থমোইদা ফাওরকই; 'লম্বী অমা লৈরি নঙ্না চৎকদবা। লাইশিংনা নঙতবু ঙাইরি'। অদুগা অমুক্তসু, নহা ওইরিঙৈদা মানা ফংগে তাল্লিবা অৱাংবা পান্দম অদুনা থৌইনশিন ওইরগা মমান্নবশিংদগী হেন্নবা কন্না হোৎনবা, মহাক্লা ব্রাহ্মনশিংনা তম্বিবদু খঙনবা কন্না হোৎনবা মতমদা, জ্ঞান অমা হেক ফংবগা অনৌবা অমা'মুক ফংনীংবগী ঈখৌলাংহনবা, অদুদগী অমুক্,

মাগী ঈখৌ লাংবা মরক্তা, মানা হোৎনরিঙৈ মনুংদা, মহাক্না খল্লমই: মাঙদা চঙশীল্লু, মাঙদা চঙ্শীল্লু, মসিনা নঙ্গী লম্বীনি। মহাক্না খোঞ্জেল অসি তাখি - মহাক্না সামান অমগী পুন্সি লেল্লগে খন্দুনা ময়ুম থাদোরকপা মতমদা, অদুগা মথংদা, মানা সামানশিংবু থাদোক্লমলগা 'মপূং ফারবা মহাক' অদুগী মনাক্তা লাকপা মতমদা অমসুং মহাক্না মাবু (গৌতম) থাদোক্লমলগা পল্লেপফম খঙ্দনা হল্লকপা মতমদা । মহাক্না খোঞ্জেল অসি তাখিবদু, মহাক্না কাবা য়াবামখৈ ৱাংনা কাখৎলুবদু মতম কয়া কুইরবগে ? মাগী লম্বী অসি কয়াদা মহাউ য়াওদ্রবা অমসুং অৱাবা পোৎলুম ওইরবা! শাংলবা চহি কয়ানো মহাক্না অৱাংবা পান্দম অমত্তা য়াওদনা লেনখিবা, ইখৌলাংবা অমত্তা য়াওদনা, নুংগী নুংঙাইবা (অধ্যাত্মিককী) ফংদনা, নুংঙাইবা মচা-মশু খরদা পেস্থোক্লুনা-মদুমক্না চান্নবা অপেনবসু নত্তবা-মদু ভাব অমতা তাদনা মথোঙ মরম খঙদনা অসুক্ শাংলবা মতমসি মহাক্না হোৎনখি অমসুং পামজখি - মহাকসু মীচমশিং অসিগা, অঙাংমচাশিং অসিগা মান্নবা, অদুবু মাগী পুন্সিদি মখোয়দগী হেন্না লাইবক থীবা অমসুং মহাউ য়াওদবা ওইরমই মরমদি মখোয়গী পন্থুংফমদু মাগীদি নত্তে নত্রগা মখোয়গী অৱাবদু মঙোন্দদি ওইদে। কামাস্বামীগী মীশিং অসিগী পাক চাউরবা সংসারসি মাগী মফমদদি শুপ্নগী শান্নবা মখল অমা, ময়াম্না য়েংনবা জগোয় অমা, নুংঙাইবা কুম্মৈ মখল অমা ওইরমই। শুপ্নগী কমলাবুতনি মহাক্না নুংশিবা মঙোন্দা মমল য়াওখিবা - তোইগুম্বসুং মহাকমকসু হৌজিক্পু মদু ওইরিব্রা? মহাক্না (সিদ্ধার্থ) হৌজিক ফাওবা মহাকপু (কমলা) দরকার লৈরিব্রা? নত্রগা কমলানা মহাকপু হৌজিক ফাওবা দরকার ওইরিব্রা? মখোয় অনি লোইবা-খম্বা নাইদবা মশান্না অমা শান্নরম্বা নত্রা ? মদুগীদমক্তবু হিংবা চুম্ব্রা? চুমদে, মশান্না অসিগী মমিংবু সংসার কৌই-অঙাংগী মশান্ননি, অমুক, অনীরক্ তরারক শান্নবদি নুংঙাইরম্বসু য়াই - অদুবু মসিবু অসুম মখাতানা অরেপ্পা লৈতনা শান্নবসিবু কান্নরিব্রা?

অদুদগী, সিদ্ধার্থনা ভাব তারক্লমই - শান্নবদু লোইরে অমসুং মখাতানা মহাক অমুক্ শান্নবা ঙল্লরোই। মাগী মশাদু থক থক্ নীক্লমই মাগী

থনুংদা নীকপা অমা ফাওরমই অমসুং করিগুম্বা অমা শিখ্রে হায়বা মঙোন্দা ফাওরমই।

মহাক্না নুমিৎ চুপ্পা অদুমা হৈনৌ পাম্বী মখাদা ফমদুনা - মাগী অপোকপা মপাগী মরমদা খল্লমই, গোবিন্দগী মরমদা খল্লমই, গৌতমগী মরমদা খল্লমই। পুম্নমক অসিবু মানা লংশেক্লুরবা, কামাস্বামী অমা ওইনবা হোৎনবদা ?

মফম অদুদা মহাক্না নুমিৎ তাবা ফাওবা ফম্লমই। মহাক্না নোংথক্তা য়েংখৎলকপা অমসুং থৱানমিচাক থোকপা উবদা খল্লমই: ঐ মফমসিদা ফমলি ঐগী হৈনৌ পাম্বীসিগী মখাদা ঐগী ঈরাংগী লৈকোন্দা। মহাক্না হাইরপ মোমোন তৌরমই। মসিবু দরকার লৈব্রা, মসিবু চুম্ব্রা, মানা হৈনৌ পাম্বী অমা অমসুং লৈকোল অমগী মপু ওইবসিবু অপঙবা নত্রা ?

পুম্নমকসি মাগা মরি অমতা লৈনদ্রে। মদু মাগী ৱাখলদগীসু মাঙ্খ্রে। মহাক্না হৌগৎলমই, হৈনৌ পাম্বী অমসুং লৈকোলদগী বিদাই লৌরমই। নুমিৎ অদু মহাক ময়াদা পোৎ মচেৎ অমত্তা তাদ্রিবনা, মহাক চাক্ য়াম্না লাম্লমই। অমসুং মাগী সহরদা লৈরিবা য়ুম মাগী কা অমসুং ফমুং, অমসুং অচা অথক থম্নবা টেবিল - মথং মথং নীংশীংলকখি। মহাক্না য়াম্না চোকথনা মোমোন তৌরগা মঙক অদু হাইরগা পুম্নমক্ অসিদগীসু বিদাই তৌনরমই।

অহিং অদুমক্তদা সিদ্ধার্থনা মাগী লৈকোল অমসুং সহর অদু থাদোক্লমই অমসুং অমুক হন্না মায় ওল্লকখিদ্রে। কামাস্বামীনা মতম শাংনা মাবু ফংনবা থিরমই - শোয়দ্রে, ডাকুশিংগী মখুত্তা তাখ্রবনি খল্লদুনা । কমলানা মহাকপু থিগে হোৎনরমদে। সিদ্ধার্থ মাঙখ্রে হায়বা পাউসি তাবদা মঙোন্দা থোইনা ঙক্লা থোক্লমদে। মদুমক থোক্কদ্রা হায়না মানা মতম চুপ্পদা চিংনখিবা নত্রা? মহাক অসি সামান অমা নত্রা-য়ুমলিংদবা তীর্থ যাত্রী অমা? মসি মখোয় অনিনা ইকোন কোন্না উন্নবা নুমিৎ অদুদা মাগী থমোইদা অমুক্কা হেন্না কন্না ফাওখিবনি অমসুং মহাক কায়নবগী অনাবা চৈনাখোল মরক্তা নুংঙাইবা অমসু ফাওরমই মরমদি মখোয়নি অরোইবা উন্নবা নুমিত্তা



কোনরেদ রুক্সগী 'সিদ্ধার্থ' হায়বা ফিল্মদা শশীকাপুর অমসুং সিমি গ্রেৱালনা মথংশিংনা সিদ্ধার্থ অমসুং কমলাগী শক্তম লাংবা।

মহাকপু (কমলা) মাগী মথবাক্তা অসুক্কী মতীক্ চেৎনা কোনশিল্লমই মাগী ওইরবনি, মানা জয় তৌরবনি হায়বা অমা কন্না ফাওরমই। কমলাদা ফাওরমই - মাগী হকচাং পুম্বসি মচেৎ অমত্তা খাকহৌদনা মাগী (সিদ্ধার্থ) পূমওই ওইখ্রে, মাবু মায়থীবা পিরম্লগা মপু ওইখ্রবনি। মহাক্না সিদ্ধার্থ মাঙখিবগী পাউ হেক তাবদা, সনাগী পোন মনুংদা য়োক্লিবা ঈশৈ শকপা তাঙলবা উচেক মচা অদুগী থম্ফম, থোঙ্নাউদু তানা চৎলমই। মহাক্না পোন অদুগী মথোঙ হাংদোক্লগা উচেক্ মচা অদু লৌথোরকই অদুগা পাইহনখিরমই। মতম শাংনা মহাক্না য়েংদুনা লৈরমই - তামখ্রবা উচেক মচাদু । নুমিৎ অদুদগী হৌনা মহাক্না উন্নবা লাকপা মী অমত্তগা উন্নখিদ্রে অমসুং মাগী য়ুম অদু থোঙ্ লোনখ্রে। মতম খরা লৈরগা মহাক খঙলক্লে- সিদ্ধার্থগা ইকোন-কোন্না উন্নবা অদুদগী, মহাক গর্ভ লৈরে ।



# তুরেলগী মনাক্তা

সিদ্ধার্থনা উমং মনূংদা কোয়চৎ চৎলমই, সহরদগী য়াম্না থাপতোরক্লে অমসুং মানা শুপ্নগী পোৎশক অমখক্তমক্ খণ্ডলমই - মদুদি মহাক্ অমুক হনবা য়াররোই, চহি কয়া মানা লেনখিবা পুন্সি অদু হৌখ্রবনি, হেক ওনীংবা ফাওবা পেন্নবা মহাউ তংখ্রবনি। ঈশৈ শকপা উচেক মচাদু শিরে; মণ্ডদা উরিবা অশিবা উচেক মচাদু, অতৈ অমা নত্তে, মাগী থম্মোয়নুংদা লৈবা উচেক্ অদুমকনি। মহাক্ সংসারগী লাংনা চেৎনা ফাজিন্দুনা লৈরুরে-স্পোঞ্জ অমনা মশাপূম্বা পীক থন্দ্রিবা ফাওবা ঈশিং চূপশীনবগুম। মহাক্না মশাদু অনা লোয়নবা অমসুং শিনবা মতোমতনা কন্না শীঞ্জবনি। পুন্সি অসি মঙোন্দা মহাউ অমত্তা য়াওশীল্লকলমদে, অৱাবনা থল্লমই, অশিবা ঙাক্তা ওইরমই; সংসার অসিদা মানা পাম্বা পোৎ, মঙোন্দা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি পীবা অমত্তা লৈরমদে। মহাক্না কাউথোকপা ঙম্লবদিকো হায়না খল্লমই - পোত্থাদুনা লৈরবদিকো - লৈবা য়ানবা অশিবা ওইনা হিংবা য়ানবা। মকোকথক্তা বজ্র তারক্লুনা মাবু অমুক্তা খায়বিরবদিকো! কৈ অমত্তনা মহাকপু শেৎত্তুনা চাথোকপীরবদিকো! পূম্নমক্ কাউথোকহনবা ঙম্বা করিগুম্বা য়ু অমা নত্রগা হু অমা লৈরম্বা থোক্লবদিকো....... মদুনা মাবু কাউহনগনি, মদুনা মাবু তূমহনগনি অমসুং অমুক হন্না মীকপ থোকহল্লরোই। মানা মশাদা তৈশিনখিদবা করম্বা অমোৎপা অমমুক্

লৈরিবগে- করম্বা পাপ অমসুং অপঙ্বা থবক লৈরিবগে মানা তৌখিদবা; মাগী আত্মাদা হকখিবা করম্বা দাগ লৈখিবগে- মাগী খুৎশেম নত্তবা? অদুদি মানা হৌজিক্ হিংদুনা লৈবসি অর্থ থোকইব্রা ? স্বর হন্না হন্না চিংশিনবা অমুক্ হোন্দোকপা, অরাম্বা ফাওবা, অমুক্ চাবা, অমুক্ তূম্বা, নূপীগা অমুক্ হন্না হীপমিন্নবসি ওইথোকলিব্রা? মসিগী চক্র অসি মাঙখ্রদনা মাগীদি লোইরবা নত্রা ? সিদ্ধার্থনা উমংদা চেল্লিবা পাক্লবা তুরেলদু য়ৌরমই - মদুগী তুরেল অদুমকনি মহাক্লা, নহা অমা ওইনা গৌতমগী সহরদগী হল্লকপা মতমদা হিরানবা অমনা মহাকপু লাম্হোকপিখিবা। তুরেল অসিগী মনাক্ য়ৌবদা মহাক্লা তুরেল খোঙবান্দা মপূক্লিং চিংননা লেপ্লমই। অরাম খৌরাংবা অমসুং চোকথবনা মশাদু শোন্থরমই। করি মরমগী মহাক্লা অমুক মখাতানা চৎখিগদগে, কদায়দা অমসুং করি মরমগী ? হৌজিক অতৈ অতোপ্পা মরম অমমুক লৈত্রে, শুপ্নগী অসিমত্তা ঙায়হৌরে-মাগী পল্লেপফম খঙদ্রবা মঙ্ অসিদগী করম্না নাম্হোক্কদগে, মাগী থম্মোইগী কাচিন্দা থূপ্তুনা লৈরিবা অপাম্বা, শীল্লবা য়ু অসিবু করম্না ওথোকসিগে, অসিগুম্বা খারবা অমসুং অৱাবনা থল্লবা পুন্সি অসি করম্না পীখম্নগদগে।

তুরেল অদুগী মপান্দা উ অমা হৌরমই - য়ুবী পাম্বীনি। সিদ্ধার্থনা মদুদা ঙাথরমই, উ অদুদা মখুৎনা কোল্লমই অদুগা মখাদা চেল্লিবা অশংবা ঈশিং অদুদা য়েংথরমই। মহাক্লা য়েংই অমসুং তুরেলদা কুম্লগা মশাদু ঈশিং মনুংদা লূপ্তুনা লৈনীংবগী অপাম্বা অমা কন্না ফাওরমই। ঈশিং অদুগী ঈংলবা ঈমায়থক্তা হাঙলবা মাগী আত্মাগী মমি তারি। উম, মাগী অরোইবা পনখৈ য়ৌরে। মঙোন্দা করিমত্তা লৈত্রে শুপ্নগী (অসিতা ঙায়হৌরে) - মহাক অসি পূম্মাঙ-মাঙহনখিবা, মহৈ য়ানবা ঙমদনা অরেম্বদা শাগৎলুবা লাইশিংনা করেম্নরিবা মাগী পুন্সি অদু মপূং ফানা থুগাইবা। ঙাশিংনা মাবু য়োৎকদ্রা - হুই ওল্লবা সিদ্ধার্থ, মসিগী অঙাওবসি, পৎলবা পুন্নবা হকচাংসি মঙম শান্দ্রবা লান্না-লান্না শীজীন্নখ্রবা জীব অসি। ঙাশিংনা অমসুং গুস্তীরশিংনা য়োৎকদ্রা, শাহীং চাবাশিং অদুনা মাবু কূপ্না মচেৎ মচেৎ শেগায়গদ্রা!

মশক্তু হান্নংগা মান্নদনা, মানা ঈশিং অদুদা য়েংলমই। মশাগী মমি তাবা অদু উরমই অমসুং মদুদা মতিন শীৎচীল্লমই। মহাক্না মখুৎ অদু উদা কোল্লম্বদগী থাদোক্লমই, হায়ফেৎ লৈথোকই, মকোক্ য়ুংনা ঈশিংদা তাশিল্লগা আ: লৈখা য়ৌনা চঙখিনবা। মমিৎ উইশিল্লগা মহাক্না লুকথরকই-আত্মাঘাট তৌরগে হায়দুনা।

অদুগী তুংদা মাগী আত্মাগী তাল্লবা কাচিন অমদগী হৌখ্রবা মহাক্কী চোকথরবা পুন্সিদগী, মহাক্না খোঞ্জেল অমা তারমই, মদু শুপ্নগী ৱাহৈ অমখক্তনি - ময়েক অমত্তনি ; য়েলহৌঙৈদগী হৌনা ব্রাহ্মন খূদিংমক্কী অহৌবা অমসুং অরোইবা লাইশোল ওইরিবা শেংলবা ওঁ - অর্থদি মপূং ফারবা মীশক অমা নত্রগা 'মপূং ফাবা'। মীকুপ অদুদা ওঁ গী খোন্থাংনা সিদ্ধার্থগী নাকোং য়ৌরকপা মতমদা, তূমখূন তাল্লম্বা মাগী আত্মা অদু খঙহৌদনা মীকপ থোক্লমই অমসুং মহাক্না পাঙথোক্কে খল্লিবা থবক অদুগী অপঙবদু ভাব তারক্লমই।

সিদ্ধার্থগী মশাদা হায়নীংঙাই লৈতনা অকিবা অমা ফাওরক্লমই। অদুওইরে মহাক্না ওইরিবা ফীভম; মহাক অসুক্কী মতীক শাথীনা পূমঙাও ঙাওরমই পল্লেপফম খঙলমদে, অসুক্কী মতীক্ তৌফম খঙলমদে, অসুক্কী মতীক মরম অমত্তা থিফম খঙলমদে - মদুননি মহাক্না মথন্তা শিজরগে হোৎনরম্বা। ৱাখল অসি, মসিগী অঙাং মচা মানবা ৱাখল অসিগী শাফূনা মাগী থমোইদা অসুক্কী মতীক কন্না চৈথেং পীখরে - মহাক মাগী হকচাং অসি মাঙহল্লমলগা শান্তি ফংনীংলে। ওঁ হাইবা খোঞ্জেল অদুনা মাগী নাকোং য়ৌরকপা মতমদা, মহাক্না মাগী তোল্লবা লৈখা তারবা পুন্সি অমসুং মহাক্না পাঙথোক্কে হোৎনরম্বা অরানবা থবক্তু ভাব তারকপা মতমদা মাগী থমোইদা ফাওখিবা শাফূ অদুনা থোইদোক্না কনবা হেল্লি - মানা ইকুই কুইদনা থেংনখিবা কোক্ শাবা, তৌফম খঙদবা, নীংবা কায়বা ময়াম অদুদগীদি।

'ওঁ' মানা থমোইদা মখোন থোক্তনা শোল্লমই অমসুং মহাক মশাদা ব্রহ্ম, পুন্সি অসি মাঙ-তাকহনবা ঙমদে হায়বদু ফাওরমই; মতম

খর মহাক্না কাউথোক্লুরবা ঈশ্বরগী মশক্ ওইরবা মন্ত্রশিং অদু নীংশীংলমই।

মদু শুপ্নগী মীকুপ অমত্তগী ওইরম্লে, কুফেৎ-কাফেৎ ঙানবা মৈঙালগুম। সিদ্ধার্থনা মশাদু চোকথমনখ্রদুনা য়ুবী পান্বীদুগী মখোঙ্দা লেকথদুনা লৈরমই। মচীন্দা 'ওম' হায়না মুরুম মুরুম শোল্লদুনা, মহাক্না মকোক অদু উরাদা মোন খাঙ্লগা কন্না তূমখুন তান্না তূম্লমই।

মানা তূমলিবা মওং অদু হৌদোকপা তাদমখৈ, কন্না অমসুং মঙ্ ফাওবা মঙদবমখৈ তূম্বনি; কুইরে মহাক্না অসুম্না তুম্লক্তবা। পূং কয়াগী মতুংদা মহাক্না মীকপ থোরকপা মতমদা, চহি তরা হৌখ্রবদৌনা মশাদা ফাওরমই। ঈশিং ইপোমগী মেঙ্লবা খোঞ্জেলদু মহাক্না তারমই, মানা লৈরিবসি কদাইদনো অমসুং মতৌকরম্না মহাক্না মফমদু য়ৌরকপনো হায়বদুসু খঙ্লমদে। মহাক্না হঙ্গৎনা য়েংখৎলমই অমসুং উ পান্বী অমসুং অতিয়া উবদা ঙক্লমই। হৌজিক মহাক খজিক্ খজিক নীংশীংবা হৌরক্লে - মহাক্ কদায়দা লৈবগে অমসুং করম্না মফমদুদা লাকপগে হায়বদু। মফমদুদা কুইনা লৈনীংবা অমা মঙোন্দা ফাওরক্লমই। মাগী হৌখিবা পুন্সি অদু অপাবা ফীজং অমনা খঞ্জিনবগুম তৌরমই - য়াম্না থাপ্লমই, য়াম্না কান্নবা পোৎশক্ অমা ওইরমই। মহাক্না অসিতমক্ খঙলমই - মানা ভাব তারকপা মীকুপ অদুদা মাগী মমাঙ্গী পুন্সি অদু অতোপ্পা মপোক্ অমগুম্না ফাওরমই, ঙসি মানা ওইরিবা 'ঐ' অসিগী মমাঙগী মপোক্লুম তোল্লবা অমসুং হামচৎনরবা পুন্সি, মদুবু মানা লোইশিন্নীংখীবা - পূম্নমক অদু হৌজিক্তি অমত্তা লৈত্রে অমসুং মহাক মখোঙ থোংনা তুরেল অদুগী মনাক্তা, য়ুবী পান্বী মখাদা চীন্দা ওঁ হায়বা ৱাহৈ অসি শোল্লদুনা লাক্লমই। ঙহাক্ লৈরগা মহাক্ তূমথখিরমই অমসুং মানা মীকপ্ থোরকপদা সংসার অসি মীনৌ অমগুম্না য়েংলমই। মহাক্না শোল্লগা তূমথখিবা ওঁ হায়বা ৱাহৈ অদু মপূক মনুংদা তপ্না শোল্লমই অমসুং মহাক্না তূমলুবা অদু শাংনা অমসুং খোঞ্জেল লূম্না ওঁ শোল্লগা ওঁগী মরমদা খল্লগা, ওঁদা লুপ্তুনা মনূং ফাওনা চঙশীন্দুনা মিংনাইদবা, ঈশ্বরগুম্লবা

অদু য়ৌনা চঙশীনবা ওইনা তৌরমই। কয়াদা অঙকপা মওংগী তূম্বা মখল অমা ওইখ্রবা ! মমাঙ্দা তূমখিবা অমত্তদা মঙোন্দা অসুক মশা তেকখৎপা, নৌথোকপা, অনৌবা আশা কয়া পোকহনবা কৈদৌঙৈদা অমুক্তা য়াওখিদ্রি। মহাক্ তশেংনা শিবা হায়বদু ওইরমাল্লে, মহাক্ ঈশিংদা ঈরাক্লদুনা শিরবা তুংদা তোঙানবা শক্লোন অমা পুরগা পোল্লকলমাল্লে। নত্তে নত্তে মদু খক্ ওইবা য়ারোই, মহাক মশানা মশাবু শক্ খঙ্জরি, মহাক মশাগী মখোঙ্-মখুৎ, মহাক্লা হীপলিবা মফম অমসুং মাগী হকচাং মনুংদা য়াওরিবা 'ঐ' - সিদ্ধার্থ হায়বা ময়ামদগী তোপ তোপ্পা, মশাগী অচেৎপা ব্রাখল অমা লৈজবা 'ঐ' হায়বদু - লোইনা মশক্ খঙলি। তৌইগুম্বসুং মসিগী সিদ্ধার্থ অসিদি অহোংবা খরা লৈরবা, খরা অনৌবা অমা ওইনা তৌরে। মহাক্লা নুংঙাইনা তূমখূন হুন্না তূম্লমই। মীকপ ফজনা থোরক্লমই - মপূক্লিং মকা লাম্না অমসুং করিনো তৌরিবসি খন্দুনা।

সিদ্ধার্থনা হৌগৎলমই অমসুং নাপু মচু শেৎপা মরুকোকপা লম্বোইবা অমনা মাগী মমাঙ্দা ধ্যান তৌবা মীশক্ অমগুম্না, ফমদুনা লৈবা উরমই। মহাক্লা মরু কোকপা মশম হৌদবা মকোই খাক্তবা নূপা অদুদা য়েংলমই, অমসুং কুইনা য়েংদ্রবসু খঙলমই - লম্বোইবা অসি মাগী নহা ওইরিঙৈগী মরূপ গোবিন্দনি, পূম্নমক্তগী মীথোই মীহেল্লবা বুদ্ধদা শাইদাংফম লৌদুনা চঙ্জখ্রবা গোবিন্দ। গোবিন্দসু অহল ওইশিল্লমলে, তৌইগুম্বসুং মহাক হৌজিক ফাওবা মাগী মায়থোংদা মাগী মহৌশাগী শাগোন্নরকপা শক্তম-খঙনীংবা, মপু মশক্ খঙবা, ঈখৌ লাংবা, লাঙতক্লবা মমি তারি। মহাক্লা য়েংদুনা লৈরে খঙলদুনা গোবিন্দনা মমায় হাইগৎত্তুনা মঙোন্দা য়েংলকপা মতমদদি, সিদ্ধার্থনা উরে - গোবিন্দনা মহাকপু মশক্ খঙ্বা ঙমদ্রে। মহাক্লা মীক্প থোরকপদুদা গোবিন্দ হরাওরমই। মহাক (গোবিন্দ) মাবু (সিদ্ধার্থ) শঙ্দুনা মতম শাংনা মফম অদুদা ফমদুনা মানা তূম্বা হৌগৎপা ফাওবা ঙাইরম্বা মাল্লি - মহাক্লা মাবু কনানো মশক্ খঙদ্রবসু।

'ঐ তূমলুবনি', সিদ্ধার্থনা হায়রমই। 'নঙদি করম্না মফমসিদা লৈরম্লিবনো' ?

'নঙ তূমদুনা লৈরমই,' গোবিন্দনা খুম্লমই, 'অমসুং জঙ্গলগী শা অমসুং লিন ময়াম্না শৌরবা অসিগুম্বা মফমদা তূম্বা খুদোংথীনীংঙাইনি। ঐহাক্, পূম্নমক্কগী অথোইবা গৌতমগী গুরু-ভায় কয়াগা লোয়ননা তীর্থ চৎলিবনি। নঙনা খুদোংথীনীংঙাই ওইবা মফম অমদা তূমদুনা লৈবদু উবদা নঙবু হৌদোক্কে তৌরমই অদুবু নঙ্ য়াম্না কন্না তূমখুন হুন্না তূম্বদুদা, ঐনা ঐগী গুরু ভায়শিং অদুদগী লৈথহৌরগা নঙগী ননাক্তা ফম্লম্বনি, অদুদগীদি নঙবু শঙবিগে হোৎনরিবা ঐ ইশামক্ তূমথোক্লুরমাল্লে। ইশাসি চোকথবনা হেনমনখিবনা নীংথি নুংঙাইনা ফাওবা নঙ্বু শঙবা ঙমদ্রে। অদুবু হৌজিক্তি নঙ্ হৌগৎলবনিনা ঐ চৎখ্রগে, ঐগা লাকমিন্নবাশিং অদু তানগে'। 'ঐনা তূম্লিঙৈদা শঙবিরম্বগী নঙবু থাগৎচরি', সামান। 'খ্বায়দগী অথোইবা মহাক্ অদুগী তুংইনবাশিংদি য়াম্না থৌজাল হৈ, য়াম্না নুংঙাইরে, অদুদি নঙ হৌজিক নঙগী লম্বী পাংখিবা য়ারনি'।

'ঐ চৎলগে। নঙ্ মঙ্গল ওইবা ওইসনু'।

'ঐনা থাগৎচরি সামান নহাকপু'। গোবিন্দনা মকোক্ নোল্লমই অমসুং হায়রকই-'বিদায়'।

'বিদায়, গোবিন্দ', সিদ্ধার্থসু খুম্লমই।

লম্বোইবা অদু ৱা ঙাঙ্দনা খংলেপ লেপ্লমই।

'ঐবু ঙাকপিগনি, মহাশয়, নঙ্না ঐগী ইমিং করম্না খঙলিবনো'?

মদু তাবদা সিদ্ধার্থনা ফাক-ফাক্ নোক্লমই।

'ঐনা নঙবু খঙই, গোবিন্দ - নঙনা নঙবু পোকপা নপাবুংগী য়ুমদা লৈরিঙৈদগী হৌনা, ব্রাহ্মনশিংগী লাইরিক তম্ফমদগী, যজ্ঞ তৌরিঙৈ মতমদগী সামানশিংগা লোইননা ঐখোয় অনি চৎমিন্নবা মতমদগী অমসুং জেতাবনগী উমংদা নহাক্না 'খ্বায়দগী অথোইবা' নীপা অদুগী মতুং ইল্লগনি হায়না ৱাশকখিবা মীকূপ অদুদগী হৌনা'।

'অদুদি নঙ্ সিদ্ধার্থনি', গোবিন্দনা খোঞ্জেল হৌনা লাউরমই, 'হৌজিক্তি ঐনা নঙবু মশক্ খঙলক্লে অদুগা খূদক্তা খঙদ্রিবদু করিগীনো, ঐ ভাব তাদে। তরাম্না ওকচরি, সিদ্ধার্থ, নঙবু অমুক হন্না উজবদা ঐগী থৱাই'সি ওন্থোক্লা নুংঙাইরে'। 'ঐসু নঙবু অমুক হন্না উবদা নুংঙাইরে। নঙ্না ঐবু শঙদুনা লৈবিরম্লে ঐনা তূম্লিঁঙৈদা। মদুগীদমক্তা ঐনা নঙবু অমুক্কা হন্না থাগৎচরি, ঐবু শঙ্বমক্তি দরকার লৈত্রবসু , নঙ্না হৌজিক চৎলিবসি কদায়দনো, মরূপ'?

'ঐ কদায়দসু চৎপা নত্তে। ঐখোয় সন্যাসীশিং অসি নোংজু-থা নত্তনা, মতম চূপ্পদা মফম অমদগী অমদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈ। মতমলৈবা খিঁবিক্তা ঐখোয়না মফম হোং-হোংদুনা পুন্সি লেল্লি পাউতাক শন্দোকই, ভীক্ষা নিবা চৎলি অদুদগী অমুক মথং মথং মখাতানা চৎলি। অসি ঙাক্তনি মতম চুপ্পদা। অদুবু, নঙদি কদাইদা চৎলিবনো, সিদ্ধার্থ'? সিদ্ধার্থনা খুম্লকই, 'নঙ্গা ঐগা চপ মান্নে, মরূপ। ঐ কদাইদসু অতম্বনা চৎপা নত্তে। ঐ অসুম চৎলিবনি। ঐ তীর্থ যাত্রীনি'। গোবিন্দনা হায়রকই, 'নহাক তীর্থ যাত্রা চৎলিবনি হায়রে অদুগা নঙ্না হায়রিবদু ঐসু য়ারগে। অদুবু ঐবু ঙাকপীয়ু, সিদ্ধার্থ, নঙ্ তীর্থ যাত্রী অমা মান্দে। নঙ্না ইনাক খুনবা অমগুম অফবা ফীজোল শেৎলি, নঙনা ফেসন্ তৌবা মী অমগী খোংউপ তোংলি, নঙগী থাউ মনম নুংশিবা তৈরবা নশম অদু যাত্রীক অমগী মশম নত্তে, মদু সামান অমগী মশম নত্তে'।

'নঙদি য়াম্না কূপ্না য়েংশিল্লম্লে, মরূপ; থৌরবা নঙগী মিৎ অদুনা লোইনা উরম্লে। তোইগুম্বসুং ঐনা নঙোন্দা ঐ সামান অমনিদি হায়দে। ঐনা হায়বদি ঐ তীর্থ চৎলিবনি হায়বনি, মদু অচুম্বনি'। 'নঙ্ তীর্থ চৎলিবনি', গোবিন্দনা হায়রমই, 'তৌইগুম্বসুং মী কনাসু অসিগুম্বা ফীজোল শেত্তুনা, অসিগুম্বা খোঙউপ তোংদুনা অসিগুম্বা শমকক্ অসিদা তীর্থ চৎনদে। চহি কয়া লীশাং-শীৎনা চৎলক্লবা ঐ অসিগুম্বা তীর্থ যাত্রী অমত্তা থেংনরক্ত্রি'। 'ঐ নঙনা হায়বদু য়াই, গোবিন্দ। অদুবু ঙসিদি নঙনা

অসিগুম্বা খোঙউপ উপ্পা, অসিগুম্বা ফিজোল শেৎপা তীর্থ যাত্রী অমা থেংনরে। কাউগনু, ঐগী নুংশিজরবা গোবিন্দ, মপানথোঙদা উরিবা সংসারগী শক্তম অসি অহোংবা নাই; ঐখোয়না শেৎলি-চারিবা ফি অমসুং শম অসি অঙকপা অহোংবা নাই। ঐখোয়গী হকচাং, ঐখোয়গী শম অসিসু অহোংবা নাই। পূম্নমক মতম মতমগীনি। নঙদি য়াম্না কূপ্না য়েংলম্লে। ঐনা ইনাক্ খুনবা অমগী ফীজোল শেৎলি, অমসুং ঐনা শেৎলিবগী মরমদি ঐ ইনাক খুনবা মী অমা ওইরমই অমসুং ঐনা ঐগী শম অসি আজকালগী ফেসন তৌবা মী অমগুম্না খাল্লি মরমদি ঐহাক অদুম্বা মীশক্ অমা ওইরমই'।

'অদুগা হৌজিক্না নঙ করি ওইরবা, সিদ্ধার্থ'?

'ঐ করিমত্তা খঙদে; ঐসু নঙগা চপমান্ননা, অমত্তা খঙদে। ঐ চৎলিবসিনি। ঐ ইনাকখুনবা অমা ওইরমই, হৌজিক্তি ওইদ্রে অদুগা হয়েংনা ঐ করি ওইগনি, হায়বা ঙমদে'।

'নঙগী নরল নথুম পূম্বা লোইনা মাঙখ্রবরা'?

'মখোয়না ঐঙোন্দগী মাঙখিবরা নত্রগা মখোয়দগী ঐ মাঙখিবরা - ঐ চপচাবা খঙদে। মপানথোংগী শক্তমগী অহোংবা য়াম্না থুনা থুনা হোংই গোবিন্দ। কদাইদা চৎখ্রে সিদ্ধার্থ হায়বা ব্রাহ্মন, কদাইদা চৎখ্রে সিদ্ধার্থ হায়বা সামান, কদাইদা লৈখ্রে সিদ্ধার্থ হায়বা ঈনাক খুনবা নীপা অদু ? ঙহাক্কী ওইবা পোৎশিং অসি য়াম্না থুনা অওনবা নাই, গোবিন্দ। নঙদি মদু খঙ্লিবনি'।

গোবিন্দনা মহাক্কী নহাওইরিঙৈগী মরূপ অদুদা মতম শাংনা চিংনবগা লোয়ননা য়েংলমই। অদুগী তুংদা মহাক্না, অঙম-অথৌ মথক থোংবশিংদা তৌবগুম্না, মঙোন্দা মকোক নোল্লমই, অদুদগী চৎখিরমই।

মোমোন তৌরদুনা, সিদ্ধার্থনা মানা চৎখিবদু য়েংলমই। হৌজিক ফাওবা মহাক্না, মপু নীংবা মাবুতা খনবা মরূপ অদুবু নুংশিরি। অদুগা অদুগুম্বা মীকুপ অদুদা, অদুগুম্বা তাঙ্লবা পূংজা অদুদা, মশাপূম্বা ওঁ না য়োমশীন্দুনা অঙকপা ফংনা নুংঙাইনা তূমলুরবা তুংদা, করম্না মহাক্না মী অমবু কনাগুম্বা

মী অমবু নত্রগা পোৎশক্ অমবু নুংশিদবা ঙমগদগে। মদু মহাক্না তূন্নিঙৈদা অমসুং মাগী হকচাং মনুংদা য়াওরিবা ওঁ গী মিত্রংননি - মদুদি মহাক্না পূন্নমকপু নুংশি, মহাক্না উরিবা পোৎ খূদিংদা হরাওবগা লোয়ননা পঙনুংদা - নুংশি। অদুগা মঙোন্দা অসুম্না ফাওরমই - মহাক্না অহানবদা মশাসি অনাবদৌনা তৌরম্বা অদুমক্না ওইরমাল্লে - মহাক্না পোৎ অমত্তবু নুংশিবা ঙমদে অমসুং কনাবুসু।

মোমোন তৌরদুনা সিদ্ধার্থনা খোঙশানখ্রবা সন্যাসী অদুবু য়েংলমই। মানা তূমলুবা অদুনা মশা তেক্‌খৎহল্লমই তৌইগুম্বসুং অরাম খৌরাংবা কন্না ফাওরমই মরমদি মহাক করিমত্তা চারক্তবা নুমিৎ নীনি শুরে অমসুং অরাম্বা খাঙবা ঙম্বগী মতম য়াম্না হেন্দোকখরে। য়াম্না ব্রারদুনা তৌফম খঙদ্রদুনা অদুম ওইনমক নোক্লদুনা, মহাক্না হৌখিবা মতমদু মপূক্লিংদা নীংশিংবা হৌরক্লমই। মহাক নীংশিংলি মতমদুদা মহাক্না কমলাদা পোৎশক অহুমখক্কী চাউথোকপা উৎলমই - চীংলেম্লবা, মীনা খূদুম চনবা ঙল্লরোইদবা কলা অহুম খক্কী: চরা হেনবা, ঙাইবা কনবা অমসুং ব্রাখল খনবা। মখোয়শিং অদুনা মাগী মরল, মাগী পাঙ্গল অমসুং শক্তি অমসুং খুৎপায় চেৎলবা চৈশু ওইরমই। মহাক্না নহাওইরিঙৈ নোম্বা কল্লিঙৈ, থব্রায় য়াম্না য়াওরিঙৈ মতম অদুদা বিদ্যা অহুম অসিতমক্ তমহৌই, অতৈদি অমত্তা তমহৌদ্রে। হৌজিক্তি মদু পূম্বা লোইনা মাঙখ্রে, মখোয়শিং অদু মাগী মশাদা অমত্তা পক্ত্রে - চরা হেনবসু, ঙাইবসু নত্রগা ব্রাখল খনবসু। মখোয়শিং অদুগী মহুত্তা মহাক্না খ্বাইদগী থাক হন্থবা পোৎ মখৈগা অহোংবা নাইবা পোৎশিংগা, ইন্দ্রিগী নুংঙাইবাশিংগা, য়াম্না নুংঙাইবা পুন্সি অমসুং লনথুমগা ওন্নরমই। মহাক্ ময়াম্না চৎনদবা লম্বী অমদা খোঙদারুরে। অদুগা হৌজিক্না মহাক থাঙ্গৈশেংনা ইচম চম্বা মীশক অমা ওইরবগুম্না তৌরে।

সিদ্ধার্থনা মহাক্কী অসিগুম্বা ফীভম অসিদা মুন্না ব্রাখল খন্থরমই। ব্রাখল খনবদু মঙোন্দা য়াম্না ব্রানা থোক্লমই, তশেংনা হায়রবদা মদুগী অপাম্বসু লৈরমদে, অদুবু মহাক্না নমদুনা মখা তানা খল্লমই।

হৌজিক, মহাক্না খল্লমই, অহোংবা নাইবা ঙ্গাক্কী ওইবা পোৎশকশিং অসি ঐঙোন্দগী থাপতোকখ্রে মরম অসিনা ঐ অমুক হন্না ইনৌনৌনা, ঐনা অঙাং পিশক ওইরিঙৈদা তৌরম্বা মতৌগুম, নুংশাগী মৈশা মখাদা লেপ্লি। পোৎ অমত্তা ঐগী নত্তে, ঐনা খঙবা অমত্তা য়াওদে, ঐগী ইপোৎ-ঈচৈ অমত্তা লৈতে, ঐ পাড়া অমত্তসু ফাহৌদ্রে। মসিবু কয়াদা ঙকখ্রবনো! হৌজিক ঐহাক অমুক হন্না নহা অমা নৎলক্ত্রবা মতমসিদা, ঈশম অসিনা পোক থুনা হৌজিল্লবা মতমসিদা, ইপাঙ্গল ময়েং তারক্লবা মতমসিদা, হৌজিক ঐনা পূমনৌ নৌনা হৌগৎলক্লি - অঙাং অমগুম্না। মহাক অমুক হন্না মোমোন নোকপা তাই। মানি, মাগী মরায়বক অসি অঙকপনি।

মহাক মনীং হন্না চৎলমই অদুগা হৌজিক অমুক হন্না লেপই ইহাঙ-হাঙ্না, মশাদা মফি থোংদনা, সংসারসি মশক্ খঙদনা। তৌইগুম্বসুং মদুগীদমক মহাক্লা থোইনা নীংঙমদবা লৈতে; করিমত্তা তৌদে, মাগী মশাদা নোক্লিংবা অমা কন্না ফাওরক্লমই - মশাদা করেম্নবা মীনোক্, অঙকপা, অপঙবা সংসার অসিবু করেম্নবা মীনোক্।

নঙনা তৌরিসে পোৎ পূম্নমক অসি লোইনা মনীং হল্লে; মহাক মতোমদা শোঞ্জরমই অদুগা নোক্লমই অমসুং ঙাঙনা ঙাঙনা মাগী মীৎয়েংদু তুরেলদুগী মথক্তা তারমই অমসুং তুরেলদুনা নুংঙাইনা ঈশৈ শক্লদুনা হঙ্গৎনা চেল্লিবদু উরমই। মদুনা মঙোন্দা হায়নীংঙাই লৈতনা অপেনবা পোকহল্লমই: মহাক্লা তুরেল অদুদা হরাওনা মোমোন নোক্লমই। মসিগী তুরেল অসিদা নত্রা মহাক্লা নোংমা - চহি চা কয়াগী মমাঙ্দা চোংথদুনা মথন্তা শিজগে হোৎনরম্বদু নত্রগা মানা তৌরিবসিবু মঙলা ?

মহাক্কী পুন্সি অসি কয়াদা ঙকখ্রবনো, মানা খল্লমই। মহাক অঙক অঙকপা লম্বী কয়া চৎলুরে। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা ঐনা ঐগী পুন্সিসি ঈশ্বর অমসুং যজ্ঞ পাংথোকপদা লূপ্তুনা লৈরুরে, পাখং ফারকপদনা সন্যাসী অমা ওইনা, ব্রাখল খন্দুনা, ধ্যান তৌদুনা। ঐনা ব্রহ্মবু থিরমই অমসুং

অমাঙ-অতা লৈত্রবা আত্মাবু লুনা নীংজে। নহা ওইরিঙৈদা ঐনা প্রায়শ্চিত তৌবদা পূক্লিং চঙলমই। ঐনা উমংদা লৈরমই, অইং-অশা খাঙলমই। ঐনা চরা হেনবা তল্লমই। ঐনা ইশাগী হকচাং অসিবু খূদুম চল্লমই। অদুগী তুংদা ঐনা অঙকপগা লোয়ননা খঙ্‌লক্লে-মতীক মঙান লৈরবা বুদ্ধগী পাউতাকশিং। ঐঙোন্দা জ্ঞানগী মঙান ফাওরক্লে অমসুং সংসার অসিগী অপূনবা শক্তম অসিনা ঐগী ঈগী মতৌগুম্না ঐগী হকচাং মনুংদা চেনবা হৌরক্লমই, অদুগা ঐনা বুদ্ধ অমসুং জ্ঞান পূম্বদু থাদোকপা চুম্লে হায়না ইশাদা ফাওরমই। ঐনা চৎতুনা কমলাগী মফমদগী সংসারগী নুংঙাইবা পূম্বা তম্লুরে, কামাস্বামীদগীনা কারবার তৌবা। ঐনা শেল তূংশীল্লমই, ঐনা শেল মাঙহল্লমই। ঐনা অহাউবা চীঞ্জাক চাবগী মহাউ খঙলুরে, ঐনা ঐগী ইন্দ্রি ময়াম অসি ইরাং হৌহনবা তম্লুরে। ঐনা ঐগী বুদ্ধি অসি মাঙহন্নবা, ৱাখল খনবগী শক্তি মাঙহন্নবা অমসুং সংসার অসিগী অপূনবা শক্তমবু কাউথোক্লবা হোৎনরুরে।

ঐনা তপ্না-তপ্না, অরানবা লম্ফে কয়া চত্তুনা, শরেপ ফারবা নূপা অমা ওইরম্বদগী অঙাং ওল্লে হায়বসি চুমদ্রিবরা? ৱাখল লৈবা মী অমা ওইরম্বদগী ইচম চম্বা মীশক অমা ? অদুবু, অদুগুম্বা লম্বী অদু ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইনা থোকখি অমসুং ঐগী থনুংদা লৈবা উচেক্ মচা অসি শিদ্রি। তৌইগুম্বসুং ওম্থোকপা লম্বী অমা হায়বদুনি! ঐনা অপঙবা থবক কয়া, পাপ কয়া, অরানবা কয়া, নীংবা কায়বা কয়া, চমম্নবা অমসুং অৱাবা কয়া মায়োক্লবা তাখিরমই - শুপ্নগী অঙাং অমা ওন্নবা অমসুং পুন্সিসি অমুক পূমনৌ-নৌনা শাগৎনবা। তৌইগুম্বসুং মদুম্না ওইবদু, চুমই, ঐগী মীৎনা অমসুং থম্মোইনা তরাম্না ওকই।

ঐনা নীংবা কায়বা মায়োক্লবা তাখি, ৱাখলগী লুরবা ঈরোলনুংদা লূপ্তুনা লৈবা তাখি - আত্মাঘাট তৌরগে হায়বা ৱাখলদা, মিনুংশি ফংনবা হোৎনবদা, অমুক হন্না ওঁ গী খোঞ্জেল তানবা, অমুকহন্না তূমখূন হুন্না তূম্নবা অমসুং অমুক হন্না হকচাং অসি তেকখৎলগা হৌগৎলক্লবা। ঐগী

হকচাং মনুংদা য়াওজরিবা আত্মা অসি ফংনবা হোৎনবদা ঐহাক অমুক হন্না অঙাং অমা ওনবা তাই। অমুক হন্না হিংনবা হোৎনবদা ঐনা পাপকী থবক তৌবা তাই। ঐগী লম্বী অসিনা ঐবু কদোমদা পুদুনা চৎকদৌরি ? মসিগী লম্বী অসি অর্থ য়াওদবনি, মসি হঞ্জিল-হঞ্জিল উরূরূ লৈশিন্দুনা লৈ তোইগুম্বসুং চৎনীংবা লম্বী অমা চৎচরবসু, ঐদি লম্বীদুগী মতুং ইল্লগনি।

মাগী মশাদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা অমা ফাওরমই। মসিবু কদোমদগী লাক্লিবনো, মশা মথন্তা হংজরমই। অসিগুম্বা নুংঙাইবা অমা ফাওরক্লিবসিগী মরম করিনো ? মসি ঐঙোন্দা য়াম্না কান্নবা অমা ওইনা থোকখিবা, ঐনা মতমশাংনা নুংঙাইনা তূম্লুবা অদুদগী ওইরকপরা ? নত্রগা ঐনা শোনখিবা ওঁ হায়বা মন্ত্র অদুদগীরা ? নত্রগা, ঐ মীচেল অমা ওইরুরে অদুনরা, ঐনা চেল্লুবা অদু হৌজিক্তি লোইরে, অদুনরা, নত্রগা ঐ অসি পোলোইদা ইশাসি অফা অপুন লৈত্রে অমসুং অঙাং মচা অমগুম্না অহাঙবা অতিয়া অসিগী মখাদা লেপ্তুনা লৈরে হায়বসিনরা ? ঐনা ঙহাক থাপ্না চেল্লুবা চেস্থোক্লুবা অদু কয়াদা কান্নখ্রবা - ইশাসি মুক্তি! পূময়াং য়াংলে।

আহ: মসিদগী নাস্থোক্তুনা চেল্লকপা অসি কয়াদা কান্নরবনো, অরানবা খুভম ফংলবনি! ঐনা চেস্থোরকখিবা মফমদুদি মতমচূপ্পদা পোমেদ, মরূ-মরাং মসলা, কা-হেনবা লমচৎ অমসুং হকচাংসি শিরূম-নারূম তৌবনা য়োমদুনা লৈরমই। ইনাক খুনবগী পুন্সি - য়ু থক্তুনা জ্বার শান্নদুনা লেনবা অদু ঐনা কয়াগী মতীক্ তুক্কচখিবা! ঐনসু ইশা ইথন্তবু কয়া তুক্কচখিবা, -অদুগুম্বা কিনীংঙাই মশক ওইরবা সংসার অদুদা মতম শাংনা লেল্লুবগীদমক। ঐনা ইশাবু কয়াদা তূক্কচখিবা, পাঙথোক্কে নীংবা থবক অমত্তা পাঙথোকপা ঙমখিদে, ইশাদা হু কামশিঞ্জবা অমসুং ইশাবু চৈনাখোল পীদুনা ওৎপা, মদুনা মরম ওইরদুনা ঐনা হনুশিল্লকপা শক থীজিল্লকপা। ঐনা কৈদৌঙৈদসু, হান্না খল্লম্বগুম, সিদ্ধার্থ হায়বসি অশিংবা অমনি হায়খ্ররোই। অদুবু পোৎশক অমদি ঐনা তৌবদুনা চুল্লে, মদুগীদমক ঐনা নুংঙাইজে অমসুং ইথন্তবু থাগৎচৈ - ইশা ইথন্তা ফাওবা হঙ্গোইজরবা অর্থ

য়াওদবা অপঙবা পুন্সি অদু হৌজিক্তি ঐনা থূপচীনখ্রে। সিদ্ধার্থ, ঐনা নঙবু থাগৎলি, চহি কয়া পঙ্লুরবা তুংদা, নঙ্ মশক্ নাইবা করিগুম্বা অমদি পাঙ্থোকপা ঙম্লে অমসুং নঙ্গী থনুংদা লৈরিবা উচেক অদুগী ঈশৈ অমুক্ হন্না তাবা হৌরক্লে অমসুং মদুগী মতুংইন্না পুন্সি খোঙ্চৎ মখা তানা চত্থরক্লে।

মতৌ অসুম্না মহাক্না মশাবু থাগৎচরমই অমসুং নুংঙাইবা ফাওরমই অমসুং চাক লাম্বদগী খোংলিবা মপূক মখোল অদু মুন্না তারমই। মহাক্না হৌখিবা মতম খরা অদুদা নীংবা কায়বা অমসুং শিরগে হায়না ফাওবা ফাওখিবা অৱাবা নুংঙাইতবশিং অদুগী শৰূক খরদি মশাদগী হৌজিক মাঙখ্রে খঙলমই। তৌইগুম্বসুং, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, পূম্নমক্ অমত্তা কায়দ্রে। মহাক্না কামাস্বামীগা লোয়ননা য়াম্না তুং-কোইনা লৈমিন্নবা য়ারমই-শেল তান্দুনা মাঙহন্দুনা, আত্মাবু থৌওইদনা হকচাং সিতমক্ থাক্তুনা; মহাক্না লৈবা য়ারমই-মোল্লবা নুংঙাইনা শেমশারবা নরক অদুদা - করিগুম্বা মহাক্না, আশা অমত্তা উদ্রবা নীংবা কায়রবা মীকূপ অদুদা, মশা মথন্তা শিজরগে হায়দুনা অচেনবা ঈশিং অদুদা মকোক লূকথরমদ্রবদি। অসিগুম্বা নীংবা কায়বা, পুন্সিদা হৈনিংবা পোক্তবা থেংনখিবাশিং অদুমক্না মহাকপু খূদুম চনবদি তৌখিদে। উচেক অদু, মাগী থমোই মনুংদা লৈরিবা শেংলবা ঈফুৎ অমসুং খোঞ্জেলদু, হৌজিক্ ফাওবা হিংলি - মদুগী মরম্নিনি মহাক্না হরাউরিবা, মদুননি মহাক্না নোক্লিবা, মদুননি মাগী অঙৌবা মশম মরক্তা মাগী মায়থোংনা ঙাল্লিবা।

পূম্নমক্ অসি মশামক্না থেংনরকপসি য়াম্না ফরবনি হায়না মানা খল্লকই। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা খঙখি - সংসারগী নুংঙাইবশিং অমসুং লন-থুম হায়বসি কান্নদবা পোৎনি। ঐনা পাড়া অসি ফাবা কুইরবনি অদুবু হৌজিক্তমক্ হকথেংননা খঙলি। শুপ্নগী কোক্না খঙ্বগী মহুত্তা, ঐগী মীৎ, ঐগী থমোই, ঐগী চাকখাউগী মতেংনা খঙবা ঙম্লে।

মাগী মশাদা ওইরক্লিবা অহোংবশিং অসিগী মরমদা মতম শাংনা খল্লমই, নুংঙাইনা শৈশক্লিবা চেক্লা অদুগী ঈশৈ তারমই। মাগী থমোইনুংদা

লৈরিবা চেল্লা অসিনা শিখিবা থোক্লবদি, মহাকসু শিগদরা ? মদু খক্ ওইরোই, মতমকুইনগী মমাঙদগী মানা মাঙহন্নীংখিবা মাগী মশাদা য়াওবা পোৎশক্ খরদি মাঙখ্রে। মখোয়শিং অদু মহাক্লা সন্যাসী অমা কন্না ওইরিঙৈদা মাঙহন্নীংখিবা পোৎশকশিং অদু নত্তবরা? মদু মহাক্কী অশেংবা 'ঐ' অদু নত্রা - মাগী পীক্লবা, অকিবগী মশক্ ফংলবা 'ঐ' - মদুগা চহি কয়া মাগা মুক্লদুনা লাকখিবা, অদুগা মদুতনা মহাকপু জয় তৌদুনা লাকখিবা, হন্না হন্না লাকখিবা, মদুনা মাগী নুংঙাইবা পূম্বা মুনবিখিবা মাগী মশাসি অকিবনা থলহনখিবা। ঙসি পোলোইদা, উমংদা চেল্লিবা পূক্লিং মকা লাম্লবা তুরেল অসিদা শিখ্রিবা অসি মদু নত্ত্রা? মঙোন্দগী মদু শিখিবা অদুনা নত্রা ঙসি মহাক্লা, অকিবা য়াওদনা অঙাংমচা অমগুম নুংঙাইনা মশাবু থাজবনা থন্দুনা লৈরিবসি'? সিদ্ধার্থনা হৌজিক্তি ভাব তারক্লে-মহাক্লা ব্রাহ্মন অমসুং সন্যাসী অমা ওইরিঙৈদগী হৌনা, মাগী কান্নদবা 'ঐ' হায়বসিগা লানথেংনদুনা লাকখিবা হায়বদু। শেংলবা বেদ মন্ত্র ময়াম, যজ্ঞগী তঙায়ফদবশিং, কা হেন্না হকচাংদা অৱাবা পীরুবা ময়াম, হকচিন্না হোৎনরুবা অমসুং ফংগে তাল্লুবা ময়াম অসিগী জ্ঞান্না হেনমনখিদুনা মঙোন্দা অপনবা পীখিবনি।

মহাক মঙক্ য়াম্না কল্লুই, মতমলৈবাখিবিক্তা মানা খ্বায়দগী হৈ-শিংবা হায়বদু ওইদুনা লাকখি, খ্বায়দগী খঙনীংবা মীশক্-মতম চূপ্লদা ময়ামদগী মকোক থোংবা অমা, মতমচূপ্লদা লাইরিক হৈবা জ্ঞান লৈবা মীশক্ অমা, মতম লৈবাখিবিক্তা পুরোহিত নত্রগা ঋষি অমা ওইদুনা লাকখি। মাগী 'ঐ' অদুনা মাগী পুরোহিত ওইবা, মাগী মঙক্ কনবা, মাগী জ্ঞান-মানদি চরা হেন্দুনা প্রায়শ্চিৎ তৌদুনা পূম্মাঙ্ মাঙহনখ্রে থাজরুবা পোৎশকশিং অদুনা, মাগী মশাদা লোন্না চঙ্শীল্লক্তুনা অচেৎপা খুভম অমা কন্দুনা মরা তাশিনখ্রে। হৌজিক্তি মহাক্লা মদু খঙলক্লে অমসুং মহাক্কী থমোইনুংগী খোঞ্জেল অদুনা তৎতনা লাউরিবা- ওঝা অমত্তনা নঙবু অরানবা খুভম ফংনবা তম্বিবা ঙম্লোই হায়বদু-চুমই হায়বা খঙ্লে। মদুমক্লা মরম ওইদুনা মহাক্লা সংসারগী মায়াদা লূপ্তুনা, শক্তি, নূপী অমসুং

পৈশাদা তাউদুনা লৈরুবা; মদুমক্কনি মহাক্না কারবার ৱালা অমা, চৌবর শান্নবা অমা, য়ু থকপা অমসুং ঈনাক-কৈরাক খুনবা মীশক্ অমা ওইখিবা অমসুং মদুনা মরম ওইদুনা মঙোন্দা য়াওজরম্বা পুরোহিত অমসুং সামানগী শরূক অদু মরূ ফংনা মাঙখিবা। মদুগী মরম্মনি মহাক্না অকিবা ফংলবা চহি কয়া অদু লেনবা তাখিবা, মশাদু অনা লোয়খিবা, অরোইবা ফাওবা কৈসু কান্নদবা অর্থ য়াওদবা পুন্সি অমগী অঙাওবগী পাড়া অমা ফারুবনা মমৈথংদা নীংবা কায়বগী পঙ্খে য়ৌরকপা, মদুনা মরম ওইরদুনা, নুংঙাইবা থিবা সিদ্ধার্থ, শেঞ্জাও পায়বা সিদ্ধার্থনা, শিবা ঙম্নবা। মহাক শিখ্রে অমসুং তৃম্লুবদগী অনৌবা সিদ্ধার্থ অমা মিকপ থোক্লমই। মহাক অহল ওইশিল্লক্কনি অদুগা শিগনি। সিদ্ধার্থ অসিসু অহোংবা নাই, পোৎ খৃদিংমক্ অহোংবা নাই তৌইগুম্বসুং ঙসিদি মহাক নহা ওল্লে, অঙাং মচা অমা ওইরে-অনৌবা সিদ্ধার্থ অমা - মরম অদুনা মহাক য়াম্না হরাওরমই।

ৱাখল ময়াম'সি মাগী মপূক্লিংদা মরী মরী ফাওরকখি। মোমোন তৌরদুনা মহাক্না মাগী মবূক খোংলিবদু তারমই, খোইমু অমনা ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংলিবদুসু হরাউনা তারমই। মপূক্লিং মকা লাম্না চেল্লিবা তুরেল অদুদা য়েংলমই। তুরেল অমত্তনা মহাকপু মমাঙঙৈদা অসুক হকচীন্না মহাক্কী মীৎয়েং চিংশিনবা ঙমখিদ্রি। ঈশিং চেনবগী মখোল অমসুং শক্তমনা অসুক্ ফজবা - মহাক্না কৈদৌনুংদা থেংনখিদ্রি। মাগী পূক্লিংদা ফাওরমই - তুরেল অসিনা মঙোন্দা করিগুম্বা থোইদোকপা ৱাফম অমা, মানা খঙদবা পোৎ অমা, মাবুতা ঙাইরম্বা করিগুম্বা অমা - হায়গে তৌবা মাল্লি। সিদ্ধার্থনা মসিগী তুরেলসিদা চোংথদুনা আত্মাঘাট তৌবা পামখি; অহল ওইরবা, চোকথরবা নীংবা কায়রবা সিদ্ধার্থদু ঙসিদি তুরেল অসিদা ঈরাক্লদুনা শিখ্রে। অনৌবা সিদ্ধার্থদুনা চেল্লিবা তুরেল অসিবু হকচীন্না নুংশিবা ফাওরকখি অমসুং মহাক্না মদূবু তরাই-তরাই অমূক থাদোক্লরোই হায়না মপূক্লিং লেপ্লমই।





# হিরানবা

ঐ তুরেল অসিগী মনাক্তা লৈগনি, সিদ্ধার্থনা খল্লকই। মসি অদুগী তুরেল অদুমক্নি, ঐনা সহর তম্না চৎপা মতমদা লানখিবা। হিরানবা অমনা য়াম্না হরাউ হরাউনা ঐবু ৱাংমা লাম্থোকপিখি। ঐ মাগী মনাক্ তানা চৎলগে, ঐগী অনৌবা লম্বী অনৌবা পুন্সি মফমসিদগী হৌবা ওইরসনু।

মহাক্না অচেনবা ঈশিং অদুদা, মনুং ফাওনা শংত্রিক্ শংলিবা, অঙকপা শক্লোন কয়া থোক্লিবা অরংবা লৈয়িশিং অদুদা নুংশিনা য়েংলমই; মহাক্না উরমই - লংলবা মুক্তা কয়া মনুংদগী ফাওগৎলকপা কোঙ্গোন ময়াম্না নুংশেল মথক্ অদুদা ঈরোইদুনা শান্নরিবা, ময়ামদুগী মথক্তা অতিয়াগী শংবান্নবা মচু মমি তারিবা। তুরেল অদুনা মঙোন্দা অশংবা অঙৌবা অরংবা অতিয়া মচুগী মমীৎ লীশিংনা য়েংলমই। মহাক্না তুরেল অসিবু কয়াগী মতীক্ নুংশিজবা, কয়াগী মতীক্ মহাকপু শুমহৎপা, কয়াগী মতীক মহাক্না মঙোন্দা তৌবিমল খঙবা উৎচবা! মাগী থম্মোইদা নৌনা য়াকায়রবা খোঞ্জেল অদুনা ঙাঙবা তারমই, অমসুং মদুনা মঙোন্দা হায়রি: 'তুরেল অসিবু নুংশিয়ু, মসিগী মনাক্তা লৈয়ু, মঙোন্দগী তমউ'। মানি, মহাক্না মঙোন্দগী পাড়া তম্বা পামই, মহাক্না মঙোন্দগী তাবা পামই। কনাগুম্বা মীওই অমনা তুরেল অসিবু অমসুং মহাক্কী অরোন-অথুপসিবু খঙবা মহাক অদুদি, অসিদগী হেন্না থূপখ্রবা অরোনবা কয়ামরূম, অথূপ্পা পুম্নমক্ খঙবা ঙমগনি হায়বসি মঙোন্দা ফাওরমই।

তৌইগুম্বসুং ঙসিদি মহাক্লা তুরেল অসিগী অরোনবশিং মরক্তগী, মাগী আত্মাবু চেৎনা ফাজিনখিবা, শুপ্নগী অমখক্তমক্ উরমই। মহাক্লা উবদি - ঈশিং অসি অসুম চেন্থখি লেপ্তুনা চেন্থখি অদুবু মতম চূপ্পদা অদুম লেঙ্দনা লৈ: মতমচূপ্পদা ঈশিং ওইদুনা লৈ অদুবু মিকুপ খূদিংগীদি অনৌবনি। মসিবু কনানা খঙবা ঙমগদগে, ভাব তাগদগে ? মহাক খঙ্দে: শুপ্নগী হাইরপ চিংনবা, কাবক্-কাবক্ নীংশীংবা, অমসুং ঈশ্বরগুম্লবা খোঞ্জেল অমা - মদুতমক্ মঙোন্দা ফাওরমই।

সিদ্ধার্থনা হৌগৎলমই; অরাম-খৌরাংবগী মৈচাক্লা খাঙবদা ৱানা থোক্লমই। মহাক্লা ৱানা তুরেল মপান্দা কোয়চৎ-চৎলমই, ঈশিং ইপোমগী মখোলদু তারমই, চাক লাম্বনা মবুক খ্রো-খ্রো খোৎপদু তারমই।

মহাক্লা হিৱানফমদু য়ৌবা মতমদা, হিদু হান্না লৈরম্লে অমসুং হিৱানবা নীপা - মতম অমদা মহাক্লা সামান পাখং অমবু লান্থোকপিখিবা - অদুসু লৈরম্লে। সিদ্ধার্থনা মহাকপু হেক উবদা মশক্ খঙলমই। মহাকসু য়াম্না অহল ওইশিল্লমলে।

‘নঙ্না ঐবু অমুক্তং ৱাংমা লান্থোকপিগদ্রা’? মহাক্লা হংলমই। হিৱানবা নীপা অদুনা অসিগুম্বা চীং-লেম্লবা মীশক অমা মখোঙ্না মথন্তা লাকপা উবদা ঙক্লদুনা, হি অদুদা ফমহল্লে অদুগা হোনবা হৌরক্লমই।

‘নঙদি ওন্থোক্লা নুংঙাইরবা পুন্সি অমা লেল্লি’, সিদ্ধার্থনা হায়রমই, ‘তুরেলসিগী মনাক্তা লৈদুনা নুমিৎ খূদিং হি হোনবা অসি নঙ্ য়াম্না নুংঙাইরমগনি’।

হিহোনবা অদুনা মোমোন তৌরমই, তপ্না তপ্না হোল্লদুনা। ‘য়াম্না নুংঙাই, মহাশয়, নঙ্না হায়বগুম্লদনা, অদুবু পুন্সি খূদিংমক্, থবক খূদিংমকসিবু নুংঙাইবা নত্রনে’?

‘ওইরম্বা য়াই, অদুবু ঐনা নঙ্গী পুন্সিবু কল্লকচৈ’।

'ও, নঙ্ য়াম্না থুনা তল্লক্কনি। মসি মফি মরোল নান্না শেৎপশিংগী শিনফম নত্তে'। সিদ্ধার্থনা নোক্লমই। 'ঐনা শেৎলিবা ফীজোল অসিদা ঐবু নহাক্লা হান্ননা, কনানো করিনো লেপথোকখ্রে অমসুং ঐবু চিংনবা মীৎয়েংনা য়েংলে। নঙনা ঐগী ফীজোল - ঐঙোন্দদি অৱাবা পোৎলুম অমা ওইরবা - অসি খরা লৌবিরো য়াররা? মরমদি ঐনা শেংনা হায়রিবসিনি- নঙনা ঐবু তুরেল অসি লান্থোকপিবগী হিরানমল ঐঙোন্দা য়াওদ্রে'।

'বাবুনা ঐবু ফাগী তৌরিবনি', হিহোনবা অদুনা নোক্লমই। 'ঐ ফাগী তৌবা নত্তে, মরূপ। নঙনা ঐবু নোংমা শেল লৌদনা লান্থোকপিখি, মরম অদুনা ঙসিসু লৌবিরনু, ঐনা শেৎলি-চারিবশিং অসি ওইনা লৌবিহৌরো'।

'অদুগা বাবুদি ফি অমত্তা য়াওদনা চৎলগদ্রা'? 'ঐ মখা তানা অমুক্ চৎপা পামদ্রে। নঙনা নঙগী ফিরোল অমনবা খরা পীরগা নঙ্গী নতেং পাংবা অমা ওইনা নত্রগা শিন্দম্বা অমা ওইনা - মরমদি ঐ হি হোনবা তমগে - নঙগী ননাক্তা লৈহনবিবনা হেন্না পাম্লে'। হিহোনবা নিপা অদুনা মীনৌ অদুদা মতম শাংনা মুন্না য়েংদুনা লৈরমই।

'ঐ নঙবু মশক্ খঙলক্লে', অরোইবদা মহাক্লা হায়রমই। 'নঙ্ নোংমা ঐগী খাংপোকশঙদা লেকখি। য়াম্না কুইরবা ৱানি, চহি তরা রোমগী মমাঙ্ ওইরম্বা য়াই। ঐনা নঙবু তুরেল ৱাংমা লান্থোকপিখি অমসুং ঐখোয় অনি মরূপ শান্নরগা বিদায় তৌনখি। নঙ্ সামান অমা ওইরম্বা নত্রা? ঐ নঙগী নমিংদি নীংশীংবা থোক্ত্রে'।

'ঐগী মিং সিদ্ধার্থ কৌই অমসুং নঙনা উখিবা মতমদুদা ঐহাক সামান অমা ওইরমই'। 'ঐনা নঙবু তরাম্না ওকচরি, সিদ্ধার্থ। ঐগী মিংনা বাসুদেব কৌই। নঙ্না ঐগী অতিথি ওইনা ঙসি ঐগী খাংপোকশংদা পোত্থাবিগনি হায়না আশা তৌই অমসুং নঙ্ কদায়দগী লাক্লিবনো অমসুং নঙনা নঙ্গী ফজবা ফীজোল অসি পাম্লক্ত্রিবগী মরম্না করিনো হায়বদুসু ঐঙোন্দা লীবিগনি'।

মখোয়নি তুরেল অদুগী ময়ায় য়ৌশিল্লকলমই অমসুং তুরেলগী ঈচেল কনবদগী বাসুদেবনা হি অদু হেন্না কন্না হোল্লমই। মহাক্না য়াম্না মপূক্লিং তপ্না হিগী হিনাউ অদু য়েংদুনা মাগী কল্লবা মপাম্বোম অদুনা হোল্লমই। অমসুং নীংশীংলকই - মতৌকরম্না, সামান ওইরিঙৈ মতমদুদা, মহাক্না নীপা অসিবু নুংশিখিবা। বাসুদেবনা অহিং লেকখ্রো হায়বদু তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা মহাক্না য়ারমই। মখোয়না তুরেলগী মপান য়ৌবা মতমদা, মহাক্না হি অদু থাঙ্বা মাগী মতেং পাংলমই। অদুগী তুংদা বাসুদেবনা মাঙ্ থারদুনা, মাগী খাংপোক্ মনূংদা পুশিল্লমই, মঙোন্দা তল অমসুং ঈশিং পীরমই, মদু সিদ্ধার্থনা থবায় তানা চারমই, মদুগা লোয়ননা বাসুদেবনা পীবা হৈনৌ অদুসু।

ঙহাক্ লৈরগা, নুমিৎ তাশিল্লকপা মতমদা, মখোয়নি তুরেল মপান্দা উ মতুপ অমগী মথক্তা ফম্লমই অমসুং সিদ্ধার্থনা মঙোন্দা লীরমই - মাগী হৌরকফম অমসুং মাগী পুন্সি অমসুং মতৌকরম্না মহাক্না মাগী নীংবা কায়রবা মীকূপ অদুগী তুংদা মাগা থেংনরিবনো হায়বদু। ৱারী অদু অহিং অথেঙ্বা ফাওবা চত্থরমই।

বাসুদেবনা য়াম্না থবায় য়াওনা তারমই: সিদ্ধার্থনা মাগী হৌরকফম অমসুং অঙাং ওইরিঙৈগী মতম, মানা লাইরিক তম্লকপা, মহাক্না জ্ঞান তাল্লকপা, মানা নুংঙাইনা মতম লেনখিবশিং মাগী অৱাৎপা পোৎশিংগী মরমদা লীবা ৱারীদু। হিরানবা নূপা অদুগী খ্বায়দগী তাঙলবা, মী খরতদা য়াওবা মগুণদি, মহাক মীনা ঙাঙবা তাবা য়াম্না কল্লি। মহাক্না ৱা মচেৎ অমত্তা খুমদ্রবসু, ঙাঙলিবা নীপা অসিগী মশাদা ফাওরমই - মানা ঙাঙথোক্লকপা ৱাহৈ খূদিংমক্ বাসুদেবনা য়াম্না ভাব তানা, খৌরাংবগা লোয়ননা অমত্তা চিত্থদনা লৌশীল্লে হায়না। মহাক্না অমুক মখাতানা তানীংবনা খৌরাংনা ঙাইবা তৌরমদে-শুপ্নগী তারমই। সিদ্ধার্থগী মশাদা ফাওরমই - মশাগী পুন্সিদা, মাগী হোৎনজবদা, মাগী অৱাবদা লূপ্তুনা লৈবা অসিগুম্বা মীশক্ অমা থেংনবসি কয়াদা নুংঙাইখ্রবা।

অদুম ওইনমক্ সিদ্ধার্থগী ৱারী লোইশিল্লকপা মতমদা মহাকনা তুরেল মপান্দা হৌবা উ পাম্বী অদুগী মরমদা, মানা য়াম্না কন্না নীংবা কায়রকপা, শেংলবা ওঁ গী মরমদা, অমসুং মহাক্না তূমলুবদগী মীকপ্ থোরকপা তুংদা তুরেল অদুবু নুংশিরকপা ..... পূম্নমক্‌সিগী ৱারী লীরকপা মতমদা - হিরানবা নীপা অদুনা অমুক্কা হেন্না থৱায় য়াওনা, মপূক্লিং অমত্তা চোইথোক্তনা, মমিৎ অনিদু উইশিন্দুনা তারমই।

সিদ্ধার্থনা ৱারী লোইরদুনা মতম শাংনা তূমিন্না লৈরবা তুংদা বাসুদেবনা হায়রকই: 'মসি ঐগী ৱাখলদা, তুরেল অদুনা নঙোন্দা ৱা খর হায়রে। মদু ফৈ, য়াম্না ফৈ। ঐগা লৈমিন্নরসি, সিদ্ধার্থ, ঐগী মরূপ। মতম অমদা ঐগী নূপী অমা লৈরমই; মাগী ফমুংদু ঐগীসিগী নাকনসোমদা লৈবনি, অদুবু মহাক্তি লৈখিদবা কুইরে। ঐ ইথন্তা লৈরক্লিবসি মতম শাংলক্লে। লাকও, ঐগা লৈমিন্নরসি; ঐখোয় অনিমক্কী লৈনবা মফম অমসুং চানবা পোৎচৈ লোইনা লৈ '। 'ঐনা নঙ্‌বু থাগৎচরি', সিদ্ধার্থনা হায়রমই, 'ঐনা থাগৎচরি অমসুং নঙনা হায়বদু হরাউনা য়াজরে। অদুগা অসিমসু থাগৎচরি, বাসুদেব, নঙ্‌না নীংথিনা তাবীবগীদমক্। মীনা ঙাঙবা তাবীবা মীগী মশীং য়ামদে অমসুং নঙ্‌দৌনা তৌবা মীশক্ অমত্তা ঐনা থেংনরক্ক্রি। হীরম অসোমদা ঐসু নঙোন্দগী তম্লনি'। 'তম্লগা নঙ্ সুম হৈরক্কনি', বাসুদেবনা হায়রমই, 'অদুবু ঐঙোন্দগী নত্তে। তুরেল অসিনা ঐঙোন্দা মুন্না তাবা হায়বা পোৎশক অসি তম্বিরমই; মী অমনা মঙোন্দগী লোইনা তম্বা য়াগনি। নঙ্‌না তুরেল অসিদগী হান্না তম্লে - মখাতানা চেন্থবা, মনুংদা লূপ্পা অমসুং অরুবা লৈখাদা লৈবা পোৎশকশিং থিবা কান্নে হায়বসি। ইনাক খুল্লবা, মীথোই মীহেল্লবা সিদ্ধার্থ হি হোনবা অমা ওইরগনি, লাইরিক্ হৈরবা ব্রাহ্মন সিদ্ধার্থ হিরানবা অমা ওইরগনি। মসিসু নঙ্‌না তুরেল অসিদগী তম্লবনি। অতৈ অতৈসু তম্লক্লগনি'।

কুইনা তূমিন্না লৈরবা মতুংদা, সিদ্ধার্থনা হায়রকই, 'অতৈদি করি করি, বাসুদেব'?

বাসুদেবনা হৌগৎলমই। 'থেঙজীল্লকলে', মহাক্না হায়রকই, 'ঐখোয় তূম্লুরসি'।

'অতৈ অদু ঐনা নঙোন্দা করিনো তাকপা য়াদে, ঐগী মরূপ। নঙ্ নশা নতোমতা খঙজরক্কনি, নঙ্ হান্নবু খঙলম্বা য়ারে। ঐদি লাইরিক হৈবা মী নত্তে, ঐ ৱা ঙাঙবা অমসুং ৱাখল খনবসু হৈতে। ঐদি শুপ্নগী তাবখক্তা অমসুং মদুদা চেৎনা থাজবখক্তা হৈবনি; অদুনত্তবা অতৈদি ঐ অমত্তা খঙদে। ঐনা ৱা ঙাঙবা অমসুং মীঙোন্দা তাকপিবা হৈরম্লবদি, ঐ নহান্না ওঝা অমা ওইরম্বসু য়াই, তৌইগুম্বসুং ঐদি চুম্নগী হিরানবা অমনি অমসুং মী পূম্বা তুরেল ৱাংমা লান্থোকপিবা অসিনা ঐগী শিনফমনি। মী লীশীং কয়া ঐনা তুরেল অসি লানবীখ্রে অমসুং মখোয়গী মফমদদি তুরেল অসিনা মখোয়গী খোঙচত্তা অপনবা খুরৌ থাংবা পোৎশক অমা নত্তনা অতৈ করিমত্তা নত্তে। মখোয়না পৈশাগী, ললোন-ঈতিক্কী, লুহোং-খোঙদোংবগী নত্রগা তীর্থ যাত্রী অমা ওইনা চৎপা খোঙচৎত্তু, তুরেল অসিনা থৎত্তুনা লৈরমই অমসুং হিরানবা নীপা অমা লৈরমদুনা মখোয়বু থৎলিবা পল অদু থুনা -য়াঙ্না ৱাংমা লান্থোকপি। অদুম্বা লীশীং কয়াদুগী মরক্তা মীওই খর য়াওই - মরি-মঙারোমদনি - মখোয়গী মফমদদি তুরেল অসি পল অমা ওইনা থোক্লমদে। মখোয়দি, মাগী খোঞ্জেল মানা ঙাঙলিবশিং অদু তায় অমসুং খঙনবা থৱায় য়াওনা হোৎনৈ অমসুং মখোয়গী মফমদদি - অদুগা ঐগী ইফমদসু - তুরেল অসি শেংলবা তীর্থ অমনি । ফরে, হৌজিক্তি ঐখোয় ফমুং চঙনরসি, সিদ্ধার্থ'।

সিদ্ধার্থনা হিরানবা নূপা অদুগা লৈমিন্নরমই অমসুং করম্না হি নীংথীনা থমগদগে হায়বদু তম্লমই অমসুং হিরানফমগী থবক অমত্তা তৌনীংঙাই লৈতবা মতমদনা, মহাক্না বাসুদেবগা লোয়ননা লৌবুক্তা থবক শুরমই, শীং থিরমই, লফু পাম্বীদগী লফোয় হেক্লমই। মহাক্না নৌ শাবা. হি শেম-শাবা অমসুং থুমোক শাবা তম্লমই। মহাক্না তৌরুবা থবক অমসুং তম্মুবা খৃদিং মঙোন্দা নুংঙাইনা থোক্লমই অমসুং মতৌ অসুম্না নুমিৎ কয়া

থা কয়া খঙহৌদনা হৌখিরমই। তৌইগুম্বসুং বাসুদেবনা মঙোন্দা তাকপিবা ঙম্বদগী হেন্না, তুরেল অসিদগী পাড়া তল্লমই। মহাক্না তুরেল অদুদগী লেপ্পা লৈতনা তল্লমই। পূম্নমক্কগী হেন্না, মহাক্না তুরেলদুদগী মতৌ করম্না পূক্নিং অসি মোং-হাদনা, ঈখৌলাংলবা আত্মা অমগা লোয়ননা, ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা, অপাম্বা, অচুম-অরান থিদনা অমসুং মশাগী মোত্ ফোংদোক্কনা তাগদগে হায়বা বিদ্যা অদু তল্লমই।

মহাক্না বাসুদেবগা নুংঙাইনা লৈমিন্নরমই অমসুং মখোয়নি মরক মরক্তা ৱারীসু শান্নে - মতম কুইনা পূক্নিংদা খন্দুনা লাক্লবা ৱাফম খরদং। বাসুদেবসি ৱা কয়া ঙাঙগন্দবা মীনি। সিদ্ধার্থনা মাবু ৱা ঙাংহনগে ফনা হোৎনবদু মায় পাক্তবনা অয়াম্বনি। মহাক্না নোংমা হংলমই, 'নঙ্সু অথূপ্পা অদু - মতম হায়বা পোৎ অমা অমুক্ লৈতে হায়বসি- তুরেলসিদগী তম্বা'?

য়াম্না পূক্নিং মকা লাম্না মোমোন নোকপগী শক্তম অমা বাসুদেবগী মায়থোংদা ফাওরক্লমই।

'চুমই, সিদ্ধার্থ', মানা হায়রমই, 'নঙ্না হায়রিসিগী অর্থদু অসিরা ? হায়বদি তুরেল অসি মতম অমত্তদা মফম পূম্নমক্তা লৈ - হৌরকফমদসু তাফমদসু, ঈশিং চাইবীদা, হিথাঙ্ফমদা, চেল্লিবা ঈচেন্দা, মহাসাগরদা অমসুং চীংজাউদা, মফম পূম্নমক্তা, অমসুং মাগীদমক্তদি হৌজিক ওইরিবা অসিনা লেঙদবনি - হৌখিবগী মমি তাদে নত্রগা লাক্কদবা মতমগীসু'?

'মদুমক্নি', সিদ্ধার্থনা হায়রমই, 'অমসুং ঐহাক্না মদু খঙ্লবা মতমদা, ঐনা ঐগী পুন্সিবু ইনৌ নৌবা মীৎয়েং অমনা য়েংই অমসুং ঐগী পুন্সিসু তুরেল অমগী পাংখকনি (খঙলে), অমসুং অঙাং ওইরিবা সিদ্ধার্থ, শরেপ ফারবা সিদ্ধার্থ, অমসুং অহল ওইরবা সিদ্ধার্থ হায়বসি মমি অমত্তনা য়ুখল ওইবনি, তশেংনা খাইদোক্লবা নত্তে। সিদ্ধার্থগী হৌখিবা পুন্সিশিং অদুসু মমাঙদা থোকখিবা নত্তে অমসুং মহাক্না শিবা অমসুং ব্রহ্মদা তিনবা হায়বসিসু মতুংদা থোক্লক্কদৌবা নত্তে। মদু কৈদৌঙৈদা ওইখিদ্রি, কৈদৌঙৈদা ওইরোই; পোৎ খূদিংমক্কী অশেংবা শক্তম হৌজিক ওইরিবসি ওইগদবনি'।

সিদ্ধার্থনা পূক্লিং য়াম্না মকা লামনা ৱা ঙাঙলমই। পোৎশক অসি মশক খঙলকপসিনা মহাক্কী মপূক্লিং য়াম্না নুংঙাইহল্লমই। অৱাবা হায়বা অসিবু মতম মতমদুগী ওইবা নত্রগা, ইশা ইতোমতা অৱাবা পীজবা অমসুং অকিবা হায়বসিসু মতম মতমদুগী ওইবা নত্রা? সংসারসিদা লৈরিবা খুদোংথীবা অমসুং ফৎত্তবা পূম্নমক্ অসি ঐখোয়না মতমবু জয় তৌবা ঙম্লবদি লোইনা মাঙখিবা নত্রা-মতমগা মরী লৈনহন্দবা মতমদা।

মানা য়াম্না থৱায় তানা ঙাঙলমই তৌইগুম্বসুং বাসুদেবদি মাবু য়েংলগা মোমোনতমক্ তৌরমই অমসুং চুমই হায়দনা মঙক্ নোম্লমই। মহাক্না সিদ্ধার্থগী মরেংজুমদা পোপ পোপ ফূরমই অদুগা মাগী তৌগদবা মথৌ তৌবা চৎখিরমই।

অদুদগী তুরেল অদুনা নোংজুথাগী মতমদা অমুক হন্না চাউখৎলক্কুনা লাউখোংনা চেনবা মতমদা, সিদ্ধার্থনা হায়রমই: 'মরূপ, তুরেল অসিগী খোঞ্জেল অসি মখল- মথেল য়ামই হায়বসি চুমদ্রনে? মঙোন্দা নিংথৌ অমগী খোঞ্জেল, মথৌনা লৈবা লান্মী অমগী খোঞ্জেল, ষণ লাবা অমগী, অহিংগী উচেক অমগী মীরোনবী অমগী, নুংশাম্বর ৱানা হোল্লিবা নূপা অমগী অমসুং তোঙানবা খোঞ্জেল লীশিং অমা য়াওদ্রনে?'

'নঙনা হায়রিবদুমক্কি', বাসুদেবনা মঙক্ নোম্লমই, 'লেঙলি-পাল্লিবা জীব পূম্নমক্কী খোঞ্জেল মাগী খোঞ্জেলদা য়াওরি'। 'অদুগা নঙ্ খঙলব্রা, ' সিদ্ধার্থনা মখা তারমই, 'কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী খোঞ্জেল লীশিং তরা অসি মতম অমত্তদা তাবা মতমদা - মদুদা থোক্লিবা মখোলদু করিনো'?

বাসুদেবনা হরাউনা নোক্লমই: মহাক্না সিদ্ধার্থদা নোম্থরমই অমসুং শেংলবা ওঁ হায়বা ৱাহৈ অসি মাগী মনাকোংদা তূমিন্না হায়রমই। অমসুং মদুমক্কি সিদ্ধার্থনা তাখিবসু।

মতমগী মতুংইন্না মাগী মোমোন্নবা মীনোক্ অদু হিরানবা অদুনা নোকপগা মান্নরক্লমই - মাগা চপ মান্ননা লংবা, চপ মান্ননা অঙাংদৌনা তৌবা, চপ মান্ননা পেং-চোইবা মহাক্কী মীনোক্কা মান্নরমই। লম কোয়বা কয়ানা হিরানবা অনি অসি পূন্না উবা মতমদা, মচিন মনাউনি হায়না লৌরমই। তুরেল মপান্দা তারিবা উতুপ অদুগী মথক্তা নুমিদাংব্রাইরমগী মতমদা মখোয় অনি তোয়না ফম্মিন্নে। মখোয় অনি ব্রা অমত্তা ঙাঙনদনা ঈশিং মখোল অদু তামীন্নরমই অমসুং মখোয় অনিগী মফমদা মদু চুম্নগী ঈশিং নত্তে - পূন্সিগী খোঞ্জেলনি, হৌজিক ওইরিবগী খোঞ্জেলনি, মতম চূপ্লদা অতৎপা লৈতনা ওইরকপগী খোঞ্জেলনি। করিগুম্বা কালদা তুরেল অদুগী মখোল তারিঙৈদা, মখোয়নি ব্রাখল অমথক্ চপ মান্ননা খল্লমই - মদু মমাঙ্গী নুমিত্তা শানখিবা ব্রারী অমা ওইবা য়াই নত্রগা কনাগুম্বা লংফৈ চৎপা নূপা অমগী মরায়বক্ অমসুং মাগী ফীভমগী মরমদা ওইরম্বা য়াই নত্রগা শিবগী মরমদা নত্রগা মখোয়নিনা অঙাং ওইরিঙৈগী মরমদা ওইবা য়াই; অমসুং তুরেল অদুনা মীকূপ অদুদা করিগুম্বা কান্নবা ব্রা অমা হায়রকপা মতমদা, মখোয়নি অমগা অমগা য়েংনরমই - অনীমক্লা চপমান্নবা ব্রাহং অদুদা চপ মান্নবা পাউখুম পীবগীদমক্।

হি থাঙ্ফম অমসুং হিরানবা অনিদুদগী তোপতোপ্লা পোৎশক খরা মপান্দা উৎলকপদু লমচৎপা কয়াগী মশাদা ফাওরমই। করিগুম্বা মতমদা লমচৎপা মী অমনা হিরানবা অনিদুগী মনুংদা অমগী মমায়দা য়েংলগা, মাগী পুন্সি অমসুং মানা থেংনখিবা অব্রাবা কয়াগী মরমদা লীবসু য়াওরমই; মখোয় মশানা তৌখিবা পাপ কয়া মশানা লাল্লে-মরাল য়াজরমই অমসুং মখোয়নিদগী পূক্লিং ফাজীনবা ব্রাহে অমসুং পাউতাক লৌরমই। করিগুম্বদা অসিগুম্বসু থেংনৈ - কনাগুম্বনা তুরেল অদুগী মখোল তাজগে, অহিং অমত্তং মখোয়গা লোয়ননা লৈজগে হায়না হায়জবসু য়াওরমই।

করিগুম্বা মতমদনা, জ্ঞান লৈবা, মিত্রং হৈবা, ধর্ম্ম চেনবা মহাপুরুষ অনিখক্ লৈ হায়না ঙাঙনবা তাবদগী খঙনীংদুনা লাকপসু মী কয়া অমসু য়াওরমই। খঙনীংদুনা লাকপশিং অদুনা ব্রাহং কয়া হংলমই

তৌইগুম্বসুং মখোয়না পাউখুম অমত্তা ফংলমদে অমসুং মিত্রং হৈবা নত্রগা জ্ঞান লৈবা মীসু ওইরমদ্রে। শুপ্নগী, য়াম্না লুনা তিন্নবা অহল অনিখক্ - মখোয়গী মফমদনা মরোল থোক্তবা, মরিং-মরাংবা, অপঙ্বা মানবা - ওইনা থেংনরমই। খঙ্নীংদুনা থিরক্লিবা মীশিংদুনা মখোয়নিবু উবদা নোক্লমই অদুগা হায়রকই - অসিগুম্বা ওইরোইদবা তোকঙা শন্দোক্লিবা মী হায়বা জাৎসি কয়াদা থাজগনখ্রবা অমসুং পঙখ্রবা।

চহি কয়া হৌখ্রে - কনানসু মখোয়বু থোইনা খল্লুদনা। অদুদগীদি নোংমা, বুদ্ধ ওইরবা গৌতমগী তুংইনবা লম্বোইবা খর লাক্লমই অমসুং মখোয়বু তুরেল ৱাংমাফাওবা লান্থোকপীয়ু হাজরমই। মখোয়শিং অদু, মখোয়গী মতীক মগুণ লৈরবা গুরুগী মনাক্ য়ৌনবা য়ারিবমখৈ খোঙ্লৈ থুনা চৎলিবনি মরমদি পূম্নমক্তগী মীথোই মীহেনবা মীশক অদু য়াম্না কন্না নারে অমসুং মহাক য়াম্না থুনা মীওইবগী হকচাং অসি থাদোক্লমলগা পোকপা শিবা নাইদ্রবা অরানবা খুভম ফংখ্রগনি হায়বা পাউ অসি শন্দোরক্লে হায়বা ৱাফম অসি হিরানবা নীপা অনি অদুনা মখোয়দগী তারমই। মতম পঙ্কান কান্নদনা অতোপ্পা লম্বোইবা কাঙলূপ অমা থুংলমই অদুদগী মথং অমমুক্, অমসুং লম্বোইবশিং অমসুং অতৈ লম্বী চৎথোক্ চৎশিন তৌরিবা অয়াম্বনসু গৌতমগী অমসুং মাগী অরোইবা মতম নকশীল্লকপগী ৱা নত্তনা অতৈ অমত্তা ঙাঙনরমদে। লালগী মতমদা লান্মী ময়াম নাকন মরিদগী ফৃজিল্লকপগুম নত্রগা রাজ অভিষেককী মতমদা তৌবগুম - মখোয়না হয়িংখোই ওম্বগুম্না পুল্লপ পূন্ন পৈদুনা লৈরমই - য়োৎচাবীনা চিংশিনবদৌনা - মতীক মঙান চাউরবা মহাক অদুনা অরোইবা মীকুপ নকশিল্লক্তুনা ফমুংদা তাদুনা লৈরিবা মফম অদু য়ৌনা চৎনবা। থোইদোক হেন্দোক্লা মরূ ওইবা থৌদোক্ অসি থোকফমদা, যুগ অসিগী তাইবংবু লানবীবা মীশক অসিনা পোকপা শিবা নাইদ্রবা অদুদা তিনখিবা মফমদু তানা চৎকদবগী মখোয় ময়াম হয়িংখোই ওম্বগুম পূল্লমই।

মতমসিদা সিদ্ধার্থসু, শিরমদাই য়ৌরবা মুনি-মাগী ৱাহৈনা মী লীশিং কয়াবু য়াকায়হনখিবা অমসুং মহাক্কী শেংলবা শকফম অদু, মহাক

মশামক্লা নোংমা য়াম্না কিনা অমসুং ঙক্লা য়েংখিবা - মহাক্কী মরমদা মওল-মওল থল্লমই। মহাক্লা বুদ্ধগী মরমদা য়াম্না নুংশিনা থল্লমই, মাগী অরানবা খুভম ফংনবা লম্বী অদু নীংশীংলমই অমসুং, মোমোন তৌরদুনা, নীংশীংলকই-মহাক্লা নহা অমা ওইনা খ্বায়দগী অথোইবা মহাক্কী মফমদা ঙাঙ্খিবা ৱাহৈ ৱাতাশিং অদু। ৱাহৈশিং অদু মঙক্ কনবা অমসুং নৌনা পাড়া ফাগৎলকপগী ৱাঙাঙনি হায়বা মহাক ভাব তারকই। মহাক্লা গৌতমগা শুকথা-থাদোক্লদে হায়বসি মশানা খঙ্বা কুইরে; মহাক্কী পাউতাকশিং অদু য়াবা ঙল্লোই, থাঙ্গৈশেংনা পোৎশক্ অমা খঙগে হায়না থিরকপা মী অমনা তশেংনা করিগুম্বা অমা ফংগে থল্লবদি অতোপ্পগী পাউতাক্ লৌফম থোক্তে। তৌইগুম্বসুং ফংলবা মহাক্ অদুনদি চৎনীংবা লম্বী অমা চৎপা য়াবগী অয়াবা পীবা ঙমই; মহাক্কা অমসুং পোকপা শিবা নাইদনা ঈশ্বরগুমথ্রবা লীশিং কয়া অদুগা অমুক খেন্নবা লৈত্রে।

নোংমা, মী ময়াম্না অরোইবা মীকৃপ য়ৌরক্লবা বুদ্ধগী মনাক্ তম্না তীর্থ যাত্রা চৎনবা মতম অদুদা, মতম অমদা খ্বায়দগী মশক্ ফজবী বেশ্যা ওইরম্বী অমথকসু, চৎলমই। মহাক্ মাগী হান্নগী পুন্সি অদু থাদোকখিবা কুইরে, মাগী লৈকোল অদু গৌতমগী তুংইনবশিংদা কৎথোক্লমলে, বুদ্ধগী পাউতাক্ মতুংইন্না পুন্সি লেল্লিবা যাত্রিকশিং অদুগী মরক্তা, নূপীশিংগী অমসুং দান তৌবীশিংগী শরূক অমা ওইনা য়াওরমই।

গৌতমগী অরোইবা মীকৃপ য়ৌশিল্লক্লে পাউ তাবদা, অচম্বা ফীজোল শেৎলগা মচানীপাদু লোয়নরদুনা মখোঙ্না লাকপা হৌরমই। অসুম লাকপনা তুরেল অদুগী মনাক্ য়ৌরমই, তৌইগুম্বসুং মচানীপাদু য়াম্না ৱারমই, ময়ুম হন্নীংলমই, পোত্থানীংলমই, চাক লাম্লমই। মহাক্ খোয়শাউনরমই অমসুং কপ্লীং-কপ্লীং তৌরমই। কমলানা অঙাংদুগা লোয়ননা য়াম্না তোয়না পোত্থাবা তারমই। নূপা মচাদুনা মাগী অপাম্বগা মমাগী অপাম্বগা মূক্লদুনা লাকখি। মমানা মহাকপু অচাপোৎ পীজবা তারমই, থেন্বা তারমই, চৈ-থাংবা তারমই। মাগী মমানা অসুক ৱানা, নুংঙাইতবনা থল্লবা খোঙচৎ অমা চৎকদৌরিবসি করিগীনো মহাক ভাব তাবা ঙমদে।

মহাক্ অদু শিনীংলগা শিসনুদনা - মদুনা নুপামচা অদুগা করি মরী লৈনবগে ? তীর্থ যাত্রীশিং অসি বাসুদেবগী হিরানফমদু নকশীল্লকলে, মতমদুদা পীক্লিবা সিদ্ধার্থনা (সিদ্ধার্থগী মচাদুনা) পোত্থানীংলে হায়রমই। কমলা মশামকসু ব্বারমই অমসুং নূপা মচাদুনা লফোয় অমা চারিঙৈদা, মহাক্লা লৈবাক্তা হীপথরমই-মমিৎ অদু হাইফেৎ উইশিল্লগা পোত্থারমই। অদুবু খঙহৌদনা অনাবা চৈনাখোল অমা ফাওবগুম, মহাক্লা কন্না লাউরক্লমই। নূপা মচাদু খংপেক-খংলমই, মমাগী মমায়দা য়েংলমই, অকিবনা তাইফেৎ তাইশিনবদু উরমই। মাগী মফি মখাদগী মাবু চীকপা লিন অমুবা মচা অমা লীৎথোরক্লগা জিরি জিরি চৎখিরমই।

মী খর থেংননবা মখোয় অনি কন্না চেল্লমই। মখোয়না হিরানফম মনাক য়ৌরকপদা, কমলা লেকথরমই অমসুং অমুক মখাতানা চৎপা ঙম্লমদে। নূপামচাদুনা মমাবু কোল্লদুনা, চূপ্লদুনা, মতেং খর পাংবীয়ু লাউরমই। কমলাসু অঙাংদুনা লাউবা অদুদা য়াওশীল্লমই; খোঞ্জেলদু হিরানফম ময়াদা লেপ্লিবা বাসুদেবগী মনাকোং য়ৌখিরমই। মহাক্লা থুনা য়াঙনা চেল্লকলমই অমসুং নূপী অদুবু কোনখৎলগা হি তানা পুরক্লমই। নূপামচাদুনসু মতেং পাংলমই, অমসুং খোঙলৈ থুনা মাগী খাংপোকশঙ - মনূংদা সিদ্ধার্থনা লেপ্তুনা মৈ হৌগৎকে তৌরিঙৈ - য়ৌরক্লমই। সিদ্ধার্থনা মঙক হাইগৎলকই অমসুং ইহান হানবদা নীপামচা অদুগী মশক্ উরমই, মদুদা ঈথা-থাজদনা, মঙোন্দা করিনো অমা নীংশীংবা ফাওরমই। অদুদগী মহাক্লা কমলা উরকই, উবমক্তদা মহাক্লা মশক্ খঙলমই - জ্ঞান মাঙদুনা হিরানবা অদুনা কোনদুনা লৈজরবসু। অদুদগী মহাক্লা মশক খঙলক্লে - অঙাংসি মাগী মচানি; মাগী শকফম্ অদুনা করিনো অমা কন্না নীংশীংহল্লি। অদুদগীদি মাগী মথবাক্কী মিহুন অদু কন্না চোংবা হেনগৎলকখি।

কমলাগী অশোকপা মফমদু ঈশিংনা চামথোকপিরমই অদুবু মশক্তু মুশুক-মুশিনখ্রে অমসুং মাগী হকচাং অদুসু কামখৎলমই। মঙোন দা ঙহাক্কী পোত্থানবা হিদাক অমা থারমই অমসুং মহাক্ জ্ঞান খর খর লাক্লমই। মহাক সিদ্ধার্থগী খাংপোকতা মাগী ফমুং মথক্তা হিপ্তুনা লৈরি

অমসুং মতম অমদা মহাক্না অসুক্কী মতীক্ নুংশিখিবা সিদ্ধার্থনা নোম্থদুনা মাবু সেবা তৌরমই।

মহাক্না খল্লমই - মানা তৌরিবসি মঙ ওইরমাল্লে, মহাক মঙ্ মঙলিমল্লে হায়না অমসুং মহাক্না মোমোন তৌরদুনা মাগী নুংশিবগী মায়থোংদা থব্রায় তানা য়েংলমই। তপ্না তপ্না মহাক্না ওইরিবা খুদোংথীবা ফীভম অদুগী মরমদা ভাব তারক্লমই অমসুং লিন্না চীকপদু নীংশীংলমই অদুগা লাঙতক্নুনা মচানীপাবু কৌরমই।

'নথ্বায় ব্রাগনু', সিদ্ধার্থনা হায়রকই, 'মহাক সিদা লৈ'। কমলানা মাগী মমিত্তা মুন্না য়েংলমই। হুগী ময়াই অদুনা মঙোন্দা ব্রা ঙাঙবা ব্রানা থোক্লমই। 'ঐগী নুংশিবা, নঙ্ অহল ওইশিল্লমলে; নঙ্ নপোক্ হৌরে, অদুবু নঙগী নমিৎ অনি অদুদি মতম অমদা ঐগী লৈকোলদা মফি-মরোল য়াওদনা মখোঙদু উফূলনা পূময়োম য়োমদুনা লাকখিবা সামান পাখং অদুগা চপ মান্নরি। নঙ্না কামাস্বামীগা ঐগবু থাদোক্নুনা চৎখিবা মতমদুদগী হৌজিক্না হেন্না মাল্লে। নঙগী মিৎ অদু মহাক অদুমক্কীনি, সিদ্ধার্থ। আহ: ঐসু অহল ওইরে, অহল: নঙ্না ঐবু মশক্ খঙবা ঙম্লিব্রা' ?

সিদ্ধার্থনা মোমোন তৌরমই, 'ঐনা নঙবু মীকূপ্তা খঙই, নুংশিরবী কমলা'।

কমলানা মাগী মচানীপাদুদা খুদোম্বী থিল্লগা হায়রকই, 'নঙ্না মহাকপু মশক্ খঙবা ঙম্ব্রা? মহাক অসি নঙ্গী নচানি'।

মাগী মমিৎ অনি অদু হাঙনা য়েংলমই অদুদগী উইশিনখিরমই। নূপামচাদু কপখৎলকই। সিদ্ধার্থনা মাবু কোনখৎপিরগা মতম্বাক্তা ফমহল্লি, মানা কপ্লিবদু কপহল্লি অমসুং মকোক অদু নানবীরমই। অঙাং অদুগী মশক উবদা, মানা অঙাংওইরিঙৈদা ফাখিবা ব্রাহ্মনশিংগী লাইশোল অমা নীংশীংলমই। তপ্না অমসুং ঈশৈ শকপদৌনা মহাক্না মদু শোনবা হৌরক্লমই - মরোলশিং অদু মাগী হৌখিবা মতম অমসুং অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদুদগী অমুক হন্না মঙোন্দা হঞ্জীল্লক্লমই। মহাক্না শোল্লকপা মতমদা অঙাং অদু

তূমিন লৈখিরমই - খর খরদি হীক-হীক তৌনা তৌনা অদুম তূমথখিরমই। সিদ্ধার্থনা মহাকপু বাসুদেবগী ফমুংদা তূমহল্লমই। বাসুদেবনা চাক থোংদুনা ফুঙ্গা মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরমই। সিদ্ধার্থনা মঙোন্দা য়েংলমই অমসুং বাসুদেবনা মঙোন্দা মোমোন তৌরকই।

'মহাক হিংনি থাজদ্রে', সিদ্ধার্থনা তপ্না হায়রকই। বাসুদেবনা মঙক নোম্লমই। চাকথোংবগী মৈঙান অদুনা মাগী মিনুংশি চেল্লবা মায়থোংদা য়ৈরি।

কমলা ঙহাক অমুক জ্ঞান লাক্লমই। মাগী মায়থোংদা অনাবগী চৈনাখোলগী মমি তারি; মাগী তাইফেৎ-তাইরবা মশক্ অমসুং মচীনবানদুদগী সিদ্ধার্থনা চৈনা খোলদু মশক্ খঙ্লমই। মহাক্না য়াম্না তপ্না মোং হাদনা, পূক্লিং চঙ্না, মাগী অনাবা অদুদা শরুক য়ারদুনা, মতম ঙাইদুনা য়েংদুনা লৈরমই। কমলানা মদু খঙ্লমই, মাগী মীৎয়েংনা কোয়রে লৈদুনা সিদ্ধার্থবু থিরকই। সিদ্ধার্থদা য়েংলগা মহাক্না হায়রকই: 'হৌজিক ঐনা উরে-নঙগী নমিৎ অনি অদুসু তোঙাল্লমলে। ঐনা নঙ্ অসিবু হৌজিক্ ফাওবা সিদ্ধার্থ ওইরি হায়বসি করম্না খঙ্বগে? নঙ্ সিদ্ধার্থনি তৌইগুম্বসুং নঙ মহাক্কা মান্নদ্রে'।

সিদ্ধার্থনা করিমত্তা খুল্লমদে; মাগী মমিত্তা ব্রা ঙাঙদনা য়েংলমই। 'নঙ্ ফংলব্রা'?, কমলানা হায়রকই, 'নঙ্ শান্তি হায়বদু ফংলব্রা'?

সিদ্ধার্থনা মোমোন তৌরমই অমসুং মখুৎ অদুনা মাগী মখুৎ পায়বীরমই।

'ফংলে', কমলানা হায়রকই, 'ঐ উরে, ঐসু শান্তি ফংলগনি'।

'নঙ্ ফংলবনি', সিদ্ধার্থনা শোন্থাংননা হায়রমই। কমলানা মতম শাংনা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমই।

মহাক্না (কমলা) গৌতমগী মনাক্ য়ৌনবা তীর্থ যাত্রী অমা ওইনা চৎকে নীংলকপা কুইরবনি - অথোইবা নীপা অদুগী মশক উনবা, মঙোন্দা

য়াওরিবা শান্তিগী মরীক্ অমত্তং ফংজনবা । অদুগী মহুত্তা শুপ্নগী মহাক্তমক্ মশক খঙলে; মহাকমক্কা হেক মায়োক্লবগুম্বনি । মহাক্লা মসি পূম্বা হায়নীংবনি তৌইগুম্বসুং - মানা নীংলিবদু মরৈনা খৎপা থোক্লমদে। ৱা অমত্তা ঙাঙদনা মহাক্লা সিদ্ধার্থদা য়েংলমই। মাগী মমিৎ অনি অদুনা, মাগী থৱায়দু তপ্লা তপ্লা মপান থোকখিগদৌরে হায়বা ফোংদোক্লি। মাগী মমিত্তা অরোইবা চৈনাখোলগী মমি তারকপা অমসুং মাঙখিবা উরকপা, মাগী হকচাংদু অরোইবা ওইনা নীক্লকপা মতমদা, সিদ্ধার্থগী মখুৎনা মাগী মমিৎ অনি অদু উইশিনহনবীরমই।

মহাক্লা মফমদুদা কুইনা ফমদুনা থৱায় য়াওদ্রবা মায়থোং অদুদা য়েংদুনা লৈরমই। মতমশাংনা মানা য়েংদুনা লৈরমই, মহাক্কী মচীনবান অদুদা - মল্লবা, চোকথরবা মচীন, খুইজিল্লবা মাগী মচীনবান - অমসুং নীংশীংলক্লমই - মতম অমদা মতৌ করম্না, মাগী যৌবনগী বসন্তদা, মহাক্লা মাগী মচীনবান অদুবু খায়বদা ঙায়রিবা হৈবোংগী মচুগা চাংদম্নখিবা। মতমশাংনা, মহাক্লা থৱায় তানা য়েংলমই - মাগী তাইফেৎ তাইরবা মায়থোংদা, চোকথরবা অখুইবা ময়ামদুদা অমসুং মহাক মশাগী মায়থোংসু মাগা মান্ননা তাইফেৎ তাইরে অমসুং অশিবদৌনা তৌরে হায়বা খঙলমই অমসুং মীকুপ অদুমক্তদা নীংশীংলকই, মখোয়নিনা নহা ওইরিঙৈগী শক্তম্-মচীনবান তঙাং-তঙাংলদুনা, মখোয়নি চাথোক্কদবগুম মুন্না য়েংনরদুনা অদুদগীদি, মানা হৌজিক ওইরিবা অমসুং মানা হিংলিবা মওংসি খল্লুবদা থমোই অদু অৱাবনা চাংজৌ পারমই। অসিগুম্বা পূংজা অসিদা মহাক্লা পুন্সি হায়বসি থুগায়দুনা মাঙহনবা ঙমদবা অমসুং অমাঙ্ অতা লৈতবগী মরমদা মঙোন্দা হেন্না হকচীন্না ফাওরমই। মহাক্লা হৌগৎলকপদা বাসুদেবনা মাগী চাক থোংবিরম্লে তৌইগুম্বসুং সিদ্ধার্থদি চাদ্রে। হামেং পুনফম মকোন অদুদা হনুবা অনিদুনা চরূ খর চাইথোক্লমই অমসুং বাসুদেবনা মদুগী মথক্তা হীপথরমই তৌইগুম্বসুং সিদ্ধার্থদি মপাল থোকখিরমই অমসুং অহিং নোংশোইবা খাংপোকশঙ্দুগী মমাঙ্দা ফমদুনা, তুরেল অদু তাদুনা লৈরমই - তুরেল অদুগী মখোল তানা তানা হৌখ্রবা মহাক্কী পুন্সিদা থেংনখিবা অমসুং

মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক কয়াদা লূপ্তুনা লৈরমই। অমুকসু মহাক মরক মরক্তা হৌগৎলমই অমসুং খাংপোক অদুগী মনাক তানা চৎলমই অমসুং অঙাং অদু তূমখ্রবরা হায়দনা তারমই।

নোংঙাল্লকপা নুমিৎ মশক উদ্রিবৈঁদা বাসুদেবনা হামেং মকোন অদুদগী থোরক্তুনা মাগী মরূপকী মনাক তানা লাক্লমই।

'নঙ্দি তূমদ্রে', মহাক্না হায়রকই। 'তূমদ্রে, বাসুদেব, ঐ 'সিদা ফমদুনা তুরেল অসি তারল্লিবনি। মানা ঐঙোন্দা ঙাঙলিবা ৱাসি, য়ামখ্রে, মদুনা মরম ওইদুনা ঐগী ইশাসি ৱাংলবা ৱাখল কয়ানা থলহল্লে - পোৎ পূম্নমক্ অসি অমগা অমগা তৎন থানবা লৈত্রবা মরী অমা লৈ হায়বা ৱাখলসি'।

'নঙ্ য়াম্না ৱারে, সিদ্ধার্থ, অদুবু অৱাবা অদুনা নঙ্গী থম্মোই মনুং য়ৌনদি চঙ্দে হায়বা ঐনা উরি'।

'নত্তে, ঐগী নুংশিজরবা মরূপ, ঐ করিগী ৱাদদগে ? য়াম্না নুংঙাইরম্বা, ইনাক খুল্লম্বা ঐ অসি ঙসিদি হেন্না নুংঙাইবা, হেন্না ঈনাক খুনবা ওইরে। ঐগী ইচাসি ঐঙোন্দা ফংহনবীরে'।

'ঐনসু নঙগী নচাবু তরাম্না ওকচরি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি ঐখোয় থবক হৌরসি, তৌগদবা য়াম্না লৈরি। ঐগী নূপীনা অরোইবা য়াহীপ তানখিবা ফমুং অদুমক্তদা কমলা শিরে। ঐগী নূপীগী সংস্কারগী শীং শেমখিবা চীং অদুমক্তদা ঐখোয়না কমলাগীসু শীং শেমগনি'।

অঙাং অদুনা তুল্লিবৈঁদা মখোয়নিনা যজ্ঞগী শীং শেল্লমই।



# মচানীপা

নূপামচা অদুনা কিনা অমসুং কপ্পা কপ্পা মমাগী পোৎলোইবা অদু য়াওরমই, নুংশুক-নুংজাননা অমসুং ইপা-পাখৎনা, সিদ্ধার্থনা মহাকপু ইপাগী ইবুংঙো হায়না কৌবা অমসুং বাসুদেবগী খাংপোকশং মনুংদা তরাম্না কৌশিনবা অদু তারমই। নুমিৎ কয়ানি মরূম লীশাং-শীৎনা, মশক্কু তাইফেৎ তাইরদুনা অশিবগী চীং অদুগী মথক্তা ফমদুনা লৈরমই - কোয়না য়েংলমই, মাগী থমোই অদু কনশীনহল্লমই, মাগী মরাইবক অদুগা মাইরোং য়ারমই, লান শোক্লরমই।

সিদ্ধার্থনা মাগী মচানূপাদূগী য়াম্না য়েংনা চৎলি অমসুং মানা থোকপা অদুম তৌহল্লি মরমদি মাগী অৱাবা অদু মহাক্না ঈকাইখুম্নরমই। সিদ্ধার্থনা মুন্না ভাব তাই - মাগী মচানীপা অসিনা মাবু মশক খঙদে অমসুং মহাকপু মপা অমা ওইনা নুংশিবা ঙম্লোই। মহাকসু খর খর সুম তপ্পা খঙবা হৌরক্লে মদুদি চহি তরামাথোই শুরবা অঙাং অসি মাঙলবা "ইমাগী ইবুংঙো" অমনি : নুংঙাই-য়াইফগী হৈনবীদা য়োক্লকলবা অমসুং অহাউবদা চা-থকপা, অমোনবা ফমুংদা হীপ্পা, মীনায় মীশলদা য়াথং পীবা হৈনরক্লবনি। সিদ্ধার্থ ভাব তারমই - অৱাবা দষা তারিবা মাঙজরিবা অঙাং অসিনা পূমনৌ নৌবা অমসুং করিমত্তা লৈতবা মফমসিদা হেক্তা পেনবা ঙম্লোই হায়বসি। মহাক্না ক্রক ক্রক য়েংশিল্লমদে; মহাক্না মাগীদমক্ য়াম্না হোৎনরমই অমসুং

মতমলৈবাখিবিক্তা অচা অথক খ্বাইদগী ফবা শরূক অদু মাগী খাক্লমই। মতম খর লৈরগা, মহাক্লা অৱা-অনা থিদনা খর খাঙলগা, মহাক মরাইনা তিন্নবা য়াজরক্কনি খল্লমই।

অঙাং অসিনা মাগী মনাক্তা লাকপা মতমদুদা মহাক্লা খনখি - মহাক মশা অসি কয়াদা ইনাক খুল্লবা অমসুং নুংঙাইরবা, তৌইগুম্বসুং মতম্লা অসুম হৌখিবগা লোয়নননা, অঙাং অসিনা হরাউ-হরাউ লৈতবা, মী তিন্নদনা তূমিন-তূমিন পঙলে লৈবা, মঙক্ কূনবা অমসুং হায়বা ইন্দবা, থবক অমত্তা তৌদবা, অহল লমনশিংদা ব্যবহার লৈতবা অমসুং বাসুদেবগী হৈ পাম্বীশিং অদু লোন্না শীৎ নান্না হেক্তোকপা মতমদা, সিদ্ধার্থনা ভাব খর খর তারক্লমই মদুদি মাগী মচানীপাসিনা লাকপগা লোয়নননা মঙোন্দা নুংঙাইবা অমসুং শান্তি পীবগী মহুত্তা শুপ্নগী অৱাবা অমসুং কোক শাবা ঙাক্তা ঙায়রে। তৌইগুম্বসুং মহাক্লা মচাবু নুংশিরমই অমসুং অঙাং অদু য়াওদনা হরাওবা অমসুং নুংঙাইবা ফংগদৌ শরূক্, নুংশিবা মহাক্কীদমক্ অৱাবা অমসুং মীৱা-মীশা তাবদুনা হেন্না পাল্লমই। সিদ্ধার্থগী মচা অদুনা খাংপোক অদুদা লৈরকপদগী, অহল অনিদুনা থবক শীন্দোক্লরমই। বাসুদেবনা হিথাঙফমগী থবক পূম্বা লোইনা তৌরমই অদুগা সিদ্ধার্থগী মথৌনা, মচানীপাগা লৈমিন্নবা য়ানবা, খাংপোক অদুদা অমসুং লৌবুক্তা ওইনা।

সিদ্ধার্থনা থা কয়া ঙাইরমই - মাগী মচানীপা অদু ভাব তারক্কদ্রা অমসুং মানা নুংশিজবদুগী মতীক মানসু নুংশিবিরক্কদ্রা হায়না। থা কয়ামরূম বাসুদেবসু মসি য়েংদুনা লৈরমই, ঙাইরমই, অমসুং ৱা অমত্তা ঙাঙদনা লৈরমই। নোংমা সিদ্ধার্থগী মচা অসিনা উশিং থৌওইদবা উৎতুনা অমসুং শাউগৎতুনা অমসুং চাকথোং চফুদু থুগায়দুনা মপাবু ওৎপা মতমদুদা বাসুদেবনা নুংদাংৱাইরমদা মাগী মরূপ অদুবু তোঙান্না কৌথোক্লগা ৱারী তৌরমই।

'ঐবু ঙাকপিগনি', মহাক্লা হায়রকই, 'ঐনা ঙাঙলিবসি মরূপ অমা ওইননি। ঐ উরে - নঙ্ নথ্বায় য়াম্না ৱারে অমসুং নুংঙাইত্রে। নঙ্গী

নচা অসিনা, ঐগী নুংশিরবা মরূপ, নঙবু অৱাবা পীরে অমসুং ঐবুসু। উচেক মচা অসি তোঙানবা পুন্সি অমদা, তোপ-তোপ্পা মহুম অমদা চাউরক্লবনি। মহাক্না মরল-মথুম অমসুং সহর থাদোক্কুনা থাপ্পা চেল্লকলিবা অসি, নঙ্গী মতৌগুম্না, খীরদুনা পেল্লদুনা লাকপা নত্তে; পূম্নমক অসি মহাক মশানা য়ানীংদনা থাদোক্লম্বা তাখি। ঐনা তুরেল অসিদা হংই, মরূপ, ঐনা হন্না হন্না হংলমই তৌইগুম্বসুং তুরেল অদুনা নোকশীল্লকই ঐঙোন্দা করেম্নরমই, নঙোন্দা করেম্নরমই; ঐখোয়গী অপঙবদু উবদা মহাক্না পূক্নি তিংবমখৈ নোক্লমই। ঈশিংনা ঈশিংদা তিনখিগনি, ম'থাক্ কারকপনা মথোক কারকপদা। নঙ্গী নচানীপাসি মফমসিদা নুংঙাইবা ঙম্মোই। নঙ্ তুরেল অসিদা হংউ অমসুং তাও-মানা করি হায়রকপগে হায়বদু'।

মকোক্ শারদুনা, সিদ্ধার্থনা হকচীন্না খুইজিল্লবা উনশা ঙাক্তা ঙায়রবা মিনুংশি চেল্লবা মায়থোং অদুদা য়েংলমই। 'ঐনা করম্না মাগা লাপথোক্লবা ঙমগনি', মহাক্না তপ্না খুল্লকই। 'ঐঙোন্দা মতম খরদং পীখো, চান্নরবা মরূপ। ঐ মাগীদমক লান শোক্লরি। ঐ মাগী থমোই য়ৌনা চঙ্শীনবা ঙম্নবা হোৎনরি। ঐনা অখাঙ্ কনবা অমসুং নুংশিবনা মাবু জয় তৌগনি। তুরেল অসিনসু নোংমদি মঙোন্দা ৱা হায়গনি। মাবুসু কৌরবনি'।

বাসুদেবগী মোমোন মীনোক্কু মকালাম্বা হেনগৎলমই। 'চুমইনহৈ', মহাক্না হায়রকই, 'মহাকপুসু কৌবনি; মহাকসু মতমচূপ্পদা লেঙ্দবা পুন্সি অসিগী শরূক অমনি। তৌইগুম্বসুং নঙ্ অমসুং ঐনা খঙ্লব্রা - কদোমদনো কৌরিবসে করম্বা লম্বীদনো, করি থবক্তনো করম্বা অৱাবদনো? মহাক্কী অৱাবদি অচম্বা ওইরোই। মাগী থম্মোই অসি থোয়চৎনৈ অমসুং কল্লি। মহাক্ অৱাবা য়াম্না নংলকপা য়াই, পাপ কয়া লঙ্শীল্লম্বা য়াই। হায়য়ু, মরূপ, নঙনা নচা অসি মহৈ তম্বীগদৌরিব্রা? মহাক নঙনা হায়বা ইনব্রা? নঙনা মাবু ফুব্রা, চৈব্রা নত্রগা দণ্ডি পীব্রা'?

'পীদে, বাসুদেব, নঙ্না হায়রিবশিং অদু ঐ অমত্তা তৌদে'। 'ঐদি হান্না খঙলবনি। নঙ্ মাগী মথক্তা অহকপা অমত্তা তৌদে, নঙ্না মাবু

ব্রারক্তে, নঙ মাগী মথক্তা হুকুম অমত্তা চলাইদে - মরমদি নঙ্‌না খঙই - থোৎনা নৌনা লোয়নবা অসিনা কন্না ঙাঙ্‌বদগী মপাঙ্গল লৈবা হেল্লি। য়াম্না ফৈ, ঐনা নঙবু থাগৎলি। তৌইগুম্বসুং মদু নহাক্কী মফমদা অরানবা অমা ওইরোইদ্রা - নঙ্‌না মহাকপু চেৎনা ব্রারক্তবা অমসুং দণ্ডি তৌদবসি? নঙ্‌না মাবু নঙ্‌গী নুংশিবগী য়োল্লিংনা পুনশিন্দুনা থমদব্রা? নঙ্‌না নুমিৎ খৃদিংগী, অঙাংদুনা তৌরিবমখৈ ঙাঙদবা অমসুং নঙ্‌গী অখাঙ্‌ কনবা অদুনা মঙোন্দা হেন্না নাউ চাওহন্দব্রা? মঙক্‌ কনবা, মাঙ্‌লবা অঙাং অসিবু নংনা খাংপোক অসিদা নমদুনা থম্বা নত্রা? লফোয় চারগা হিংবা, শুপ্নগী চগং ফাওবনা মখোয়গী মফমদা কাঠাইমুক্‌ হাউরবা, মখোয়গী ব্রাখলগা মাগীগা তৈনবা, মল্লবা অমসুং মঙম শান্দ্রবা মখোয়গী থমোয়দুনা মাগী থমোইগা মান্ননা মিহুল হুন্দ্রবা - পূম্নমক্‌ অসিনা মঙোন্দা দণ্ডি ওইনা থোক্তুনা ঙসি মাগী ফীভম অসি ওইরকপা নত্রা' ?

সিদ্ধার্থনা জ্ঞান তাদ্রদুনা লৈমায়দা য়েংদুনা লৈরমই। 'নত্তে, ঐবু করি তৌ হায়রিবনো'?, মহাক্না তপ্না হংলমই।

বাসুদেবনা হায়রকই : 'অঙাংসি সহরদা পুরো; মাবু মমাগী য়ুমদু তানা পুবিরো। মফমদুদা মখোয়গী-মীনাই মীশল লৈরমগনি; মখোয়গী মনাক্তা পুরো। অদুগা মখোয় কনামত্তা লৈরমদ্রবদি, ওঝা অমগী মনাক্তা পুরো - মহৈ তম্বগী ঙাক্‌ নত্তে, মহাক্না নৃপামচা নৃপীমচা অতৈগা উন্নবগী খুদোংচাবা ফংনবা অমসুং মাগী হান্নগী সংসার অদুদা অমুক হন্না তিন্নবা নঙবু ঐনা হায়রিসি হান্না খক খন্দব্রা' ? 'নঙদি ঐগী থমোই মনুং ফাওনা উবা ঙম্বা মীশক্লি', সিদ্ধার্থনা মথ্বায় নুংঙাইতনা হায়রকই। 'ঐসু নংনা হায়রিবা অদুম্না য়াম্না তোয়না খল্লবনি। তৌইগুম্বসুং অসুক থমোই কনবা অমসুং মিনুংশি খঙদবা মহাক্না সংসার অসিদা করম্না হিংগদৌরিবনো ? মহাক্না ময়াম পূম্নমক্তগী মহেল্লে খল্লকলোইদ্রা, মহাক্না নুংঙাইবা অমসুং শক্তিদা তাউদুনা মাগী মপানা শোয়খিবা অদুম্না মাসু শোয়রোইদ্রা, মহাক সংসার অসিদা লৃপ্তুনা লৈরোইদ্রা' ?

হিরানবা নীপা অদুনা অমুক্তা মোমোন তৌরকই। মহাক্তা সিদ্ধার্থগী মরেঙজুমদা তপ্না পায়রগা হায়রকই; 'মদূগী মরমদা তুরেল অসিদা হংউ, মরূপ! মাবু মুন্না তাও, তারগা নোকউ! নঙনা তৌখিবা অপঙ্বা থবকশিং অদু নচা নীপানা অদুগুম্বা তৌরক্তনবনি হায়না মতমদুদা নঙনা তশেংনা খনখিব্রা? মতমদুনা নঙনা নচানীপাবু সংসারগী লাং অসিদগী কনবা ঙমগদ্রা? মতৌ করম্না? পাউতাক্কী মতেংনা, লাইশোন শোন্দুনা, য়াম্না হায়জদুনা? ঐগী চান্নরবা মরূপ, ব্রাহ্মনমচা সিদ্ধার্থগী য়াম্না ফিদম্লিঙাই ওইবা পুন্সি ৱারী অদু নঙনা কাউথোকখ্রে। মফমসিমক্তদা লীখিবা ৱারী অদু নঙনা কাউথোকখ্রে। সিদ্ধার্থ হায়বা সামান অদুবু কনানা কনবিখি - সংসারগী মায়াদগী, পাপ, মিহৌবা অমসুং অপঙবা থবকশিংদগী ? মাগী মপাগী লাই য়াম্না নীংবদুনা, মাগী ওঝাশিংগী পাউতাক্না, মহাক মশাগী বুদ্ধি, মানা ফংগে তাল্লুবা পান্দমশিং অদুনা মাবু কনবা ঙমখিব্রা? করম্বা মপা, করম্বা ওঝানা মানা পামখিবা পুন্সি মরেল অদু লেনখিবদা মাবু থিংবা ঙমখিবগে ? মানা পামজবা পুন্সিদু লেন্দুনা পুন্সিদুনা মাবু মশক থীহল্লবদা, মশাদূ পাপ্না নম্বো পোরবা মতমদা, খারবা মহী অদু মশানা থকচীঞ্জবা মতমদা, মশানা মশাগী লম্বী থিজরকপা মতমদা কনানা মাবু খাম্বা ঙমখিবগে ? নঙ্না খনব্রা, নুংশিরবা মরূপ, লম্বী অসি নাথৈদুনা চৎপা ঙম্বা মী লৈ হায়না ? মদু নঙগী নচানীপা অদুরা, মরমদি নঙ্না মহাকপু অৱাবা, অনাবা অমসুং নীংবা কায়বশিং অদু থেংনহন্নীংদে। তৌইগুম্বসুং নহাক্তা মাগীদমক্ মপোক তরেৎলক হোৎনরবসু মাগী মরায়বক্তা তমখ্রবা অদু নঙনা শম্না মফৈ অমা থৈদোকপা ঙল্লোই'।

বাসুদেবনা অমুক্তা অসুক য়াম্না ঙাঙখিদ্রি। মহাক্তা (সিদ্ধার্থ) মহাকপু মরূপ অমা ওইনা থাগৎলমই, য়াম্না মপূক্লিং নুংনাঙনা খাংপোক শঙ মনূংদা চঙখিরমই অদুবু তূম্বদি য়ারমদে। সিদ্ধার্থনা হান্না খল্লম্বা অমসুং মহাক মশানা হান্না খঙ্লবা পোৎশিং অদু নত্তবা অতোপ্পা অতৈ অহেনবা অমত্তা মঙোন্দা হায়খিদে। অদুবু মানা খঙলিবশিং অদুদগীদি, মহাক্তা মচানীপাদুবু নুংশিবা, মঙোন্দা মথ্বায় লূপচবা, মাগা কায়নগদ্রা হায়বগী

অকিবা অদুনা থোইনা হেন্না শাফ্ কল্লমই। কঁরিগুম্বা কালদা মহাক্না অসুক্ অখাকপা লৈতনা মথ্বায় লূপ্পা য়াওখ্রবরা, কনাগুম্বা অমবু অসূক্ হকচীন্না, অসূক্কী মতীক অচুম-অরান থিদনা, অসূক্কী মতীক্ অনাবগী চৈনাখোল খাঙদুনা, অসূক্কী মতীক আশা অমত্তা উদনা, অদুম ওইনমক, অসুক্কী মতীক মপূক্লিং নুংঙাইনা, নুংশিখিবা লৈখিবরা ?

সিদ্ধার্থনা মাগী মরূপকী পাউতাক্ অদু লৌবা ঙল্লমদে; মহাক্না মাগী মচানীপাদু থাদোকপা ঙল্লমদে। মাগী মচানীপাদুনা মঙোন্দা হুকুম চলাইবা, মঙোন্দা মচোঙ-মপাক নাইদবা লমচৎ চৎপদু মহাক্না অদুম খাঙলমই। মহাক্না তূমিন্না তাদুনা লৈরমই অমসুং মতম ঙাইদুনা লৈরমই, খাঙবা কনবা তেমশিন্নবগী ৱাফম য়াওদবা লাল অদু মহাক্না নুমিৎ খুদিংগী শোক্লরমই। বাসুদেবসু ৱা ঙাঙ্লমদে অমসুং মতম ঙাইদুনা লৈরমই - য়াম্না চান্ননা, ভাব তানা অমসুং অখাঙ্ কন্না। মখোয় অনিমক অখাঙ্ কনবগীদি গুরুনি।

নোংমা, নূপামচাদুগী শকফম্না মাবু কমলা নীংশীংহল্লকপা মতমদা সিদ্ধার্থনা মতম কুইরবগী মমাঙদা কমলানা মঙোন্দা হায়খিবা ৱাহৈ খর খংনীং-নীংশীংলকই। 'নঙ্দি নুংশিবা ঙল্লোই' কমলানা মঙোন্দা হায়খি অমসুং মহাক্নসু মদূ চুমই য়াখি। মহাক্না মশাবু থৱান মিচাক্ অমগা প্রমান তৌরমই অদুগা মী অতৈবুনা অকেনবা উনাগা, অদুমওইনমক্ কমলাগী ৱাহৈদুদা মঙোন্দা চৈবগুম্বা অমা মশাদা ফাওরমই। মহাক্না কৈদৌনুংদা কনাগুম্বা মীশক্ অমদা অসুক হকচীন্না পূমলূপ লূপশিন্দুনা মশানা মশাবু কাউথোকপা তৌখিদ্রি হায়বসি অচুম্বনি; মহাক্না, মশানা মশাবু কাউথোক্লুনা, অতোপ্পা মীশক অমবু নুংশিবগী অপঙ্বা থবক্ অসি খক্ তৌখিদ্রি। মহাক্না মসি কৈদৌনুংদা তৌবসু ঙমদে, অমসুং মহাক্না মীচম অমগা খ্বাইদগী চাউনা খেন্নবা অসি মদু ওইরমাল্লে হায়না নিংই। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি, মাগী মচানীপাদূ মনাক্তা লৈরবনিনা, সিদ্ধার্থ মহাকসি, অৱাবা অমসুং নুংশিবনা, মখোয় অদূগুম্বা মীশক্ অমা চপ-চানা ওইরে। নুংশিবনা

মহাকপু অঙাওবা ওইহল্লে; অপঙ্বা অমা ওলহল্লে নুংশিবনা। হৌজিক, অথেঙ্বা মতমসিদা মসিমসু খঙলে - পুন্সিদা অহানবা ওইনা খ্বায়দগী শাফূ কনবা খ্বায়দগী ঙকপা পূক্লিংগী ইথিল অমা; মদুনা মরম ওইরদুনা মহাক্লা খাঙবা ৱারবা অৱাবা কয়া খাঙলমই অদুম ওইনমক্ মপূক্লিংদি মকালাম্লমই, অহোয়নদুম হেন্না নৌথোকপা অমসুং হেন্না ঈনাক খুনবা ওইরমই। মসিগী নুংশিবা, অচুম-অরান থি দনা মচাবু পঙনুংদা নুংশিবা অসি মীওইবগী হৌনশা পূক্লিংগী ইথিল অমনি অমসুং সংসার হায়বসি মসিনি-লূরবা ঈশিংগী ইনাং তারবা ঈফুৎ অমনি হায়বসি মঙোন্দা ময়েক লানা ফাওরমই। চৈরক অসিদা, মাগী মচানীপাসিনা, মহাকপু অপঙ্বগী থবকশিং অসি তৌহল্লি, মাবু হোৎনহল্লি, মাগী মচিং ময়াম্না মাবু ঙমহল্লি। মপানা তৌবা থবক খূদিংমক্ মঙোন্দা য়ানিংবা অমত্তা ফাওদে অমসুং মহাক্লা কিবসু লৈতে। মসিগী মপাসি য়াম্না ফবা মী অমনি, থৌজাল হৈবা ভদ্রলোক্নি, করি অমুক হায়গনি য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা মী অমফাওবা ওইরম্বা য়াই, সন্যাসী অমা ফাওবা ওইরম্বা য়াই - অদুবু হায়রিবা গুণ ময়াম অসিদি নূপা মচাদুগী থমোইবু খূদুম চনবা ঙম্বা পোৎ অমত্তা নৎলমদে। মসিগী মপাসিনা মহাকপু শেগায়রবা খাংপোকশঙ অমদা থমজিন্দুনা মশাদা হৈনিংবা পোকহল্লমদে অমসুং মহাক্লা থকশি-খাশি নাইদবা উৎলকপা খূদিং মহাক্লা মোমোন নোকপা মীনোক্লা পাউখুম ওইনা পীরকপা, ঈকায়বা পীবা খূদিং মহাক্লা নুংশিনা, মানা ঙাওশীন্নবা পূম্বা থৌজালগী মীৎয়েংনা য়েংবা - পূম্নমক অদু লমহুই হনুবা অসিগী খ্বায়দগী তূকচনীংঙাই ওইবা চালাক্ ওইনা মঙোন্দা থোক্লমই। মচানীপাদুনদি মপানা মাবু কিহনবা অমসুং চৈ-থাংবা অদুনা থোইনা পাল্লমগনি।

নোংমদি 'সুম থোক্লরে - সিদ্ধার্থগী অঙাং অদুনা মাগী মপূক্লিংদা লৈরিবদু হায়দোক্লমই অমসুং ফোংনা মপাগী মায়োক্তা লেপ্লমই। তৌইগুম্বসুং নূপামচাদুনা খাংপোকশঙ অদুদগী চৎত্তে, মহাক মফমদুদা লেপ্তুনা লৈরমই, শাউনা অমসুং উশিত্তনা মঙক-কন্না, মখোঙনা লৈপাক্তা

থীল্লমই, মখূৎ খুত্তুম তাশীল্লমই অমসুং হিংসাগী শক্তমদা মহাকপু তূক্কচবদু ফোংদোক্লমই - মপাগী মমাঙমক্তদা।

'নঙগী শীং অদু নশানা থিজরুচো', মহাক্না লাউরকই ময়াদা কোঙ্গোল কারদুনা। 'ঐ নঙগী মীনাই নত্তে। ঐ খঙই, নঙনা ঐবু ফূদে, ফূবগী নতীকসু লৈতে অদুবু ঐনা খঙই, নঙনা ঐবু লেপ্তুনা দণ্ডি পীরি, নঙগী থৌজাল অমসুং লৌশিংনা ঐবু পিশক পীকশিলহল্লি। নঙনা ঐহাকপু নঙগুম্বা অমা ধর্ম্ম য়াম্না লৈবা, মবুক য়াম্না ফবা, হায়নীংঙাই লৈতনা স্তান লৈবা মীশক অমা ওইহনবা পামই-নঙবু অহোয়ননা তুক্কচনবা। মদুগী শরূকপুদি,হুরানবা অমসুং মীহাৎপা অমা ওইদুনা নরক্তা তাদুনা লৈবনা হেন্না ফৈ- নঙগুম্বা অমা ওইদৌ শরূক। ঐনা নঙবু তুক্কচৈ; নঙনা ঐগী ইমাগী নুংশিনবা নীপা ফনমক ওইজরম্লবসু - নঙদি ঐগী ইপা অশেংবসু নত্তে' !

শাউনীংবা অমসুং মথ্বায় নুংঙাইতবনা থল্লদুনা অশাউবা অমসুং হায়হৈদবা ব্রাহ্মে কয়ানা মপাবু চৈদুনা মাগী অশাওবগী ঈচেল অদুগী ঈরম ঈখায় থিরমই। অদুগী তুংদা নীপামচাদু চেনখিরমই অমসুং নুমিদাংব্রাইরম অথেঙবদা হঞ্জিল্লকলমই।

মথংগী নুমিত্তা মহাক থিবা ফংদ্রে; হিরানবশিংনা হিরান-শেল ওইনা পীরম্বা শেল অচোইবাশিংদু হাপ্লবা থম্বা লীমোন্না শাবা মচু অনি লাংবা, থুমোক মচা অদুসু লৈরমদ্রে। হি অদুসু লৈত্রে। সিদ্ধার্থনা হি অদু তুরেল ব্রাংমদা লৈবা উরমই। নূপা মচাদু চেনখ্রে।

'ঐনা মাগী খোঙ্গুল লীবা তাবনি', নূপামচাদুগী মমাঙগী নুমিংকী অয়াকপা ব্রাহ্মেশিংনা থমোই শোকহল্লবা সিদ্ধার্থনা হায়রকই। 'অঙাং অমনা জঙ্গল অসি ফাওদুনা কনা য়াওদনা মথন্তা চৎপা ওইথোক্লোই; মঙোন্দা করিনো খুদোং থীবা অমা থোকপা শোয়দবনি। 'ঐখোয় পোঙ্ অমা শাসি', বাসুদেবনা হায়রকই, 'অঙাং অসিনা পুখিবা হি অদু লৌশীল্লুনবা। অদুবু, মহাক চৎচখ্রসনু, ঐগী মরূপ; মহাক অঙাংমক্

নত্রবনি; মহাক মশা ঈৎপা ঙল্লবনি। মহাক্না সহর য়ৌবা লম্বী থিরিবনি অমসুং মানা তৌরিবদু চুমই। মদু খক্ কাউগনু। নঙ্ নশানা শীনবিদবা থবক্ অদুমক্ মা মশানা শীঞ্জরিবনি। মহাক মশানা মশাগী হোৎনজরিবনি অমসুং মশানা পাম্বা লম্বীদা চৎচবনি। ওহ ! সিদ্ধার্থ নহাক, মী অতৈনদি নোক্তুম নোক্কদবা অমসুং নশামকসু খর লৈরগদি নোকনীংলক্কদবা, অৱাবা অমা মায়োক্নরে হায়বা ঐ উরে'।

সিদ্ধার্থনা ৱা মচেৎ অমত্তা খুল্লমদে। মখুত্তা শীংজং অমা পায়রদুনা মহাক্না পোঙ্ অমা শাবা হৌগৎলমই অমসুং মদু বাসুদেবনা শীনা পুনশিনবদা মতেং পাংশিল্লমই। অদুগী তুংদা মখোয়নি হোনবা হৌরকই; থাপ্না হোনদোরক্লে অদুগা পোঙ্ অদু ঈচেলদুদগী হঙ্গৎনা অসোমথংবা তোর্ব্বান ৱাংমা তানা হোল্লমই। 'নঙ্না শীংজং পুরক্লিবসি করিগীনো' ? সিদ্ধার্থনা হংলমই। বাসুদেবনা হায়রকই : 'ঐখোয়গী হিদুগী নৌ অদু লৈরমদবা য়াই' ।

তৌইগুম্বসুং মাগী মরূপ্না খল্লিবদু খঙলমই - নৃপামচাদুনা লমন খুম্বগী মশক্ ওইনা অমসুং মাবু তান্নরকপা ঙমদনবা নৌ অদু থুদেকলম্বা নত্রগা ঈশিংদা লংথরম্বা য়াই। হায়গুম্লদনা, চান্ননা, নৌ অদু হিদা য়াওরমদ্রে। বাসুদেবনা হিনুংদা খূদোম্বী থিল্লগা মাগী মরূপ অদুদা মোমোন তৌরমই - 'নঙগী নচানীপাসিনা হায়নীংলিবসি করিনো হায়বা নঙ্ উদবরা' হায়বা মতাগুম। নঙ্ উদ্রা - ঐখোযনা মাগী খোঙ্গুল লীরকপসি মানা অমুক হন্না পামদ্রে হায়বসি। তৌইগুম্বসুং মানা মদু ৱাহৈনা ফোঙদোক্লমদে অমসুং নৌ অতোপ্পা অমা শাবা হৌগৎলমই। সিদ্ধার্থনা মঙোন্দা অঙাং অদু থিরুগে হায়রমই। বাসুদেবনা মাবু থিংলমদে। সিদ্ধার্থনা মতমশাংনা উমং মনুংদা কোয়থি-থিরমই, মমৈথঙদা ভাব তারক্লে - মানা থিরিবদু অরেম্বনি হায়বা । নৃপামচা অদু উমং থাদোক্তুনা চৎখিবা কুইরে অমসুং সহর য়ৌখ্রে হায়বা অমা, নত্রগা মাবু তান্নরকপা মীশিংনা ফংদনবা মহাক্ লোত্তুনা লৈরে হায়না মানা খল্লমই। অদুদগী মহাক্না মুন্না ৱাখল তৌরবা তুংদা মশাদা ফাওরক্লমই

- অমুক হন্না মহাক্না মচানীপাদুগী মরমদা ব্রাবা তৌরুদ্রে অমসুং মাগী মপূক্লিংদা ফাওরমই মদুদি অঙাং অদু থোইদোকপা অব্রা অনামক্তি তাবা লৈতে নত্রগা জঙ্গল মনুং অদুদা খুদোংথীবা নংখিবা লৈতে হায়না। অদুম ওইনমক্, মহাক্না মখাতানা থিরমই, মাবু কনগে হায়বগীদি নত্রে, মহাকপু হাইফেৎ উনিংবগুম্বা আশা অমগা লোয়ননা মহাক্না সহর অদুগী ফীবান ফাওবা চৎলমই। মহাক্না সহর মনাক্কী অপাকপা সোড়োক্তু য়ৌরকপা মতমদা, মতম অমদা কমলাগী ওইরম্বা ঈরাংগী লৈকোল - মফম অদুদা ইহান হানবা ওইনা মহাক্না, কমলানা দোলাই তোংদুনা লাকপদু উখিবা - অদুগী থোঙ্গালদা তৃমিন্না লেপ্তুনা লৈরমই। হৌখিবা পূম্বদু মাগী মীৎমাঙদা চোংথোরক্লমই। হান্নগী মতমগুম্না, মফমদুদা মহাক লেপ্লি হায়না খল্লি - য়াম্না নহা ওইরিবা, মকোই চোম্বা, মফি য়াওদবা, উফুলনা মশাদু য়োম্লবা সামান অমা ওইনা। সিদ্ধার্থনা মফম অদুদা য়াম্না কুইনা লেপ্তুনা লৈরমই অমসুং লৈকোল অদুগী হাংদোক্লবা থোঙ্গাল মনূংদা য়েংশিল্লমই। নীংথীরবা উ ময়ামদুগী মখাদা লম্বোইবা ময়াম্না কোয়চৎ চৎপদু উরমই। মতমশাংনা মহাক্না মফমদুদা লেপ্তুনা লৈরমই - ব্রাখল তৌরদুনা, থৌদোক্ কয়া য়েংলদুনা মাগী পুন্সিগী ব্রারীবু য়েংলদুনা। লম্বোইবশিং অদুবু য়েংদুনা মহাক্না মতম শাংনা লেপ্তুনা লৈরমই অমসুং মখোয়শিং অদুগী মহুত্তা নহা ওইরিবা সিদ্ধার্থগা কমলাগা অৱাংবা উজাউশিং অদুগী উখাদা চৎপা ওইনা উরমই। মহাক্না ময়েক্ শেংনা উরমই - মাবু কমলানা সেবা তৌবা অমসুং ইহান হানবা ওইনা মহাকপু চূপখিবা। মহাক্না উরমই - মতৌ করম্না মহাক্না সামান ওইরিঙৈগী মতমদুবু উশিত্তনা অমসুং তৃক্কচনা য়েংখিবা অমসুং মতৌ করম্না য়াম্না চাউথোকচবা অমসুং হকচীন্না পাম্বা অমগা লোয়ননা সংসারগী পুন্সিদা খোঙদাবা হৌখিবা। মহাক্না কামাস্বামীবু উরকই - মাগী মীনাইশিং, চাকচা-হৈজানবশিং, চৌবর শান্নবশিং, জগোয় শাবীশিংদু। মহাক্না পোন মনুংদা হাপ্লিবা কমলাগী ঈশৈ-শকপা উচেক্ মচাদু উরমই, মহাক্না পূম্নমক্ অসি মথং মথং নীংশিংলকই মহাক সংসারদা লূপ্লুরবনি, অদুদগী মহাক অহল ওইরক্লে অমসুং চোকথরে, অদুদগী পুন্সি অসিদা

হৈনীংদবা অমুক হন্না ফাওরমই পেল্লমই অমসুং শিবা পাল্লমই, অদুদগী শেংলবা 'ওম' হায়বা মন্ত্র অসি অমুক হন্না তারমই।

লৈকোল অসিগী থোঙ্গালদা কুইনা লেপ্লবা তুংদা, সিদ্ধার্থ জ্ঞান তারক্লে - মহাকপু মফমসি তানা পুরকখিবা মাগী অনীংবশিংদু অপঙ্বনি - মহাক্না মচানীপাবু মনীং থুংহনবা কৈদৌনুংদা ঙম্লোই। চেনখ্রবা অঙাং অদুবু মহাক্না হক্চীন্না নুংশিবা অমা ফাওরকই - থাঙ্না শোক্লবা অমগুম্না, অদুগা লোয়ন-লোয়ননা, অশোকপা অসি মঙোন্দা মতম শাংনা লায়জৌদুনা লৈগদবা নত্তে, ফজখিগনি হায়না ফাওরমই, অশোকপা অদুগী চৈনাখোল লৈরিবা মরম্না, মহাক ৱাদবা ঙম্লমদে। মচাগী খোঙ্গুল লীদুনা মহাক্না মফমদু য়ৌরকখিবা পান্দমগী ওন্ন-তৈনবদা, মঙোন্দা শুপ্নগী মালং ওইরে। মথ্বায় নুংঙাইতনা মহাক্না ফমথরমই। মাগী থমোইনুংদগী করিগুম্বা পোৎশক অমা শিখ্রে হায়না ফাওরমই। মহাক অমুক হন্না মশাদা নুংঙাইবা ফাওদ্রে, পান্দম অমত্তা লৈত্রে। মহাক্না মফমদুদা নীংবা কায়না ফম্লমই অমসুং ঙাইরমই। মসি মহাক্না তুরেল অদুদগী তম্বা পাড়ানি : ঙাইবা, অখাঙ্-কনবা, মুন্না তাশিনবা। মহাক্না ফম্লমই অমসুং উফুল হৌরবা লম্বী অদুনা ঙাঙ্বা তারমই, য়াম্না ৱানা মিহুল হুল্লিবা মাগী অনা লোইরবা থমোই অদু তারমই অমসুং অতোপ্পা খোঞ্জেল অমবু ঙাইরমই।

মহাক্না মফমদুদা নীংগাঙ্না ফমথরমই অমসুং মতম শাংনা তাদুনা লৈরমই, করিমত্তা উরমদে, অহাঙবদা তাউরমই অমসুং কৈদৌগদগে খঙ্দনা মশাদু লৈখা য়ৌনা লূপথহল্লমই। অদুদগী মাগী অশোকপদুনা চৈনাখোল হেন্না কনখৎলকপা মতমদা, মহাক্না 'ওম' হায়বা মন্ত্র অসি মখোন থোক্তনা শোল্লমই - মশাদু 'ওম' না থূমহৎলমই। লৈকোলদা লৈরম্বা সন্যাসীশিং অদুনা মাবু উরমই, অমসুং মফমদুদা কুইনা নীংগাঙ্ ফমদুনা লৈরবা মরম্না, মাগী ঙৌরবা মশম অদু উফুল ঙাক্তা ঙায়রমই, সন্যাসী অমা মাগী মনাক্তা চঙশীল্লক্কুনা লফোয় অনিখক্ মাগী মমাঙ্দা থম্লমই। অহল ওইরবা নীপা অদুনা মহাকপু উরমদে।

খুৎ অমনা মাগী লেংজুমদা পায়রকপদগী মাগী মঙ্দ্রং অদুদগী মীকপ থোক্লমই। তপ্না, য়াম্না কিনা শোক্লকপা মতৌ অদুদগী মহাক্না কনানো হায়বা মশক্ খঙলমই অমসুং মহাক হান্নগী মশাগী ফীভমদা অমুক হঞ্জিল্লকলমই। মহাক্না হৌগৎলমই অমসুং মাগী খোঙ্গুল লীরকখিবা বাসুদেববু তরাম্না কৌরমই। মহাক্না বাসুদেবগী মিনুংশি চেল্লবা মায়থোং অদু উবদা, হায়রপ নোক্লিবা মহাক্কী মমায়গী অখুইবশিং অদুদা য়েংলমই, মহাকসু মোমোন তৌরমই। মতমদুদা মহাক্না মনাক্তা থনল্লিবা লফোয় অদু উরকই। মদু মানা লৌখৎলমই, হিরানবা নীপা অদুদা অমা পীরমই অতোপ্পা অমদুনা মহাক্না চারমই। অদুদগী মহাক্না বাসুদেবগা লোয়ননা উমংদু ফাওদুনা হিরানফমদু তানা হল্লকলমই। করি থোকখ্রবগে, অনিমক্না অমত্তা হংনদে, কনামত্তসু অঙাং অদুগী মমিং পন্নদে, কনামত্তসু মহাক্না চেনখিবদুগী মরমদা ঙাওনদে নত্রগা চৈনাখোল ফংলিবা অশোকপা অদুগী মরমদসু। সিদ্ধার্থনা খাংপোক অদুগী মনুংদা থারিবা মাগী ফমুংদা চঙখিরমই অমসুং মতম ঙহাক লৈরগা বাসুদেবনা য়ুবী মহী খর পীগে হায়না মাগী মনাক্ চঙলুবদা, মহাক তূমথরল্লে।



# ওম্

অশোকপা অদুগী চৈনাখোল মতম শাংনা ফাওরমই। মাগী মাগী মচানীপাশিং পুনরগা লমচৎলিবা মীওই কয়ামরূম সিদ্ধার্থনা তুরেল অদু লাম্থোকপিরমই অমসুং মখোয়শিং অদুবু কল্লক্তবা মখোয়গী মরমদা খন্দবা ঙম্লমদে। মী কয়ানা অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা নুংঙাইবা অসি ফংই - ঐদি করিগী ফংদ্রিবা ? ফৎখিদ্রবা মী ফাওবা, হুরানবা অমসুং ডাকু ফাওবা মচা লৈ, মচাবু নুংশি, মখোয়নসু নুংশি - শুপ্লগী ঐ ইথন্দা মঙায়রে। মরম অসিনা অঙাং মচাদৌনা অমসুং মরম চাদনা, মহাক্না ৱাখল তৌবা হৌরকই, মীচম অমগী মতৌগুম্না। মহাক অসিগী ফীভমসি য়ৌরে।

মহাক্না হৌজিক মী অতৈদা, মানা হান্না য়েংলম্বা মীৎয়েংদগী তোঙানবা অমা ওইনা য়েংবা হৌরক্লমই - য়াম্না হৈ-শিংবা শাবসু নত্তনা, কা হেন্না চাউথোকপসু তৌদনা, মরম অসিনা য়াম হেন্না তরাম্না, খঙনীংনা অমসুং নুংশিবা মীৎয়েংদা।

হৌজিক্ মঙোন্দা, চাংচৎ অমা ওইনা, লম চথোক চৎশীন তৌরিবা ময়াম - কারবারৱালাশিং, লাম্মীশিং অমসুং নূপীশিং - অসি তুরেল লাম্থোকপীবা মতমদা, মমাঙ্ঙৈগী মতৌগুম্না মখোয়শিং অদু মশক খঙ্দবা মীতোপ ওইনা থোক্লে। মখোয়গী ৱাখল অমসুং মীৎয়েং করিনো খঙদে অমসুং মদুদা মানা য়াওশিল্লুবসু তৌদে তৌইগুম্বসুং মখোয়গা লোয়ননা

পুন্সিগী ইথিল অমসুং অপাম্বদদি শরূক য়ারমই। মহাক্না মশাগী অকক্লবা নীয়ম নিতি অমা ঙাক্লা চৎপগী অৱাংবা থাক য়ৌরগসু অমসুং হন্দক্তা নৌনা ফংখিবা অৱাবগী চৈথেং অদু চপ চানা খাঙ্বা ঙম্লগসু, হৌজিক্তি মীচমশিং অসি মাগা হেক পোকমীন্নবা মচীন মনাউদৌনা ফাওরমই। মখোয়গী চাউথোকচবা, অপাম্বা কান্নদবা পোৎ মচা মচাশিং অদু মাগী মফমদা অমুক হন্না ওইথোক্তবা ওইনা থোক্ত্রে; মখোয় পূম্নমক অদু লোইনা অর্থ লৈবা, নুংশিনীংঙাই ওইবা, ঈকাই খুম্নবা ফাওবা য়াবা পোৎশক্ ওইনা থোক্লমই। মমা অমনা মচা অমবু অচুম-অরান খঙদনা নুংশি, লুনা তৌবা মপা অমনা মদোম পোকচবা মচানীপা অমদা অচুম-অরান থিদনা পঙ্না চাউথোকচৈ; নহা ওইরিবী থোইচৎনবী নূপী অমনা জ্ঞান-মেন তাদবমখৈ লৈতেংগী পোৎলমশিং পামই অমসুং নুপানা মহাকপু থাগৎপিবা পামই। অসিগুম্বা, পীক্লবা পঙলবা - তৌইগুম্বসুং ঙমখৈ লৈতনদি মপাঙ্গল লৈখ্রবা, মরূ ওইখ্রবা, থমোইগী ইথিল অমসুং অপাম্বা পূম্নমক্ অসি সিদ্ধার্থগী মফমদা করিসু কান্নদবনি হায়না অমুক হন্না উরক্ত্রে। মখোয়শিং অদুগীদমক্তা মীওইবনা হিংই অমসুং শীংথাবা য়াবা থবক্ কয়া পাঙথোক্লে, লমদা চৎলি, লান শোক্লে, হায়নীংঙাই লৈতনা অৱাবা খাঙ্ই অমসুং মদু পূম্নমক্ অদুবু মহাক্না নুংশিরমই। মখোয়গী অপাম্বা অমসুং দরকারওইবশিং অদুদা মহাক্না পুন্সিগী অশেংবা শক্তম্, মতীং অমসুং অমাঙ-অতা নাইদ্রবা ব্রহ্মবু উরমই। মীশিংনা মরম লৈতনা থাজরিবা, মখোয়না মরম খঙ্দনা অইন-কনবা অমসুং মপাঙ্গল ফৃদোকপা অদুগীদমক্ মখোয়বু নুংশিবা অমসুং থাগৎপদা মতীক্ চায়। পীক্লবা পোৎ মচা অমা, পীক্খ্রবা পোৎ মচা অমা নত্তনা সাধু সন্যাসী অমসুং জ্ঞানীশিংগী মশাদা য়াওবা পোৎলম অমত্তা ৱাত্তে - পোৎলম অদুদি - পূন্সিদা পোৎ অমগা অমগা লোইনা মরী লৈনৈ হায়বা জ্ঞান অসিতং অমসুং মসিগী জ্ঞান, মসিগী ৱাখল অসিবু অদুক য়াম্না মমল লৈব্রা হায়বসি ফাওবা সিদ্ধার্থগী পূক্লিংদা কয়ারক্ হন্না চিংনবা পোক্লমই; মখোয়শিং অসি জ্ঞানীশিংগী অঙাং মানবা থৌওং মশানা মশাবু চীরোঞ্জবা অমা ওইরম্বসু য়াই। সংসারসিদা লৈরিবা মীচমশিং অসিগা

জ্ঞানীশিংগা হিরম খূদিংদা মান্নে, করিগুম্বা মতমদা মখোয়দগী হেনবসু লৈ - শানা মীদগী অখাঙ্ কনবা অমসুং লেপ্তুনা হোৎনবদা অয়াম্বা মতমদা হেনবগুম।

সিদ্ধার্থগী মপূক্ মনুংদা, জ্ঞান হায়বসি তশেংনা করিনো অমসুং মহাক্না মতম শাংনা থিদুনা লাকখিবা পন্থুংফমদু করিনো হায়বা ৱাখল্লোল অসি সিদ্ধার্থগী থমোইদা তপ্পা তপ্পা ময়েক্ শেংলক্লমই। মসিদি আত্মা অসিবু শেম শাদুনা লৈহনবা, থবক তৌনীংবগী শক্তি চেলহনবা, ৱাখল খনবগী অথূপ্পা কলা বিদ্যা ইশাদা ফাওহনবা অমসুং সংসারদা লৈরিবা পোৎ-চৈশিং অসি অমগা অমগা তৎন-থানবা লৈতবা মরী লৈনৈ হায়বা অসি মিকুপ খূদিংদা ফাওহনবগিনি । ৱাখল অদু মাগী থমোইদা খর খর মপূং ফাবা হৌরক্লমই অমসুং বাসুদেবগী মল্লবা অঙাংগী মতৌগুম্লবা মায়থোংদা মমি তারমই ; পোৎ খূদিংমক্কী অমগা অমগা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা, সংসারসিগী অমাঙ-অতা লৈত্রবা অপূনবগী শক্তম অমসুং মপূং ফাবা।

তৌইগুম্বসুং অশোকপা অদু হৌজিক ফাওবা চৈনাখোল কন্না ফাওরি। সিদ্ধার্থনা য়াম্না খৌরাংনা অমসুং অদুক হাক্না পেনবদি নত্তনা, মচাগী মরমদা খল্লমই, মাবু নুংশিবা অমসুং থোৎনা-নৌনা খনবা ৱাখলদুদি মাগী থমোইদা অদুম য়োক্তুনা থল্লি, মৈচাক অদুনা মঙোন্দা চাক্লি, নুংশিবগী অপঙবা থবক পূম্নমক্ লোইনা তৌরমই। মৈরি অদু মশা মতোমতা মুৎচখিরমদে।

নোংমা অশোকপদুনা অকিবা ফংনা চৈনা ফাওহল্লবা মতমদা, সিদ্ধার্থনা উনিংবগী মৈচাক্লা চাক্লদুনা, তুরেল অদুগী ৱাংমদা হি হোন্দুনা চৎলমই অমসুং হি অদুদগী কাখৎলমই - সহরদা চৎলগা মচা নিপাদু থিরুগে হায়বগী পান্দমদা । তুরেলদু ঈংনা তপ্পা চেল্লমই, মতমদু ঈকং থানি তৌইগুম্বসুং মাগী খোঞ্জেল অদু মহৌশাগা মান্নদবা ওইনা তৌরমই। মদুগী তুরেলদু নোক্লি; মখ্বায় তানা নোক্লি ! মহাক্লা অহল ওইরবা হিরানবা অদুদা ময়েক শেংনা অমসুং হরাউনা নোক্লি। সিদ্ধার্থনা চপ লেপ্তুনা লেঙদনা

লৈরমই; মহাক্না খরা হেন্না নীংথিনা তাবা ফংনবা নোম্বরমই। মখোন থোক্তনা চেল্লিবা ঈশিং অদুদা মাগী শকফম্ অদু মমি তারমই অমসুং মহাক্না মতম কুইনা কাউখ্রবা অমা নীংশিংহল্লমই, অমসুং মদু করিনো মুন্না খন্থরবা তুংদা নীংশীংলকই। মাগী শকফম অদু, মতম অমদা মহাক্না মশক খঙখিবা অমসুং নুংশিখিবা, কিবা ফাওবা কিখিবা অতোপ্পা মীশক অমগী মাল্লমই। মদু মাগী মপাবুং ব্রাহ্মন অদুগী মশক্কা মান্নরমই। মানা নীংশিংলমই - মতৌ করম্না পাখংমচা অমা ওইরিঙৈদা মহাক্না মাগী মপাবু থাদোক্তুনা সন্যাসীশিং অদুগী মরক্তা তিনখ্রগে হায়বদু নমদুনা য়াহনখিবা, মতৌ করম্না মহাক্না মঙোন্দগী বিদায় লৌরকখিবা, মতৌ করম্না মহাক্না য়ুম থাদোক্লগা অমুক হন্না হল্লকখিদবা। মাবু পোকপা মপা অদুসু মানা ঙসি মচা কায়নবগী মৈচাক্না চাক্লিবা অসুম্না চাকখিবা নত্রা ? মাগী মপা অদুসু মাগী মচানীপাগী মশক অমুক হন্না উবা ফংদনা মথন্তা কনামত্তা মনাক্তা লেপ্লিনীংঙাই লৈতনা তরক্লা শিখিবা কুইরবা নত্রা ? মহাক মশামকসু অদুগুম্বা লাইবক মঙোন্দসু থোকপা য়াই খনখিবা নত্রা? অঙকপা অমসুং অপঙবা থবক অমুক হঞ্জিল্লকপসি, লাইবকনা তম্লকপা চক্র অসিদা ওইরক্লিবা থৌদোকশিং অসি নুংঙাইবা পোলোই নত্তবরা ? তুরেল অদু নোক্লমই। মানি, মদুমক্লি মানা ঙসি ওইরিবা ফীভম।

ব্রাগদবা মখৈ ব্রাথোক্তুনা অরেপ্পা অমা খঙদোক্ত্রিবা পোৎ খৃদিংমক অমুক হেক্তা হৌরকই অমসুং অব্রাবদুমক্ পূমনৌ নৌনা অমুক হন্না খাঙ্বা তারমই। সিদ্ধার্থনা হি অদুগী মথক্তা অমুক হন্না কাখৎলমই অমসুং খাংপোকশঙদু তানা হোল্লমই - মাবু পোকপা মপাগী মরমদা ব্রাখল তৌনা, মচানিপাগী মরমদা ব্রাখল তৌনা, তুরেল অদুনা লঙ্নরদুনা, থমোইদা মথন্তা করি তৌসিগে খঙজিলক্তবদগী নীংবা কায়গদৌরবা অমসুং মশামক্তা অমসুং সংসার পূম্বসিদা খাক্ল-খাক্ল নোকশীন্নীংবা পোক্লদুনা। অশোকপা অদু মতমদুফাওবা কন্না চৈনা ফাওরমই; মতমদু ফাওবা মানা ওইরিবা লাইবক অদুগা কন্না লাম্ন্থেংনরি। মতমদুফাওবা মাগী অব্রাবশিং অদু খর ফগৎলকপা অমসুং মায়পাকপা ওইদ্রি। অদুমকপু আশা লৈরি খল্লমই অমসুং

মহাক্না খাংপোকশং অদুদা বাসুদেবগী মফমদা মশাগী অশোনবা পূম্নমকসি ফোংদোকনীংবগী মঙোন্দা পূম্নমক তমথোকনীংবগী থিংবা ঙমদ্রবা পূক্লিংগী ইথিল অমা ফাওরক্লমই- মঙোন্দা পূম্নমক তমথোকপা, তাবগী কলাদা মপূংফারবা মীশক অদুগী মফমদা অখাকপা লৈতনা হায়দোকপা।

বাসুদেবনা থুমোক অমা শারদুনা খাংপোকশং অদুদা ফমদুনা লৈরমই। মহাক হিরানফমগী হি অদু অমুক হন্না হোনবা তোক্লে; মাগী মমিৎ অনি অদু শোঞ্জীল্লক্লে অমসুং মখুৎ অমসুং মপাম্বোমসু অদুমঙায় তৌইগুম্বসুং করিমত্তা হোংদবা অমসুং ময়েক লানা লৈরিবদি হরাউবা অমসুং ঈংলবা মোং-হাদবা মাগী মায়থোং অদুনি।

সিদ্ধার্থনা অহল অদুগী মনাক্তা ফমথরমই অমসুং তপ্না ঙাঙ্বা হৌরক্লমই। মহাক্না মতমদুদা মমাঙঙৈদা মানা অমুক্তা হায়খিদ্রিবা ৱা অমা হায়রকই, মতৌকরম্না মহাক্না মতমদুদা সহরদা চৎখিবা, মাগী অশোকপা অদুনা মঙোন্দা হায়নীংঙাই লৈতনা অনাবা চৈনা ফাওহনখিবা, নুংঙাইরবা মপা কয়া উরুবদা মানা কল্লকচখিবা, অসিগুম্বা ৱাখলশিংগী অপঙ্বদু ভাব তারকপা, পূম্নমকসিগা কান্নদবদা মহাক্না মূক্লদুনা লাকখিবশিং। মানা পূম্নমক অসি পল্লমই, মহাক্না মঙোন্দা অমত্তা চীথদনা হায়দোকপা ঙম্লমই - খ্বায়দগী হেন্না নুংঙাইতবা পোৎশিং অদুফাওবা; মানা লোইনা হায়দোকপা ঙম্লমই। মহাক্না মাগী অশোকপদু ফোংদোক্লমই, নুমিৎ অদুদা মানা য়ুম থাদোক্তুনা চেল্লকখিবা অদু তম্লমই, মতৌ করম্না মহাক্না সহর য়ৌনা চৎনবগী পান্দমদা, তুরেল ৱাংমা তানা হি হোন্দুনা চৎখিবা অমসুং মতৌ করম্না তুরেল অদুনা মঙোন্দা লঙনরকপা।

মানা মথং মথং হায়থরকপদা বাসুদেবনা য়াম্না চীং লেম্না মানা ঙাঙলিবা পূম্বদু তাদুনা লৈবা মতমদা, বাসুদেবনা মহৌশাদগী কা হেন্না পূক্লিং চঙ্না তাবদু সিদ্ধার্থদা ফাওরমই। মাগী মপূক্লিং লাঙ্বা, মাগী লাঙ্তক্লবশিং অমসুং মহাক্কী ফোংদোক্তবা অনীংবশিংদু মঙোন্দা ঈচেল ওইনা পাশিল্লমই অমসুং হন্না অমুক চেম্বোকখিরমই। মাগী অশোকপশিংদু

তাবিবশিংগী মফমদা হায়দোকপা হায়বসি মাগী মফমদদি তুরেলদা লূপ্তুনা মশাদু ঈংহল্লগা তুরেল অদুগা অমত্তা ওইনা তিনবগা পাংখকনি। মানা মথং মথং হায়রকপা অমসুং শোয়খিবা পুন্বদু মশানা য়াজরকপা মতমদা সিদ্ধার্থদা কন্না ফাওরমই মদুদি মহাক অসি বাসুদেব ওইরক্ত্রে, মানা ঙাঙবা তারিবা মী অমা ওইরক্ত্রে। মশা হাইহুমদনা লেঙ্খোৎপা তৌদনা তারিবা মীশক্ অসিনা, পাম্বীনা ঈশিং চূপশিনবগুম, মানা ফোংদোক্লিবা অৱাবগী পাউদম পূম্বা মুন্না মবুক্তা হাঞ্জিন্দুনা থম্লি; অমসুং মশা হাই-হুমদনা লৈরিবা নীপা অসি তুরেল অদুমকনি, মহাক অদু ঈশ্বর মহাকমক্লি, মহাক অমাঙ্-অতা লৈতবা অদুমকনি। সিদ্ধার্থনা মশাগী মরমদা অমসুং মাগী অশোকপা অদুগী মরমদা খনবা লেপখিবগা বাসুদেবদা ওইরক্লিবা অওনবা ফিভমদু উরমই অমসুং মহাক্লা অদুক্কী মতীক্ মুন্না খঙলিবমখৈ মঙোন্দা অঙকপা ওইনা থোক্লকম্বদু খর খর ময়েং তারমই, পূম্নমক অসি হৌনশানি অশোয়বা অমত্তা য়াওদে, বাসুদেবদি মহৌশাদগী হৌনা অদুম্না হেক তৌবনি - মানা খঙদবননি; তশেংনা হায়রবদা, সিদ্ধার্থ মশামকসু মহাক্তা ঈখেনবু খেন্নরমদে। মীওইবনা ঈশ্বরবু কিনা লুনা ভক্তি কৎচবগুম, বাসুদেববু ঈশ্বরমক্তা পাংখক ওইনা খনবা অমা হৌজিক মঙোন্দা ফাওরমই অমসুং মদু পঙকুই কুইবা য়ারোই। থমোইনুংদা মহাক্লা বাসুদেবদগী বিদায় লৌরমই। মরক অসিদা, মহাক্লা মখা তানা ঙাঙবা লেপ্লমদে। মহাক্লা ঙাঙবা লোইরবা তুংদা মাগী হায়ফেৎ মমি শাম্লবা মীৎয়েং অদু মঙোন্দা ওনশীল্লকলমই। মহাক্লা ৱাদি ঙাঙলমদে অদুবু মাগী মায়থোং অদুদগী নুংশিবা অমসুং মোং-হাদবা, ভাব তাবিবা অমসুং লৌশিংগী মঙাল ফাওরক্লমই। মহাক্লা সিদ্ধার্থগী মখুৎ অদু চিংলগা তুরেল মপালগী ফমফমদু তানা পুরমই, মখোয়নি মদুগী মথক্তা ফমথরমই অমসুং তুরেল অদুনা মোমোন তৌরমই।

'নঙনা মহাক্লা নোকপা তারে', মহাক্লা হায়রকই, 'তৌইগুম্বসুং তাগদবা পূম্নমক্তি লোইনা তাদ্রি। ঐখোয়'নি তাসি, নঙনা ঐঙোন্দগী খরসু হেন্না তাবা ফংগনি'।

মখোয়নি তামীন্নরমই। খোন্থোক কয়া ফাংলবা তুরেল অদুগী ঈশৈনা তপ্পা খোন্থাং য়ৈরক্লমই। সিদ্ধার্থনা তুরেল অদুদা য়েংলমই অমসুং অচেনবা ঈশিং অদুদা শক্লোন কয়া উরমই। মানা মাগী মপাবু উরমই - মতোমতা তরক্-তরক্ মচানিপাগীদমক অৱাবা মৈচাক খাঙ্লিবা; মহাক্লা মহাক মশামক্কী শক্তম উরক্লমই - মহাকসু মথন্তা তরক-তরক, তামখ্রবা মাগী মচানীপা অদুগা উন্ননীংবগী খৌরাংবগা লোয়ননা; মানা মাগী মচানিপাদু অমুক উরকই - মাসু কনা য়াওদনা তরক্-তরক্ পুন্সিগী অপাম্বশিংগী মৈরিনা য়োল্লবা লম্বীদা য়াম্না থৱায় তানা চঙশীল্লিবা; মখোয় খূদিংনা মাগী মাগী পন্থুংফম য়ৌনবগী ব্রাখন্দা ঙাওরদুনা অমসুং মখোয় খূদিংমক্ অৱাবা কয়া মায়োক্লদুনা। তুরেল অদুগী খোঞ্জেল অদু অৱাবনা থল্লমই। মহাক্লা অৱাবা অমসুং ঈখৌলাংবগা লোয়ননা ঈশৈ শক্ল-শক্লদুনা মাগী পন্থুংফম তানা চেন্থরমই।

'নঙ্ তাব্রা'?, বাসুদেবগী লোন্থোক্তবা মীৎয়েংদুনা হংলমই। সিদ্ধার্থনা খর হেন্না মুন্না তানবা হোৎনরমই। মাগী মপাবুংগী মমি, মহাক মশাগী মমি অমসুং মাগী মচানীপাগী মমি - ময়াম অদু অমনা অমদা চেনশীন্নরমই। কমলাগী শক্তমসু য়াওরক্লে অমুক চেন্থখ্রে অমসুং গোবিন্দগী শক্তম্ অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংসু উরক্লে অমসুং মথং মথং চেন্থখ্রে। মখোয় পূম্নমক অদু তুরেল অদুগী শরূক অমা ওইখিরমই। মখোয় পূম্নমক্কী পন্থুংফমদু অমত্তনি - খৌরাংবা, অপাম্বা অমসুং অৱাবা নংবা; অমসুং তুরেল অদুগী খোঞ্জেলদুদা খৌরাংবা, অশোকপগী কল্লবা চৈনাখোল, নীংবা থুংখিদ্রবা অপাম্বনা চোন্না য়াওরমই। তুরেল অদুনা মাগী পন্থুংফম তম্না চেন্থরমই। সিদ্ধার্থনা তুরেল অদুনা তফিং-তফিং চেনবা উরমই; সিদ্ধার্থনা মহাক মশামক্ অমসুং মাগী শাগৈ-নাতৈ অমসুং মানা হেক্ থেংনখিবা মী পূম্নমক্লা শাবা তুরেল অদুনা য়াঙ্না চেন্থবদু উরমই। ঈথক্ পূম্নমক্ অমসুং ঈশিং অদুনা অৱাবা মৈচাক কোকথোং নাদুনা মাগী পন্থুংফম য়ৌনবা-পন্থুং মশিং য়ামখ্রে-খোঙলৈ য়াঙ্না চেন্থরি - ঈশিং চাইবী তম্না, সমুদ্র তম্না, ঈচেলদুদা, মহাসাগর তম্না অমসুং পন্থুং খূদিংমক্

লোইনা য়ৌরমই অমসুং পন্থুং অমগী মথংদা অমা অমুক মখা শমথরক্লমই। ঈশিং অদুনা মনিলগী শক্তম লৌদুনা থক্তা পাইখৎলমই, নোং ওল্লমই অদুগা অমুক হন্না চুথরক্লমই, চীংজুম, খোং মচা, ঈফুৎ, লৌখোং অমসুং তুরেল ওইরকই, অনৌবা শক্লোন ওল্লকই অদুগা অমুক নৌনা চেন্থখিরমই তৌইগুম্বসুং ঈখৌ লাংলবা খোঞ্জেল অদুদি পুমতোপ তোপ্পা অমা ওনখ্রে। খোঞ্জেলদুনা য়াম্না মথ্বায় ৱানা অমসুং কোয়থিথিদুনা খোম্থাং য়ৈরি তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা খোঞ্জেল অতৈসু য়াওশীল্লমই - অৱাবা অমসুং নুংঙাইবগী খোঞ্জেল, অফবা অমসুং ফত্তবগী খোঞ্জেল, নোকপা অমসুং তেংথাবগী খোঞ্জেল, খোঞ্জেল চামা, খোঞ্জেল লীশীং অমা।

সিদ্ধার্থনা মুন্না তারমই। মতমদুদা মহাক্না থৱায় য়াওনা, মপৃক্লিং চোইথোক্তনা, মাগী থমোইদু পৃমহাঙ্-হাঙ্না, পৃম্নমক অমত্তা চীথদনা লৌশিন্দুনা তারমই। হৌজিক মহাক তাবগী কলা-বিদ্যা অসি নীংথিনা হৈরে হায়না মশাদা ফাওরমই। পৃম্নমক অসি মহাক্না মমাঙৈদা তোয়না তাখ্রে - তুরেল অসিগী মখল মথেলগী খোঞ্জেলশিং অসি, তৌইগুম্বসুং ঙসিদি পৃম্নমক্ অসি তোপ তোপ্পা মখল অমা ওইনা তারমই। তোঙান তোঙানবা খোঞ্জেলশিং অদুগী খেন্নবদু মহাক্না অমুক হন্না খঙবা ঙমশিল্লক্রে - হরাও তয়ামগী খোঞ্জেলদগী থম্মোয় কায়রবা খোঞ্জেল, অঙাংগী খোঞ্জেলদগী অহলগী খোঞ্জেলদু। মখোয়শিং অদু অমগা অমগা তিনশিন্নরমই: অপাম্বা থিরকপা অমগী তেংথাখোল, জ্ঞান লৈবা মীশক অমনা নোকপগী খোঞ্জেল, নীংবা কায়বগী মীকপ মীরাউখোল, শিরমদাইগী নাহেবা। মখোয়শিং অসি অমনা অমদা ফেনজিনবা অমসুং চেৎনা ফাজিন্নরমই, লীশিং অমা থোক্লা য়েৎশিন্নরমই। অদুগা খোঞ্জেল পৃম্বদু, পন্থুং পৃম্বদু, অপাম্বশিং অমসুং অৱাবশিং, নুংঙাইবা পৃম্নমক, অফবা অমসুং ফত্তবা পৃম্নমক্ -পৃম্নমক অসিগী অপুনবা শক্তমবু সংসার কৌই। মখোয় ময়ামগী অপৃনবা অদুনা থৌদোক পৃম্নমক্কী ঈচেলনি, পুন্সিগী ঈশৈনি।

সিদ্ধার্থনা তুরেল অদু পূক্লিং চঙ্না তাবা মতমদা, খোঞ্জেল লীশীং ফাংবা মাগী ঈশৈ অসি তাবা মতমদা, অৱাবা অমসুং হরাও তয়াম্বা মীনোক্ অদু মহাক্না অমুক হন্না তাখিদ্রে, মাগী আত্মা অদু করিগুম্বা থোইদোকপা পোৎশক অমত্তনা অমুক হন্না পুনখিদ্রে অদুবু পূন্নমক্ অসি মাগী নুংদা লোইনা লৌশিন্দুনা থন্নমই - মখোয় পূন্নমক্ অদু মপূং ফাবা অদু, অমগা অমগা অমত্তা ওইনা তিন্নবা অদু; অদুগী তুংদা খোঞ্জেল লীশীংগী মগুন চেল্লবা শুপ্নগী ৱাহৈ অমত্তনা শাবা ঈশৈ : 'ওম' - মপূং ফাবা ।

'নঙ তাৱা'? বাসুদেবগী মীৎয়েং অদুনা অমুক্ হন্না হংলমই । বাসুদেবগী মোমোন মীনোক অদু অরংবা ফাওরমই; মদুনা মাগী মল্লবা মায়থোংগী অখুইবশিং অদুদা ইরং লংনা ফাওগৎলক্লমই - 'ওম' না তুরেল অসিগী খোঞ্জেল ময়ামগী মথক্তা পাইদুনা লৈবগুম।

মাগী মরূপ্তা য়েংলুবা মতমদা মাগী মোমোন মীনোক অদু ঙানথোরক্লমই অমসুং মীনোক অদুমক্ সিদ্ধার্থগী মায়থোংদা ফাওরক্লমই। মাগী অশোকপা অদু ফরক্লমই, মাগী চৈনাখোল অদু মাঙখিরমই; মাগী আত্মা অদু অমত্তা ওইনা তিনখিরমই।

মীকূপ অদুদগী হৌরদুনা সিদ্ধার্থনা মাগী মরায়বক্তা তন্নকপা অদুগা লান্থেংনবা হায়না লেপখিরমই। জ্ঞানগী মোং-হাদবা শক্তম অদুনা মাগী মায়থোংদা ঙাল্লমই - অপাম্বা কয়ানা মাগী থমোইদা চিংথেক্লখিবা অদু মহাক্না অমুক হন্না থেংনখিদ্রে - মুক্তি ফংলবা মী অমগুম্না, থৌদোক খূদিংমক্কী ওইরক্লিবা ফিভম অদুগা চান্ন-চিন্ননা লৈবা মীশক অমগুম্না, পুন্সিগী ঈচেলগা ঈরোইননা, মিনুংশি অমসুং মীওইববু নুংশিবনা থন্না, মাগী হকচাং অসি চেন্থরক্লিবা ঈচেল অদুদা কখোক্তুনা, অপুনবা শক্তম অদুদা তিন্দুনা।

বাসুদেবনা তুরেল মপালগী ফমফম্ অদুদগী হৌগৎলকপদা অমসুং মহাক্না সিদ্ধার্থগী মমিৎ অদু উরুবদা - মদুদা জ্ঞানগী মঙান ফাওরকপা অদু উরমই; মহাক্না, য়াম্না মিনুংশি চেনবা অমসুং অহল অমা ওইবগী মওংদা

মাগী মরেংজুমদা তপ্না পায়রমই অদুগা হায়রকই; ‘ঐনা মসিগী পূংজা অসিতবু ঙাইদুনা লাকখিবনি, মরূপ। হৌজিক্তি অদুগুম্বা পূংজা অদু লাক্লে, ঐ চৎলগে। ঐ বাসুদেব, হিরানবা নীপা ওইদুনা লাকখি - মতম শাংনা। হৌজিক্তি পম্লুংফম য়ৌরে। বিদায় খাংপোকশঙ, বিদায় তুরেল, বিদায় সিদ্ধার্থ’।

খোঙশানখ্রগদৌবা নীপা অদুগী মমাঙ্দা সিদ্ধার্থনা মকোক নোন্না খুরুম্লমই।

‘ঐ মদু খঙ্বনি’, মহাক্না তপ্না হায়রক্লমই। ‘নঙ্ উমংদা চৎকদৌরব্রা ?’

‘মানি, ঐ উমং তম্না চৎলগনি; ঐনা পোৎ খূদিংমক্কী অমত্তা ওইবা শক্তম অদুদা তিল্লগনি’, বাসুদেবনা হায়রক্লমই মায়থোংদু মকা লাম্না।

অদুদগী মহাক চৎখিরমই। সিদ্ধার্থনা মাবু য়েংদুনা লৈহৌই। ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা অমসুং চীং লেম্বগা লোয়ননা মহাক্না বাসুদেববু য়েংলমই, শান্তিনা থল্লবা মাগী খোঙকাপশিং অদু য়েংলমই - মাগী মায়থোং অদু পূমলং-লংলদুনা অমসুং মাগী শকফম অদু মঙান্না থল্লদুনা।



# গোবিন্দ

কমলা হায়বী ওক্তংবী অদুনা মতম অমদা গৌতমগী খোঙলোয়শিংদা কথোক্লম্বা ঈরাং-লৈকোল অদুদা, গোবিন্দনা লম্বোইবা খরগা লোয়ননা মাগী অহাঙ্বা মতম খর লেল্লমই।

তুরেল অদুগী মনাক্তা লৈবা হিরানবা অহল অমা-মফমদুদগী নোংমগী খোঙচৎকী লম্বীনি- অমসুং মীওয় কয়ানা মহাপুরুষ অমমক্লি হায়না শোন্নরবা অমগী মরমদা ৱারী শানবা তারমই। গোবিন্দনা মফমদু থাদোরকপা মতমদা, হিরানবদু য়েংনীংবদগী হিরানফমলোমগী লম্বীদা লাক্লমই মরমদি - মহাক্লা পুন্সিচূপ্পা নিয়ম ঙাক্লা লেল্লকলবসু অমসুং লম্বোইবা অনৌবা মখৈনা মহাকপু, মাগী চহি মতাং অমসুং নোল্লুকপা লমচৎ-ব্যবহার অদুদগী য়াম্না ঈকায় খুম্নবা উৎলগসু, মাগী থমোইদা পোত্থাফম খঙদবা অমসুং মানা থিরকপা মপৃং ফাদবা অদু অদুম্মক ফাওরমই।

মহাক তুরেল মপাল য়ৌরক্লমই অমসুং অহল অদুদা তুরেল ৱাংমা লাম্থোকপিনবা হায়জরমই। তুরেল ৱাংমদা মখোয়না হিদগী কাখৎলবা মতমদা মানা অহল অদুদা হায়রমই: “নঙ্না লম্বোইবশিং অমসুং তীর্থ যাত্রীশিং অসিবু ওম্থোক্লা লুনা তৌই; নঙ্না ঐখোয় কয়াবু লাম্থোকপি। নঙ্সু অচুম্বা লম্বী থিরিবা মীশক্ অমা নত্রা ?” সিদ্ধার্থনা পাউখুম পীরকপা মতমদা, মাগী মম্লবা মমিৎ অদুদা মোমোন মিনোক্কী শক্তম লাংলি: ‘হে

পূজা তৌনীংঙাই মশক্ ওইরবা ! চহি খূমাঙ্ অসুক্ চাওশীল্লবা অমসুং গৌতমগী শিষ্যশিংগী ফীজোল থোল্লিবা নহাক্লা নশাবু, থিবা লেপত্রিবা মীশক অমা হায়না কৌজরিব্রা ?"

"চুমই ঐ অহল ওইরে", গোবিন্দনা হায়রকই, 'অদুবু ঐ থিবদি লেপ্তে। ঐ কৈদৌনুংদা থিবা তোক্লোই। মদু ঐগী লাইবক্তা তল্লমলমাল্লে। নঙসু থিবা লেপত্রি হায়না ঐঙোন্দা ফাওই। মরূপ, মদুগী মরমদা ঐঙোন্দা খরদংগা তাকপীগদ্রা'?

সিদ্ধার্থনা হায়রকই : 'ঐনা নঙোন্দা মমল লৈবা করিবু হায়নীংঙাই লৈগদগে, শুপ্নগী ব্রা অমত্তং নত্তনা - নঙনা থিরিবসি য়ামখ্রে অমসুং মদুমক্লা মরম ওইদুনা নঙনা থিবা ফংদ্রে'।

'মদুদি করম্না?', গোবিন্দনা হংলমই। 'কনাগুম্বা মীশক্ অমনা মখা তানা থিরকপা মতমদা', সিদ্ধার্থনা হায়রকই, 'অসিগুম্বসি তোইনা থোক্কল্লি মদুদি মহাক্লা থিরক্লিবা পোৎশক্ অদুতমক উই; মহাক্লা থিরিবা অদুসু ফংবা ঙমদে, মনুংদা করিমত্তা চূপশিনবা ঙমদে মরমদি মহাক্তি মানা থিরিবা পোৎশক অদুখক্তগী মরমদা খল্লি, মরমদি মহাক্কীদি পান্দম অমা থল্লি, মরমদি মহাক্তি মানা ফংগে তাল্লিবা পান্দম অদুতা খন্দুনা উংদুনা লৈ। থিবগী অর্থদি: পান্দম অমা থম্বা; তৌইগুম্বসুং ফংবা হায়বদি : মনীং তম্বা, থমোইদা লৌশিনবা ঙম্বা, পান্দম অমা থমদবা। হে মতীক্ চারবা নহাক অসি তশেংনা থিরিবা মীশক অমা ওইরম্বা য়াই, মরমদি নঙগী পান্দম অদু য়ৌনবা হোৎনবদা, নঙনা নমাঙদা তারিবা পোৎশক্ কয়া মশক উবা ঙমদ্রে'।

'ঐ চপচানা ভাব তাবা ঙমদ্রে', গোবিন্দনা হায়রকই। 'নঙনা করম হায়না হায়রিবনো'?

সিদ্ধার্থনা হায়রকই : 'থোইদোক্লা মতীক চারবা মহাশয়, মতম অমদা, চহি কয়াগী মমাঙ্দা, নঙ তুরেল অসিগী মনাক্তা লাকখি অমসুং নঙনা মী অমা তূমদুনা লৈরম্বা থেংনখি। নঙনা মানা তূল্লিঁদা মহাকপু

শঙদুনা মনাক্তা ফমদুনা লৈখি, তৌইগুম্বসুং নঙনা তূমদুনা লৈরম্লিবা নূপা অদুবু মশক্ খঙলমদে, গোবিন্দ' ।

পূমঙক্-ঙক্লদুনা, মন্ত্রনা শুমহৎলবা অমগুম লম্বোইবা অদুনা হিরানবা নীপা অদুদা মুন্না য়েংদুনা লৈরমই।

'নঙ সিদ্ধার্থ নত্রা'? মহাক্না য়াম্না কিথি-কিরুম তৌনা হংলমই। 'ঐনা হন্দকমুকসু নঙবু মশক খঙলুদ্রে। নঙবু অমুক হন্না উবা ফংবসিদা ঐ ওন্থোক্লা নুংঙাইরে। নঙ য়াম্না হোংলম্লে, ঐগী মরূপ। নত্তে নঙবু, হৌজিক হিরানবা অমা ওইরব্রা'?

সিদ্ধার্থনা নুংশিনা নোক্লমই। 'অচুম্বনি ঐ হিরানবা অমা ওইরে। মী কয়ামরূমগী মফমদা অচৌবা অওনবা হেক হেক লাকপা তাবনি অমসুং মখল মথেলগী ফীজোল শেৎপা তাবনি। ঐসু মখোয়শিং অদুগুম্বা অমনি, মরূপ। নঙবু থৱায় হকচাং য়াওনা তরাম্না ওকচরি, গোবিন্দ, অমসুং ঐগী খাংপোক অসিদা ঙসি অহিংসি লেনখিনবা হায়জরি'। গোবিন্দনা অহিং অদু খাংপোক্ অদুদা লেল্লমই অমসুং মতম অমদা বাসুদেবগী ওইরম্বা ফমুং অদুদা তুম্লমই। মহাক্না মাগী পাখং ওইরিঙৈগী মরূপ্তা ৱাহং কয়া হংলমই অমসুং সিদ্ধার্থনা মাগী পুন্সিগী মরমদা মঙোন্দা লীগদবা ৱারী অসি ওন্থোক্লা য়ামখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা গোবিন্দনা চৎলমদাই য়ৌরক্লবদা, মানা হায়রপ চিংননা হায়রক্লমই, 'ঐনা ইশাগী লম্বী অসি মখা তানা চত্থদ্রিঙৈদা, সিদ্ধার্থ, ঐনা ৱাহং অমত্তংগা হংনীংলি। নঙগী চেৎনা থাজবা নশাগী ওইবা নিতি-নিয়ম্ অমা, থাজবা নত্রগা জ্ঞান অমা লৈজব্রা মদুনা মরম ওইরদুনা নঙনা হিংবা অমসুং অচুম্বা থবক তৌবা ঙমলিবা'?

সিদ্ধার্থনা হায়রকই : 'নঙনা খঙলিবদু মঙায়, ঐগী চান্নরবা মরূপ, - নহা ওইরিঙৈ ঐখোয়নিনা উমংদা সন্যাসীশিংগা লৈমিন্নরিঙৈ মতমদু ফাওবা, ঐগী অচেৎপা লেঙদবা নিতি নিয়ম অমা অমসুং ওঝাশিং অসিবু

থাজবা লৈরমদে অদুনা মখোয়দগী থাপ্লা লৈরকই। ঐগী ব্রাখল হৌজিকসু অদুগা চপমান্ননা অদুম লৈরি - অদুবু অদুদগী মতুং তারকপদদি ঐগী ওঝা কয়ামরূম লৈখি। মশক্ মতৌ চঙখোনবী বেশ্যা অমনা মতম শাংনা ঐগী ওঝা ওইখি অদুগা মথংদনা ইনাক য়াম্লা খুনবা কারবারব্রালা চৌবর শান্নবা নীপা অমা। থেনখাং অমদনা বুদ্ধগী কোয়না চৎপা সন্যাসীশিংগী মরক্তগী অমনা ঐগী ওঝা ওইরমই। ঐনা উমংদা তূমথোকখ্রবদা, ঐগী ইনাক্তা ঐবু শঙনবগীদমক্ মহাক্লা মাগী তীর্থ চৎপা খোঙচৎ অদু পন্দুনা লৈখি। মঙোন্দগীসু ঐনা করিগুম্বা খরা তমহৌই অমসুং মদুগীদমক্ মঙোন্দা তৌবিমল খঙ্বা উৎচরি, হায়নীংঙাই লৈতনা তৌবিমল ফোংদোকচরি। তৌইগুম্বসুং অয়াম্বা শরূক্তি, ঐনা তুরেল অসিদগী অমসুং ঐগী মমাঙদা'সিদা লৈরম্বা বাসুদেবগী মফমদগী তম্লমই। মহাক য়াম্লা চম্বা মীশক অমনি; মহাক ব্রাখল তৌরগা লৈবা মীশক নত্তে, তৌইগুম্বসুং মহাকসু গৌতমগা চপ মান্ননা মচং ওইবা পূম্লমক ফংখ্রে। মহাক শেংলবা সাধু অমনি'।

গোবিন্দনা হায়রকই : 'সিদ্ধার্থ নঙ হৌজিক ফাওবা ঐবু করেম্লনীংবা ওইনা ঐনা উই। ঐনা নঙ্বু থাজে অমসুং নঙ্না ওঝা অমত্তগী পাউতাক মতুং ইন্না চৎখিদে হায়বা ঐ খঙ্ই, তৌইগুম্বসুং, অকক্লবা নিতি-নিয়ম অমা নত্রবসু, নঙ নশাগী ওইবা ব্রাখল্লোল অমগী মতুং ইন্নদি চৎখিদব্রা ? নঙ নশা নতোমতনা করিগুম্বা জ্ঞান খরদি ফংজখিব্রা - মদুনা মরম ওইরদুনা নঙনা হিংবদা মতেং ওইখিবা। নঙ্না মদুগী মরমদা ঐঙোন্দা খরদং হায়বিরবদি ওন্থোক্লা নুংঙাইজগনি'।

সিদ্ধার্থনা হায়রমই : 'চুমই ঐ ইশাগী ওইবা ব্রাখল্লোন অমসুং জ্ঞান করি করিগুম্বা মতমদা য়াওই। করিগুম্বা মতমদা, পূং অমা নত্রগা নোংমগুম্বা, ঐঙোন্দা জ্ঞানগী মরমদা ইশাদা ফাওরমই - মী অমনা মাগী থমোইদা ঐ হিংলি হায়না ফাওবগুম। ঐনা খনখিবা ব্রাখল কয়ামরূম লৈরমই তৌইগুম্বসুং ময়াম অদু নঙোন্দা লোইনা হায়বদা ঐঙোন্দা ব্রানা থোকই। অদুবু ব্রাখল অসিমত্তংদি ঐঙোন্দা অকনবা শাফূ পীখি, গোবিন্দ। জ্ঞান

হায়বসি অতোপ্পা মী অমদা তম্বীবা য়াবা পোৎ নত্তে। বুদ্ধি লৈবা অশিংবা অমনা অতোপ্পা মী অমদা জ্ঞান ফংহনগে, হোৎনবদা মতম লৈবা খিবিক্তা অপঙ্বতা তাদুনা তোকই'।

'নঙ ফাগী তৌরিবরা'? গোবিন্দনা হংলমই। 'ফাগী নত্তে, ঐ ইশানা খঙজরকপদু নঙোন্দা তম্বতনি। বুদ্ধিদি তাকপা য়াই তৌইগুম্বসুং অশেংবা জ্ঞানদি য়াদে। কনাগুম্বা অমনা মদু ফংবা ঙম্বা য়াই। মদুনা মপাঙ্গল হাপ্পা য়াই, মদুগী মতেংনা অঙকপা থবক কয়া পাঙথোকপা ঙম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং মদু মহাক্না অতোপ্পা মী অমদা তাকপীবা য়মসুং তম্বীবদি ওইথোক্লোই। নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা ঐনা মসিমক্ খনখিবনি অমসুং মসিমক্না মরম ওইরদুনা ঐনা ওঝা হায়বা জাৎ অসিদগী থাপ্না লৈখিবনি। ঐঙোন্দা ৱাখল অমা ফাওখি, গোবিন্দ, মদু নঙনা অমুক ফাগীনি নত্রগা অপঙবনি হায়না খনগনি : মদুদি করিনো হায়ববু : অচুম্বা খূদিংমক্তা মদুগী ওন্নতৈনবা অদুসু চপ মান্ননা অদুম চুমই। খূদম ওইনা : অচুম্বা অমা হায়বসি শুপ্নগী ৱাহৈগী মতেংনা ফোংদোকপা নত্রগা লোৎশীন্দুনা থম্বা ঙমই - মদুনা করিগুম্বা নাকল অমত্তা ওইরবদি। ৱাহৈগী মতেংনা ৱাখল খনবা নত্রগা ফোংদোকপা হায়বসি শুপ্নগী নাকল নামত্তগী ওইবা মীৎয়েংনি; তংখায় অমত্তমক চূম্বা ৱাফমনি; মদুগী মনুংদা অপূনবা শক্তম, মপূং ফাবা, অমগা অমগা তিন্নদুনা লৈমিন্নবা অদু য়াওদে। মীথোই মীহেল্লবা বুদ্ধদুনা সংসার অসিগী মরমদা পাউজেল পীবা মতমদা, মহাক্না মদুবু সংসার অমসুং নিৰ্ব্বান, মায়া অমসুং অচুম্বা অৱাবা অমসুং অরান খুভম ফংবা হায়না তোঙান-তোঙান খায়দোকপা তারমই। মদু নত্তবা, মদুগী ওন্ন-তৈনবা অমত্তা কনাসু তৌবা ঙমদে; অতৈ পাম্বৈ লৈতে ওঝা অমগী মফমদদি। তৌইগুম্বসুং, ঐখোয়না লৈরিবা, ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা তাইবং অসিদি কৈদৌঙৈদা নাকল নামত্তা ওইদে। মী অমা নত্রগা থবক অমা হায়বসি কৈদৌঙৈদা সংসার ঙাক্তা নত্রগা নিৰ্ব্বান ঙাক্তা ওইদে: মী অমা হায়বসি কৈদৌঙৈদা সাধু ঙাক্তা নত্রগা পাপী ঙাক্তা ওইদে। ওইবগুম্না নীংলিবসিগী মরমদি মতম হায়বসি ঐখোয়না অশেংবনি হায়বা অরানবা

ৱাখল (ভ্রম) অসিদা তাউদুনা লৈ। মতমং হায়বসি অশেংবা নত্তে, গোবিন্দ। মসি ঐঙোন্দা হন্না হন্না ফাওখ্রবনি। অদুগা মতম হায়বসি অশেংবা নত্রবদি, সংসার অসিগা লেঙদ্রবা পোলোই অদুগা অনিগী মরক্তা লৈয়ি অমা চিংবগুম তৌরিবসি, অৱাবা অমসুং য়াম্না নুংঙাইবা অনিগী মরক্তা, অফবা অমসুং ফৎত্তবগী মরক্তা লৈরিবা পল্ অসিসু মায়ানি'।

'মদুদি মতৌ করম্না'?, চমম্নরদুনা গোবিন্দনা হায়রকই। 'মুন্না তাও, ঐগী নুংশিরবা মরূপ ! ঐ অসি পাপী অমনি অমসুং নঙসে পাপী অমনি, তৌইগুম্বসুং পাপী অদু নোংমদি অমুক্ হন্না ব্রাহ্মন ওইরক্কনি, নোংমদি নিব্বান ফংগনি, নোংমদি বুদ্ধ ওইরক্কনি। ঙসি ঐনা 'নোংমদি' হায়রিবসিমক্ মায়ানি; মসিদি শুপ্নগী চাংদম্নবনি। পাপী অদু বুদ্ধগী মতৌ ওইরকপা নত্তে; মহাক্তি ওনবা লৈতে - ঐখোয়গী ৱাখন্না মদু নত্তনা অতৈ খনবা ঙমদ্রবসু। পাপী অদুগী মশাদা বুদ্ধ ওইরকপা য়াবগী মচাক পূম্বা হান্ননা য়াওজরবনি; মাগী মরায়বক অদু মদুদা হান্ননা য়াওরবনি - বুদ্ধ ওইরকপা য়াবগী মচাক মঙোন্দা লোৎত্তুনা। নঙোন্দসু মীপূম খূদিংদা য়াওরিবদু মশক্ খঙগদবনি। সংসার অসি, গোবিন্দ, মপূং ফাদবা নত্তে নত্রগা তপ্না তপ্না মপূং ফাবগী শাংলবা লম্বী তম্না চৎপা নত্তে। মদু নত্তে মীকূপ খূদিং অদু মপূং ফাবনি : পাপ খূদিংমক্কী মনুংদা ফজবা খর য়াওরি, পীক্লিবা অঙাংদা হনুবা ওইরকপগী মচাক্ য়াওরি, খোম থকপা জীব পূম্নমক্তা শিবা হায়বা অসিনা লোত্তুনা য়াওরি, শিগদৌরবা মীওই খূদিংমক্তা অমর ওইবগী মচাক্ য়াওরি। মী অমনা অতোপ্পা মীশক অমবু হিরম অসিদা কয়া য়াম্না খূমাঙ্ চাওশিল্লবগে হায়বসি উবা ওইথোক্তে; লুট-পাৎ তৌবা অমসুং চৌবর শান্নবা মী অমগী মশাদা বুদ্ধগী মগুন য়াওরি, ব্রাহ্মনগী মশাদা হুরানবা অমা য়াওরি। য়াম্না পূক্নিং লূপ্না কন্না ধ্যান তৌরিঙৈ মতমদা, মতম হায়বসি থাপ্না থৈদোকপা য়াই; হৌখিবা, হৌজিক অমসুং তুংদা লাক্কদবা মতম অমত্তদা উবা ঙমই গোবিন্দ, অমসুং মদুগী মতুং তারকপদদি পূম্নমক অসি অফবনি, পূম্নমক অসি মপূং ফাবনি, পূম্নমক অসি ব্রহ্মনি। মরম অসিনা - ঐগী ইফমদদি উরিবা পোৎ পূম্নমক অসি অফবা ঙাক্তা ওইনা

থোকই - শিবা অমসুং চঙ্বা, পাপ অমসুং পুন্য, জ্ঞান অমসুং অজ্ঞানসু। পূন্নমক অসি লোইনা দরকারনি, পূন্নমক অসি ঐনা য়ারগা, ঐনা নুংশিনা ভাব তারগা লোইরে; ঐঙোন্দদি পূন্নমক অফবা ঙাক্তনি অমসুং করিগুম্বা পোৎশক অমত্তনা শোকহনবা ঙম্লরোই। ঐনা ঐগী হকচাং অমসুং থমোইগী মতেংনা পাড়া অসি ফারে মদুদি পাপকী থবক তৌবসিসু দরকারনি, ঐ লনথুম ফংনবা হোৎনবা তাই অমসুং নীংবা কায়বগী অয়ৌবী থাক্ অমসুং পুক্সিদা মহাউ য়াওরক্তবা পূম্বা মায়োক্লগদবনি, সংসার অসিবু নুংশিবা তম্নবা, অমসুং ভাবনা শাবা সংসার অমগা অমুক হন্না চাংদম্নবা তৌরুদনা, মদুগী মহুত্তা পূন্নমক অসি মশাগী অতাবী ফীভমদা অদুম লৈজনবা, মদুসু অদুম্মক্ নুংশিনবা অমসুং মদু ওইবদা হরাওনবা। মখোয়শিং অসি, গোবিন্দ, ঐগী থমোইদা লৈবা ৱাখল খরনি'।

সিদ্ধার্থনা মমায় লূকথরমই অমসুং লৈবাক্তগী নূংদুম অমা লৌখৎলগা মখুত্তা পায়রমই।

'মসি', মহাক্না নূংদু পায়রগা হায়রকই, 'নূংদুম অমনি, অমসুং অকক্লবা মতম খরগী মনুংদা লৈপাক্ ওনখিবা য়াই অমসুং লৈপাক্তগী পাম্বী, শা-ঙা নত্রগা মী। মমাঙঙৈগী মতম ওইরবদি ঐনা হায়রমগনি : মসিগী নূং অসি শুপ্নগী নূংনি; মসিগী মমল য়াওদে, মসি মায়াগী মশক্ ওইরবা সংসারগী পোৎলম অমনি, তৌইগুম্বসুং অসুম অসুম মশক ওল্লকপগী চক্রদা মী নত্রগা ভূত ওইরকপসু য়াবা মরম্না, মসিগীসু কান্নবা অদুম লৈ। মদুমক্কি ঐনা মতমদুদা খল্লমগদবা ৱাখল। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি ঐনা অসুম্না খল্লে : নূং অসি নূংনি; মসি শানি, ঈশ্বরনি অমসুং বুদ্ধসুনি। মসি পোৎ অমনি অমসুং অতোপ্পা পোৎশক্ অমা ওইরক্কনি হায়বগীদমক ঐনা ব্যবহার তৌবা অমসুং নুংশিবা নত্তে মরমদি মসি মতম কুইরবগী মমাঙ্দগী হায়রিবা পূন্নমক্ অদু অদুম্মক ওইদুনা লাক্লবনি অমসুং মতম লৈবা খিবিক্তা পূন্নমক অদুম ওইদুনা লৈরি। ঐনা মসিবু নুংশি মরমদি শুপ্নগী নূংদুম অমা ওইবগীদমক্, মরমদি ঙসি অমসুং মিকূপ অসিদা হৌজিক্ মহাক্ নূং ওইনা

উরি। ঐনা মাগী মশাদা য়াওরিবা অকায়বা অহোবা খূদিংদা, মাগী নাপু মচু অসিদা, মাগী ব্রাউথাংনবা অসিদা, মাগী কন্-কন্ লাউবা অমসুং ঐনা খীংবদা থোক্লিবা মখোন অসিদা, মাগী অকংবা অমসুং চোৎ-চোৎ লাউবা অসিদা নত্রগা মাগী কুরাংবানসিদা - মাগী মমল্ অমসুং অর্থ লৈবা উবা ফংই। নূং মখল কয়া লৈ - পায়বদা নাঙ্বা থাউদৌনা নত্রগা সাবনদৌনা তৌবা, উনাগী নত্রগা লৈঙোইগী মওং মানবা, খূদিংমক অসি অমগা অমগা অমত্তা মান্নদে অমসুং মশাগী ওইবা মওংদা 'ওম'বু ঈরাৎ পূজা তৌজে; মখোয় খূদিংমক ব্রহ্মনি। অদুমকপু মহাক নূংদি অদুম ওইরি - থাউদৌনা নত্রগা সাবনদৌনা নাঙ-নাঙ লাউই, অমসুং মদুমক্লি ঐনা পেঞ্জরিবদি অমসুং ঐগী ইফমদা অঙ্কপা অমসুং পূজা তৌবদা মতীক্ চাবা পোৎশক্ অমা ওইনা থোক্লিবসি। অদুবু মদুগী মরমদা ঐনা অমুক মখা তানা হায়ররোই। থমোইদা ফাওবা ব্রাখল পূম্বসি ব্রাহৈনা ফোংদোকপদা মপূং ফাবা ঙমদে। মখোয়শিং অসি ফোঙদোরকপা মতমদা খর হেক্তা তৈনৈ, মথক মখা খর ওন্নবা, হাইফেৎ অপঙ্বা মানবা ওইগল্লি। অদুম ওইনমক্, মদুনা ঐঙোন্দা অপেনবা ফাওহল্লি অমসুং মী অমগী মফমদা মমল নাইবা অমসুং অব্রাংবা থাক্কী জ্ঞান ওইবা পোৎশক্ অদু অতোপ্পা মী অমগী মফমদদি অর্থ অমত্তা য়াওদবনি হায়বা ব্রাফমসি চুম্লবগুম তৌই'।

গোবিন্দনা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা তূমিন্না তাদুনা লৈরমই। 'করিগীনো নঙ্না ঐঙোন্দা নূংদুমগী মরমদা ঙাঙলিবসি'? মহাক্লা ঙহাক্ ঙাইরগা চিংনবগা লোয়ননা হংলমই।

'ঐনা হায়গে হায়দনা হায়খিবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং মসিনা তাকপদি ঐনা নূংবু, তুরেলবু অমসুং মখোয়দগী তম্লিংঙাই কয়া লৈরিবা ঐখোয়না উরিবা পোৎ খূদিংমক অদুগুম্বা ময়াম অদুবু নুংশিরুদুনা হায়খিবা ওইরম্বসু য়াই। ঐনা নূং অমবু নুংশিবা ঙমই, গোবিন্দ, - উ অমবু নত্রগা ঊকু মচেৎ অমবুসু। পোৎ কয়ামরুম লৈরি অমসুং কনাগুম্বা অমনা পোৎশকশিং অসিবু নুংশিবা ঙমই। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা

ৱাহৈশিংবুদি নুংশিবা ঙমদে। মরম অসিনা পাউতাক পীবা হায়বসি ঐঙোন্দদি করিমত্তা কান্নবা লৈতে; মখোয়দু খুৎনা পায়বদা কন্-কন লাউদে, মখোয়গী মশাদা অথোৎপা য়াওদে, মচু য়াওদে, ফীবান য়াওদে, মনম চেন্দে, মহাউ লৈতে, মমল য়াওদে - মখোয়দা করিমত্তা য়াওদে, শুপ্নগী ৱাহৈশিং নত্তনা। নঙ্না নপূক্লিং লৈতাবা শান্তি ফংবা ঙমদ্রিবসিগী মরমসু মদুনা ওইরম্বা য়াই, ৱাহৈ মশীং য়াম্মনখিবনা ওইরম্বসু য়াই মরমদি অরান খুভম অমসুং পূন্য, সংসার অমসুং নির্ব্বান হায়রিবা পূন্নমক অসি ৱাহৈ ঙাক্তনি, গোবিন্দ। নির্ব্বান হায়বসি পোৎ নত্তে, শুপ্নগী নির্ব্বান হায়বা ৱাহৈ অদুখক্তনি'।

গোবিন্দনা হায়রকই, 'নির্ব্বান হায়বসি শুপ্নগী ৱাহৈ ঙাক্ নত্তে, ঐগী মরূপ, মসি ৱাখল অমনি'।

সিদ্ধার্থনা মখা তারমই : 'মসি ৱাখল অমা ওইরম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং ঐ হান্না ৱামাঙ য়াঞ্জহৌগে মরূপ, ঐদি ৱাখলগা ৱাহৈগা থোইনা খেন্নবা থমদে। পূকচেন শেংনা হায়রবদা, ঐনা ৱাখলবুসু অদুক হাক্লা মরূ ওইবনি হায়না লৌদে। ঐদি পোৎনা হেন্না মরূ ওইবনি লৌই। খূদম ওইনা হিরানফম অসিদা, ঐগী মমাঙদা শিনফম অসি পায়রম্বা অমসুং ঐগী ওঝা ওইরম্বা মীওই অমা লৈরমই। মহাক্ সাধু অমনি অমসুং মহাক্লা চহি কয়া অসি লীশাং-শীৎনা শুপ্নগী তুরেল অসিতবু চেৎনা থাজখি, অতৈ পোৎ অমত্তদা থাজবা থমখিদে। মানা খঙলকখি - তুরেল অসিগী খোঞ্জেল অসি মঙোন্দা ৱা ঙাঙলিবনি্ মহাক্লা মঙোন্দগী পাড়া তন্নমই; তুরেল অদুনা ঐঙোন্দসু মহৈ তম্বীরমই অমসুং শিক্ষা পীরমই। মাগী মফমদদি তুরেল অসি ঈশ্বরগা পাংখকনি অমসুং নুংশিৎ খূদিংমক্, লৈচিন খূদিংমক্, উচেক্ খূদিংমক্ তীল-কাঙ্ খূদিংমক্ ঈশ্বরগী মগুন চেল্লি অমসুং তুরেল অসিগী মতৌগুম্না মখোয়সু পূন্নমক্ খঙই অমসুং লোইনা তাকপী তম্বীবা ঙমই হায়বসি মহাক্লা চহি কয়া লীশাং শীৎনা খঙদুনা লাকখিবনি। তৌইগুম্বসুং শেংলবা ধর্ম্ম চেল্লবা নীপা অসিনা উমং তম্না চৎশ্রবা মতুংদদি

মহাক্না পূন্নমক্ অসি লোইনা খঙ্লমই; মহাক্না নঙ্ অমসুং ঐঙোন্দগী হেন্না খঙ্লমই - ওঝাসু অমত্তা য়াওদনা, লাইরিক অমত্তা পাদনা - মরমদি মহাক্না শুপ্নগী তুরেল অসিতবু থাজরমই’।

গোবিন্দনা হায়রকই : ‘অদুবু নহাক্না পোৎ কৌরিবদুবু - মদু অশেংবা, অফবা, লেঙদবা পোৎশক অমরা ? মদুবু মায়াগী মশক্ ওইবা মিৎত্তা শেরান-তুরান উবা, মমি অমসুং মপান্থোংগী শক্তম নত্তবরা ? নঙগী নৃংদুম, নঙ্গী উ পান্থী, মখোয়দুবু অশেংবরা’?

‘মদুনসু ঐঙোন্দদি করি থোইদোক্তে’, সিদ্ধার্থনা হায়রকই। ‘মখোয়শিং অদুনা মিৎত্তা শেরান তুরান উবা মায়া ওইরবদি, ঐসু মায়ানি অমসুং মখোয়শিং অসিসু মতম চূপ্পদা ঐগা শাজৎ চপ মান্নে। মদুমক্ননি, মখোয়শিং অসি য়াম্না নুংশিবা য়াবা অমসুং ঈকায় খুম্নবা য়াবা পাত্র ওইরিবা। অদুগী মরম্না ঐনা মখোয়বু নুংশিবা ঙমই। অদুগা মসিদা নিতি নিয়ম অমা লৈরি নঙ্না নোক্কদবা। ঐঙোন্দদি, গোবিন্দ, নুংশিবা হায়বসিনা সংসারসিদা খ্বাইদগী অথোইবা পোৎশক্ ওইনা থোকই। অথোইবা জ্ঞানীশিংগী মফমদদি মসি সংসার অসিবু মশক্ খঙনবা, শন্দোক্না তাক্লবা, তূক্কচনবা খুৎলাই ওইনা মরূ ওইবা ওইরম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং ঐনা খনবদি - মসিদি সংসার অসিবু নুংশিনবনি, তূক্কচনবদি নত্তে, ঐখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংথীননবা নত্তে; শুপ্নগী সংসার অসি অমসুং ঐখোয় পূন্নমক্ অমসুং জীব পানবা খূদিংমকপু নুংশিবা মীৎয়েংনা ৱাংনা খনবা অমসুং ঈকায় খুম্নবা উৎপা ঙম্নবনি’।

‘ঐ মদু ভাব তারে’, গোবিন্দনা হায়রকই, ‘অদুবু অথোইবা মহাক অদুনা মায়া কৌরিবদু অদুমক্নি। মহাক্না ময়ামদা পাউজেল পীরমই - পূকচেল চাউবা, অৱাবা খাঙবা, মিনুংশি অমসুং অখাঙ্-কনবগী মরমদা, তৌইগুম্বসুং মদুগী মনুংদা নুংশিববুদি খক পল্লমদে’।

‘ঐ মদু খঙ্ই’, সিদ্ধার্থনা মায়থোং মকা লাম্না নোক্লদুনা হায়রমই, ‘ঐ মদু খঙ্ই, গোবিন্দ, অমসুং মসিদনি ঐখোয়না ৱাহন্থোক্কী চক্রব্যূহ

মনুংদা লৈরিবংসি, ৱাহৈগী অমগা অমগা চিংথেক্লবা মরকসিদা, মরমদি ঐনা নুংশিবগী মরমদা শীজীন্নরিবা ৱাহৈশিং অসি গৌতমগী পাউতাক্তগী মথক মখা ওন্নরে হায়বসি ঐ য়াদবা তৌরোই। মদুমক্তনি ঐনা ৱাহৈবু অসুক্কী মতীক থাজবা থমদ্রিবসি মরমদি ঐনা খঙ্ই - তৈনরিবসিমক্ মায়ানি। ঐ ইশানা খঙজে ঐগা গৌতমগা মোত চপ মান্নে। তশেংনমক, মানবু করম্না নুংশিবগী মরমদা খঙলোইদৌরিবনো - মীওইবগী নাপল অমসুং তৎত্তনা অহোংবা নাইবা মতৌ অসিবু মুন্না খঙলিবা, অদুমক্তদা মীওইববু অসুক্কী মতীক নুংশিরিবা অমসুং মহাক্কী শাংলবা পুন্সি চুপ্পা মীওইবদা তাকপীনবা অমসুং মতেং পীনবগীদমক কৎথোক্লবা মহাক্লবু। অদুগা অমুকসু, মতীক্ মঙান নাইরবা গুরু অসিগী মফমদদি, ঐঙোন্দা ৱাহৈদগী হেন্না মরূ ওইবনি হায়না খল্লিবশিং অসিদগীদি মাগী পুন্সি অমসুং মহাক্লা পাঙথোক্লম্বা থবকশিং অদুনা, ঐগী ইফমদদি, মানা ফোংদোক্লম্বা মোতশিং অদুদগী থোইদোক্লা হেন্না মরূ ওইবা হেল্লি। মাগী পাউতাকশিং নত্রগা ৱাখল্লোনশিং অদুগীদমক্ ঐনা মাবু মহাপুরুষ অমনি হায়না লৌবা নত্তে; মাগী পুন্সি অমসুং মানা পাঙথোক্লম্বা থবকশিং অদুগীদমক্তনি'।

অহল অনি অদু মতম শাংনা ৱা ঙাঙনদনা তূমিন্না লৈরমই। অদুদগী গোবিন্দনা চৎলগে হায়না শেম শারকপা মতমদা, মহাক্লা হায়রক্লমই, 'ঐনা নঙবু থাগৎচরি, সিদ্ধার্থ, নঙ্না নঙ্গী ৱাখলশিং খরদং ফোংদোকপিবগীদমক্। মখোয়শিং অদুগী মনুংদা খরা অমদি ঐঙোন্দা ঙক্লা থোক্ই। খূদক্তা ঐনা মখোয়দুগী অর্থ লৌশিনবা ঙমদে। অদুম ওইনমক্, ঐনা নঙ্বু থাগৎচরি, অমসুং নঙ্ পুন্সি নুংশাংনা নুংঙাইনা পানবা ওইসনু হায়না নীংজরি'। অদুবু, মবুক মনুংদদি, মানা খল্লমই, সিদ্ধার্থ হায়বসি অঙকপা ময়ামদগী তোপ তোপ্পা মীশক্ অমনি অমসুং মহাক্লা ময়ামদগী ওন্ন-তৈনবা ৱাখল কয়া ফোঙদোক্লি। মাগী ৱাখল্লোনশিং অসি মীরোন হুক্তবা ঙাউরি-ফৈরি তৌবা ওইনা তৌই। খ্বায়দগী অথোইবা মীশক অদুগী পাউতাকশিংদু তারুবগদি কয়াদা খেন্নরবা ! মখোয়শিং অদুদি ময়েক শেংই, কোচি-কোরাং থাংদে, লায়না খঙ্বা ঙমই; ময়ামগা মান্নদবা

অঙাওবা মওং, মীনা নোক্কদবা ব্রা অমত্তা য়াওদে। তৌইগুম্বসুং সিদ্ধার্থগী মখোঙ্ অমসুং মখূৎ মাগী মমিৎ, মাগী পীশুম, মানা স্বর হোনবা, মাগী মীনোক্, মাগী মীকৌ-মীরম, মানা থাংবা খোঙ্থাঙ্না মাগী ৱাখল্লোনদগী তোঙাল্লি হায়না ঐঙোন্দা ফাওরি। পূন্নমক্তগী অথোইবা গৌতমনা নির্ব্বান ফংপ্রবা মতুংদা ঐনা, সিদ্ধার্থ নত্তনা অতৈ অতোপ্পা মী অমত্তা ঐগী পূক্নিংদা মহাক অসিদি পূন্য চেল্লবা শেংলবা মহাপুরুষ অমনি - হায়না অসুক কন্না ফাওখিবা মীশক অমত্তা লৈখিদ্রি। মাগী ৱাখল্লোন অসি ময়ামগা মান্নরমদবা য়াই, মানা ঙাঙথোরকপা ৱাহৈশিং অদু অপঙ্বা মাল্লম্বা য়াই তৌইগুম্বসুং মহাক্না য়েংথোরকপা মীৎয়েং অমসুং মাগী মখূৎ-মশা, মাগী ঊনশা অমসুং মাগী মশম, পূন্নমক্ অসিদা থমোই শেংবা, শান্তি, মোং-হাদবা, পূকচেল তপ্পা অমসুং সাধু অমা ওইবগী মঙাল ফাওরক্লি অমসুং গুন পূন্নমকসি ঐহাক্না ঐখোয়গী অথোইবা ওঝা অদুনা নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা কনাগুম্বা অতোপ্পা মীশক অমত্তদা উবা ফংখিদ্রি। গোবিন্দনা ৱাখলশিং অসি খল্লিঙৈ অমসুং মাগী থমোইনুংদা পল্লেপফম খঙদবা মওং অমা ফাওরকপা মতম অসিদা, মানা সিদ্ধার্থদা অমুক হন্না মকোক নোল্লমই - হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশিবগা লোয়ননা। মহাক্না ঈংনা-চীক্না ফম্লিবা নীপা অসিগী মফমদা খুরুম্লমই।

'সিদ্ধার্থ', মহাক্না হায়রক্লমই, 'ঐখোয় হৌজিক অহল ওইরে। পুন্সি অসিদা ঐখোয়নি অমুক হন্না উন্নবা ফংদবসু য়াই। ঐ হৌজিক উরে, ঐগী নুংশিরবা মরূপ, নঙদি শান্তি হায়বদু ফংলে। ঐ ইশানা খঙজে, ঐদি ফংদ্রি। ৱা অমত্তংগদি হায়বিখো ঐগী ঈকায়খুম্নরবা মরূপ, ঐনা লৌশীনবা ঙমগদবা, ঐনা খঙ্বা ঙমগদবা, করিনো খরদংগা হায়বীয়ু ! ঐনা চৎচরিবা লম্বী অসিদা মতেং ওইগদবা করিনো অমত্তং পীবীয়ু, সিদ্ধার্থ। ঐগী লম্বীসিদি অৱাবা অমসুং অমম্বা শরূক্না থল্লে'।

সিদ্ধার্থ তূমিন্না লৈরমই অমসুং মাগী ঈংলবা মোং-হাদবা মীনোক অদুগা লোয়ননা মঙোন্দা য়েংলমই। গোবিন্দনা লাঙ্তক্লনা, য়াম্না খৌরাংনা

মাগী মায়থোংদা চিংনা য়েংদুনা ঙাইরমই। মাগী মীৎয়েং অদুদা অৱাবা, লেপ্তুনা থিবা অমসুং তৎত্তনা মায়থীবগী মমি তারি।

সিদ্ধার্থনা মদু উরমই অমসুং মোমোন তৌরমই। 'ঐগী ইনাক্তা নোস্থরকউ!', মহাক্না গোবিন্দগী মনাকোংদা লোন্না হায়রকই, 'চঙশীল্লকউ, খরগা নক্‌শীল্লকউ, য়াম্না নকশীল্লকউ ! ঐগী লাইবক অসিদা চূপউ, গোবিন্দ' ।

হায়ফেৎতি ঙক্না থোল্লবসু মাগী মপান নাইদ্রবা মীনুংশি অমসুং মানা হায়বা খূদিং ইন্নীংবগী ৱাখল্লোন অদুনা থৌইনশিন ওইদুনা মানা হায়রকপদু ইন্দবা ঙল্লমদে; মহাক্না মাগী মনাক্তা নোস্থরমই অমসুং মাগী মচীনবান্দুনা মাগী মরায়বক্তা শোক্লমই। মহাক্না অসুম্না তৌবা মতমদা মঙোন দা করিগুম্বা অঙকপা অমা থোক্লমই। সিদ্ধার্থগী অঙকপা ৱাহৈশিং অদুগী মরমদা ৱাখল তৌরিঙৈ, মহাক্না মতম হায়বদুগী অর্থ মপূক্লিংদগী তাস্থোক্কে হায়না অরেম্বদা হোৎনরিঙৈ, নির্ব্বান অমসুং সংসার হায়বসি অমত্তনি খল্লিঙৈ - অমরোমদনা, মাগী মরূপকী ৱাহৈশিং অদুগা মহাক্না মাবু ঙমখৈ লৈতনা নুংশিজবা অমসুং ঈকাই খুম্নজবা অদুগা - অনি অসিনা মাগী থমোইনুংদা অকনবা লাল শোক্লরিঙৈ মতমদা - থৌদোক অসি মঙোন্দা থোকখিবনি।

মহাক্না মাগী মরূপ সিদ্ধার্থগী মায়থোং অদু অমুক হন্না উরক্লে। মদুগী মহুত্তা মহাক্না তোঙান-তোঙানবা মাইথোং কয়া উরমই , মায়থোং ময়াম অমা, শাংনা মরী-মরী, অতৎ- অখম নাইদ্রবা মায়থোং ময়ামগী ঈচেল অমা - চামা চামা লীশীং-লীশীং, পূম্নমক অদু অমুক উরকই, অমুক মাঙখি অদুম ওইনমক্‌, পূম্নমক অদু মতম অমত্তদা অদুম লৈবগুম তৌই, মখোয়শিং অদু তত্তনা শক্লোন ওল্লমই, অমুক পূমনৌ নৌথোক্লমই অদুম ওইদুনসু সিদ্ধার্থদি অদুমক ওইদুনা লৈরমই। মহাক্না ঙা অমগী শক্তম উরমই, কার্প অমগী - ময়া লাওনা ৱানা কাথোক্লবা, শিগদৌরবা ঙা অমগী মমশীল্লবা মমিৎশিং। মহাক্না পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অমগী শকফম উরমই - ঙাংশং ঙাঙলদনা মমায়দু ইখুই-খুইরদনা কপ্পীং-কপ্পীং তৌরদনা। মহাক্না মীহাৎপা

অমনা মী অমগী মশাদা থাঙ্না থূম্না থিনজিনবগী শক্তমদু উরমই; মিকূপ অদুমক্তদা মহাক্লা, মরাল লৈরবা নূপা অসি খুরখুদক কুনবা, মখোঙ-মখুৎ পুনবা অমসুং মীহাৎপা অমনা মঙক অদু ককপা উরমই। মহাক্লা মশাদা ফি অমত্তা থোংদ্রবা নুপী নূপা কয়াগী হকচাং মখোয়না হক্তিন্নবগী মওং অমসুং ফীভমদা লৈবা উরমই। মহাক্লা অশিবা হকচাং কয়া লেঙদনা তাবা, তইং-তইংবা, পূমহাঙ্-হাঙ্বা অদু উরমই। মহাক্লা শা মকোক ময়াম অমা উরমই - ওক লাবগী, গুন্ডীরগী, ষন লাবগী, উচেকশিংগী। মহাক্লা কৃষ্ণ অমসুং অগ্নি উরমই। মহাক্লা শক্তমশিং অসিগী শকফম অমসুং শাওং উরমই - লীশিং অমগা অমগা মরী থম্নদুনা, পূম্নমক্লা অমগা অমগা অঙম-অঙম হাৎনরদুনা অমুক্ হন্না পুমনৌ নৌনা পোক্লবা অঙাং অমা ওল্লকপদু। মখোয় খূদিংমক্ অদু শিবা নাইবা পোৎশক্ ঙাক্তনি - য়াম্না নুংশিবা, পূম্নমক্ অসি অহোংবা নাইবা ঙাক্তনি হায়বগী লারবা খূদম ওইনা। অদুম ওইনমক্, মখোয় পূম্নমক্ অদু অমত্তা শিদে, মখোয় শক্তম ওনবতনি, মতমলৈবা খিবিক্তা অমুক হন্না পোক্লকই, লেপ্তুনা অনৌবা শক্তম অমা ওল্লকই - শুপ্নগী মতম হায়বা পোৎশক অদুতনা শক্তম অনিদুগী মরক্তা কাখল ওইনা খাজিন্দুনা থম্বনি। অদুগা শক্তমশিং অসি ঙহাক্ লমদল্লি, মখা তানা চেন্থরকই, চাদা-নাউদা তারকই, হৌখিবা অদু ঈরোইদুনা লান্থোরকই অমসুং অমগা অমগা অমত্তা ওইনা তিন্নরমই অমসুং মখোয়শিং অদুগী মথক্তা করিগুম্বা পাখ্রবা, অশেংবদি নত্তবা পোৎশক্ অমা, অদুওইরবসু মনুংদা য়াওদুনা লৈরিবা, পারবা গ্লাস নত্রগা উনগুম্না পাক্লা শন্দোক্তুনা লৈখ্রিবা, মনুংফাওনা উবা ঊনশা, অকনবা মকূ, মওং নত্রগা ঈশিংগী মায়খুম - অমসুং মসিগী মায়খুম অসি, গোবিন্দনা মীকূপ অদুদা মাগী মচীনবান্না চুপখিবা সিদ্ধার্থগী মোমোন্নবা মায়থোং অদুনি। অদুগা গোবিন্দনা উরমই মদুদি মায়খূম মানবা মীনোক্, অরেপ্পা লৈতনা চেন্থরিবা শক্লোনগী মনুংদা য়াওরিবা অপূনবা শক্তমগী মশক্ ওইরবা মোমোন মীনোক্, অকক্লবা মীকূপ অমদা লীশিং লক্ষা পোক্লিবা শিরিবা অসিগী মোমোন মীনোক্-সিদ্ধার্থগী অসিগুম্বা মোমোন মীনোক - অসিগা, ঈথক

ইপোম নাইদ্রবা, মেঙলবা, মনুং ফাওবা ঙমদ্রবা, থৌজাল হৈবসু ওইরম্বা য়াবা, করেম্নবা, লৌশিং শিংবসু ওইরম্বা য়াবা, মরৈ লীশিং লোঙ্বা গৌতমগী, বুদ্ধগী মোমোন মীনোক্ - মহাক্না মদু অকিবা অমসুং অঙকপগা লোয়ননা চামরক হন্না মশাদা ফাওখ্রবা। খ্বায়দগী মপৃংফারবা মহাক অদুনা নোকখিবা মোমোন মীনোক্ অদুসু অদুমক্নি হায়বসি গোবিন্দনা খঙ্লমই।

মতম হায়বা পোৎ অমা লৈরিব্রা হায়বফাও খঙদনা, মায়খুম খুম্লম্বদু হাংদোরকপা মীকুপ অমা নত্রগা চহি চামা চঙবরা, সিদ্ধার্থ হায়বা অমা নত্রগা গৌতম হায়বা অমা লৈরম্ব্রা, ঈশ্বরগী শক্তি চেনবা তেনজৈ অমনা থীনা শোকহল্লবা- অমসুং অশোকপা অদুনা মঙোন্দা নুংঙাইবা পোকহল্লবা, হায়নীংঙাই লৈতনা শুমহৎলবা, হেন্না পাঙ্গল হাপ্লদুনা - গোবিন্দনা সিদ্ধার্থগী ঈংলবা, মোং-হাদবা, মহাক্না হৌজিক্তা চুপখিবা অমসুং মদুনা হৌজিক অমসুং তুংদা লাক্কদবা মতমগী শক্লোন কয়াগী লিলাগী ফম্বাক ওইখিবা, মমায় অদু লূকথদুনা মতম ঙহাক্তুংগা লৈরমই। শক্লোন লীশীং লীশীংগী মিংশেলগী মশক লৌদুনা তারম্বা মমিশিং অদুনা মাঙখ্রবা মতুং ফাওবা মাগী শকফমদু অহোংবা লৈরমদে। মহাক্না য়াম্না ঈংনা মোমোন তৌরকই, য়াম্না করেম্নসু ওইরম্বা য়াই - মীওইলক্তগী অথোইবা মহাক অদুগী মোমোন মীনোকুম।

গোবিন্দনা মকোক নোল্লমই। থিংঙমদ্রবা পিরাংনা মাগী মল্লবা মায়থোংদগী চেন্থরক্লমই। মাগী ঙমখৈ লৈতনা নুংশিবা, হায়নীংঙাই লৈতনা নোল্লুকপা য়াওবা ভক্তি অমনা মশাদু চাংজৌ পারমই। মহাক্না পাকথরদুনা লৈপাক য়ৌনা নোন্থরমই। লেঙদনা ফল্লিবা, মহাক্কী মোমোন মীনোক্ অদুনা মানা পুন্সিদা নুংশিখিবা পূম্নমকপু, মাগী পুন্সিদা মমল লৈবনি অমসুং শেংলবনি হায়না খঞ্জখিবা পোৎ পূম্নমক্পু নীংশীংহনখিবা, মশাদু হাই-হুমদনা ফল্লিবা নীপা অদুগী মমাঙ্দা মহাক্না মকোক লৈপাক শোক্না খুরুম্লমই।



# 'সিদ্ধার্থ'গী
# অইবা হেরমন হেস:গী
## শমলপ্পা পুন্সি-ব্রারী

ইংশোক ১৯৪৬ তা সাহিত্যগীদমক নোবেল প্রাইজ ফংখ্রবা হেরমন হেস:না ইবা-'সিদ্ধার্থ' কৌবা উপন্যাস অসিনা মহাক্কী লাইরিক পুম্নমক্কগী খ্বায়দগী অথোইবনি। ইরিবা লোন্দাসু য়াম্না চম্বা ৱাহৈ ঙাক্তা শিজিন্নৈ তৌইগুম্বসুং ফোংদোকলিবদি - অৱাংবা থাক্কী হিন্দু অমসুং বৌদ্ধগী দর্শননি। হেরমন হেস: কুনশুবা শতাব্দীগী সাহিত্যদা মমিং লৈখিবশিংগী মরক্তা থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবা মীশক অমনি। ইংশোক ১৮৭৭ দা জর্ম্মনীগী ৱারতেমবর্গ সহরদা পোকখি। অপোকপা মপাগী শিনফম, প্রোতেষ্টান্ত খৃষ্টানগী ধর্ম্মগী পাউতাক শন্দোকপা, পাষ্টর অমা ওইরমই। মচানিপা হেরমন হেস:সু, পাষ্টর ওইরক্নবা খৃষ্টানগী মিসনরী স্কুল অমদা মহৈ মশীং তমহল্লমই তৌইগুম্বসুং মচানিপানা মদুদা থোইনা খোয়দারমদে। লাইরিক তম্বা তোকথোক্লে অদুগা থবক তৌবা হৌরমই - অহানবদা লাইরিক য়োনবা অমা ওইনা, মথংদা য়োংশুবা, অরিবা পোৎচৈ য়োনবা অমসুং মেকানিক ওইনা। মহাক্কী উপন্যাস Peter Camenzind হায়বসি ইং শোক ১৯০৪ দা ফোংলবা মতুংদগীদি মহাক্না লাইরিক ইবনা মপুংফাবা মশাগী শিনফম ওইনা চংথবা হৌখি। মহাক্না ইং শোক ১৯০৬ দা ফোংখি -

Beneath the Wheel। লাইরিক অসি ফবা অমসুং লৌশিং লৈবা অঙাং অমবু মমা-মপা অমসুং ওঝাশিংনা কাহেন্না অঙাং অদুগী মকোক্কী ৱাংমদা পু-থাং ঙমদবা আশা কয়া তৌবগী ৱারীনি। লাইরিক অসিদা হেরমন হেস:না মতমদুগী শিক্ষ্যাগী চৎনবী পথাপকী মায়োক্তা অকনবা সমালোচনা তৌবগী মরমদনি।

পৃথ্বীবীগী অহানবা লাঞ্জাউনা মাগী থমোইদা অকনবা চৈথেং পীখি অমসুং মহাক্লা Romain Rolland গী খোঙলোই অমসুং তুংইনবা Pacifist অমা ওইনা লানগী মায়োক্তা লেপখি - লাইরিক লাইশু অমসুং উপন্যাস কয়াসু ইবদা নত্তনা লান্দা বন্দী ওইরবা (Prisoners of War) জর্ম্মনশিংগীদমক পাউচে অমসু সম্পাদন তৌরমই। মতাং অসিৱাইদা হেরমন হেস: মাগী অহানবা নুপীদুগা খাইনরে (মদুগী মরমদা ইবা মহাক্কী নোভেল Knulp অমসুং Rosshalde দা ময়েক শেংনা মমি তারি) মতুং তারকপদা মহাক্লা Sigmund Freud কী লাইরিক কয়া কুপ্না নৈনরমই অমসুং Carl Jung গসু লোয়ননা মখাতানা থিবা অমসুং নৈনবগী থবক চথরমই - মতম খরসু Patient অমা ওইনা মশামক্ Sanatorium অমদা লৈখি। মহাক্লা মতমদুগী হিটলরগী নাজি পার্টিগী মায়োক্তা ঙাঙলুবগী ইরুবগীদমক খুদোংচাদবা কয়া মায়োক্লবা তাখি। মরম অসিনা ইংশোক ১৯১৯ দা জর্ম্মনী থাদোক্লম্লগা সুইজরলেণ্ডদা চেন্দুনা পুন্সিগী অরোইবা (১৯৬২) ফাওবা মতম লেনখি। মফমদুদা ইংশোক ১৯১৯ দা মাগী Demian ফোংখি। লাইরিক অসিদা মীওইবগী sub-conscious অমসুং Psychoanalysis তৌবগী মরমদা মহাক্কী ৱাখল্লোনগী মতাং ফোংদোক্লি। লাইরিক অসি ফোঙলকপদগীদি - হেরমন হেস: ইউরোপ শীনবা থুংনা মমিং চৎপা অইবা ওইনা খঙনবা হৌরকখি।

পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও মতুংদা মহাক ভারত্তা কোয়রকখি অমসুং মফম অদুদা লৈরিঙৈদা মাগী খ্বায়দগী মমিং চৎলবা উপন্যাস 'সিদ্ধার্থ' ইবগী অহানবা পূক্লিংগী ইথিল ফাওবা হৌখিরমই। মাগী

লাইরিকশিংদা নোংপোকলোমগী দর্শনগী মম্নি ময়েকশেংনা তাবা উই। 'সিদ্ধার্থ' হায়বা উপন্যাস অসি (অহানবা ফোংবা ১৯২২ ইং), বুদ্ধদেবগী পুন্সিগী অঙনবা শরূক্তা য়ুম্ফম ওইরগা, অইবনা ভারত্তা লম কোয়বা চৎপদা উরকপা তারকপশিং অদুনা ইথিল পিদুনা ইখিবনি। লাইরিক অসি ব্রাহ্মন মচা সিদ্ধার্থনা মশাগী অশেংবা শক্তম মশক খঙগে হোৎনরকপগী ৱারীনি। ইংশোক ১৯২৭ দা মহাক্কী নোভেল Steppen wolf ফোংখি । লাইরিক অসি নুপা অমগী personality চিংখায়নবগী ৱারীনি -অমরোমদা অচম্বা মশাগী অশেংবা শক্তম, অমরোমদা অচৌ-অশাং শাবগী তাৎকী মপানথোংগী অচাউরম কাবা শক্তম অনিনা চিংথেক্লরবা নিপা অমগী পূন্সি ৱারীনি।

ইংশোক ১৯৩০ দা পুথোরকখি - মহাক্কী লাইরিক Narcissus and Goldmund - স্কোলর খরগী মোত্তা, মাগী খ্বাইদগী হেন্না মমীং লৈবা লাইরিকনিসু শীংথানৈ। ময়াই ওইবা য়ুগকী খৃষ্টানগী পুরোহিত অনিগী মরক্তা মরূপ শান্নবগী ৱারীনি - পুরোহিত অমনা মানা চৎচরিবা ধর্ম্মদুদা পেন্থোকচবা, অতোপ্পা অমদুনা লেপ্পা লৈতনা মফম মফমদা চত্তুনা শান্তি ফংনবা থিরি। ইংশোক ১৯৩২ দা The Journey to the East ফোংখি। মসিগী মতুং তারকপা চহি ৫ / ১০দি থোইদোকপা শীংথাবা য়াবা লাইরিক ইখিদে তৌইগুম্বসুং ইংশোক ১৯৪৩ দা মহাক্কী নোবেল Magister Ludi ফোংলকপদা, লাইরিক অসিমক্তদা ইং ১৯৪৬ দা নোবেল প্রাইজ পীদুনা হেরমন হেস: বু ঈকায় খুম্নবা উৎখি। মহাক ইং ১৯৬২ দা সুইজরলেণ্ডদা অরোইবা য়াহিপ তানখি ।

# অরানবা চুমথোকপা লামায়

| পেজ | পেরেগ্রাফ | লাইন | অরানবা | চুমথোক্কবা |
|---|---|---|---|---|
| ২৬ | ৩ | ৩ | ভিক্ষাগী ঝুলি | চাক্লি-খুজাই |
| ২৭ | ৩ | ৩ | ফিনা | খাওন-ফিনা |
| ৪৬ | | ৭ | অঙাং মচা | অঙাং নাৱা |
| ৪৯ | ২ | ৩ | মহাক্না ঙাঙবসি... তোয়না তায় | ভুরেলসিনা লোল্লিবা মরোলশিংসি ..... তত্তনা তায় |
| ৫০ | ১ | ৮ | ফমদুনা | নীংগাং ফমদুনা |
| ৫০ | ২ | ৫ | ৱাচোই | ৱাফম |
| ৫০ | ২ | ৮ | মাগী | নৃপাদুগী |
| ৫৮ | | ৪ | যজ্ঞ কৎপনা | থৱায় কৎপনা |
| ৬০ | ৫ | ৫ | ঐনা মী অমগী | ঐনা কন্নাগুম্বা মীশক অমগী |
| ৬২ | | ১২ | চরা হেনববু হৈরবদি | চাদ-থক্তনা লেনববু ঙম্লবদি |
| ৬৪ | | ২২ | ঐ চরা হেনবা ঙমই | ঐ চাদ-থক্তনা লেনবা ঙমই |
| ৮৭ | | ৭ | ‘ফাজিন্দুনা লৈরুরে’ হায়বসিগী মখাদা ৱাহৈ খরা চীথরল্লে | (হাপচিনগদবা) ‘হন্দোক্লিংবা য়ৌনা তুক্কচবা অমদি শিনীংবা য়ৌনা মায়কৈ খুদিং থুংলুরে’। |

| পেজ | পেরেগ্রাফ | লাইন | অরানবা | চুমথোক্লবা |
|---|---|---|---|---|
| ৮৭ | | ১৭ | 'তৈশিনখিদবা' হায়বসিগী মখাদা ৱাহৈ চীথরল্লে | (হাপচিনগদবা) 'মা মতোমতগী মরাল নত্রবসু' |
| ৯২ | | ২১ | ফাক-ফাক | খোঞ্জেল থোক্লা |
| ১৩৬ | ২ | ১ | 'মীৎয়েংদুনা হংলমই' হায়বসিগী মখাদা ৱাহৈ খহৈ চীথরল্লে | (হাপচিনগদবা) সিদ্ধার্থনা মঙক নোম্লমই। 'মুন্না তাও !,' বাসুদেবনা লোন্না হায়রমই। |





**শ্রীচোংথাম সমরেন্দ্র সিংহ,** কৈশামথোং, ইম্ফাল - ইংশোক ১৯৩৪ গী ওক্টোবর তাং ১০ দা তাইবংদা খোঙদারকখি। মতম অমদা মণিপুরগী শান্ন-খোৎনবা অমসুং মহৈ-মশিং তম্বগী লমদা লৈবাক্লা শকখঙনখিবা ওঝা বেনুধরগী মচা তরাহুমদোইগী মনুংদা খাইদগী অহলনি। শ্রীসমরেন্দ্র সিংহ, নহা ওইরিঙৈদগী লাইরিক লাইশুদা মমান্নবশিংদগী মাঙজীন থাদুনা লাকখি। ১৯৫২ দা চুড়াচান্দ হায়স্কুলদগী মেট্রিক পাস তৌখি। ইম্ফালগী ধনমঞ্জুরী কলেজদগী ১৯৫৬ দা গ্রেজুয়েৎ অমসুং এলাহাবাদ ইউনিভর্সিটিদগী পোলিটিকেল সাইন্সতা ১৯৫৯ দা পোষ্ট গ্রেজুয়েট পাস তৌখি। অথেঙবা মতমদা সরকারগী কর্ম্মচারী ওইনা লো তমদুনা, লাইরেনময়ুম সব্যসাচী লো কলেজ, ইম্ফালদগী এল:এল:বি: পাস তৌখি। থবক্তগী পোথারবা মতুং ইংশোক ১৯৯৫ দা বার কাউন্সিল ওফ আসাম, নাগালেন্দ, মেঘালয়, মণিপুর, ত্রিপুরা, অরুনাচল প্রদেশ অমসুং মিজোরামনা হায়কোর্টকী এদভোকেট্ অমা ওইনা প্রাকটিস তৌবগী অয়াবসু পীরকখি।

ইংশোক ১৯৫৯ দা ধনমঞ্জুরী কলেজগী লেকচরর অমা ওইনা থবক তৌরম্লগা, ইউনিয়ন পব্লিক সার্ভিস কমিশন্না ১৯৬০ দা এক্সত্রা এসিসতেন্ট কমিশনর ওইনা খল্লক্তুনা মণিপুর সরকারগী কর্ম্মচারী ওইনা, তোঙান-তোঙানবা ফম পায়দুনা থবক তৌরম্মী অমসুং শোক ১৯৯৫ দা থবক্তগী পোথাখি। পোথারবা তুংদা, রজিব গান্ধী সেন্তর ফোর কলচর, মণিপুরগী সেক্রেটরি ওইনা ঙসি ফাওবা থৌ পুরি। শ্রীসমরেন্দ্র সিংহনা মণিপুরগী ডিরেক্তর আর্টস এন্দ কলচর ওইনা থৌ পুরম্বা অদুনা মহাক্কী পুন্সিগী অথেঙবা মতমদা অকনবা শাফু অমা পীখি; মৈতৈগী ইতিহাস, ত্রেদিসন, কলচর অমসুং এস্থেটিক্সকী মরমদা কুপ্না থিজিনবা হৌখি অমসুং অকনবা কলচরেল এক্টিভিষ্ট অমা ওইনা ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা চত্থরি।

**অইবগী ফোঙপ্রবা লাইরিকশিং :–**

১। সেক্সপিয়রগী 'ওঠেল্লো' (অনুবাদ) ১৯৬৩ ইং।

২। 'নুমিৎনা থোরকফম জাপান উরুবদা' (লমকোয় ৱারী), ১৯৯৫ ইং।

৩। 'মেজর চোংথা মিয়া' (ঐতিহাসিক জীবন চরিত) ২০০৫ ইং।

৪। 'হীয়াং হিরেন, কংলা অমসুং কংলা শা'
(মণিপুরগী সংস্কৃতিগা মরি লৈনবা ৱারেশিং), ২০০৭ ইং।